


# অমৃত

ফাওবা : রাই, সরোজিনী দেবী,
কাংঙবম লৈকাই, ইম্ফাল

অহানবা থূংনম, জুন, ১৯৮৯

মমল : লুপা ২০.০০

Data Entered
by ......................

ছাপা নক্ষম : আর বি প্রিন্টিং হাউস, নাগামপাল, ইম্ফাল।

# ১

মী হায়বসি মশাগী মুংঙাইবা পাম্মী। মীনা তৌরিবা থবক অয়াম্বা মশাগী মুংঙাইবগা মরী লৈনৈ। অদুবু মতুগী ওমথৈ ফজনা থম্নগা অতৈগীদমক থনবা হায়বসিসু মরু ওইবা অমনি। মসি খন্দবা মীওই কয়া লৈ।

চহী ছুক্ফু হেল্লবা বিজয়না মাগী হান্নগী নূপী অদু খাইনহুনা চহী কুস্ত্রামুক্তা ওায়রিবী নহা ওইবী নূপী অমা অমুক লৌরে। মাগী মচানূপী অমথক্তনি। মহাক্না মযুম পানগ্রবা মতুংদনি। মপাগী অদুগুম্বা লীচং অদুদা শাউহুনা মচানূপী অদুদি মপামদা লাকখিদ্রে।

নূপী অতোপ্পী অদুগী মমিং ফজবী কৌই। মহাক ঈশৈ-তৌবী অমনি। মহাক্না বিজয়দা মযুম পাল্লকপা অসি অশীন-অরাও থরা য়াওই। মহাক্না মতুদা য়াখিবগী অচৌবা মরম অমা লৈ—বিজয় অসি নরল-মথুম পায়বা, মরৌ লৈবা, বাজারদা মশাগী ছুকান লৈবা মীওই অমনি, মাগী সম্পত্তি পুন্নমক্তুগী নামা মঙোন্দা পানবীগনি হায়বদগীনি। কান্নবা থরা অসি

লৈবদগী মাগী নহা ওইবগী ফজবা মশক-মতৌ, মগুণ খুদিংমক অদুগা তুংগী লম্বী তেল্লক্লবা, মশাদা হিংবগী র'গ য়াম্না য়াওরক্লু্বা, মীবু মুংণ্ডাইহনবা ঙমত্রবা, চুম্না মীগী সেবাদমক য়াম্না হেন্না পাম্লক্লবা অহল অদুগী পুন্সীগী মতৌদুগা ওন্নবনি। মতুদা মাঙবা তোংবগী বাফমদি খঙদ্রে; অদুবু ঐখোয়না খঙজবা অমদি লৈ — মীগী লৈনরিবা মরী খুদিংমক্তা হেন্দোক-হেজিনগী খল অমদি লৈ।

হীরম অসিগী মরমদা নোংমা মচানুপী ইবেমহলগা মাগী মপুরোইবা প্রমোদকা ঋারী শারকই। (মাগী মপুরোইবদু ইঞ্জি-নিয়ারনি।) মানা অফিসতগী কুম্লক্লগা মাফ-মরোল হোংদোক্কনা ফমুংদা শকফম হুজিন্না ফম্লগা হায়রকই, "ইবেমহল, ঐ ঙসিদি নখোয়গী পাবুংগী ওস্তোকপা পাউ অমা তারক্লে।"

"করি পাউনো ?" ইবেমহলনা মনাক্তা লেপ্লগা হংলকই।

"নখোয়গী লৈকাইদা লৈবা ঐখোয়গী অফিসক্তা থবক তৌবা মীশিংনা তম্লকই, নখোয়গী পাবুংনা ইকুই কুইদনা মাগী য়ুম-হিজোলগী নাম্না অদু নুপী অতোম্বী ফজবীগী মিংদা পানগ্রে হায়," প্রমোদনা য়াম্না লুবা অহোংবা অমা থোক্লকপদুগী মমুংগী অর্থদু খঙনা হায়রকই।

পাউ অদু তাবদা ইবেমহলগী মায়থোঙদু খঙহৌদনা লাংশিনগ্রে। নহানমথৈ মপানা নুপী অতোম্বী খিবদা মহাক চুম্না শাউনীংলম্মী, অদুবু মদু য়োনা মাগী য়েংদনা, মাঙ-তাকপা

য়াবা থবক অমা তৌখৎলক্কনি হায়বদি থাজরমদে। মহাক ঙসিদি মপাবু য়েক্লবা অমা ওইনা খল্লকই।

প্রমোদনা অমুক হায়রকই, "ইবেমহল, ঐ খঙই মহাক মাগী নুপী অতোপ্পী অদুনা পুমশুন শুমথ্রবনি, য়ারম্রোই। মহাক চহী য়াম্লকপগী ঙাওরে।" মহাক্লা অমতা পোকপী ইবেমহল লৌবা মতমদা মুংশিনদুনা চেল্লকপা ওইরবস্তু মখোয়গী সম্পত্তিগী রাখল থবা খনখিদবদি নত্তে। মহাক্লা মতৌং শোকপা মওঙদা শমথরকই, "যাম্না চুমদবা থবক্নি, মথোঙ চাত্রবা!"

"ঐ নোংমা চৎলুগে, অদুগা মাগা চপচাবা রা ঙাওনগনি," ইবেমহলনা হায়রকই।

'মদু কাম্নখিগত্রা? হৌজিক্তি পুম্নমক লোইখ্রে।"

"লোইসন্নু, অমুক ওস্তোক্লবা হাযগনি।"

"নঙবু নখোয়গী ইমা অতোপ্পীগা নশম কোয়নবা ঙমগত্রা?" প্রমোদনা অদুম শবফম হোংদনা হাযরকই।

ইবেমহলদু রাখল খজিক্কুং খন্থরকই, থবক অদুগী ইরায় লায়দবা মওঙ অদু খঙলকপগুম তৌরকই। মহাক মাগী ফমুংদা মথোঙ য়াম্বদুনা ফম্নগা মখুৎ লোনশিন্নদুনা মরু লুক্লা তুমিন্না মমায় মক্লা লৈখ্রে, অদুদগী হায়রকই, "ইস, পুম্নমক মাঙনবা শীল্লবা! ওস্তোকপা মতৌনি।"

ঙহাক্কী মতুংদা মপুরোইবা প্রমোদনা জ্ঞান তাবা মওঙদা মাগী নুপীগী মুংঙাইতবা অদু থেমজিল্লদুনা হায়রকই, "বরে ইবেমহল, মাগী মরলনি হায়দুনা মাগী খুশি তৌগ্রবনি। করিগুম্বা

মাম্মী নুপী অতোম্বীনা মাগা থাইনরোইদবা লৈরবদি মহুগী করিস্থু কায়বা লৈতে—মথোয়গী মচানুপা পোক্লকপা য়াই, নত্রা? ঐখোয়না মাম্মী লন-থুম লৌবা, মাগী নাক্তা লৈবগী রাখল করিস্থু তৌরুদে—অহুগা নহাকস্থু ঐগী ইনাক্তগী পুন্সী চুপ্পা চংখিরোঃদবা লৈরবদি করিবু কায়বগে?"

ইবেমহলচু মপুরোইবদা মুংশিনা য়েংলকই, মীৎয়েং অদুনা অসুম্বা হায়বগুম তৌই, "তশেংনমক নহাক ঐগী চঙজফমনি, নহাকী ননাক্তগী ঐ পুন্সী চুপ্পা চংখিগদবদি লৈতে।"

প্রমোদস্থু মহাকী নুপীগী মুংশিবা মীৎয়েং অহুগী অর্থ খঙবগুম তৌনা মথস্তা মপুক্লীংদা মুংঙাইবগী নাপল অমা কাৱকই। মহাক্লা হায়ৱকই, "যরে ইবেমহল, চংলুরম্ম। নহাক্লা চংলুবগী থোইনা কাম্লগদবা মান্দে। নখোযগী নমা অতোম্বী অহু অচম্বা মী করিস্থু ওইরমোই, নহাকা লাম্বা পাবা ঙম্লোই; মহুগীস্থু মথক্তা নখোয়গী পাবুংনা য়াহুনা পুম্নমক অহু শীনথ্রবনি।"

ইবেমহলহু মমায় মক্লা অহুম তুমিন্না ফমহুনা লৈখ্রে।

প্রমোদস্থু বা মখা অমুক তারক্তনা তপ্পা তপ্পা মফি হোং-দোক্লগা মপালদা মমায়-মমীৎ তাবা থোকখ্রে।

মহুগী মতুং মুমিং থরনি হৌখ্রে। প্রমোদনা ফজবীগী মশক খঙবসি নোংমা হরিশয়ন মুমিংকী মুমিদাং অমদনি। মহাক মমাম্বা অমগা লোয়নহুনা থংনবা লৈকাইগী মান্দোপ অমদা ঈশৈ তাবা চংলি। মহাক ঈশৈ তাবা য়াম্না পাম্মী। অঙাং ওইরিঙৈদদি

মহাক লিলা-ফলা য়েংবদা পূক্নীং চঙলম্মী; অসিগুম্বা খুবাক ঈশৈনচিংবা তাবা অসি কয়া হৈনরমদে; অদুবু হৌজিক্তি অসিগুম্বা ঈশৈশিংসিগী মহাউদু মহাক খঙলকপগুম তৌরক্লে।

সুমিত্তু থাবল মুশি মুশি কৈ, ঙসায়মখৈ নোং থিংলি থিংলি চুখিবগী অতিয়াদা লৈচিল-নোংফাই খরা থাংই। মখোয়না মান্দোপ য়ৌগদবা খরা ৱাংলিঙৈদা পূং কম্লা থীন্দুনা খুবাক ঈশৈ হৌগ্রে। মখোয়না লাকপদা উরে মৈ ঙাম্না থাল্লবা মান্দোপ ময়ায়দা ফি অঙৌবা ইনবী, কেরবী ঈশৈতৌবী তরুকথক লেপ্পুনা ঈশৈ শক্লি। মান্দোপ মচীদা থাবা ফকশাংদা অঙাং ময়াম্মা, খরনা ৱারী শাদুনা, খরনা থরো থরো ওন্দুনা শাম্মরম্মী। মখোয় অঙাংশিং অদুগী মতুংদা ফম্লুরে।

ঈশৈশকপীশিং অদু য়াম্না অহল নত্তে, লোইনা হাইফেৎ চাং মায়ৈ, অদুবু ঈশৈহনবী অদুনা মখোয় অতৈদগী খরদি লৈশিল্লা উই, মাগা দোহার অদুগা শকফমদা ময়ামদগী লম ঙাম্মোক্লা উই। ঈশৈহনবী অদু মী ঙৌই, মশা নোইতক তৌই, মনাদা গোলাব অঙাঙবা অমা থেংলি; মহাক্না মোং তৌদুনা ঈশৈ শকপদু য়াম্না পকচৈ, মখোলম্মু কৈ। দোহার অদুসু মখোল কৈ, লাউথংপদি ঈশৈহনবী অদুদগী মহাক্নবু হেন্না য়াই। মহাক্না ময়াঙ খজিক্কং কংই, খোঙ-তোন চপ মায়ৈ, মনাক্তোনদু তুমতক তৌই, মমীৎ-মনা মুংশি, ঈশৈ শকপদা ফীবম কম্নিমতা কায়দে, ভুয়োন তাবদা উরিবা মুশুক মুকা য়ারবা মশম অদু য়েংবদা য়াম্না ওন্নংনীংঙাই ওই। মাপী ঙৌরবা হকচাং, পাম্বোম অদুনা

মান্দোপ ময়ায় অহুদা থেজুনা ঈশৈ শকপা অহু হায়নীংঙাই লৈতনা ফজৈ, মান্দোপ অহু নোংথাঙগী মঙালনা ঙাম্ভোকহনবগুম উহল্লি। ঈশৈহনবী অহুনা প্লোক্কা লোয়ননা ঈশৈ শক্লগা দোহার অহুনা খুম্নকপা— মখোয় অনীগী খুমদোক-খুমজিন অহুনা ভাবোক-শিংবু পূমগুম শুন্নাৎলি, পৈশা লেপ্পা লৈতনা থানৈ।

প্রমোদনা মমাঙদা লৈরিবা অঙাংশিং অহুদা ঈশৈশকপীশিং অহুগী মমিং-মথা হংলকই। মখোয়গী মম্নুংদগী অমনা তাক্লকই, "ঈশৈহনবী অসিনা ফজবী কৌই, দোহার অসিনা মাগী মনাউনূপী বাসন্তীনি।"

মহু তাবদা মহাক ঙকপগুম ত্তৌনা রাখল খজিক্কুং খন্থখি, অহুদগী অমুক হেন্না পূক্নীং চঙনা মখোয়দা য়েংহুনা মখোয়গী ঈশৈহু তাবা হৌরকই। মাগী মক্লপ অহুদি অমুক অনীরক হৌগত্তুনা থরায় য়াওনা শেল থারুই ( মহাক য়ু খরস্থু থক্লক্লে )। মমৈদা মাগী পৈশা অমতা লৈত্রে।

মহাক্লা ফম্ভিন্নরিবা প্রমোদতা ওক্সীন্দুনা খঙহৌদনা হায়রকই, "ভাই প্রমোদ, নহাকস্থু শেল থরা থারুদনা।"

"ঐদি শেল থাবা য়াদে, ঈশৈহনবী অসি ঐগী মরী-মতানি।"

মক্লপ অহুনা থরা ঙক্লা মাগী অঙাঙবা মমীৎ অহু লাওথোরকই, অহুগা হংলকই, "করি মরী-মতা?"

"ঐগী ইনেম্বোক অত্তোম্বীনি।"

"বা, বা!" অসি হায়রগা মক্লপ অহুনা লুকথরগা মোমোন নো ঙ্কুনা মঙক নোয়কই অহুগা মখুৎ তিংথোক্লহুনা হায়রকই,

"অহুগা পৈশাদি য়াওব্রা? নত থাবা য়াদ্রগা ঐ থারুগে কদায়নো পীরকউ।"

প্রমোদকী ফুরিৎখাউদা লুপা য়াঙখৈখক য়াওরি। মরূপ অহুনা হঞ্জিন হঞ্জিন হায়রক্লবদা মহাক্লা মাগী ফুরিৎখাউদগী পৈশা অহু লৌখোক্লুনা মঙোন্দা পীখোকখ্রে। মরূপ অহুনা হরাউ-হরাউনা হাইরং-তুরং তৌনা মান্দোপ ময়ায়দা চঙহুনা শেল অহু থারুরে। মহাক্লা য়াম্না পুক্নীং চঙলিবা অসি দোহার অহুদনি।

ঈশৈ লোইরবা মতুংদা প্রমোদ মমান্নবা অহুগা কায়নরে। মহাক মযুমলোমদা লাক্লা লাক্লা থোকখিবা থৌদোক অহুগী মরমদা থল্লকই। মমান্নবা অহুগী শাজৎ অহু মহাক কয়া হৈনখিদে। মহাক মাগা থায়না লাইরিক তম্মিন্নখিবা মীশক অমনি, মমিংনা চরণ কৌই, কুইনা তিন্নরুব্রবনি, মহাক মাগী মরমদা করিমতা খঙখিদ্রে। মুমিৎ অহুদা লম্বীদা থেংনরুহুনা মখোয় অনী লাক-মিন্নবতনি। দোহার অহুগী ফজবা মশক-মতৌ অহুদা মহাক্লা ঙাওখিবহু নীংশিংলকই, অহুদগী মঙোন্দগী নমহাহুনা শেল লৌরগা থাদোকখিবা অহুস্তু নীংশিংলকই। "কান্নদবা অরেম্বা থবক—মহু নাতৈ চাদবা অমনি," অস্তুম্না থন্না থন্না মহাক মযুমদা লাকই।

মহাক্লা মযুমদা হল্লকপহু পুং তরামাথোইমুক তারে। ইবেমহলহু ফমুংদা ফমহুনা মাবু ঙাইহুনা লৈরম্মী। মহাক মপুরোইবা হল্লকত্রি-ঙৈদা কৈদৌঙৈদসু তুমদে। অসিগুম্বা মতমদা মহাক উপন্যাসকুম্বা অমা পাহুনা মপুরোইববু হেক হেক ঙাইহুনা লৈ। ঙসিসু মহাক লাইরিক পারম্বদগী হৌজিক্তা ফমুংদা চঙলিবনি।

"ওসায়মথৈ তুমগ্রিব্রা ?" প্রমোদনা হংলকই।

"তুমগ্রি।"

মাগী নূপীনা মাবু ওাইহনা লৈরম্বা অদ্‌দা মুংঙাইবগুম তৌনা প্রমোদনা মোমোন নোক্লকই, অদ্‌গা মাগী থেঙনা হল্লকপা অদ্‌ মাগী নূপীনা মপুক্লোংদা শাউনীংলমগনি হায়না থনবা মান্না মহাক্না হায়রকই, "ইমায়বা অমা থেংনদ্‌না ঈশৈ তাথিসি হায়দ্‌না চংলুবদগী থেঙলক্লবনি। নহাক তাব্রা হৌজিক্কা লোইথিবা খুবাক ঈশৈদ্‌ ?"

ইবেমহলগী মায়থোঙদ্‌ ঈংনা উই, নোংমকাদোক কুম্মে য়েংবদগী থেঙনা হল্লকপা মপুরোইববু মানা করিম্মু শাউনীংদে, চুম্না মুংশা থীবা পোকপতনি। মহাক্না তপ্না খুম্নকই, "তায়, কনানো ঈশৈশকপীদ্‌ ? য়াম্না মুংঙাইনা তায়।"

"নখোয়গী ইমা অতোপ্পী ফজবীনি, মাগী মনাঙনূপী বাসন্তী হায়বী অমনা দোহার চংলি। ঐম্মু ঈশৈদ্‌ মুংঙাইমনগ্রদ্‌না লোইত্রিবা ফাওবা তাদ্‌না লৈরক্লবনি।"

ইবেমহলনা মপুরোইবদা ওক্লা থাজদনা য়েংলকই, অদ্‌গা হায়রকই, "হায়মা, মহাক ওইরে ? কনা ফৈদনা অদ্‌দি।"

"ঐদি নখোয়গী পাবুং ইম্নবকপ্রা য়েংবনি, অদ্‌বু মহাক লাক্তি লাক্তে।"

প্রমোদ মফি-মরোল হোংদোকপা লোইরগা মখোয় অনী চাকশঙলোমদা চঙশ্রে।

মাগী নূপীগা চাক চামিন্নরিঙৈদা প্রমোদনা ঈশৈশকপীদা নুপা

য়াঙখৈ থাদোক্লম্বগী রাফম অদু মতৌ করম্না হৌদোকসিগে হায়না থল্লকই। মহাক মপুন্সীদা ঈশৈশকপীদা শেল থাবা হায়বদু অমুক্তা খণ্ড্রি, ঙসিগী অসিনা অহানবনি।

"ইবেমহল, ঐদি ঐঙোন্দা য়াওবা লুপা য়াঙখৈদু থাদোক্লম্লে," প্রমোদনা চপ তিংনা ফম্নগা খঙহৌদনা হায়দোরক্লে।

ইবেমহলদু চাক হূকপা অদু লেপ্লগা মঙোন্দা খজিক্তং ঙক্লা থাজদনা য়েংলকই। মহাক্তি নূপীনিনা শেল-থুম চেকশিন্না য়ুম পানবা ঙম্নবা হোৎনৈ, অদুবু হৌগ্রবা থবক্তীদমক্তা মপুরোইবদা হঙৎনা ঙাঙবা অসি মাগী হৈনবী নত্তে। মহাক্না ঈংনা হংলকই, "ঐখোয়গী ইমা অতোম্বীনা শকপা ঈশৈ অদুদা য়ুংঙাইমনগ্রদুনা থাদোক্লম্বা নত্রা?"

মাগী নূপীনা থোইনা শাউদনা হংলকপা অদুদা প্রমোদ মশা খরা কোম্লে। মহাক্না ঈশৈদুদি য়ুংঙাইরবস্ু শেল থাবগী রাখলদি থন্দে, মাগী মরুপ্‌না মঙোন্দগী পৈশা অদু লৌদুনা থাখিবনি হায়বনচিংবা রাফম অদু মাগী নূপীদা তম্নকই। অদুবু মাগী মরূপ অদুনা তৌবগুম্না দোহার অদুগী ফজবা মশক-মতৌ, য়ুংশিবা খোঙেল অদুদা মহাক মশামকস্ু শুক্নাৎপ গুম তৌখি হায়বদুদি মহাক্না মাগী নূপীদা করম্না তমগনি?

# ২

ফজবীগা বাসন্তীগসি নম্বোলদগীনি। মখোয় অনীসি হেক পোকমিন্নবদি নত্তে, মপা মপা পোকমিন্নবনি। ফজবীগী মপানা অহলনি, বাসন্তীগী মপানা মনাউনি। বাসন্তীগী মপা অসি লমতুগী অফাওবা ঈশৈতৌবা অমনি। মানা মখোয় অনীবু ঈশৈ তম্বীরকই। ফজবীনা বাসন্তীদগী চহী তরামুক হল্লি। বাসন্তীনা অঙাং ওইরিঙৈ-দগী হৌনা মাগী মতুং ইন্দুনা মান্দোপ কয়াদা ঈশৈ শক্লকই, অতুগা লাইরিকসু অতুম তম্লকই। ( মাগী মচে অনী অমসু লৈ, মখোয়দি ঈশৈ তোদে, মখোয় নম্বোলগী অনকপা খুলশিংদা ময়ুম পানগ্রে। ) ফজবীদি নম্বোলগী আউটপোষ্টতা তারস্বা নুপী লৈবা থানা অমনা লৌরম্লগা থাইনবীরম্লে। মতুগী মতুং চহী মঙামুক লৈরগনি মানা বিজয়দা অমুক ময়ুম পানখ্রিবসি।

বাসন্তীনা ফজবীগী লীচম্বা য়ানীংদবা থরা লৈ। ফজবীসি তৌবা ঙম্বী, লন-থুমদা ঙাওই, অহল অমদা ময়ুম পাল্লগা য়ুম-হিঙ্গোলগী নামা মঙোন্দা পালহনবা হায়বসি কাহেম্না মশাগী ওইজবা থিবা থৌদোনি। মসি মহাক পামদে। বাসন্তীদি মাগুম্না

লন-থুমদা ঙাওদে, মপুন্সীদু কলাদা কথোক্লীংই, মসিদা ফংবা হুংঙাইবগা পুন্সীগী অতৈ হুংঙাইবা অনতগা চাংদম্নবা ঙমদে। অদুবু ফজবীনা হায়বদা মহাক্না য়ানীংবা অমত্তংদি লৈ মদুদি মহাক মচে অতৈগুম্না খুঙ্গঙদা মন্নুম পাল্লোইদবনি। মসিমক্না মাগী পোক্লফম ওইরবা খুঙ্গঙবু হুংশিদবদি নত্তে, মানা ইচম চম্না থাজৈ ইম্ফালগী পুন্সী অসি খুঙ্গঙগী পুন্সীদগী হেন্না হুংঙাইবা অমনি। অঙাং ওইরিবৈগী মতমদা লম্পাক্তা চেন্দুনা শান্নবা, লৌখোংদা ঙা ফাবা, লৌবুক্তা কাউথ্রুম তানবা, পাত্তা লোংখোনবা, মমাগী নতুং ইন্দুনা ঈনচিংবা চৎপা, লম্বাঙদগী চেঙহি ময়ান থিবা– পুন্নমক অসি য়াম্না হুংঙাইরম্মী, প্রকৃতিগা শাগোম্নরিবমখৈ পুন্নমক পুমকাউ কাউথোকপা ঙম্নম্মী ; অদুবু খরা চাউরক্লগা জ্ঞান তারকপা মতমদদি খুঙ্গঙগী পুন্সী অসি য়াম্না অফা-অপুন্নবা, মীৎ-না শিংদবা, পেম্ভোকপা ঙমদবা অমগুম তৌরকই। মাগী মমীত্তা উরকই মমান্নবী কয়া খুঙ্গঙদা ময়ুম পাল্লবা মতুংদা মচা-মশু খরা পোক্লগা লৌউ-শীংউগী থবক্তা মপুন্সী কেম্বা। মহাক্না খুঙ্গঙগী চীং-মান লৌবুক-লম্বাঙ, পাৎ-তুরেল খুদিংমকপু মশামক্কী পুন্সীগা তৎন-থানবা য়ান্নোইদবা মওঙ অমা ওইনা খন্দুনা হুংশিজরবসু, মাগী কে-নানবা, ঈশৈতৌবী অমা ওইবগী পুন্সীদু সহরদা লেল্লগা হুংঙাইগদবগুম খল্লি। অদুবু মাগী পুক্নীংদা অরেপ্পা অমা লৈবদি নত্তে। ঈশৈ তৌফম কয়াদা নাপল কাবা, নেশা চাবা, মশক খঙদবা মীওই কয়ানা নঙোন্দা শেল কয়া থাখি ; অদুবু মথোয়শিং অদু মাগী পুক্নীংনা খোয়দাক্লবা লৈতে। থোইনদুম মহাক্না মথোয়বু হঙ্গোইবা পোকই।

ফজবীদি অসিগুম্বা মীশিং অসি মুম্না খণ্ডগল্লি, মখোয়বু করিগুম্বা কান্দা মমল য়াম্না লৌবা য়াওই। মখোয়শিং অসিগী মন্নুংদা কনাগুম্বা মশা নানবা সাহেব শাবা নুপা অমদি মাগা য়াম্না লোন্দিম্নে। করিগুম্বা কান্দা ঈশৈ শককমদা মখোয়সি মাগী গাড়ীদা তোংহনা হেক হেক চৎপা য়াওই। মসি বাসন্তীদি য়াম্না য়ানীংদবনি, অদুবু মাগী মতুং ইন্দুনা ঈশৈ শকপা চৎমিন্নরিবনিনা মহাক মতুগী মরমদা রা কন্না ঙাঙবা ঙমদে। মানা মপূন্নীংদা ফাওবা অমদি অসিনি ফজবীনা মপুরোইবা অহল অসিবু 'পুম্মাঙ মাঙহনগদৌরি।

ফজবী মচা-মশু পোক্কে, অদুনা য়াম্না নীংতম্মী। মাগী মপুরোইবা অহল অদুনা মাবু করিমতা ঙাঙবা ঙমদে; মানা মতম চাবা চাদবা খঙদনা ঈশৈ শকপা হেক হেক চৎল্লি, য়ুমদা থেঙনা হল্লকই। মতম খরদি মাগী মপুরোইবা বিজয়না মতুং ইন্দুনা চৎলম্মী, অদুবু হৌজিক্তি মহাক মতুস্থ ঙমদ্রে। মহাক অয়াম্বা মতমদা লাই নীংহুনা লেপ্লে।

হন্দকী হিয়াঙ্গৈগী মঙানি পানবদা মখোয়গী লৈকাইগী মী ময়াম বসনা মথুরা, বৃন্দাবন, নবদ্বীপনচিংবা তীর্থ কোয়গদৌরি। মসিদা বিজয়সু য়াওগে হায়না মপূন্নীংদা লেপ্লে; মাগী মপুন্সীদা অদুগুম্না লাইফম্নচিংবদা অমুক্তা চৎলুদ্রি। নহা ওইরিঙৈদা মহাক লাই-তীন থোইনা থাজন্নমদে, অস্থুম্না লাই খুরুম্বা চৎপা অসি অরেম্বা মথৌ লৈতবা থবক্তি হায়না খল্লম্মী; অদুবু অহল ওইরক্লবা, ভোয়না নাহুনা পাজল শোম্মরক্লবা মতম অসিদদি ঈশ্বর নত্তনা চঙজফম অমা লৈতে হায়বসি মহাক খঙলক্লে।

চৎলনদাইগী মতমদা মহাক্না মচানুপীবু লাক্লবা পাউ থাখি, অদুবু মহাক্কি মশা ঙমদে হায়রদুনা মপাগী মনাক্তা লাক্লে। মহাক্কী মন্থপ্তা প্রমোদ ওইনা লাক্লে। মহাক মুরৈনবা শুট অমা শেত্তুনা, তাই পুন্দুনা মশা তনান তনাল্লা লাকই।

বিজয়গী যুমসি মখোয়গা থংনবা লৈকাইদা লৈ। প্রমোদ লাকপদা মহাক মাঙ্গোলদা কনদুনা লৈরম্মী।

"কাখৎলকউ, কাখৎলকউ ইবুংঙো," বিজয়না হায়রবই। মহাক্না মোরা অমা পুখোক্লুনা প্রমোদপু মাঙ্গোলদা ফমহল্লে। অদুদগী মহাক্না বৃন্দাবনদা চৎপগী ৱাফম অদু হৌদোক্লুনা প্রমোদতা ৱাৱী শাবা হৌরকই। মহাক্না হায়রকই, "চৎলমদাই অসিদা নখোয় অমুক্তং উরনীংদুনা কৌবনি, ইবেমহলদি অদুম লাক্লরোইদ্রা ? মহাকপু কয়াম বল্লা ঙমদ্রবগে ?"

প্রমোদতু খুক্ষন খওদনা ঙহাক চওরক্লে। অদুদগী মহাক্না লং লং তৌনা খুল্লকই, "কল্লা ঙমদবা নত্তে, পাবুং, মহাক্কন্থু শোয়দনা লাক্কনিদা।" অদুবু মহাক মপুক্নীংদদি খল্লকই, "পুম্নমক অসি নাতৈ চাদবা থবক্নি, ইবেমহলদি কৈদৌঙৈদসু লাক্লরোই।" মহাক ৱাদি ঙাঙদে।

বিজয়দি মরাল করিমতা লৈত্রবা, ধর্ম্ম লৈবা মী শাদুনা ইমুং-মমুংগী ৱাৱী কয়া শাবা হৌরকই। মহাক্না মশা শোত্থরকপগী, ধর্ম্মগী লম্বীদা থাজরকপগী ৱা কয়াসু ঙাঙলকই, অদুদগী নহারোল-শিংনা চৎকদবা লীচৎ-শাজৎকী ময়নদসু পাউতাক কয়া পীরকই। প্রমোদ অদুম তুমিন্না মানা ঙাঙবা অয়াম্বা তাদুনা লৈরে।

থাবলগী মঙাল লাক্লে।

ঙহাক ৱারী শারবা মতুংদা প্রমোদনা হংলকই, "অবোক অতোম্বীদি লৈবিগ্রা ?"

কজবীবু পল্লকপা অহুদা বিজয় পুক্লীং খরা হুংঙাইনা চীংলেম্না খুম্নকই, "মখোয় লুহোংবগী ঈশৈ শকপা চৎখি, হল্লকপা মতমদি ওইরে।" মানা হান্না করিগুম্বা খরা নীংলম্বগুম তৌনা অমুক হায়রকই, "নহাক মানা লাকপা ফাওবদদি ঙাইখোদনা।"

"য়ানি পাবুং, ঙাইজগে," প্রমোদনা খুম্নকই। অহুবু মহাক মপুক্লীংদদি নোক্লীংলকই, মাগী মকুবোক্লা মাগী নুপী মশক ফজবী ঈশৈতৌবী নহা অহু মহাক্না শঙনহন্নীংবা ওইরম্বা য়াই হায়না খল্লকই।

বিজয়না প্রমোদতা মাগী মপুক্লীংদা নীংলম্বা ৱাফম অহু শেংনা হায়দোরকই। মহাক্না বৃন্দাবন্দা চৎখ্রিঙৈদা মাগী নুপী ঙাক্তা লৈহৌগদবা য়ুম অহু মাবু খরা খরা য়েংশিনবীনবা ৱা ফোঙদোরকই। (মানা চৎখ্রিঙৈদা ফজবীগা বাসন্তীগা য়ুম অহুদা লৈহৌগনি।)

অহুম্না ৱারী শারিঙৈদা শুমাঙদা ফজবীগা মনাউনুপী বাসন্তীগা খাউ অমমম পায়হুনা চঙলক্লে। বাসন্তীহু থেঙলবা অহুদা ফজবীখোয়দা লেক্লবা লাক্লবনি।

"নখোয় লাক্লবোইরে ?" বিজয়না হায়রকই, অহুদগী মাঙোলদা ফম্লিবা প্রমোদপু মশক তাক্লহুনা মখা তারকই, "নয়ানুপাহু লাক্লি।"

মুংশিবা মনম চেনবা ফিজোলগী মখোল থোক্লা ফজবীনা

মাঙোল্লদা কাখৎলকই, অদুগা মানা চৎলুবদু খরা থেঙলকপগী মরুনদু মখোল মেঙনা ঙাঙবা হৌরকই।

মাগী মতুংদা মরু লুক্না বাসন্তীসু কাখৎলকই। থাবলগী মঙাল অদুদা প্রমোদনা বাসন্তীবু অদুম মশক থঙই, মাঙোপ ময়ায়দা ঈশৈ শকপদা উখিবা মাগী ফজবা শকফম, মুংশিবা খোঙ্জেল, শাথেক-শাবান খুদিংমক নীংশিংলি।

"ইবুংঙো, ইমুংদা চঙলগা ফম্মোদনা, চাগা থকখিসি," ফজবীনা হায়গী নৌথবা খোঙ্জেল অদুদা অদুম হায়রকই।

প্রমোদ ফজবীনা কৌশিন্দুনা মখোয়গী ফমফম কাদা ফম্মে। ফমফম কা অদু য়াম্না চাউবা নত্রবসু য়াম্না তরু তনাম্না শেম্মী, ফক্লাংগী অকোয়বদা ফজবা লাই কয়া থেৎলি। ফজবীগা বাসন্তীগা মখোয় অনীগী ফোটোসু থেৎলি—মখোয়না জগোয় রাসতা ঈশৈ শকপগী, মাঙোপতা ইচম চম্না শকপগী, মনা লৌবগী ফোটো অসিনচিংবা কয়া য়াওই। প্রমোদতি ইপঙ পঙশিনবগুম তৌই,' মী অনৌবা অমগা শকখঙনবা অদু ইকোই কোইনা থোকই। অদুবু মাগী মনেম্বোক অতোম্বী অদুদি মাবু থোইনা কোইদে, ঈশৈ-তৌবীগী হৌনবা মীখোন-মাখোল্লা, মখোল মুংশিনা মঙোন্দা রা কয়া ঙাঙলকই।

ফজবীনা মফি-মরোল হোংদোক্তনা প্রমোদকী মনাক্তা চৌকি অমদা ফম্নগা হায়রকই, "ইবুংঙো, ঐখোয়সি মরীনি মতানি হায়দুনা শক ফাওবা থঙনম্রে, লম্বীদা উম্নরগা কৌনরোইদৌরি। থরা থরা চখোরকউনে।"

"অহোয় অবোক, 'সিদগী চখোকচরক্লগনি,'' প্রমোদনা খুম্নই।

ফজবীনা বাসন্তীবু কৌহনা চা লোম্নবা হায়রবই। অদুদগী মহাক্না মপুবোইবগী মরমদা স্নুংশিবা মান্না হায়রকই, "খঙদে ইবুংঙো, হন্দক নঙগী পাবুংনা বৃন্দাবন্দা চৎকনি হায়রুনা তৌরিবসি, মপাঙ্গলন্থ ইকন কল্লবদা। ঐদি কল্লা থাম্বনি, অদুবু মানা য়াবা কৌবা লৈত্রে। অদুদদি ঐস্থ লাইবক যেংলুরসন্থ থন্দুনা লৈরবনি, লৈকাইগী মীশিংস্থ থরা মযাংগরি হায়রুনা।"

প্রমোদনা মানা ঙাঙবন্থ এক লুরা তানা তানা মরক মবক্তা অমুক মমায হনগৎলকই। ফজবীগী মীখোনবা মীৎযেং, মোমোন নোকপা মীনোক, চাং মাঙ্গলবা যাতোন, তুমডক ওৌবা নাতোন মীৎপান্দা খজিক খজিক খুইরবা অদুবু মুন্না যেংলরবদি উদবা— পুন্নমক্তু মহাক্না উরকই। প্রমোদনা মপুক্নীংদা খল্লকই—মগুণদি লৈবী নুপীনি, ওশেংনমক অচম্বী অম'দ নত্তে, মসিননি মাগী মকুবোক্না মঙোন্দা ঙাওরিবসি।

মহাক ফজবীনা ঙাওবা অযাম্বা অতুন তাদুনা লৈরে। মহাক্না খল্লি মখোয অসিদা তোপ তোপ্না গুণ থবদি লৈ। মহাক মতম কুইনা লংযৈদা লাইবিক ওমহনা লৈকরে, অদুবু অসিগুম্বা মী অমা থেংনহনা মাযপুননা বা ঙাঙনবা ঙমদে।

মীকুপ থরগী মন্নুংদা বাসন্তীনা ট্রে অমদা হাপ্লুনা চা পুথোবক্লে। মহাক ফি মতুপ অঙাওবনা লাংবা অমা ইল্লি, ঈশৈ শকপা চৎলুবগী কেবা মাযখোঙগী লৈতেং—চন্দন, পাউদর, কাজল,

চৌনবান্দা ঙাঙভক তৌবা লিপষ্টিকী মচু শুম্লক লৈরি। মহাক উরুবদগী ফজবীগী শুক্কংপা মতৌ অদু থম্মা হৃৎখিনবশুম তৌই। মায়থোঙ মওঙ-মতৌদি মথোয় অনী ফবা মানৈ, অদুম ওইদুনমু ফজবীদি চহী থম্মা লৈশিল্লকপগী মমায় ময়েং থম্মা তাদ্রে, মীৎকম হুঞ্জিল্লে ; বাসন্তীদি মমায়দু মীৎ থক্কংনা নাল্লি, মৈঙাল অঙুলা মাগী মায়থোঙদু অনৌবা থা অমা থোরকপগুম নীংখিজনা উই ; মাগী মমীত্তু, নহা ওইবগী হৈনীংবা, ইকাইথীবা, শুন্নাৎনীংঙাই ওইবা মতৌ অমা লৈ। মহাক্তি ফজবীগুম্না মশাদা সনাগী লৈতেং যাম্না শিদে, অদুম ওইনমক প্রকৃতিনা মীওইবদা অমুক্তমক পীথোরকপা থ্বাইদগী মপুং ফাবা যৌবনগী ফজবদু মাগী মশাদা তিল্লি।

"থম্মু থম্মু", ফজবীনা হায়রকই, অদুদগী প্রমোদতা ওন্সীল্লুনা অমুক হায়রকই, "ঐগী ইনাউনুপী বাসন্তীনি, ঐথোয় অনী ঈশৈ শকপা চৎলুবদগী থেঙলদুনা ঐথোয়দা লেক্লুরসি হায়দুনা লাক্লিবনি। নথোয়মু মশক খঙনৌ।"

প্রমোদসু ফজবীনা হায়বা অদুদা বাসন্তীদা খঙনবা হৌবগী মওঙদা থজিক্তুং য়েংলুই। বাসন্তীদি ইকাইবশুম তৌনা লুকথরুনা লৈখি। প্রমোদ ব্রা ঙাঙকম খঙদে। তাঙ্গা অদুদা মানা তৌগদবা করিনো খঙদে। মহাক মসিমতংদি খঙই বাসন্তীদি মচেগুম্না তৌদে, ইকাইথী, অদুগা মাগী ইকাইথীবা অদুদা মাগী ফজবা, শুক্কংপা মগুণ খুদিংমকসু য়াওই।

বাসন্তীদু হংঙোইবশুম তৌনা চৌকিদা ফমদে, ফক্লাং মগ্নাদা লেপ্পুনা লৈ।

অহুবু তাঞ্জা অহুগী মরিং মরাংবা মতৌদি করিস্থ লৈতে; ফজবীনা বা লস্তনা ঙাঙহুনা থৌদোক অহুবু মপুং ফাহল্লি।

প্রমোদস্থ বা ঙাঙকম খঙদনা ঈশৈগী বারী শারকপদা হায়রকই, "ঐহাকস্থ নহানমুক ঐথোয়গী থংনবা লৈকাইদা অদোম্না শকপা ঈশৈ তাজরে।"

"ও, তায়রা? কাংগী নিঙোল পালি মুনিত্তা", ফজবীনা হয়াউনা মানা শকখিবা অহুগী মরমদা প্রমোদকীস্থ মরনাই মত পীহল্লীংবগুম তৌনা মমীংনা মোমোন নোক্লুনা হায়রকই, "ঐথোয়গী বাসন্তীস্থ য়াওই, নত্রা?"

"অহোয়, ঈশৈহু য়াম্না মুংঙাইজগ্রে," প্রমোদনা খুম্নকই, অহুগা ভাব তাহৌদনা মমাঙদা লেপ্তুনা লৈরিবা বাসন্তীদা য়েংলকই।

বাসন্তীদ্ মমায় থরা ঙাঙলপ্পা অহুম নোঙ্‌হুনা লৈ।

তাঞ্জা অহুদা কাহুদা প্রমোদকী মকুবোক বিজয়স্থ চঙলক্লে, মহাকস্থ মথোয়গী বারী শাবা অহুদা য়াওররে। মহাক্লা প্রমোদতা হান্নবা হায়থ্রবা—মহাক্লা বৃন্দাবন্দা চৎখ্রিঙৈদা মাগী ইমুং-মস্থুংহু থরা য়েংশিল্লম্নবগী বাফম অহু অমুক হন্না মথোয় ময়াম পুল্লগা হৌদোরকই।

মথোয়গা ঙহাক বারী-বাতাই শারগা প্রমোদ হল্লক্লে।

অস্থুম্না মুমিৎ অহুদা মহাক মকুবোক্কী ময়ুমদা অহানবা ওইনা অনৌবা মীশকশিং অহুগা শকখঙনবা হোরে। মহাক ময়ুম য়ৌবা ফাওবা মগুণ লৈবী মুপীশিং অহুসী মরমদা খন্দুনা হল্লকই। অসিগুম্বা

কলাকারশিংসি মহাক মপুক্লীংদা ব্যবহার তৌই, অদুবু তমকমদি খঙদনা মখোয়বু কিবা খরস্থ লৈ। মখোয়গী তোপ তোপ্পা রাখল মথল, লমচৎ, মগুণ খব্রা অদুননি মাবু ভাব তাদনা কিথী-কিরুম তৌহল্লিবসি।

তুমমদাইদা ফমুংদা হীপ্পা হীপ্পা প্রমোদনা গুসিগী নৌনা শকখঙনরুবা মীশিং অদুগী মরমদা খন্দুনা লৈ—মরু ওইনা বাসন্তীগী শুক্ষ্মৎপা শকফম, ফীবম-মূর্ত্তি, মাবু উবদা ইকাইবা মতৌ অদুনি। নহানমুক ঈশৈ তাবা মতমদস্থ বাসন্তীগী ফজবা শকফম, খোঞ্জেল অদুনা মাগী পুক্লীংবু হুবগুম তৌগ্রবনি। মাগী মরূপ চরণনা হুমিৎ অদুদা মফম মরাং খঙদনা শেল পঙথাদা থাখিবা অদু নীংশিংলগা মহাক খোয়শাউনরকই, অদুগা খল্লকই, "মদু পুম্নমক অদু অরেম্বনি, মহাক বাসন্তীগীদমক মতীক চাবা মীশক অমা নত্তে।" অদুগা অমুকস্থ মশাগী কল্লকপা মানবা রাখল অদুবু নীংশিংলুবদা মহাক ভাব তাজরক্তে, মরমদি মহাক মশামকস্থ অদুক ফজবী অদুগী মতীক চাদবগুম্না খল্লি, অদুগীস্থ মথক্তা মহাক হান্না নুপী থিরবা মীশকনি। অস্থুন্না রাখল মণ্ডল মণ্ডল খল্লম্নগা মহাক তুমথগ্রে।

# ৩

ঙ্গুমিং থরনি লৈরগা বিজয় বৃন্দাবনদা চৎখ্রে। প্রমোদ মাগী মকুবোক্লা হায়রম্বা মতুং ইন্না ফজবীখোয়দা মরক মরক্তা চৎলি; অহানবা চৎপদদি মখোয়গী য়ুমহু থোঙ লোন্দুনা লৈরম্মী, ঙ্গুমলোম্বা মীনা মহাক ঈশৈ শকপা চৎখি হায়না তম্লকই। অনীরকণ্ডবা চৎপা অতুদদি ফজবী ঈশৈ ঔরাইত্নুনা লৈরম্মী, বাসন্তীসু লৈরম্মী। ফজবীনা মাবু তম্নাম তম্নাম্লা তৌই, মাগা রারী-বাতাই কয়া শাই। অঙ্গম্লা মহাক মখোয়দা মরক মরক্তা চত্তুনা মখোয়গা থরা লোন্দিরে। প্রমোদনা খঙই মাগী মকুবোক্লা মঙোন্দা শেল-থুমগা মরী-লৈনবা থবক অমতা শিন্নরম্বা লৈতে, মাগী নহা ওইবী নুপী অহুবু চুম্লা থম্লা য়েংশিনবীনবা নত্রগা শেম্মনবা হায়রম্বতনি।

নোংমদি প্রমোদনা ফজবীগী মনাক্তা চৎলুবদা অঙকপা থৌদোক অমা থোক্লে। ফজবীহু লংকৈদগী লাকপা টেলেগ্রামগী চে অমা পায়রত্নুনা কমুংদা কপ্পুনা লৈরম্লে। মহু মাগী মপুরোইবা বিজয়হু লংকৈদা খঙহৌদনা লৈখিত্রে হায়না চৎমিন্নবা মীশিংনা মঙোন্দা খঙহল্লকুনা থারকপনি। প্রমোদনা চঙলকপদা মহাক্লা

থৱায় শোক্লা কপ্লদুনা টেলেগ্রামগী চেদু শূরু শূরু নৈশিল্লদুনা হায়রকই, "লোইরে ইবুংঙো, পুম্নমক লোইরে।"

প্রমোদনা চে অদু লৌদুনা যেংলকই, মাস্তু পাউ অদু তাবদা খঙহৌদনা শকক্ষম হোংগ্রে। ফজবীদি জ্ঞান তাদনা মমায খুমহুনা কপ্পুনা লৈগ্রে, মানা হংবা রাহংগী পাউথুম ফাওবা খুমগনি খঙখিগ্রে।

প্রমোদস্তু চমম্নগ্রে, মতাং অদুদা মানা হায়গদবা, থেমজিনগদবা রা কপ্নিনো মহাক কপ্নিমতা খঙদে; মহাক মশামক পূমপঙ পঙ-শিনবগুম তৌই। টেলেগ্রামগী তেল্লবা মরোলদু নত্তনা মহাক থৌদোক অদুগী মরমদা কপ্নিমতা খঙগ্রে; মরোল অদুদা অস্তুম্না ইরি, "মথুরা চৎপগী লগ্নেন্দা বিজয় খঙহৌদনা নাক্লুনা লৈখিগ্রে।"

কপ্পমখৈ কপ্পুরগা ফজবীদু ফিনা মপি তৈথোক্লুনা মমায় হনগৎলক্লে, অদুগা হায়রকই, "ঐদি যাম্না হায়জবনি চত্তনবা, মহাক্না য়াবা লৈতে। মুমদা ফাওবা শোন্দুনা লৈরবা, অদুগা কয়ম্না লংকৈদা চৎকদৌরিবনো? ঐদি মাঙজরে ইবুংঙো, পুম্নমক মাঙজরে।"

মুমিৎ অদুদি ফজবী ভাব তানা বাবী শাবা যাদ্রে। প্রমোদ মাবু ঙস্বমখৈ থেমজিল্লগা মযুমদা হল্লক্লে।

মযুম য়োম্নগা মহাক্না ইবেমহলদা মপাবুং লংকৈদা লৈখিদবগী পাউ অদু তম্নকই। ইবেমহল মপাবু শাউনীংবা কযা লৈরবস্তু পাউ অদু তাবদদি মমীত্তা পিরাং শিস্তুরকই।

ইকুই কুইদনা বিজয়গী অশিবা মশাদু চৎমিল্লখিবা মীশিংনা

পুথোরক্লে। মাগী অস্থি, শ্রাদ্ধনচিংবত্থ পাঙথোকখ্রে। মঙ্গী তুংদা প্রমোদ ফজবীথোয়দা চংখিদ্রে, মাগী মরা-মপাউ তাখিদ্রে।

থা মঙামুক হৌখ্রে।

প্রমোদনা নোংমা মাগী মবমদা অঙকপা পাউ অমা তারে, ফজবীত্থ মাগী মপুরোইবগী সম্পত্তি পুম্নমক য়োষ্থোক্লম্নগা অফিসার অমদা মযুম পানখ্রে। অস্থুম্না হায়নৈ নূপা অত্থ মাগী মপুবোইবা লৈরিভৈদগী হৌনা মাগা লোয়নবা মীওইনি, মাগী ঈশৈ শকক্ষম কয়াদা নূপাত্থনা গাড়ীদা থিন্দোক-থিঞ্জিন তৌই, নূপা অত্থগী প্রমোসন কাবগী শেল কয়া মানা পুথোকখি। প্রমোদ মত্থ তাবদা ফজবীবু তুক্কচনা অমস্থুং হঙ্গোইনা থনবা হৌরকই; নোংমা মানা চংলুবদা ফজবীনা মপুরোইবা লৈখিদবগী মথবায় শোক্লা কপ্তুনা লৈরমত্থ নীংশিংলকই, অত্থগা থল্লকই, "কয়াদা হৈগ্রবনো! অরেম্বা মীৎকী পি, পুম্নমক্তু তৌশিন্নবনি।"

হৌজিক ফজবীত্থ মাগী মরী-মতা ওইদ্রে, মাগা লাপথ্রে; অত্থবু প্রমোদ করিগুম্বা কান্দা মথোয়দা চংলুবগী থোদোক খরদি হেক হেক নীংশিংই—মরু ওইনা বাসন্তীগা মরী লৈননা। মহাক্লা বাসন্তীত্থ মচেথোয়দা লাকপদা ব্বারী শাখ্রে—পুম্নমক অচম্বা ঙাক্তনি। অত্থবু মাগী ইতিং তিংবা ব্বাঙাঙ-শঙাঙ, মীৎয়েং অত্থনা মাগী পুক্নীংবু হায়নীংঙাই লৈতনা শুন্ধৎখি। মহাক নূপী লৈরবা মীশকনি অত্থগা বাসন্তীনা মযুম পান্দ্রিবীনি হায়ব্বসি মহাক নীংশিংই। বাসন্তীত্থ মঙোন্দা ঙস্বমথৈ চম্না ব্বারী-ব্বাতাই শানবা হোৎনৈ।

প্রমোদনা মাগী অচেৎপা শকফম অদুবু কিদবা, বাবহার তৌদবদি ঙমদে। মহাক্না করিগুম্বদা বাসন্তীদা লকুখিবা য়াওই, "ঐ নহাক্কী ঈশৈবু মতম লৈবা খিবিক্কা তানীংবনা খৌরাংদুনা লৈ।" মহুদা বাসন্তীনা য়াতোন ইরং লংনা নোক্কুনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকখি, "অওইব্রা? য়াম্না থাজদে। লাইব্রিক হৈবা অচৌবা সাহেবনবু ঐখোয়গী ঈশৈসিবু তাবা হৈনব্রা?" মানা বাসন্তীগী ঈশৈবু তানীংই হায়রিবদু অশেংবনি হায়বগী প্রমাণ ওইনবা রাহৈ কয়ানা কোইনা মাবু থাজনবা হায়দুনা লৈখি, অদুবু বাসন্তীনা মহুদা থাজদনা মঙোন্দা মমীৎনা মোমোন তৌনা নোক্কুনা য়েংদুনা লৈখি। প্রমোদনা মাগী ঈশৈদু তানীংবগী ঈখৌলাংবা উত্তুনা বার্ত্তানিনচিংবা তৌরকপা মফম হংখি; মতুদসু বাসন্তীনা অদুম থাজদনা নোক্কুনা হায়রকখি, "ঙসি নোংমা নীনি অসি বার্ত্তান লৈতে, তানীংলগা রেডিওগী প্রোগ্রামদা তাবীয়ু।" মানা প্রমোদতা মাগী শক্কদবা মতমদু শেংনা তাক্লকখি। অসিগুম্বা মুমিত্তা প্রমোদনা রেডিও মনাক্তা খৌরাংনা মাগী ঈশৈ তাগদবগী ঙাইদুনা লৈখি।

পুম্নমক অসি ইচম চম্বা থোদোক ঙাক্তনি, অদুবু প্রমোদনা মখোয় অদুবু হেক হেক্তি নীংশিংই।

মুংথিল অমনি। প্রমোদনা বাজারদা থোরকপদা মাগা নোংমা কাং মতুংগী হরিশয়ন মুমিত্তা ঈশৈ তামিন্নখিবা মরূপ চরণ অদু থেংনরুরে।

"হেল্লো প্রমোদ," মহাক্না খঙহৌদনা লম্বীদগী কৌরকই। অদুদগী মানা প্রমোদকী মনাক্তা চঙশিল্লক্লুনা হায়রকই, "ঙাইখো

চা থকখিরখিসি, করিগী হাথু হাথুরিবনো ? উরদবা কুইরে।"

প্রমোদ মাগী নূপী নাবগী হীদাক লৈবা থোরকপনি, অছুবু মহাক মক্কপু্না হায়রবছুদা মুংঙাইত্রহুনা মাগা হোটেল অমদা চঙ-খিররক্লে ।

"কমদৌরি মুংঙাইরিত্রা ?" চরণনা হংলকই ।

"মুংঙাইরি।"

মখোয় অনী জ্ঞান তানা ফাল অমদা ফমবা মতুংদা চরণনা মশাগী বারী কয়া শাবা হৌরকই। অছুদগী মানা খঙহৌদনা হায়রকই, "প্রমোদ, নখোয়গী মরী-মতা বাসন্তীছু ·· ··· ।"

"মহাক হৌজিক ঐখোয়গী মরী-মতা ওইত্রে," প্রমোদনা মরক থৎলছুনা হায়রকই।

মহাক্না হায়রিবা অছু মমাংবা অছুনা ভাব তারছুনা হায়রকই, "ও, মচেনা মমুম অমা পানথিবগী বাদ্রা ? করে, অমবু ওইরবছু অমবু ওইরবছু মহাক নখোয়গী মরী-মতাদি ওইরম্মীদনা। মহাকপু ঐনা মুংশিরুরে।" বাফম অসি হায়রগা চরণনা খঙহৌদনা নোক্লকই।

সন্ধ্যা ওইরে। মুংশিবা ধুপকী মনম ফাওরকই, হোটেলদ্মী চিনবা হেনগৎলকই। পোৎ-চৈ পুরক্লবা কৌথোক-কৌশিন তৌবা, কপ প্লেটকী মখোলনা চক্লাঙনবা হেনগৎলকই ; অদ্বু চরণদি মাগী মরনাই বারী অছু পুক্নীং চঙনা শাদ্না লৈ।-মহাক্না শমথরকই, "ঐ মখোয়গী ঈশৈ শকফম খুদিংদা চৎলি, লৈশা থায়— খঙলেদনা নহানমুক্কীদো। মহাক্না ঐবু হৌজিক মশক মুন্না খঙলে।

হৌখিবা য়াউশঙদা ঐখোয় থাবল চোংমিন্নৈ ; মহাক খঙলমখিরোই ঐগী নখোয়গী আউটপোষ্টতা লৈরে।"

মহাক্না মন্থু হায়রকপদা প্রমোদতু খন্না ওকই, মাগা থোইনা নক্ন্না তিন্নবা নন্তবনা চরণন্থু সরকারগী থবক অমা পায়রে হায়বসি মহাক খঙত্রি। চরণনা মথন্তা হায়জরকই মহাক হৌজিক পুলিস ডিপার্টমেন্টতা এ, অস, আই, ওইরে।

মাগী নুপী নাহুনা লৈহৌবনা প্রমোদতু মমুমদা থন্না থুনা চৎনীংবনি, অদুবু মহাক হৌগৎপা যাত্রে, চরণনা মথং মথং ঙাঙহুনা লৈরে। "হন্দক খৎন-চৈনবা অমা থোক্নুনা মখোয়গী মবুং থোকপা অমা ফাহুনা লৈরম্মী। ঐখোযনা মাবু থাদোকপীখ্রে। নখোয়গী ইনেঙ্গোক অতোপ্পী ফজবীহু ঐখোয়দা রানোম্বা লাকই," অসি হায়রগা মাগী ঙাঙলপ তৌবা মায়থোঙহু নোকমি নোকমি তৌরকই, অদুগা অমুক শমথরকই, "মহাক সনানা পুমঙাঙ ঙাঙনা শিরগা মাগী অনৌবা মপুরোইবা অফিসার অদুগা কেনা জিপ তোংহুনা লাকই। মহাক হৌজিক্না হেন্না ফজথোক্লে। মখোয়সি মুংঙাইবা হৈবা মীনি, নত্রা ? মখোযনা হৌখিবা পুন্সীগীস্থু করিস্থু থন্দে, ফুংগীস্থু থন্দে, থসি নত্রা মুংঙাইবা ?" মানা চা থক্না থক্না অর্থ লৈনা নোক্লকই, অদুগা অমুক শমথরকই, "মহাক্না মাগী অনৌবা মপুরোইবা অদুগী থবক কানবা হোৎনবদা পৈশা য়াম্না পুথোকখি হায়না তায়—নখোয়গী ইকুবোক্তগী ফংহৌবা সম্পত্তি পুম্নমক য়োম্থোক্নুনা।"

প্রমোদ মাগী ইমুং-মচুংগা মন্না লৈনবা রাফমদা মীতোপ

অমনা অত্থুক য়াম্না ঙাওলকপত্থু কয়াদি মুংঙাইতে ; অত্থুবু মাবু লুনা তৌরম্বা মাগী মকুনোক্কী মরল-মথুম পুম্নমক মাঙহনগ্রবী ঈশৈতৌবী ফজবীবু নিন্দা তৌহুনা খল্লবই, "মহাক ওম্থোকপা নুপী অমনি। মহু তৌহৈদবা থবক্কি। মহুগী রাখলনা হৌজিক ইবেমহলম্থু নাম্বে।"

চরণনা হায়রকই, "বাসন্তীম্থু হৌজিক মাগা ঈশৈ শকপা চংগিম্রদ্রে। মানা ফজবীবু হন্দক্কী থৌদোক অত্থুদা য়াম্না শাউই। মহাক্কা হায় মহাক ঈশৈ শকপা চংপা মতম থম্রা লেপথিগনি।"

"অত্থুদি মখোয়গী ইম্মুংথু রাম্নোইজ্রা?"

"রানীংঙাই লৈতে, মখোয়গী মমী-মতা অমগা তৌনবা লোগী কেস অমা মখোয়না ঙমলে। মখোয়গী ফৌ মম্নাং কায়না লৈ। অত্থুগা মহাক্কী মপাম্থু অহল ওইরবম্থু ঈশৈ তম্বীম্নি। মহুদগী মখোয়গী পৈশা ওক্লবা লাকই।"

"য়াম্না ফম্নে," প্রমোদনা হায়রকই। অত্থুবু মহাক্কী মপূক্নীং-দদি মীশক অত্থুগা বাসন্তীগা য়াম্না নকশিম্নবা মানবা মওঙ অত্থুগীদমক খোয়রাঙ খোয়শাউনৈ ; মাগা লাইরিক তম্মিম্নরকপা চরণ অসি কয়া ওক্কবা, চালাক লৈবা মীনি, মহাক্কা বাসন্তীগী মপূক্নীং ওম্নবা করম্বা রাঙাঙ ঙাঙলমগদগে নত্রগা করম্বা লীচং চংলমগদগে মহাক খঙবা ঙমদে।

চরণনা হায়রকই, "লম অত্থুগী ইনাক খুনবা, লৌযাম চাবা নত্রগা সরকারগী থবক তৌবা মীশিংনা কাওবা মহাকপু হায়বা সাকই, অদুবু মখোয়গী মপা-মমানা মাবু মফম অদু রাইজা থাজ-নীংদে, বাসন্তী মশানম্থু লরায়দা লৈনীংদে, ইম্ফালদা লৈবা

পাম্মী।" (মহাক মশামক ইম্ফালদগীনি হায়বা মওওদা মানা ৱাকম অদু হায়রকই।)

হোটেলগী মীশিংদু চিনবা হেনগৎলকই। মখোয়না ফমফম কনশিন্দুনা কুইনা ৱারী শাদুনা লৈবা অদুদা হোটেলগী মেনেজর মররারী মকোইচোম্বা অদুনা মখোযদা মুন্না মুন্না য়েংলবই।

"হৌগৎলসি," প্রমোদনা খঙহৌদনা লেপখৎলদুনা হাযরকই।

চরণনা হোটেলগী মপুদা পৈশা পীরম্নগা মখোয় লম্বীদা থোরক্লে। মহাক্না প্রমোদতা লম অদুদা অচৌবা শাবগী, মদুদা লৈবা কুইদ্রিবৈঙদা লম অদুগী মরু ওইবা, মচীন চৎপা, তৌবা ঙম্বা মীশক কয়া খঙনবগী, মখোযগা যু থকমিন্নবগী, জুবার শান্নমিন্নবগী ৱারী কয়া অমুক শাবা হৌরকই।

প্রমোদসু মশাগী ওইবা ৱারী খরা শাবা হৌরকই। মহাক্না হায মহাকসু হৌজিক মাওদা ট্রান্সফর তৌবগী ওর্ডর থোক্লে, মুমিৎ খরনিগী তুংদা মফমদুদা চৎলগনি।

মহাক মক্লপ অদুগা কায়নবা অদু ফনা য়াম্না মমথরক্লে। বাজারগী দুকান খুদিংমক মৈ ঙান্না থানগৎনরক্লে, সড়ক্তা খোঙনা চৎপা, গাড়ী তোংবা মীনা পীক থল্লি। কৈথেল মমুংদগী পোদোনগী অমুবা তেঙ্গালিনা শঙশিংগী মথক্তা মম্না হাইগৎলক্লে। প্রমোদ ৱাখল থম্না থম্না ময়ুমদা থুনা চৎপা হৌরকই। মতমদু থেঙগ্রে। মহাক নাদুনা লৈহৌরিবী মাগী নুপীগী হীদাক লৈবা থোরক্লগা অদুম্না থেঙনা হুল্লকপদু মানা করি খল্লমগদগে হায়না খনবা হৌরকই। "কান্নদবা অরেম্বা ৱারী ঙাক্তা," মহাক্না মপুক্লীংদা

থল্লকই। অদুবু বাসন্তীগা মরী লৈনবা রারীশিং অদুগীদমক্তদি মহাক রাদবা ওমদে, মরমদি মহাক্কা চরণগুম্বা মীশক ফংদ্রগা অদুক য়াম্না নকশিন্নবা মানবন্ধু মহাক পামদে। অদুবু মহাক্না বাসন্তীগী রাথল খূদিংমক অদুবুদি করম্না থণ্ডলুগনি ? মী খূদিংমক্কী নীংতম্বা রাথল লোইনা লৈ। কনাগুম্বা মী অমবু অত্তোপ্পা অমগী অশাম্বা মতুং ইন্না থবক খূদিংমক তৌহনবা ওইথোক্তে।

নাহুনা লৈরিবী ইবেমহল মপুরোইবগী ট্রান্সফর তৌবগী হুকুম ফংবদা য়াম্না নুংঙাইত্রে। অদুবু সরকারগী য়াথংনিনা প্রমোদতি চত্তবা য়াদ্রে, মহাক থুনা চৎপা তারে। মহাক্না ইবেমহলগীদমক থবক লোয়্নবা, সেবা তৌনবা নুপীমচা অমা থম্নবা শীল্লে।

চৎলমদাইগী অয়ুক অদুদা প্রমোদনা ইবেমহলগী ফমুং ময়াদা লেপ্লদুনা হায়রকই, "ঐ চার্জ হেক শিন্নরগা থুনা অমুক লাকপা য়াত্রা য়েংগে।"

ইবেমহলদু মপুরোইবগী রা অদু তারগা মমীৎ অনীমক্তা পি শিন্থরকই। মহাক মাবু কৈদৌঙৈদসু চৎহন্নীংদে। অদুবু মতাং অদুদদি মহাক মপুরোইববু অমুক থামদ্রে। মহাক্না মাগী মঙ্গলগীদমক মপূক্নীংদা ঈশ্বরবু খুরুমজরকই, অদুগা পূকচেল থরা চাউথৎনা হায়রকই, "করে য়োৌবীরুরো, ঐগী হকচাংসু থন্নদি নুংঙাইরে, চার্জ শিন্নরগা থুনা অমুক লাকপা য়াত্রা য়েংবীয়ু।"

ইবেমহল কপ্পা কপ্পা লৈহৌরে।

প্রমোদ ময়ুমদগী থোরক্লে। বস তোংদুনা চৎপদা অয়ুক্কী

অঙ্গংবা মুংশিংনা খোঙনাউদগী মমায়দা য়ৈরকই। লৌবুক-লম্ফাঙ, তুরেল, অশংবা চীং-মান অদুনা মহাকপু মপূক্লীং নৌখোকহল্লকই। মহাক মহৌশা ছাত্র ওইরিবৈদা ময়ুম থাদোক্লুনা কয়ারক লংকৈদা চৎলুরে, ফনা কুইনা লমদা লৈকবে, অদুবু ঙসিগী অসুম্মা অমুক্কা পূক্লীং মুংশিবা য়াঙখিদে। মহাক্লা নাতুনা লৈহৌবা ইবেমহলবু নীংশিংলকই, অদুগা কনাগুম্বা মী থবনা মাবু লাকচনা তৌগ্রবগুম থনবা হৌরকই। মহাকপু অসুম্মা চীংদা পোষ্টিং থাবা অসি চংফম থোক্লুনা চৎপা ওইবসু যাই, অদুবু মহাক্লা মত দগি অমগুম খল্লকই। অসুম্মা ঘোর ইহন হুম্বনা লৈরম্বদগী থঙহৌদনা মহাক্লা বাসন্তীবু নীংশিংলকই, মহাক্লা হরিশযন মুমিত্তা ঈশৈ শকথিবা, মাগী কুচু-কুমেন মাযথোঙ অমদি ফীবমগী ফজবা, ঙনৌ ঙনৌবা খুৎশা, ফিজোল পুম্নমক্কী ফজবদু মপূক্লীংদা উরবই, করিগুম্বদা মাবু পূক্লীংদা মুংশিগে তৌখিবা, অদুবু মাগী অচুম-অরান থনবা রাখলনা মাগী পূক্লীংবু খামথিবা পুম্নমক্তু নীংশিংলকই। অদুবু মানা চৎলমদাইগী নমাঙদা মাগী মরূপ চরণনা বাসন্তীগা মখোয় অনী নক্লা মরী লৈনবগী মওঙদা ঙাঙথিবা রাদ, নীংশিংলুরগা মহাক অমুক খোযবাঙ খোযশাউনরকই।

গাড়ী অদু গখোল হৌনা ঙংতুনা অমুবা মৈথু থোক্লা চীংগী অঙম্বা লম্বীশিংদা কাবা হৌরক্লে; তরং তরং হুমদোরক্লবা অযুক্কী মুংশানা অঙম্বা চীংগী চীংমায়দা য়ৈরকই। চীংদা চেনবা তুরেল ঈচেলগী অহৌবা মখোলনা লম্ফাঙ অদুদা তোপ তোপ্পা খোম্থাঙ অমগা লোয়ননা থোরকই। অরুবা লোকচপ, অঙাঙবা চীংলৈবাক,

চীংখাদা মুশূক মুনা শূক্লা উরিবা (মীনা অমুক্তা য়ৌরম্লোইদবা মানবা) উমংশিং—পূম্নমক অহুনা মাগী পুক্লীংবু অম্তুম খুহুম চনবা হৌরকই। মহাক্না ময়ুমগী মীশিং অমদি থাম্মা লৈহৌম্নবা মীশিংবু অম্তুম অম্তুম মুংশিবা পোক্লকই। মক্কম থরদদি নোং মরীক মরীক তাহুনা অবাংবা চীংদোল অহু লৈচিল্লা কুপ্‌পুনা লৈরম্বা য়াওই। মহাক্না খঙহৌদনা খল্লকই, "অসিগুম্বা খোঙচৎ অসিদা ইবেমহলম্তু য়াওরবদি মুংঙাইগনি।" অহুবু থংনবা মীকুপ্তা মহাক্না অমুক খল্লকই, "করিগুম্বা বাসন্তী ওইরবদি?" মহু হেক খল্লুবদা মশাহু স্বায় লাউই, পাপকী বাখল অমা খল্লবগুম তৌরকই। অহুবু বাখল অহুদি মাগী পুক্লীংদগী মাঙখিবা লৈতে।

অম্তুম্মা বাখল মখল মখল খন্দুনা লাকপনা মহাক মাও য়ৌরক্লে, ঙসায়মখৈগা মাম্নদবা হেম্না ঈংবা মুংশিং অমা শীংলবই। চীংয়াদা নপ্‌পুনা শাবা অপীকপা হোটেল, দুকান, সরকারগী লোয়শঙশিং পরেং পরেং লৈবা উরে।

মুমিং অহুদা মহাক মাগী হৌনবী চার্জনচিংবা শিম্নহুনা থবক পায়বা হৌরে।

মুমিত্তুগী মুংদাং অহু থাবল মুশি মুশি ফৈ, অতিয়াহু লৈচিল-নোংফাই থাংই। অঙম্বা চীংগী মুশূক মুনা লৈরিবা চীংমায়, লোক্লুং পুম্নমক অহু য়েংহুনা মহাক মাগী ক্বার্টরসগী মাঙোলদা অমম্তুং শূমাঙদা হঙৎ-হন্দা চত্তুনা লৈ। দুকান, হোটেলশিংদু ঙম্না ঙম্না থোঙ লোনথি। খঙহৌদনা য়াম্না চীকথি। লোকথাদগী থোংলকপা অহিংগী উচেক অমা অনীগী মখোলতমক

মন্নক মরক্তা তায়। অকিবা ফংবা হিংচাবগী শকওঙ মানবা অৱাংবা অমুবা চীংদোম্না মম্না মরোল মরোল লৈত্রি। মমুমদা মুংঙাইনা, মমুম নত্তনা অতোপ্পা সংসার অমা লৈরি হায়বা ফাওবা কাউবমথৈ লৈরুরবা প্রমোদনা খুদক্তা মকম অসিদা লাকপদা অহুক্তী মতীক কিথী-বিরুম তৌবা পোকই, ওমথৈ লৈতনা পাক চাউবা প্রকৃতি, মাগী অওকপা শক্তমশিং — মখোয়গা য়েংনরুবদা মীওইবা ফাওবা করিস্তু লৈতবগুম উরিবা—পুম্নমক অহুনা মাবু কিহল্লকই। মহাকপু মকম অহুদা লোই থারকপগুম খল্লকই। মকম অহুগী অমুবা চীংদোল, অমম্বা লোক্নুং, অচৌবা, অকিবা শক্তম লৌরিবা অশূকপা উমং পুম্নমক অহুনা মাবু করিস্তু থৌওইবী-দবগুম মপূক্লীংদা ফারেরকই।

মানা মাগী নাহুনা লৈহৌরিবী ইবেমহলবু নীংশিংলকই, অহুগা খল্লকই, "করিগুম্বা মহাকস্তু থুনা নাবা ফরবদি ঐগী নাক্তা লাকহনবা য়াই, অহুম তৌরবদি ঐগী পূক্লীং লুমগনি।" অহুবু নারবী মাগী নূপীগী হৈনীংদবা মায়থোঙ অহু নীংশিংলুবদা মহাক্তা মহু ওইথোক্লোইদবগুম খল্লকই। অদুদগী মহাক্তা খওহৌদনা বাসন্তীবু অমুক নীংশিংলকই, অদুগা খল্লকই, "চীংলক-মাল্লক অসিদা করিগুম্বা মাগী মথল মথেলগী ঈশৈশিংদু তাদুনা পুক্নী লেপ্পবদি মুংঙাইগদ্রা?" রাখল অহু খল্লুবদা মহাক মঙলানগী মুংঙাইবা অমদি মপূক্লীংদা ফাওরকই; অদুবু মহুনা মাবু তু চুংহল্লকই।

অস্নুম্না রাখল মথল মথল খন্দুনা মপান্দা চৎলুরগা মানা তুম্বা চঙবদু থেঙলে।

মহাক্না থবক্কী চার্জ হেক শিন্নরগা মযুমদা থুনা অমুক হনগে নীংবন্থ খুদোং চাত্রে, অফিসকী থবক খরা লৈরম্বনা মুমিং মণ্ডা তরুক্কি চোম্বরগা হনবা ঙারে। মহাক্না মফমহুদা শোয়দ-ঙামদনা থুংলে, থবক্কী চার্জ নচিংবা শিন্নরে হায়বা রাকম অহু মযুমদা চিঠি ইত্থনা খঙহনখ্রে।

মানা থ,ংলবা মতুং অহু নোং য়াম্না চুই। মহাক অফিসতা চৎপা নত্তনা অতৈ মফমদা চথোক্তে। লম্বীগী মফম অনীদম্থু স্লিপ তাই হায়দ,না ইম্ফালদগী গাড়ী থ,ংলদে। অস্তুমা মহাক্না হনগে নীংবা মতমদগী নোংমা নীনিস্থু পম্থরে। অদ,দগী অহানবা গাড়ী ফাওব্রকপা মুমিত্তা ইবেমহলদগী চিঠি অমা ফংলে, মদ,দা মহাক নাবা করে হায়না মঙোন্দা খঙহল্লক্লে। মহুগী তুংদা মাগী পূক্নীং খরা ঈংথরে। অফিসকী থবক্না চিনবগা, অমুক হাথ, হাথু চৎপগী দরকার ওইত্রে হায়না খন্দুনা মহাক মতম খরা অস্থুম লৈথরগে হায়না মপূক্নীংদা লেপ্লে।

ইম্ফালদগী গাড়ী লাকপা মতম অসি মাগা মখোয় অফিসকী থবক তৌমিন্নবা মী খরদি সড়ক্তা নত্রগা হোটেলদা থোক্লমা য়েংদ,না লৈবা য়াওই। করিগুম্বা বসতা তোংলকপা মীশিংগী মমুংদা খঙনবা য়াওরকপ্রা নত্রগা ইমুংগী পাউনচিংবা পীবা ঙম্বা মী য়াওব্রা হায়দ,না য়েংবসি মখোয়গী তোয়না তৌবা থবক অমনি। মখোয় ঙাক্তা চীংলক্তা নায়তোম তানা লেনবা অহুনা মখোয়বু ইমুংগী নত্রগা নক্লবা মীগী পাউনচিংবা খঙনীংবনা ঈংখো লাংহল্লি।

নোংমদি মখোয়না হোটেলদা চা থক্লুনা কপ্লিঙৈদা ইক্ষালদগী হাইগৎলকপা বস অমদগী খঙহৌদনা ফজবীগা বাসন্তীগা মখোয় অনী কূমথরকপা উরক্নে। মহাক মখোয়বু উবদা স্বায় লাউই, মখোয়বু হৌজিকসু মরী-মতাগুম্না অহুম খল্লি ; বাসন্তীগী শাবান, কুচু-কুমেন, শক্তম, অনৌবা ফিজোলশিং অহু চীংগী লম অহুদা অনৌবা শায়োন অমা তৌববগুম নীংলকই। ফজবীবু উবদদি মহাক হৌখিবা থৌদোকশিংবু নীংশিংহনা হঙোই তুকচবগুম তৌরকই।

প্রমোদ হোটেলদগী থোরক্লগা মখোয় তম্না চঙশিনখ্রে। অথাপ্পদগী মাবু হাইফেৎ উবগুম তৌথ্রবা ফজবীদি মাবু উশিন্নদবা শাহনা গাড়ী মন্নুংদা অমুক কাখত্নুনা লাকমিন্নবা মী অমগা মমায় লৈথোক্লুনা বারী শাহনা লৈখ্রে।

বাসন্তীদি মাবু উবদা ঙকপগুম তৌনা য়েংলকই।

"কদোমদা চৎপীগদৌরিবনো?" প্রমোদনা বাসন্তীগী মমাঙদা লেপ্লুনা হংলকই।

"ঐখোয় দিল্লীদা ঈশৈগী থৌরম অমা উৎনবগীদমক চৎপনি। অদোমদি মফম অসিদা করম্না··· ··· ···?"

"ঐহাক মফম অসিদা আউটপোষ্টতা লৈরে, মুমিৎ কুন্নিরোম শুরে," প্রমোদনা খুম্মকই।

বাসন্তীহু ঙহাক লূকথহনা মঙোন্দা রা ঙাঙকম খঙদবগুম তৌনা লৈ।

"চাক্তি চাখিগঞ্রা?" প্রমোদনা হংলকই।

"চায়রোই, মুমদা চারক্লে।"

"অদ্দি চা থক্লখিসি, হোটেলদা। নখোয়গী ইচেম্ কৌরকউ।"

"মহাক্কি লাকউ য়ারোই," বাসন্তীনা হৌথিবা থোদোক্কী মুংঙাইনদবম্ খঙনা হায়রকই; ফজবীনা প্রমোদকা উন্নরোইদবগী লৈথোক্নুনা চঙখিবা অদম্ মহাক খঙই।

মখোয় অনী হোটেল অমদা চঙলক্লে। প্রমোদনা বাসন্তীদা মাগী খোঙচৎ, পাঙথোক্লগদবা থৌরমশিংগী মরমদা হংলকই। বাসন্তীনা মহুগী মরমদা শুগায়না হায়রকই। অহুদগী প্রমোদনম্ মানা মফম অসিদা লাকপা, কার্টরসতা মথন্তা লৈবা, মফমহুগী ফীবম, অঙৈং-অশাগী মরমদা ৱারী থরা শারকই।

প্রমোদনা খঙহৌদনা হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক নখোয়গী ইচেগা ঈশৈ শকপা চৎমিন্নদ্রে হায়না তায়, হন্দক্কী অসিদি করম্না পুল্লুবিবনো?"

মাগী ৱাদ্ ভাবদা বাসন্তী থরা ওক্না প্রমোদতা য়েংলকই; মাগী মীৎয়েং অদ্ অদুক্কী মতীক থোই, ময়াই কল্লি মদুদি মদুনা প্রমোদকী থম্মোয়বু পঙথহনবগুম তৌই।

"কনানা হায়রিবনো?" বাসন্তীনা হান্নগী শকফম অহুমক্তা হায়রকই।

"চুম্ব চুম্বা?"

"উম চুম্মী, মাগী লীচৎসিদঃ শাউদুনা ঐনা মাগা ঈশৈ শকপা পুম্না চত্রে। হন্দক্কী অসিদি ঐখোয় অনীমক থৌরম

অসিগীদমক পুন্না খনগংপা য়াওবতনি," বাসন্তীনা হায়রকই। অদুদগী প্রমোদনা মাগী মন্নমদা হায়া খিজিল্লম্বা মানবা অদুদা মহাক্না হাইকেং হন্নাউবগুম তৌনা অমুক হংলকই, "অদুবু বাকম অদুদি কনানা হায়রিবনো ?"

বাসন্তীনা খঙই প্রমোদনা মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী ঈশৈবু তানীংবনা ঈথৌ লাংদুনা লৈ। মহাক মদুগীদমক্তা থম্মোয়ঙুংদা মথন্তা মুংঙাইবা পোকই।

প্রমোদ নীংজিং মাঙজিংনরকই, থংনবা মীকুপ্তা মহাক্না খঙহৌদনা হায়দোরকই, "ঐগী মরূপ চরণনা হায়, মহাক নখোয়গী অদুরাইদা আউটপোষ্টতা লৈরে হায়। নহাক মাবু খঙলমগনি।"

চরণগী মমিং পল্লকপা অতুদা বাসন্তী মমায় খজিক্তং ঙাঙই। চরণনা প্রমোদতা তম্লম্বা পাউ অদু খরমথৈ অচুম্বনি, মখোয় অনী হৌখিবা য়াউশঙদা থাবল চোংমিন্নখি, বারী শাখি ; অদুবু মুংশিনবগী বাকম অদুদি অচুম্বা নত্তে। বাসন্তীনা মাবু য়ানীংখিবা লৈতে।

মাগী ওনখিবা শকফম অদু উবদা প্রমোদ খঙহৌদনা ইকাইরকই, করিগীদমক মিং অদু পল্লুরিবনো হায়না খল্লকই, মশক খঙনরবস্থু কনাগুম্বী নুপী অমদা মফম খঙদনা হেক্তা বারী খুদিংমক শারুবা চুমদে হায়না খল্লকই। মহাক্না থুনা বারী অদু অতোপ্পা পরীং অমদা চখনবা থনবা হৌরকই, অদুগা মফম অদুদা লৈবগী বারী ঙাক্তা অমুক শাবা হৌরকই।

মখোয় অনী হোটেলদগী থোরক্লে। প্রমোদনা মঙোন্দা মাগী অফিস, কার্টরসনচিংবা মখুৎনা থিন্দুনা তাক্লকই। অসুম্না মখোয়না ফনা কুইনা য়ারী শাদ্‌না চৎমিন্নরবা মতুংদা গাড়ী থাবা মতম ওইরক্লে।

চৎলমদাইগী মতমদা প্রমোদনা হায়রকই, "হন্নকপদা ঐ উন্নব্রবস্তু ঐখোয়গী অফিসতা হেক্তা থিরকউ।"

বস কাথৎলগা লেপ্লিবী বাসন্তীনা মঙোন্দা ওন্সীন্দুনা মমীৎ তুকথনা মোমোন নোক্লগা খুন্নকই, "উম।"

বসতু চৎখ্রবা মতুংদা প্রমোদ মমায় লুক্না তপ্না মাগী অফিস তন্না লাক্লে। মহাক মাগী কাদা চঙতুনা ফমখ্রে, অদুগা ওহাক বাখল খন্দুনা লৈ, অদ্‌দগী মীকূপ খরগী মতুংদা জ্ঞান খংত্তা তারকপগুম তৌনা মমাঙদা লৈবা চে-চাং খরা শুবা হৌরকই। বাসন্তীনা ঙাওবা মুংশিবা খোস্থোক (মহৌশানা ঈশৈতৌবীশিংনা ঙাওবদা মুংশিবা খোঞ্জেল) অদু মনাকোংনা তাদুনা লৈ; মাগী ঙৌরবা, তরু তরুবা, শাংতক তৌবা খূৎ-শা, পূপ পূপ লাউবা খূদাং, নাল্লবা চুবা, মদ্‌গী ময়াদা শমগী মচা খরা তাবা, মমীৎ য়াওনা নোকপা মায়থোঙ অদ্‌ মপুক্লীংদা হন্না হন্না উরকই।

# ৪

থা অমরোম খরা হেন্না হৌখ্রে। বাসন্তী হন্নকপদদি প্রমোদকা উন্নরমস্রে, ফজবীনা মাবু প্রমোদকা উন্নদনবা হায়রুনা খামখি।

মতম খরা কুইপ্রবা অমুদা প্রমোদন্থ ভাবনা খল্লে বাসন্তী-খোয়রু ময়ুমদা হন্নগনি হায়না।

খরা লৈরগা মহাক ময়ুমদা অমুক খোয়ক্লে। মহাক্না ইবেমহলবু মাগী মনাক্তা পুরগে খল্লরুনা লাকপনি। অমুবু মতম অমুদা ইবেমহলদি থবক অমা তৌনবগী কন্না বানোন্নরুনা লৈরম্মী। প্রমোদতি মরু কয়া ম্নানীংদে, অমুম ওইনমক মাগী নুপীনা থবক তৌনীংবগী অপাম্বা কন্না উৎপা অমুদা মহাক বা য়ায়া ভাওরুনা য়েংপা তৌজে। ইবেমহলনা হায়বদগী মহাকত্নু কোয়চেন চেন্দুনা, শেল তিংহুনা থবক্তু তৌনবা হোৎনরে। ইকুই কুইদনা ইবেমহল সরকারগী লোয়শঙদা থবক অমা পায়রে। অমুদগী প্রমোদন্থ মথন্তা অমুক মাওদা চৎখ্রে।

হৌজিক মহাক মকম অমুদা লৈবরু চৌকপা, নায়তোম তাবা ন্নোংমা নোংমগী হেন্নকই। অহানবা লাকপদা মকমরু খরা

চাউবগুম, য়েংকম খরা লৈবগুম তৌরম্মী, অদুবু অদুগ কুইর কুইরগা চথোককম লৈতবা, য়েংকম লৈতবা, মতম লেনকম খঙদবা হেল্লকই। মরু ওইনা ছুটি মুমিংশিংদা মতম লেনবসি অরাবা অমা ওই। থবক তৌগিন্নবা মী খরদি জুরার শান্নদুনা, থক-চাদুনা মতম লেপ্পি, অদুবু মহাক্তি মথোয়দু হৈনদে। অয়ুক্তা চীংগী লম্বীদা শাংনা মথোঙনা চৎপা, হুল্লক্লগা লাইব্রিক পাবা, অফিস কাবা, কৈথেলদা গুহাক থোকপা, ক্বার্টরসদা ঙন্না চঙবা, অদুগা চাক চারগা গুন্না তুম্বা—মসিনি মাগী মুমিং খুদিংগী ওইবা চাংনাইবা থবক; অনৌবা বাখল খন্দে, মদু পোক্লবা ইথিলদু লৈতে—অতৈ জীবশিং নত্রগা চীংমীশিংগুম্না অসুম হিংবা হৌরকই।

প্রমোদনা মাগী নুপীগী মরমদা খল্লকই, "মহাক্না তলব চাবা থবক্তা তৌবা পান্নিবা করিগীনো? মহাক্না ঐগী পুন্সী করম্না লেল্লমগদগে হায়বগী মরমদদি করিস্তু খল্লে। ঐখোয়গী শেল-থুম বাৎপা নত্তে, মহাক্না ঐগীদমক খল্লবদি ঐগী ইনাক্তা লাক্কদবনি। এম, এ পাস তৌরগা কেরানীগী থবক তৌরগা করি কান্নগনি? করে, ঐন্দু মফম অসিদা মুংঙাইবা তন্নগনি। পুন্সীদা মুংঙাইনা লেনবা হায়বসি মরুনি, কনাগুম্বা খরনা ঐগী মুংঙাইনবা তৌরক্ত্রবস্তু ঐ ইথত্তুনা মুংঙাইনা লেন্নবা হোৎনবা তাই। মী অমনা মী অমগীদমক য়েংবা হায়বসি খর-খৈদমক চুম্মী। মী খরনা অমগা অমগা নক্লবা মরীগীদি খন্দনা শেল-থুমগী ভাক্তা খন্দুনা নকশিন্নবসি ঐ পামদে। কনাগুম্বী শেল

অমত্তা খোক্ত্রবী হুংশিরবী নুপী। অমনা খরায় তানা ঐগী সেবা তৌবা, অশেংবা থম্মোয়দগী খোরকপা হুংশিবা মিৎয়েং অক্তুনা হেক্তা ঐনা খৌবাংই—মতুদগী হেনবা করিগুম্বা পোৎ অমত্তা লৈতে। করিগুম্বা মওঙ অমদা মুপী অমত্তা মপুক্নোইংদগী হুংঙাইনবগী আশা তৌবা—অতুগা মাগী পেরবা হুংশিকম খোকপা। শুক্রক নত্রগা সেবা অতুদি কংহল্লবা—মতু খোক্না নীংবা কায়নীংঙাইগী মশক্তি!" মহাক্না করম্বা মওঙদা, হুংঙাইবা তমশিগে থক্কই, মমাম্বা অতৈগুম্না য়ু থক্কুনা, জুবার শাম্বনা মতম লেনবা অদুদি মহৌশা হৈনরক্কবনা মানা পাক হেক নৌনা হৈনবা নত্রগা, তম্বা ঙম্মরোই। অম্বুম্না চীক্লবা মফম অদুদা পুক্নীংদা বাথল মথল কয়া খোক্না থন্দুনা মহাক্না মতম লেল্লে।

মরক মরক্তা সড়ক্তা গাড়ী লাকপদা খোকপা, থঙন-চারবা মী য়াংএরবপ্রা য়েংবা, করিগুম্বা য়াওরম্লগা মখোয়গা বারী-বাঙাই থম্না শাবা, মখোয়দগী ইমুং-মনুংগী নত্রগা ইম্ফালগী অনৌবা ঈ-পাউ তাবা অতিদি মহাক হৌজিকসু তৌ।র। করিগুম্বদা মাগী ভাবতা শেংকাত্তনা থল্লকপা য়াংএরকই বাসন্তীদু নহাল-মুক্তৌনা বস মনুংদা য়াংএরকত্রা হায়না ; অদুবু মহাক্তি কৈদৌঙৈদসু য়াংএরক্তে। অশংবা অতিয়াগী মথাদা, অৱাংবা চীংদোলশিংনা মরোল মরোল নাইনা শন্দোক্লুনা লৈল্লিবা, শুক্রবা লোক্লুং, অকিবা ফংবা উমং নত্তনা য়েংনীংঙাই ইরৈ লৈতবগুম তৌবা চীক্লবা মফম অসিদা তৌগদবা আশাসি য়াম্না ঙমখে নাই, বাথলসু অদু মঙায়। মহাক্না অয়াম্বা মক্লমদা রেডিও তাদুনা, লাইরিক

পায়দ্‌না, ছুটি মুমিৎশিংদা মনাম্নবশিংগা চাক-উশিং চামিন্নদ্‌না মত্তম লেম্নি।

নোংমদি মহাক্লা ইথা থাজদনা চরণদগী চিঠি অমা ফংলে। মখোয় অনী থোইনা লুনা ভিন্নবা নম্ববনা নহানমথৈ চিঠিনচিংবা থোইনা থানদে। ছন্দকী অসিনা অহানবনি। চরণনা ইরকপা চিঠিগী মরোল খরদা হায়রকই মহাক্লা মাগী অহল-লমন থাদ্‌না বাসন্তীবু হায়হল্লুরে, মখোয় অনী ইকুই কুইদনা লুহোংলবা য়াই। মরোল অদ্‌ পাবদা প্রমোদ তুমিন্না রাখল থন্দুনা ফমদ্‌না লৈম্রে। মহাক্লা হৌখিবা উন্নবদা বাসন্তীদা মরম চাদনা চরণগী বা পল্লুবদা মহাক্লা মমায় ঙাওখিবদ্‌ নীংশিংলকই। মহাকী মপুক্লীংদদি চরণ অসি মতীক চাদবা, ওক্তবা মীশক অমনি, অদ্‌বু বাসন্তীনদি মাবু মতীক চাবা মীশক অমা ওইনা লৌরম্বসু য়াই। বাসন্তী মহাক্লা হৌজিক করিস্‌ থোক্লম্রে, মাগীসু মশাগী অনীংবা, অপাম্বা মতুং ইন্না থবক তৌজবা য়াই। অদ্‌বু রাখল অহুনা মাবু করিগুম্বা মওঙ অমদা অবাবা পীরকই।

লৈচিল থাবা অমুক অমনি। প্রমোদনা কমুংদা লাইরিক পাদ্‌না লৈরম্বদগী খঙহৌদনা চে-কলম পায়খত্তুনা বাসন্তীদা থানবা চিঠি অমা ইবা হৌরকই। মরোলতু মথাগী অসিনি:

"বাসন্তী, নহাক চরণদা লুহোংলগনি হায়বা পাউ তারে। মদ্‌ তাবদা ঐহাক মখোয়গীদমক মুংঙাইবা ফোঙলোক্লি।

"নহাক্লা নোংমা মকম অসিদা লাক্লম্বদ্‌ ঐ নীংশিংদ্‌না লৈ;

নহাক হল্লকপা মতমদদি ঐঙোন্দা থঙহল্লমদনা তূমিম্না চৎথ্রিবা করিগীনো? ঐনা নহাকপু মতম চুপ্পা ঙাইহনা লৈ। করে, হৌখিবা রাকম অসি তোল্লসি; ঐহাক্তা নঙগী লাকদবা অনৌবা পুন্সী অত্তুগীদমক আশীর্বাদ তৌরি। পুন্সী হায়বসি অসিনি, অওনবা কয়া নোংমা নোংমগী লাকচবা, ঐখোয়না থিংলুবা ঙম্বা ওইখোক্তে—মদু ঐখোয়না অস্থুম য়াবা নত্রগা খাঙবা তাবনি। ঐনা নঙগী তুংগী পুন্সী অদু নুংঙাই য়াইফনা লেমবগীদমক ঈশ্বরদা প্রার্থনা তৌজরি।

"নহাকী,

"প্রমোদ।"

অস্তুম্না প্রমোদনা ইচম চম্না মরী-মতা অমদা ইবদৌনা ইরগা বাসন্তীদা চিঠিহু থাখি।

মতম থরগী মতুংদা মানা বাসন্তীদগী পাউথুম অমা ফংলে। অঙকপা পাউথুম অমনি—প্রমোদকী থম্মোযবু মথ্‌ম-মরাও হৌহনবা, মাগী পুন্সীগী অনৌবা তাঙ্কক অমা হৌহনবা! মরোলহু মখাগী অসিনি:

"অদোমগী চিঠি ফংবদা নুংঙাইজরে। ঐহাক লুহোংগদৌরে হায়বা পাউ অদু কনানা হায়জীনবীরিবনো? ঐদি অদোমগী মক্লপ চরণবু ওম্থোক্না হল্লোইগ্রে। মতম থরগী মমাঙদা মহাক্না মখোয়গী অহল-লমন থারক্তুনা ঐবু হায়হল্লমী, লুহোংবগী রাকম

তকশিল্লম্মী। মহুদা ঐখোয়গী অহল-লমন্না য়াখিবা লৈতে। অহুগা ঐ ইশামকন্সু মাবু কৈদৌঙৈদস্নু য়ানীংদে।

"অদোম্না ঐবু নীংশিংবীরকপা সুংঙাইজে। নোংমা ঐনা লাক্লম্বা অহু ঐ ইতং তত্তনা নীংশিংই। হল্লকপদদি ইচে ফজবীনা য়াদহুনা অদোমগা উন্নরমত্রে, মহুগীদমক ঐবু বারোবীগনু। চৌংগী লমহুদা অদোম্না ইথন্তা লেনবা পুন্সী অহুগী মন্নমদা ঐ মতম চূপ্পা থন্দুনতা লৈ। অস্নুম্না থনবহু ঐগী ইথোন্না হায়বহুদি ঐ খঙবা ঙমদে, অহুবু ঐনা রাখল অহুদি থিংবা ঙমদে। ঐ খঙবা ঙমদে ঐগী পূক্লীং অসিনা করিগীদমক অস্তুক য়াম্না নীংতম্লিবা......।

"অদোম হৌজিক করিগুম্বা উপায় অমনা, মীগা তিন্নহুনা ওইরবস্নু অচীকপহু কোক্লবা হোৎনবীয়ু। অদোমগী সুংঙাইনা লেনবা পুন্সী অমগীদমক ঐনা ঈশ্বরদা থুরুমজরি। ঐগী লুহোংবগী বাফম অহুদি করিস্নু থাজবীরুগনু।

"অদোমগী,

"বাসন্তী।"

প্রমোদনা অফিস কারমদাইদা চিঠি অদু ফংবনি। মদু পারগা মহাক তুমিন্না ফমদুনা বুইনা রাখল থন্দুনা লৈগ্রে। শক্তমদা, বাঙাঙ-শঙাঙ, ফীবমদা শুক্লৎনীংঙাই ওইরবী নূপী অমনা অহানবা ওইনা মাবু সুংশিবা মানবা বাহৈ থরা ফোঙদোরকপা— কয়াদা পূক্লীং লাঙতক্লগ্রবা! মেন তাদবা রাখল অমনা মাগী থম্মোয়বু মথুম-মরাঙ হৌহল্লকই। মহাক কনাগুম্বা অমনা মঙগী

সংসার অমদা পুরবগুম তৌরকই। চাংগী উ-রাশিংগী মনম পুরক্লুনা শীৎলিবা অঙৈংবা মুংশিৎনা মমায়দা তপ্পা তপ্পা য়ৈরকপত্লুনা মহাকপু মকম থগুদনা গুম্বগুম তৌরকই। মহাক্লা কমুংদা হীপথত্লুনা বাসন্তীগী চিঠি অদুবু হম্না হম্না পারকই। অদুদগী মতু মহাক্লা মাগী ডাইরি মমুংদা য়েপশিল্লগা অফিস কাবা থোকপ্রে।

প্রমোদ বাসন্তীগী চিঠিগী পাউথুম ওইনা হনখিবগী মতুত্তা মহাক মশামক ইকুই কুইদনা ইক্ষালদা থোরক্লে। মহাক্লা ময়ুম য়ৌরকপদা ইবেমহলত্তু অফিসতগী কুম্লকপগী মফি-মরোল হোং-দোক্লমত্রি, কোঙ্খোঙদা মপুরোইবা লাকপগী মখোল তাবদা মহাক হরাউনা থোরকই। ইবেমহলগী হরাউবা মায়থোঙগী মতৌত্তু উবদা মহাক মপূক্লীংদা কিথী-কিরুম তৌরকই। মাগী মপূক মমুংদা লৈরিবা রাখল, মানা থোরক্লিবা মরম অদু মাগী নূপীনা খঙখিবা থোক্লবদি করি ওইগনি ?

ইবেমহলদু থুনা মফি-মরোল হোংদোক্লুনা মপুরোইবগী ঈরুজনবা ঈশিং অশাবনচিংবা থোরাঙ তৌবা চঙপ্রে।

প্রমোদ মফি হোংদোক্লুনা মানা পুরকপা এয়ারবেগ অদু টেবলদা থম্লগা ফনা কুইনা ফমুংদা ফমদুনা লৈ। ইবেমহল থুনা অমুক মাগী মনাক্তা চঙলক্লে। মতম খরা উম্লরুদ্রবা মতুংদা মপুরোইববু অমুক উম্নবা অদুদা মপূক্লীং মুংশিবগুম, মুংঙাইবগুম মহাক্লা মনাক্তা লেপ্পুনা মাগী সেবা থৃদিংমক তৌগদবগী ঙাইদুনা লৈ। অদুবু প্রমোদত্তি রাখল অমদা ইত্তাউ তাউবগুম মঙোন্দা পূক্লীং কয়া চঙলুদে।

"কয়াম কুইনা লৈখিগদৌরিবনো ?" ইবেমহলনা মাগী এয়ারবেগ মমুংদগী পোৎ-চৈ থরা লৌথোক্লদ্না হায়রকই।

"থরা লৈখিগনি," প্রমোদনা খুম্নকই। ইবেমহলদ্ময়াঙ খজিক্কুং কংলম্বা, মায়থোঙ ময়েং তারম্বা মতৌ উবদা মহাক্না হংলকই, "অমুক নাক্করব্রা ?"

"নাক্কদে," ইবেমহলনা টেবল ময়াদা পোৎ-চৈদ্ অদুম লৌথোক্লুনা খুম্নকই।

"অদুগা করিগীনো নয়াঙ অদুক কংলিবা?"

"থঙদে করিগীনো," ইবেমহলনা মোমোন নোক্লদ্না খুম্নকই। মপুম্বোইবগা লৈমিন্নবা অদুদা মহাক মুংঙাইতবগুম করিগুম তৌদ্না মশা থরা শোক্লে, অদুবু মহাক্না মদ্ মঙোন্দা হায়দোকপা ইকাইজে।

"দুকানগী ভাডাদি চাং নাইনা পীরক্লিদনা ?" প্রমোদনা হংলকই।

"উম, পীরক্লি।"

প্রমোদ মকি-মরোল হোংদোক্লুনা ঈরুজবা থোকখ্রে। ইবেমহলনা মাগী চান-থক্লবা থৌরাঙ তৌখ্রে।

মুমিত্তুগী মুংদাংদা প্রমোদ কমুংদা হীপ্না হীপ্না খল্লকই, "করম তৌনা বাসন্তীবু উন্নবা ফংগনি ? করম তৌনা মাগী মনাক্তা চৎকনি ?" মহাক চম্মরকই, মাগা উন্নবত্ মরিং মাংবা ওইথোক্লবা ওইনা খল্লকই ; মঙোন্দগী ফংখিবা চিঠি অদুনা মঙোন্দগী মুংশিবা কংলব্রা হায়বসিমু চিংননীংঙাই ওই ; অদুগীসু মথক্তা নুপী লৈরবা

মহাক্না অফিসকী থবক্তগী ছুটি লৌত্নুনা বাসন্তীবু উন্ননবা লাক্লিবসি কন্না লানগ্রবনো! অদুবু মহাক করিমতা তাব তান্না ওমত্ত্রে। অকনবা পুক্নীংগী ইথিল অমনা মহাকপু নোংলৈ মুংশিংনা পুবগুম তৌগ্রে, মাগী বিচারশক্তি থুদিংমক মাগুগ্রে।

নোংঙাল্লগা মহাক নম্বোঞ্জোমদা যস তোংহুনা হাইথরুকই। মতম অদু মেন্না থানি। পুমশং শংলবা লৌবুক-লম্মাঙদা কৌগ্নী চব্রোংশিংনা জুম-জুম লাউনা পাল্লি। অয়ুক্কী মুংশিং অদু ঈংই। চীংয়া, লৌবুক-লম্মাঙ থুদিংমক্তা অনৌবা ঋতু চঙলকপগী পুমহোং হোংবা শক্তম অমা উই। শাবিবা মুংশাত্নু মেঙই। প্রমোদ মপুক্নীংদা মওল মওল থল্লকই। মানা অম্নুম্না লাক্লিবা অসিবু চুপ্ন্না? মত্নুগী মরম্না করিনো? মহাক করিমতা খঙদে। অদুগা মহাক বাসন্তীগী মমুমসু খঙদে, অদুবু চরণনা হায়বদগী মানা খঙবা অমতংদি লৈ, বাসন্তীখোয়গী মমুম অদ সুড়ক অচৌবদগী য়াম্না হাইজিন্লে, মখোয়গী হিজোলগী মমাঙ থংবা শকক্তা লৈপন্দা অবাংবা কৌবীলা পাম্বী পরেং শানা হোৌই।

মহাক্না দুকান কুম্না মীশক অমদা হুংদনা বাসন্তীখোয়গী লৈরক্তা চঙলক্লে। মহাক মাবু হুংবদু খোইনা চিংনদে, মরমদি বার্ল্লোম্নচিংবা তৌনবগীদমক্ক মাঙুম্ভী ক্লৈশ্রেতৌৱী অমৰ শোয়দনা মী কয়ানা হুংনৈ হায়বসি মহাক খঙই।

মহাক্না চঙলকপদা উবক্লে মখোয়গী মমুম অদু মৈতৈগী চেকশিন্না শাবা মুমজাউনি, মুখা থংবা নাকুলদা কৌগে শাংনা লৈ, অৱাং থংবা নাকুলদা ঈনা কুম্না মলবা শজোন

অমা লৈ, ছিজোলদা মনা-মশীং অমদি চু মরাং কাম্নমা পুমশং শংনা হৌই।

"অস্তুমা লাকপগী অর্থ করিনো?" প্রমোদনা চংনা চংনা মথন্তা অমুক খল্লকই, "ঐ মখোয়দা চঙবা শুমগত্রা?" "মদ্, ওইখোক্কবা রানি," মাগী থম্মোযমুংদগী খোঞ্জেল অমনা পাউখুম পীরকই। অস্তুমা লৈরিভৈদা মহাক্কা খঙহৌদনা উরক্লে বাসন্তীদ্ কি মতেক হজামপাল অমা ইন্দুনা শুমাঙদা শাজাম শুমদ্না লৈরিবা শল অমবু হয়িং হোইদ্না লৈ। অযুক্কী মুংশা মঙালদ্দা মাগী অচম্বা কিজোল অদ্ য়াম্না লম ঙাম্মোক্কা উই। মহাক্কা শঙ্গোম শুল্লিবা শল অদ্ নানবা, সেবা তৌবা অদ্ অদ্কী মতীক পুক্লীং চঙনা তৌদ্না লৈ মহুদি মহাক অমুক্তা ফাওবা লৈদ্না কোম্মোঙলোমদা য়েংথোরক্কে।

প্রমোদ ফনা কুইনা সড়ক্তা হঙ্গৎ-হন্দা চত্ত্না লৈরে। ওহাক লৈরগা ইথঙ খঙহৌদনা বাসন্তীদ্ বালটিন অমা য়ান্দুনা কোম্মোঙলোমদা থোরক্লে।

প্রমোদনা মখোয়গী লৈরক্তা ইথা থাজদনা লেপ্ত্না লৈরম্বা অদ্ উবদা মহাক ইঙক ঙকখ্রে।

মহাক্কা ইকাইবগুম, রা ঙাঙকম খঙদবগুম তৌনা লৈরিভৈদা প্রমোদনা মাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা কৌরকই, "বাসন্তী।"

"করিনো?"

"ঐ নহাক্কা রারী অমত্তং শানীংঙুনা লাক্লিবনি।"

বাসন্তী লুকথঙুনা অদ্ম চংলি, মহাক্কা মঙোন্দা ইখিবা

চিঠিগী মরোল অদু নীংশিংলকই।

"হৌজিক কদায়দা চৎলি৺নো?" প্রমোদনা হংলকই।

"হোটেলদা শঙ্গোম থিনবা চৎলিবনি।"

প্রমোদ মাগী মনাক্তা ঙহাক্তং তুমিন্না চৎলি। মহাক্কী থবাক্কী মিহুল অদু তীং তীং চোংলকই, অদুগা মমায়স্তু ঙাঙলকই, মনাক্তা চৎলিবী বাসন্তীগী মায়থোঙ অতু উবদা মঙোন্দা মুংশিবগী বাহৈ মানবা চিঠি ইরকথিবী মহাক অতু নত্তবগুম শল্লকই, মাগী মায়থোঙনা উংলিবা মতৌ অতুগা মাগী থম্মোয়দগী ফোঙদোরক-থিবা বাহৈশিং অদুগা য়ান্না লাপ্পবগুম নীংই।

"বাসন্তী, নহাক্না ঐঙোন্দা ইরকথিবা চিঠি অদু নীংশিংলিব্রা?" প্রমোদনা লৎ লৎ তৌনা হায়রকই, "ঐ মতুগী মরমদা নঙোন্দা বা খরদং হায়নীংতুনা লাকপনি।"

"করি বা ওইরবনো?"

প্রমোদ মঙোন্দা হায়গদৌরিবা অদু করিনো হায়বা ভাব তারক্কে। মহাক্না ইচম চম্না বারী শাবা হৌরকই, চরণগী মরমদস্তু খরা হংলকই। বাসন্তীনা চিঠিদা ইরকথিবা অতুগুম্না চরণবু য়ানীংদবা বাকম খরা ফোংদোরকই, অদুগা মাগী হৌজিক ওইরিবা ফীবমগী মরমদস্তু ইচম চম্না বারী শাবা হৌরকই।

মথোয় অনী বারী শাতুনা লাকপতু থঙহৌদনা সড়ক অচৌবা য়ৌরক্লে, মী ময়ামগী মমাঙদা ফজদবা অমা ওইরক্লে। প্রমোদ বাসন্তীগী মনাক্তগী হনখ্রে।

বাসন্তীনা মহাক দুর্গাপূজা মঙুংদা ইম্ফালদা ঙৈশৈ শকদৌরি,

ঙংছুনা মঙোন্দা তাক্লকই। স্বরহু বানা তারবা মতুংদা বাসন্তী খুজিন-খুম্না লংনা তক্লুনা, শেংনা ঈরুজথোক্লুনা চন্দোল থিল্লগা মকি-মরোল শেংপা হৌথ্রে।

৫

দুর্গাপূজা মনুং য়ৌরক্লে। ইম্ফালগী মকম কয়াদা চাউনা চাউনা মান্দোপ খন্দুনা লাই লাংলি—থৱনা হায়া লাংনৱকপা মণ্ডপদা দুর্গা লাংলি, অদুগা থৱনা মথোয়গী অনৌবা থাজবা মতুং ইন্না পাস্থোইবী লাংলি। মকমশিং অসিদা মাইক পান্দুনা ঈশৈ, লিলানচিংবা কয়া তৌই। মখিনি চনবা সুস্মিতা বাসন্তী প্রমোদ-খোয়দগী খোইনা লাপ্পদবা দুর্গাপূজা তৌকম অমদা ঈশৈ শকপা চংকনি। সুস্মিং অসিবুনি মহাক্না নহানমূক প্রমোদকা উন্নবদা খঙহনখিবছু।

সুস্মিং অসিদা প্রমোদ মান্দোপতা ওন্না লাক্কুনা মাবু ঙাইহুনা লৈ। মকম অদুদা লিলা অমা হায়া তৌরম্বা লোইরমগ্রি।

সুস্মিং তাখিবা কুইখিগ্রি, মপুং ফাদবা থানা ঙানফাত্তনা মথাথংবা অতিয়াদা চেপ্পা থোক্লি, নিংথমথা চঙলকপগী হাইকৈং অঙাংবা মুংশিংনা তপ্পা তপ্পা শীংলি। প্রমোদ মফি নাপ্পা শেম্ভুনা মাগী নৌনা লৈবা অশংবা কার অমা তোংহুনা লাকই।

লিলাহু লোইরগা বাসন্তীখোয়গী ঈশৈহু শকই।

ঈশৈ শকপা লোইরগা বাসন্তী কি অমনা মকোক খুম্নহনা চৎনবা খোরকপদা মান্দোপ মচীদগী খরা চখোল্লগা প্রমোদনা মাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা লেপ্লুরে, অতুগা মাবু কৌহনা হায়রকই, "বাসন্তী, ঙাইখো বারী শাখিসি।"

ঈশৈশকপী মমাল্লবী অমগী নূপাগী জিপতা মখোয় পুন্না লাকমিন্নবনি, গাড়ী অহুদা মখোয় হেক হেক পুন্না চৎলি। বাসন্তীনা নূপা অমগা লেপ্তুনা বারী শাহৌবা অহুদা মাগী কাঙবুহ্নদি গাড়ীদা হাল্লা কাখৎখ্রে। মখোযনা মঙোন্দা য়েংহনা মাবু ঙাইদুনা লৈ। থৌদোক অদু বাসন্তীদদি খরা ফজদবা ওইনা থোক্লে।

"ঙসিদি চৎচরগে, কোল্লা অমুক উল্লরসি," বাসন্তীনা মরু লক্লা লেপ্লগা হায়রকই।

"ঙাইখো বাসন্তী, ঐ নঙোন্দা বা খরা হায়নীংই।"

বাসন্তীনা থারিবা জিপ অদোমদা য়েংলদুনা হায়রকই, "ঐবু মীনা ঙাইদুনা লৈরে।"

"মখোয় চৎলম্লো হায়য়ু, ঐ নহাকপু থিনবীগে।"

বাসন্তী তৌফম খঙদনা লেপ্তুনা লৈ।

প্রমোদনা থুনা চঙশিন্দুনা জিপ তোংলিবা মীশিং অদুদা হায়রুরে, বাসন্তীদু ঙসিদি মহাক্লা মচেখোয়দা থিনবিরগনি। ঈশৈতৌবীশিং অদুগী মঙ্গুংদা অমদি ফজবীখোয়দা মহৌশা হেক হেক লাক্লম্বা, অদুগা প্রমোদপুস্ন মশক খঙবা মীনি। মখোয়না চিংনম্নপ তৌনা প্রমোদতা য়েংলকই, অদুগা বাসন্তীদা বা অমা

ফাওবা হৎলমদনা জিপ অদু খোঙ্গ্রে। বাসন্তীগী মমাগী ঈশৈ-ত্তৌবীশিং অদুনা মখোয় মশেল কয়ি কয়িনো থরা মুক্তম মুক্তম ঙাওনরগা চৎখি।

প্রমোদনা মাগী কার ময়াদা চঙকনা লেপ্লিবা বাসন্তীদা হায়রকই, "কাখৎলো থিনবীগে।"

বাসন্তীনা খোয়রাঙনা হাইকেৎ পাখৎনা মঙোন্দা য়েংলদুনা হায়রকই, "কয়িগীনো মখোয়বু চৎহনগ্রিবা? ঐবু কদায়দা থিন-বীগদৌরিবনো?"

"নখোয়গী ইচে ফজবীখোয়দা।"

"ঐদি মখোয়দা চঙদে।"

ফজবীনা নৌনা ময়ুম পানখিবা নুপা অদুগী ময়ুমদা মহাক ঙসি ফাওবা শাউদুনা চঙদ্রি।

খঙহৌদনা লাংদা থুরবী উচেকুম বাসন্তী য়াম্না মিপাইবা হৌরকই, নিংদোল চোংলকই। অদুবু প্রমোদকী মায়খোঙ অদুদি য়াম ঈংই অমম্বুং চীংলেম্মী। মহাক্না অক্লবা খোনকমদা হায়রকই, "কয়িগী কিরিবনো? ঐনা নয়ুম য়ৌবা ফাওবা অদুম থিনবীগনি।"

"ঐদি অদোমদা থিনবীয়ু হায়জখিবা নৈতে," বাসন্তীনা তৌকম খঙদনা মায়খোঙ মক্লা হায়রকই, মহাক মমীত্তা পিগী ঈরা চেনবগুম ত্তৌরক্লে, মখোল নীক্লক্লে। মহাক্না ক্লগা ত্তারকই, "ঐবু ময়ায়া করম্না ঙাওনবীগনি? নক্ষে ঐবু থিনবীরমু অদোম চৎপিগ্রো। ঐ ইত্তোমত্তা চৎচগ্রগে।"

"কররা অথেঙবা মুংদাং অসিদা নথত্তা চংকদৌরিবনো ?" প্রমোদনা হায়রকই, "করিগীনো বাসন্তী, নহাক ঐবু অহুক চিংনরিবা ?"

বাসন্তী খুরক্তে। মহাক ফিগী মচীনা মমায় খুমহুনা কপ্পুনা লৈরে।

থাবলগী মঙাল্লা মখোয় অনীনা গাড়ী মনাক্তা অহুম্না বারী শাহুনা লৈবা অহুদা মী থম্বনা মখোয়দা চিংনবগুম তৌনা ফলপ ফলপ য়েংবা য়াওরকই।

প্রমোদনা মাবু থেম্লহুনা হায়রকই, "সে বাসন্তী, অম্ম্না লৈবা ফজদে গাড়ীদা কাথংলো। ঐ থিনবীরগে, ঐবু অহুক য়াম্না ফত্তবা রাখল থনগদ্রু।"

মহাক্না হন্না হন্না থেম্নবা মতুংদা বাসন্তীহু গাড়ী মন্নুংদা তপ্না কাথংখ্রে।

গাড়ী মন্নুংদা থাবলগী মঙাল চঙলকই। প্রমোদকী ওইদা থরা লাপ্লপ্না ফম্লিবী বাসন্তীগী মাযথোঙদা থাবলগী মঙালনা শেংকাত্তুনা ঙৈরকই। মাগী চন্দন থিনবা কেরবা মায়থোঙ, ফজরবা চুবা, য়াম্লবা মশম, মওঙ তারবা ফীবম-মূর্ত্তি পুম্নমক ফজনা উই। মাগী ফিজোলদগী এসেন্সকুম্বগী মুংশিবা মনম ফাওরকই।

প্রমোদনা ঙহাক তূমিন্না গাড়ীদ্ থৌবা হৌরকই। মহাক বাসন্তীগী মওঙ-মতৌ অদ্দা মশামক মরাল লৈরবা মীগুম্না রা ঙাঙকম থঙদবা হৌরকই। মহাক্না মমাঙগী উন্নবদা হায়থিবগুম্না মখোয় অনী ইনথিবা চিঠিহুগী মরমদা অমুক বারী শাবা হৌরকই।

বাসন্তীদ্ মদ্গী পাউখুম পীরক্তে, মসীদ্ কুপ্তনা য়াঙলোমদা য়েংছনা নুংশী যুক্তিগম লোঙদনা কমদ্না লৈ। ওহাকী মতুংদা মহাক্না খঙহৌদনা হায়রকই, "ঐ ইচেখোয়দা লৈজহৌরগে।" (কজবীখোয়গী মখুমদ্ ঈশৈ শককম অদ্গী খোইনা লাপ্তে, কৈশামশাত্তনি।)

"নহাক মখোয়দা চঙদে হায়বদাই?" প্রমোদনা হায়রকই।

বাসন্তী মখোয়দা হান্না চঙ্গ্রবগ্ অমুক শাংবা মখুম কাওবগী লম্বেন্দা প্রমোদকা চংমিন্নগদবগী শক্লকপুদি কজবীখোয়দা চঙহৌবনা হেন্না কৈ খল্লদ্না বাকম অদ্ হায়রকপনি। মহাক্না মখোল নীন্না অদুম হায়রকই, "হয়, ঐ মখোয়দা লৈজহৌরগে।"

"মখুম তাকউ," প্রমোদনা ঈংথনা হায়রকই।

বাসন্তীনা তাকপা মতুং ইন্না গাড়ী অদু য়োংনা গেট পানবা অযাংবা চেক্কী খুম অমগী মমাঙদা থারয়ে। মতমদ্ পুং তরামুক থরা হেল্লে। মী অয়াম্বা তুমপ্রে, চেক-মোক লাউড্রে। গেট অদু অচৌবা শো অমনা লোন্দুনা লৈরম্মী। মহুগা যুমগা থরা লাপৈ।

বাসন্তীনা হাইফেৎ থবায় যানা গেট অদ্গী ময়াদা লেপ্লগা শোদু শায়দ্না য়েংলকই।

"কমদৌবা তারে?" প্রমোদনা ম্যাগী মনাক্তা লেপ্লগা লোল্লিবা শো অদ্দা য়েংদ্না হায়রকই, "কনামতা হৌদোকপা তারব্রোইদ্রা?"

"তাগদবা মাস্ত্রে।"

অথেঙবা অহিং অদ্দা কজবীবু তানবা হৌদোকপদা করিগুবা

মী অতৈন্দু হৌগৎলক্তুনা প্রমোদকা মখোয় অনী লাক্লিবা মতৌ অদু উন্নবদি মখোয়না কক্তবা ভাব খনখিবন্দু য়াই হায়রনা বাসন্তীনা খল্লি। মহাক্না ওহাক তৌকম খঙদনা বাখল খন্দুনা লেপ্লুনা লৈগ্রে।

হৌজিক থাবলন্দু কনা য়াম্না শিথগ্রে। অখেঙবা অহিংদা শীৎপা মেয়াগী অঙৌংবা মুংশিংনা তপ্না তপ্না হুন্নকই, করিগুম্বদা লৈগী লৈনম পুন্নকই।

"করে, মুম ফাওবা থিনবীরগে লাক্লো," প্রমোদনা বাসন্তীগী মুংশা থীবা মায়খোঙ অদুদা তৌকম খঙদনা য়েংলদুনা হায়রকই।

প্রমোদকী ঈং-তপ্না মতৌ অদুদা বাসন্তীন্দু মাবু খরমথৈ থাজরক্লে, মহাক অমুক হন্না মাগী গাড়ীদা কাখৎগ্রে।

মখোয় অনী নঙ্গোলগী লম্বীদা থৌথগ্রে। অহিংগী অচৌকপা, মুশিরবা থাবল, অঙৌংবা লম্বাঙগী মুংশিং, অথাপ্না খুলদা উবা মুশি মুশিবা মঙাল, মুংশিংনা হুন্নকপদা অমুক অমুক মখোল থোরক্লিবা লৌবুক্কী ফৌনাশিং, অচৌকপদা চেনবা লৌখোংগী মখোল, অমুবা চীংদমশিং—পুন্নমক অদুক্কী মতীক শুক্কাৎনীংঙাই ওই। প্রমোদকী নাবলদা বা-লান ইঙাঙ ঙাঙদনা কিথী-কিরুম তৌনা কল্লিবী বাসন্তীগী মগুণনা মখোয় অদুগী শুক্কাৎনীংঙাই ওইবা মতৌবু হেনগৎহল্লি। ওশেংনমক মঙগুম্নবা থৌদোক অসি প্রমোদকী পুক্নীদা অমুক্তা থোকখিজ্রি, বাসন্তীগী পুক্নীদন্দু অদু মঙায়। কনা শাংবা লম্বী অদু মখোয় অনী বা ইঙাঙ ঙাঙনরক্তে।

মখোয়না নঙ্গোল য়ৌবদা পুং তরামাখোই ভারে।

ওসায় বাসন্তীগা ঈশৈ শকমিন্নখিবা নূপীশিং অদ্গী মথুংদা মাগা নক্কা লৈমিন্নবা য়াওরি। মখোয়না বাসন্তীদ্ মচে কজবী-খোয়দা লৈহৌরগনি হায়না মাগী অহল-লমন্দা পাউ পীরে, মরম অদ্না মখোয় খোইনা থৌশাদনা ভুমগ্রে। অদ্বু অখেওবা অছিং অচুদা বাসন্তীনা লাকপা অদ্দা মাগী মপা-মমাদ্ ইওক ওকখ্রে, য়াম্না চিংননীংঙাই অমম্ ওইরে।

"খেওলবা মতম অসিদা করম্না নথন্তা লাকই?" বাসন্তীগী মপানা ইমুং য়োরগা মঙোন্দা হংবা হৌরক্লে, "নহাক কজবীখোয়দ লৈহৌরগনি হায়না রাশিখোয়না ওশী। হায়য়ু, করম্না লাকই?" (রাশি হায়বীসি মাগা ঈশৈ শকমিন্নরুবী নূপী অমনি।)

বাসন্তীদ্ কিবা অমম্ংং পাথংপনা মশাদ্ থক থক নীকখ্রে, মহাক করিমতা খুমদনা ইমুংগী লময়ায়দা উয়ুংগুম্না লেপ্তুনা লৈরে।

"হায়য়ু, করম্না লাকই?" মপানা অমুকা শাউনা মমীৎ শুক্লুনা হংলকই, মাবু খ্নগদবগী চঙশিল্লকই।

মাগী মমানা মপাবু খান্না হৌরক্লে।

"খুম্মু ইবেম্মা, নহাকপু করম্না লাকপগে?" মমানা অমুক হংলকই।

মমা য়াওরকপা অচুদা বাসন্তীচু মমায় খুমচুনা কপ্লক্লে। মমানা মাবু মাগী কাদা পুশিনখ্রে। বাসন্তী মাগী কয়ুংদা পাকথচুনা মোন্দা মমায় উপশিন্দুনা লৈখ্রে। মমানা খুংশা থীচুনা মাগী মনাক্তা চঙচুনা হংলকই, "কৈদৌরবকে নহাকপু?"

"করিম্মু তৌদে, চৎপীগ্রো ঐগী ইনাক্তগী!"

বাসন্তী অসি মচা অতোপ্পীনি হায়রদুনা মমানা য়াম্না লুনা থৌই। মাগী মতৌ অছুদা মমাদু তশেংনা থরায় বায়রক্লে। মমানা মপান থোরক্লগা মপুরোইবদা হায়রম্লে, "করে অহিং অসিদা বা বা লাওজগুমসি, অঙাংসি কিবনা ইপা পাখৎখ্রে। মতৈখোয়না থিনবিরকপা মওইরিনি।"

গুহাক্কী মতুংদদি মখোয়গী ইম্নুং অহু থব্না তুমিন তুমিন লৈনখ্রে।

৬

বাসন্তীগী মপা-মমানদি থোৌদোক অহুবু থরমথৈ চম্না লৌজরবগ্ন মাগা ঈশৈ শকপা চৎমিন্নরুবী নূপীশিং অহুনদি মহাক্না লৈহৌবা কীবম, অথেঙবা অহিংদা মথন্তা মযুমদা য়োৌরক্লবা পুন্নমক অহু য়াম্না চিংননীংঙাই ওইবা মীৎয়েং অমনা য়েংগ্রে। কনাগুম্বী থরনদি তুমিন্না হায়নবা য়াওরক্লে, "বাসন্তী চেল্লুরে।" অতোপ্পা থরনা হায়, "চেল্লুবা নত্তে, অথেঙবা অহিংদা নুপা অমনা থিল্লকপনি।" মা অহু হায়রগা মথোয় অর্থ লৈনা নোক্লে।

অহুন্না হায়নবা অসি বাসন্তীগী তারক্লে। মহাক মহু তাবদা তুজুংবা পোকগ্রে, কপ্পনা লৈগ্রে, কমুংদগী হেন্দোকখিগ্রে, ঈশৈ শকপা চৎখিগ্রে। মপা-মমানগী য়াকম অদু তাবদা মচাবু য়াম্না চৈ-থাংবা ভৌরম্বদগী হৌজিক্তি থবায় বাবা, চিন্তা ভৌবরোমদা ওন্থরক্লে।

নোংমা মপানা চথোকখ্রিঙৈদা মমানা কমুংদা কয়দুনা থবায় বাবা থোনকম অমদা মচানুপীদা ওপ্পা হংবা হৌরকই, "হায়বু বাসন্তী, মতৌ কয়ম্না নহাক নথন্তা লাকখ্রিবনো?"

"ইচেপ্পী ময়া থোকপা নুংপা অমনা খিনবীরকপনি," বাসন্তীনা অচুম্বদ্ হায়দোরকই।

"রাশিখোয়গা লাকমিন্নবদি কৈদৌরদনা?"

"মখোয়দি ঐবু ঙাইরমদনা চৎখ্রে," বাসন্তীনা অশেংবা রা খরা খুপ্লদ্না খুমকই।

মমানা মখোয় ঈশৈতৌবী খরবু শাউদ্না চৈবা হৌরকই, "কৰিগীনো মখোয়না অমুক য়াম্না য়েংশিল্লিবসি? অসুম্না তৌরগা নঙবু মিংচৎ থীহন্নবা শীল্লিবনি। কয়াদা ফৎখিদ্রবনো!" অসুম্না মমানা মখোয় ঈশৈতৌবী মশেল য়েংশিন্নবগী মওঙদা পুথোক্নুনা ফনা কুইনা ঙাঙদ্না লৈরে।

মপান্থু রাকম অচু তারগা মখোয় অতৈবু য়াম্না শাউখ্রে, বাসন্তীবু অমুক চৈ-থাংবদি তৌরকখিদ্রে।

থোদোক অদ্গী মতুংদা বাসন্তীনা প্রমোদপু কুইনা উখিদ্রে। মহাক মপালম্থু অদুম থোক্কে। প্রমোদতু অমুক মাওদা চৎখ্রব্রা মহাক খঙদ্রে, অদ্গা মাগী মরমদা কনাদম্থু কৰিম্থু হংলুদ্রে, হংকমম্থু লৈতে।

হন্দক্কী নিঙোল চাক্কৌবদা ফজবী লাক্নুনা মাগী থোকখিবা থোদোক, ঈশৈ শকপা চৎপা লেপ্পগী নরমদা তারবদা মাবু অমুক ঈশৈ শকপা চৎমিন্নবা য়াম্না কম্না থেম্নমী; অচুবু মহাক মতম খরদি ঈশৈ শকপা চৎপা লেপখিগনি হায়না য়াখিদ্রে।

অসুম্না মতম খরা হৌখ্রে। বাসন্তী খুমদা অফা-অপুন্ননা

লেনবদু বাখল লৌশিং অমতা থোক্তে। মোংমদি পূর্ণিমা কৌবী মাগী মমাম্রবী, অফিসকী থবক তৌবী নুপী অমা মাগী মনাক্তা কোয়রক্লমী ; মানা মঙোন্দা হায়রম্মী, "বাসন্তী, পরীক্ষা অমুক্তং থাদোকউ, কম্বিগুম্বা কাম্নবা থরা লাকপন্সু ম্নাই।" বাসন্তী ক্লাস ক্তেন ফাওবা তমহৌই, পরীক্ষা থাবা ঙমহৌমবতনি। তশেংনম্নক কাম্নবগী বা ঙাক্তা নত্রবন্সু মহাক অদুম মতম লেনবা বাবা অদুদা মমাম্নবী অদুনা হায়বা অদু চুম্ব্র্া হায়না থম্লে ; মম্নম অসিনা নোংমা মহাক্তা মাগী মতম কুইনা ফিনা য়োমশিন্দুনা থমগ্রবা লাইম্নিক ময়ামদু পুথোরক্লে।

মদু উবদা মমানা ঙক্লা হংলকই, "কৈদৌগদৌরে ময়াম অসিদি ?"

"পরীক্ষা অমুক্তা থাদুনা য়েংগে।"

মাগী মমানা হাইকেং ঙক্লা মঙোন্দা অদুম য়েংলগা হংলকই, "নহাকপু ঙমখিগত্রা ?"

"ঙমখিগনি।"

মমাদ্র থবক নোম্বা থোকগ্রে।

নিংথমথা চুম্নদ্রমা বাসন্তী মম্নুমদা লাইরিক পাদ্রনা লেপ্লি, মরক মম্নক্তা পরীক্ষা থাগদবা মীশিংদা লাইরিকী, পরীক্ষাগী ঈ-পাউ হংবা চংলি, মদুদগী হেন্না মপাল থোক্তে।

শক্তিবু থা চঙলক্লে, মাগী পরীক্ষা লোইগ্রে। পরীক্ষা মমুংদ্র মহাক কি অঙৌবা অমা ইল্লগা, লাইবক্তা চম্নোল ক্লোয়োক কোয়ম্লা নম্নগা চীংলেম্না পরীক্ষা থাবা চংলি, কনাগম্নু থোইনা নকশিন্নদে,

লোইরগা হুমিল্লা মহুমদা হল্লকই।

পরীক্ষা লোইবা হুমিং অহু পূর্ণিমা হুমিংনি। হুমিদাংদা বাসন্তী নহানমশৈ লাইরিক পাকবগী চোকথবহ থম্না ভেকথংনবা শূমাঙদা অজৈংবা হুংশিং য়েহন্দুনা হজং-হন্দা চত্নুনা লৈ। খাবন অহু ককচে চংপা উপাদবমশৈ লংনা কজে; হুংশিংনা উ-বা মরক্তা তপ্না তপ্না হুম্বগী মখোল থোরকই।

য়ুমলোঙবদগী অঙাং থরস্থ মঙোন্দা কোইন ইমদুনা, বারী শাদুনা শূমাঙদা চংপা অদু য়াওরি, থরনা দারীদা কমদুনা লৈ। মখোয় থরনা মঙোন্দা ঈশৈ শকউ হায়দুনা ভক্লরি। অস্থুম্না লৈরিবৈগী তাক্লা অসিদা সড়শলোমদা মী থম্না লাঙনরকপা মখোল তারক্লে। বাসন্তীগী মনাক্তা লৈরম্বা অঙাংশিংদু বা-বা কোম্লোঙদা চেম্লোকল্লে।

মীকুপ থরগী মতুংদা নূপামচা অনীথক লাক্লুনা খোকথিবা খৌদোক অদুগী মরমদা বাসন্তীদা তম্লয়ে, "নূপা অমথক কুপ্রে।"

"কনানো নখোয় থঙব্রা? করিগী কুব্রিবনো?"

"মীদু মশক থঙদে, কায় তোংই, কুব্রিং অঙৌবা লীংলি, মী বাংই। ইস, মাগী কুব্রিং অদু ঈনা পুমচোং চোংব্রে!" অঙাং অমনা পাখংনা স্বর থবেং থবেং হোম্লা তম্লকই।

মহু ভাবদা বাসন্তী স্বায় লাউব্রে, মীশক অহু প্রমোদ ওইরমগব্রা হায়না চিংনরকই। মহাক্না হংলকই, "মীহু চংব্রব্রা, মাগী কারদি লৈহৌরিব্রা?"

"লৈহৌব্রে, মহাক জ্ঞান তাদে, মাবু মাগী কারদা হাপ্তুনা

তাদেবেম্না থৌরগা পুম্লে।" (দেবেন হায়বসি মকম অত্থদা লৈবা ড্রাইভর অমনি।)

বাসন্তী মশাত্থ পাথৎথিবনা থক থক মীকম্লে। মহাক্না অঙাংশিং অত্থদা মীত্থগী মশক-মতৌ, কীবমগী মরমদা হেম্না কুপ্না হংবা হৌরকই। অত্থবু মহাক অম্বেম্না অমদি থঙম্লে। তুমিত্তুগী অহিংদু মহাক বাথল মণ্ডল মণ্ডল থন্দুনা অহিং তুম্বা য়াদে।

নোংঙাল্লগা লৈকাইগী মী থম্বনা ঙাওনবা হৌরকই, "ঙরাং বাসন্তী লুম্বা লাকপা নুপা অমা শামুথোয়না ফুম্লে।" শামু হায়বা অসি চরণগা লুনা তিন্নবা লম অদুগী মথোঙ চাত্রবা মী অমনি। চরণনা প্রমোদপু হৌজিক্তি যাম্না শাউরে। মাগী মরুপ্তুনা বাসন্তীগী মিংচৎ থীহন্নবা হোৎনরে, মথোয় অনীগী মরীবু কায়হল্লে হায়না মহাক্না থল্লি। মরম অত্থনা মহাক্না শামুগা তান্নহুনা প্রমোদপু ফুথিবনি।

প্রমোদ মকোক, লেংজুম, মথুৎকী শরুক্তা শোক্লে, অত্থবু অহিং অদুমক্তদা হোসপিতালদা লায়কম্নরগা মহাক ময়ুমদা পুথম্লে। নোংঙাল্লগা মহাক কমুংদগী হৌগৎপা ঙমদে, মশা পুম্বা পুমথিং থীৎলি, ইমুংগী মীনা ডাক্তরনচিংবা কৌত্থনা মাবু লায়য়েংবা হৌরক্লে। ইবেমহলনা মাগী কমুং মচীদা কম্নহুনা মমীত্তা পিরাং চেম্না হংবা হৌরকই, "অমুক্তা হায়বীয়ু, থৌদোক অসি করম্না থোকখিবনো ?" ঙরাং তুমিদাংদি মহাক্না মপুম্বোইবদগী পাউথুম অমতা ফংথিদে। ঙসিত্থ মানা বাহং অত্থ'হংবদা প্রমোদ পাউথুম

শীরক্তে, মমীৎ তুকথনা পাঙলহুনা বাখল অমা থনবগুম তৌনা লৈ। ইবেমহলনা হন্না হন্না থৌহুনা হংলকই। অহুদগী প্রমোদনা করিগুম্বা থন্না থ্রহনা খুন্নকই, "মন্নপ অমগী য়ুমদা ষষ্ঠি পূজা চৎলুবনি, মহুদা থোকথিবনি।"

হুমিৎ তরুক্তি প্রমোদ ফমুংদগী হেন্দোক্তে। ইবেমহলন্থ ছুটি লৌহুনা মাগী সেবা তৌহুনা হোৎনরে। তরেৎনি শুবা হুমিৎ অদুদদি মহাক মশা থন্না কনথৎলে, ইমুং মাজোলদা চথোক-চৎশিন তৌবা ঙমলে। মদুগী মতুং হুমিৎ হুম্নি লৈরগা অমুক অমা প্রমোদ ইবেমহলনা থাম্বা য়াদনা মাওদা অমুক চৎগ্রে।

ইবেমহলগী অফিসতা নম্বোলদগী থবক তৌবী নূপী অনী য়াওই, মখোয় নৌনা জোইন তৌরকপনি। মখোয়না প্রমোদকী থৌদোক অদুবু লোইনা খঙই। মখোয়না হায়, "ইবেমহলগী মপুরোইবদু নূপী কোয়বা চৎপদা মীন্না থীনা ফুরক্লে, অদুনা মহাক কুইনা ছুটি লৌগ্রবনি।" ইবেমহলনা অমুক অফিস কাবা অহানবা হুমিৎ অদুদা মমান্নবী থরনা থৌদোক অদুগী মরমদা মঙোন্দা অশেংবা রাফমদু তমথোরক্লে। মহাক মমায় মকশিনগ্রে, মখোয়গী মমাঙদা ইকাইবনা থাঙঙমগ্রে।

হুমিৎ অদুদা মহাক ময়ুমদা হল্লক্লগা মপুরোইববু থম্মোয় শোক্লা নিন্দা তৌবা হৌরকই। ময়ুমদগুী মপানা ওক্লবা, মশাগী হুংঙাইবা থিবদগী পূম্নমক মাঙনবা শীনগ্রে, মসিদগু মপুরোইবনা অদুগুম্বা শাজৎ চৎলবদি মহাক করম্না থাঙগনি ? মহাক মপামদা হনফম লৈতে। মহাক্না মমীতা পিরাং চেন্না থল্লকই, "করিগুম্বা

মাদা নুপী অমা থিরকবদি ঐ মাগী মনাক্তদা পিরোক্লদি। ঐ লোয়ন্দুনা লৈগনি গুম্লোই।"

মহাক ছুমিং অদু চাক চাদনা কমুংবা চঙ্লে।

নোংঙানবগা মহাক মপুরোইবদা থানবা চিঠি অমা ইবা হৌরে। মরোলদু মথাগী অসিনি ঃ

"অদোম্না ঐবু নমথাক তৌবীরিবা করিগীনো? ঐ হৌজিক্কি অদোমগী অয়োনবা শাজং থুদিংমক লোইনা থগলে। ইমাতোম ফজবীগী মনাউন্দুগী বাসন্তীবু কোয়বা চৎপদা শোক্লক্লগা ঐঙোন্দা করিমত্তা তাকথোকপিথিত্রিবা করিগীনো? হৌজিক্কি থুপ্পুনা থম্বা কান্নরোই, ঐঙোন্দা অশেংবা বা অম্বু লোইনা হায়দোকপীরো। অদোম্না করিগুম্বা মাগা মরী অম্বু অতুম থম্বীগে হায়রবদি ঐ উপায় অমা য়েংবা তাই। অদোম্না থগবীরিবত্তুনি ঐদি ইপাম হায়বা অমা লৈতে, অদুগা মাগা লৈমিন্নবস্থু ওয়োই... ...।

"অদোমগী,

'ইবেমহল।"

মতম ফনা কুইনা হৌরে। ইবেমহল চিঠি অদুগী পাউথুমদি খংজে।

প্রমোদ হৌখিবা থৌদোক অদু মঙ ওইনা লোকই, মখল অদুদা মাগী য়েক্কবা কনাম্ব লৈতে, থৌদোক অদু করম্বা

থোকখিবনো হায়বসি য়াম্না চমম্নবা অমনি। মহাক থরায় য়াম্না হুংঙাইগ্রে মানা মীশকশিং অদু কনামত্তা মশক থঙবা ঙমহৌদ্রে। অদুবু মানা ইচম চম্না খনবা অমদি বাসন্তী হায়বী অসি লম অতুদদি মতীক মগুণ চাউবীনি, মাবু লুম্না মী কয়া লৈরম্বা য়াই। বাখল অদুনা মাবু নীংহম্নহল্লকই। মহাক মশাগী মরলম্ তু থরা খঙজরকপগুম তৌরকই। অতুদগী মহাক বাসন্তীগী বাখলতু থাদোক্লগে হায়না মপুক্লীংদা খনগ্রে।

মুমিৎ থরনি হৌগ্রে। প্রমোদ করিগুম্বা মওঙ অমদা মাওদা নাযতোম তানা লেনবতু হৈননবা হোৎনরে; উমংদা কোয়ব', মুমিদাংগী লৈচিল মরক্তা থোকপা থাবল য়েংবা, টেপ রিকোর্ডর নত্রগা রেডিওদা ঈশৈ তাবা, হোটেলদা কম্বা, লাইব্রিক পাবা— পুম্নমক অসি অসুম তৌরি। তশেংনমকম্ তু মহাক মখোয়তু থরমথৈ হৈনরে। মহাক্না মযুমদা পঙনা হল্লরোই হায়না খল্লে। মহাক্না অকিবা অমম্ তু লৈ, করিগুম্বা বাসন্তীগা থেংনরবদি মহাক পুক্লীং ফাথবা ঙমদবম্ তু য়াই, মবমদি মহাক্তু মতীকময়াই কনপ্রবীনি।

মহাক্না ইবেমহলদা চিঠি হনখিদবগী মরমদি মহাক থোকখিবা থোদোক অদুগী মরমদা হায়বা অদুক্কী মতীক ইকাই, হায়কমম্ তু করিমত্তা খঙদে।

মেরা থা অমুক ওইরক্লে। প্রমোদ ময়ুমদা অমুক্তা থোরক্তে। ইবেমহলদু মাগী মহৌশাগী অনাবা অদু অমুক হৌরকুনা ফমুংদা হীপগ্রে। মযুমগী মীশিংনা মঙোন্দা অকনবা চিঠি ইদুনা মাবু কৌথোক্লে। প্রমোদ ময়ুমদা অমুক থোরক্লে।

হাকুমগী দুর্গাপুজা মতমদুনি, হন্দকন্থু ইম্ফাল সহরগী মফম খরদা লাই লাংপগী মাইক থোংহনা ইরাণ্ড লাণ্ডলম্মী। মতমদু মুংথিলনি, মিংথমথা চণ্ডলকপগী মুংশা খরা মেণ্ডখরক্লে। লম্বী-সড়ক, য়ুম অমদি লাই লাংফম খুদিংদা বম্বুলা থাবগী মথোল তোয়না তোয়না তায়। হৌথিবা চহীগী দুর্গাপুজা মমুংদা বাসন্তী মথোয় অনীদা থোকখিবা থৌদোক অদু মহাক্লা নীংশিংলকই।

মহাক রিক্সো অমা তোংহনা ময়ুম য়ৌরক্লে। মহাক্লা চণ্ডলকপগা উয়ে ইবেমহলহু মানা মহৌশা অহানবা মাণ্ডা চংলমদাইদা নাহনা লৈহৌবা ফীবম অহুমক্তা ফমুংদা ময়াণ্ড ইকং কংনা হীপ্তুনা লৈরম্মী। মথোয়দা লৈবী নুপীমচা অহুনা মাগী সেবা তৌরম্মী। ইবেমহলনা মপুক্নীংদা রাহৌবা অমা লৈবহুনা মপুম্নোইবা লাকপদা মহৌশাগুম্না মায়থোংহু মকালামদে।

প্রমোদন্থু খণ্ডই মানা মাগী চিঠি হনখিদবা, ইবেমহলনা মাগী মরমদা খল্লিবা রাখল পুম্নমক্তু। অহুবু পুম্নমক অহুগী মরমদা খুদক অহুদদি মহাক্লা হায়রুনীংণ্ডাই কবিম্থু লৈতে। মহাক্লা খল্লি মহুগী মতাং চাবা মতম অমা লাক্লগা ণ্ডাণ্ডনগনি।

প্রমোদ গাড়ী তোংলকপগী মবোক খরা ফানা ফমুং ময়াদা থাবা মোরা অমদা ফম্নগা মমায় মক্তা হংলকই, "কমদৌরে, কয়াম কম্না ণ্ডমজ্রে?"

ইবেমহলনা মাগী হান্নগী থবাক্তী অনাবা অমগী মরমদা মপুরোইবদা তম্নকই। প্রমোদন্থু খণ্ডই মহৌশান্থু ইবেমহল লায়না অহু অদুম চেল্লি; হন্দক মথরায় মুংণ্ডাইতবদগী অমুক হৌরক্লম্না

য়াই, মহাক মপুক্লীংদদি খঙই মহাক ইবেমহলগী চুংঙাইতনবা খন্নদি তৌগ্রে। অদ্বু মহাক বা অতৈ অমতা ঙাঙদনা অনাবা অচুগী লায়য়েংবগী মরঃদা খন্নবা হৌরকই। মণিপুরদা লৈবা ডাক্তর ফনা য়াম্না য়েংগ্রে, অদ্বু মহাক লায়না অদ্দগী কোকপা ঙমদে।

চুমিং অদ্দি ইবেমহল মপুরোইবদা মাগী চিংনবা বাখল কন্নিমতা হৌদোক্লে।

নোংঙাল্লগা মপুরোইবনা জ্ঞান তানা মনাক্তা ফমদ্না লৈরিঙৈদা মহাক্না মহাক্কী মপুক্লীংদা লৈন্নিবা বাকম অদ্ হৌদোরক্লে, "ঐগী চিঠিগী মরোল অমতা হনবীরকখিদ্রিবা কন্নিগীনো ?"

প্রমোদ শকফম খরা হৃস্লিনখি। মহাক মচুগী মরমদা বারী শাবদ্ য়াম্না হৈনীংদে, যাম্না ইকাইবা পোকই।

"বাকম অচু হৌদোরক্লগম্," মহাক্না হায়রকই।

"করিগী হৌদোক্লোইদৌরিবনো ? ঐ মদ্গী মরমদা খঙনীংই।"

"খঙলগা করি কায়গনি ?"

মপুরোইবগী বাচু তাবদা ইবেমহল শাউনা মনায় ঙাঙনা হায়রকই, "অদোম্না ঐঙোন্দা নমথাক তৌবীরিবা কন্নিগীনো ? নোংমা শোকপগী থৌদোক্তুদা করিগী ঐঙোন্দা অশেংবা বা হায়খিদ্রিবনো ? ঐ খঙই, ঐ পুম্নমক খঙই ! অদোম্না ঐঙোন্দা ওইদবা ডাক্তা ডাঙখি। হৌজিক্তি ঐ পুম্নমক খঙলে !"

ইবেমহলগী খরায় শোকপা বাদ্ তাবদা প্রমোদ খরায় বারকই, তুমিন্না বা অমতা ঙাঙদনা ফমদ্না লৈগ্রে। মহাক্না ইশেং শেংনা হায়দোকপম্ য়াই মহাক হৌজিক বাসন্তীগী মরমদা

করিস্থ থত্রে হায়না, অদুবু মহাক চমম্মদুনা বাকম অদুস্থু হায়দোকপা ঙমদে।

মহাক্না কনা কুইনা তুনিন্না লৈরবগ্য অতম্মা থোনকনদা হায়রকই, "করিগীনো ইবেমহল, নহাক্না মীনা তস্থা বা খুদিংমক থাজরিবা? কনাগুম্বা থরনা নঙবু কল্লক্কনা তমশিনবা ওইরম্বা য়াই। ঐ বাসন্তীবু করিস্থু মুংশিকরবা লৈতে।"

ইবেমহলনা চেপ্না হীপ্লগা মপি ঈরা চেন্না হায়রকই, "মদু ঐ থাজদে, মীনা হেক্তা পঙথায় হায়জিনবা য়াবা নত্তে।"

"অরেম্বা বানি," প্রমোদনা হায়রকই। অতুবু মহাক মরাল লৈরবা মীগুম্না মায়থোঙ মক্না, ঘোর ইহন হুম্বনা উই।

ইবেমহল হান্নগী কীবম অতুমক্তা অমুক হায়রকই, "ঐদি হৌজিক্তগী হায়জহৌরিবা অসিনি, মানা করিগুম্বা ইমুং অসিদা লাকপা থোক্লবদি ঐ হান্না শিজহৌগনি। নহাক্না থঙলিবা অতুনি ঐগীদি ইপাম লৈতে ... ..... ... !" ইবেমহলতু মমীত্তগী পিরাং শিন্থরক্লে।

প্রমোদস্থু থবায় ব'রক্লে, মহাক্না মাগী হাম্না হায়থিবা বাহৈশিং অদু হুম্না হুম্না হায়দুনা মাগী নুপীবু থেমজিল্লকই। অদুবু মাগী বাহৈ অদুনা ইবেমহলবু পেলহনবদি ঙমদ্রে। মথোয় অনীগী বান্নীদু মতাং চাদনা লোইশিনথ্রে।

মতম থরা হৌথ্রে। ইবেমহল নাবা ইফৎ ফত্রে। প্রমোদ ছুটি লৌদুনা মযুমদা লৈরে। মতম থরা অদু মহাক মযুমদগী চথোক্তনা মাগী নুপীগী সেবা থবায় য়াওনা তৌই। মহাক্না

ইবেমহলগী চিংনবা বাথল কয়া শেংদোকই। মমৈথঙদা ইবেমহল মপুরোইবগী বাদ্ থরমখৈ থাজরে।

মহাক্না নোংমা পূক্লীং সুংশিনা মপুরোইবগী মখুৎ পায়রদ্না হায়রকই, "মাগী মনাক্তা কৈদৌঙৈদসু চৎলুগদ্রুকো, অদ্রা তৌরবদি ঐ য়াম্না নুংঙাইতে!"

"চৎলোই, কৈদৌঙৈদসু চৎলম্রোই।"

ইবেমহলগী থীনা শোক্লবা শককম, কংলবা পাম্বোম, খুৎশা পূম্নমক্ত উবদা প্রমোদ মপূক্লীংদা য়াম্না নুংঙাইতবা কাওই। কনা কুইনা মখোয় অনী লাপথোক্লদ্না লৈকবগুম তৌরে, অদ্বু ওসিদি মখোয় অনী য়াম্না নকশিন্নবগুম তৌরকই।

"কয়াম কুইনা অসুম য়ুম থাদোক্লনা চৎখিগনি?" ইবেমহলনা হংলকই।

"মদ্ হায়বা ওমদে।'

"অদ্বু ঐদি হৌজিক য়ুম থাদোক্লনা শুকচৎ চৎহন্নীংদ্রে।"

ইবেমহল নাত্রিঙৈগী মমাঙদসু মতম কুইনা মপুরোইবা কায়নবগী মৈচাক অমা মপূক্লীংদা কাওদ্না লাকই, নারবা মতম অসিদদি মাগী পূক্লীংহু অমুক হেন্না শোম্বগ্রে। মহাক্না লোংনা হীপ্লহুনা হায়রকই, "হন্দক্তি নাবা হেক কবগা ঐসু মাওদা চৎলগনি।"

"নহাক্কী থবক অসিদি কমদোগনি?" প্রমোদনা থরা ওক্লা হংলকই।

"তোক্লগনি," ইবেমহলনা খুম্নকই। মহাক্না মপূক্লীংদা থম্লকই, "অয়েৎপা কায়দবা থবক! মসিনা ঐগী পুন্সীবু নুংঙাইহন্রে।

মতুং অসিদদি করিগুম্বা অমতনা ইশাবু অপুনবা থম্লোই। ঐহাক্কী মুকান্দগী ভাগ্না হেন্দোক্না লাকই। তলব থরা অহুনা কৈদৌগনি ?" মহাক খঙলকপগুম তৌরকই পুন্সী অসিদা মপুরোইবা নত্তনা অতৈ পুন্নমক অরেম্বনি।

ইবেমহলনা খল্লিবহু করিনো খঙদনা প্রমোদনা ইত্তিং তিংনা হায়রকই, "চৎলু কৈদৌবগে, ঐদি নহানমখৈস্থ অদুম্না হায়রিবনি, নহাক্তনা য়াদবনি।"

"হুম, হন্দক্তি ঐ শোয়দনা চৎলগনি।"

"নহাক্কী অনাবসি থম্না থুনা ফনবা হোৎনসি।"

ইবেমহল অনাবগী বাম্নী হৌদোরকপা অদুদা মায়থোঙ লাংশিন্না হায়রকই, "খঙদে, ঐবু অমুক ফরকথিগদ্রা ?"

"ফরিগী ফত্তনি ? খজিক্তং কনথৎলরুগা লংফৈদা চন্তুনা য়েংথোক্লুগদবনি। অদুদগী অনাবদু শোয়দনা কোকচথিগনি।"

ইবেমহলদু মমীত্তা পিরাং চেল্লি, অহুবু মায়থোঙদুদি মকা খজিক্তং লাম্লকই। মহাক বাম্না হিংনীংলি, পুন্সী অসিদা মানা পেলহৌদবা কম্না লৈ।

অদুবু মীওইবগী লাইবক অঙকপনি। ইবেমহলগী অনাবদু ইফ ফগৎলক্তে। মপুরোইবগা মাগা লংফৈদা চৎমিন্নবগী বাকম অহু কায়রে। মহাক নোংমা পোইম্নুগী অমুক অমদা ইথঙ খঙহৌদনা সংসারদগী বিদায় লৌখ্রে।

মহাক লৈথিরবা মতুংদা প্রমোদতা লাকপা অম্নাবগী চৈনা অহু অঙকপনি; মহু করিগুম্বা বাহৈ অমতনা থাবা ঙম্লোই।

নহানমথৈ নক্না লৈবগী হৌবরা থোইনা থৌশাননা মমল করা খঙলনা লৈরম্বা মীশক অদু লৈখিত্রবা মতুংদা সংসার অসি তংথায় অমা ময়গুম তৌরকই। মাগী নুপীগী শ্রাদ্ধ কর্মনচিংবা লোইরবা মতুংদা নোংমা প্রমোদ রাকচীংগী ফুমিদাং অমদা মথন্তা মৈনাক্তা কমতুনা লৈ। মহাক মকোক থরা ফাই, মকোই থরা শাংলে, অথাবা খুকউ য়েনা চোনবা ওভরকোট অমা লীংজি, মথুন্তা লাইরিক অমা পায়। মহাক মরক মরক্তা লাইরিক অদু পাগে হায়না য়েংই, অদুবু অরুপা রাখল অমনা মাবু অকায়বা পীবগুম লাইরিক অদু তোয়না তোয়না খুমজিল্লগা পায়দুনা লৈ। মাগী মচান্দা খঙহৌদনা শোল্লকই, "ঐনা মতোন্দা অয়ানবা তৌগ্রব্রা? মদুনা মাগী অচৌবা লাইমন ওইখিব্রা?" মীকুপ অমগী মতুংদা মাগী থম্মোয়মুংদগী পাউখুম পীরকই, "মদুনা ওইরবা য়াই, মরমদি মনৈদদি ঐনা মাগী চিংনবা পুম্নমক কোকহনগ্রবনি।" অদুদগী মানা মকুবোক্তী মরমদা অমুক নীংশিংদুনা মাগী মুংঙাইতনবা শীনখিবা থৌদোক কয়াবুসু নীংশিংলকই। অদুদগী অমুক মাগী হৌখিবা পুন্সীগী থৌদোক কয়াবু নীংশিংলকই। মাগী লুহোংবা কুইন্ত্রিবৈগী মতমদা অসিগুম্বা রাকচীংগী ঈংলবা ফুমিদাং কয়াদা মৈ য়াইদুনা ইবেমহল মথোয় অনী হেক হেক কপ্পিরম্খি। মতম খুদিংমক্তা হৈনীংনা উবা, হুরাউ মোমোনতা নোকপা ইবেমহলনা মাগা মায়য়োক্লনা কমতুনা নোক নোক্লনা মথঙ্গ কয়াগী বারী শারকখি। থুংনবগী মুংঙাইবা রাখলনা মতম অতুদা মথোয় অনী শাখিবা বারী অমু অনৌবা পোৎ-চৈ

লৈবগী, লীক-কোল শাবগী, কি-রোল লৈবগী, গাড়ী লৈবগী, থবক কাথমচিংবগী বারী ভাক্তনি। মাগী ঙৌরবা খুৎশা, মখোঙ-মখুৎ, শক্তমগী কজবনা মাবু গুঙ্খৎখি। মতম অছুদা মহাক্না খনখি, "ইবেমহল্লগুম্না ফজবী নুপী অতৈ লৈতে; মাগুম্না বাঙাঙ হুংশিবীহু লৈতে।" অছুবু লুহোংবা চহী মঙামুক্কী মতুংদা মখোয় অনীগী হৈনীংবহু শঙহৌদনা থরা মাঙখি। মখোয়না নীংলম্বা পোৎ অয়াম্বমু ফংগ্রে, অছুবু মপুং ফাবা হুংঙাইবা অমদি ইফং ফংখিদবগুম তৌখি। ইবেমহলগী মায়থোঙদা হৈনীংবা, মশা খীংবা মঙৌ অছু শঙহৌদনা মাঙখিবগুম তৌখি, মশাদা অনাবা পোক্লকপা অছুনা মাবু পুন্সীদা হিংবগী মহাও কয়া মাঙহনখি। মহু পূম্নমক্ক প্রমোদনা য়াম্না হুংঙাইখিদে।

ঙসায় অয়ুক মহাক্না মাগীদা লৈরম্বা নুপীমচা অছু মকি-মরোল লৈথীহুনা, পীকম থোকপা পৈশা পীহুনা চৎহনগ্রে। হৌজিক মাগী য়ুমদা কনাম্বু লৈবগী দরকার ওইদ্রে। মহাক হয়েংমক মাওদা অমুক চৎলগনি।

মহাক ঙসিগী হুমিদাং অসিগুম্না চীকপা অমুক্তা থঙখিদ্রি, চীংহুং-মান্নুংদা মথন্তা লেনখিবা হুনিদাং কয়াহু অসি য়েৌনা চীকখিদবগুম নীংই। ঙসিদি অচীকপা অসি পুন্সী চুম্নগী ওইনা খল্লকই। শাংলবা নিংথমথাগী অহিং অছু মহাক তুমবোই তুমদবোই ঙৌনা মৈ য়াইহুনা চৌকিদা ফমহুনা লেনখি।

নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপদা মাবু ইমুংগী মীনা হৌদোরক্লে। মহাক্না দরকার ওইবা পোৎ-চৈ খরা এগ্রারবেগতা হাপচিল্লগা, মহুমদ্ শো লোনশিল্লগা মাওদা অমুক চৎখ্রে।

# ৭

বাসন্তী নহানমুক মেত্রিক পরীক্ষা থাখিবা অদু পাস তৌরক্লে, অদুবু মহাক লাইরিক্তি মথা অমুক তমথদ্রে। মচে ফজবীনা লাক্লুনা মঙোন্দা হন্না হন্না থেন্নরে, "কান্নরোই বাসন্তী, ঐগা ঈশৈ শকপা চৎমিন্নসি।" বাসন্তী য়াওদবা .অসি মাগী পাম্বোম নাম্ম তেকখিবগুম্মী, শেল ফংবগী চাং য়াংলি। অহানবদা বাসন্তী মদু য়ারমদ্রবদু ইমুং-মন্নুংগী ফীবম কয়া ফংলক্তবগা, শিনফম অদু মহাক্না য়ুংশিজবগা মহাক ফজবীনা হায়বা অদু য়ারে, মাগা লোয়ননা ঈশৈ শকপা চৎপা অমুক হোৌরে।

মহাক্না প্রমোদকা হাকুম মেরাগী দুর্গাপূজা মন্নুংদা উন্নখিবা অদুদগী উন্নখিদ্রে, অদুগা শজিবুগী পূর্ণিমা হুমিত্তা মহাক মখোয়গী লৈরক্তা শোকপগী থৌদোক অমা থোকখিবদুদগী হেন্না মাগী মরমদা পাউ কন্নিদু তাখিদ্রে। প্রমোদপু থিল্লুবা মখোয়গী মনাক্তগী ড্রাইভর অদুনা তম্বদগী মীশক অদ্ মহাক্কি হায়বা থঙখি। অদ্বু মহাকী অশোকপদ্ থুদোংথীনীংঙাইদি ওইদে হায়বা থঙলবদা মাগী পুক্নীংদু থন্না ঈংথখি।

অমুম্মা মতম থন্না হৌরে। নোংমা মচে কজবীনা ঈশৈ শকপা চৎম্মিন্নবদা মঙোন্দা হায়রকই, "প্রমোদকী নুপী লৈখিরে।" ( মহু মহাক্না প্রমোদখোয়গী লৈকাইদা ঈশৈ শকপা চৎলুবদগী ভারকপনি। )

"করম্না ?" বাসন্তীনা ঙক্না হংলকই।

"নাদ্না লৈখিদবা ওইরম্নাল্লে।"

বাসন্তী তুমিন্না লৈরে। পাউ অদ্না মাবু থুক লাউবা রাখল অমা পোকহনখি। কনাগুম্বা অমগী খ্বাইদগী তাঙলবা লন অমা মাঙখিবদা মাগীদমক অবাবা শক্লকন্থ য়াবা, অদ্গা অমরোমদম্থ মদ্না মাবু চযেৎনহল্লকপগুম তৌবা তমকম খঙদবা রাখলগী কীবম অমদা তাহল্লকপা অদ্নি মঙোন্দা থোক্লিবদ্।

মহুগী মতুং মুমিৎ থরনিদ্ বাসন্তী মপূক্লীংদা মঙল মঙল থন্দুনা লৈ। প্রমোদ হৌজিক মাগা মরী লৈনখিদ্রবনি, মঙোন্দা মাগী কয়া য়াম্না আশা তৌনীংঙাই লৈবগে ? প্রমোদনা মঙোন্দা তশেংনা মুংশিখিদ্রা ? নত্রগা শকী ঈরাংদা ঙাঙবা অদ্রা ? পুন্নমক অসি চমম্ননীংঙাই ওইবা রাকম অমনি। মাগী পুক্লীংদা শেংফাত্তনা হেক হেক থল্লি খুঙ্গঙদা পোকপী, ঈশৈ তৌবতনা শিন্নকম ওইজবী মহাকপু ইঞ্জিনিয়ার সাহেব ওইরিবা মহাক্না জশেংনা অমত্তা ওইবা মাগী নুপী ওইনবগীদমক্তদি থল্লমগদবা মাদ্দে। বাসন্তীনা মশামক মাগীদমক মতীক চাজদবগুম থল্লি।

নিংথমথা লোইরে, বসন্ত ঋতু অমুক চঙলক্লে। বাসন্তীগী পুক্লীদা থোইনা অহোংবা লৈত্তে, বার্তোন লাকপদ্না ঈশৈ শকপা

চংপা, করিগুম্বদা ফজবীনা হৌহুনা মাগা ঈশৈ শকপা চংমিন্নবা অসিনি মাগী থবক। খুদংগু মচী অমদা মহাক মথন্তা ওইবা য়াবা অমসি য়াদবা য়াথল কয়া শাগৎচদ্না পওলেন লেপ্লিং থাবল কথা হুমিদাং কয়াদা মথন্তা চিন্তা তৌথি, কপ্খিবন্থু য়াওই। করিগুম্বদা মুকম থওদবা মরম অমনা মাবু য়াম্না য়াহন্লি।

চরণনা হৌজিকন্থু মাবু লুমদ্না লৈ; অদ্না মহাক য়াউশঙ মতমদন্থু কুম্মৈ-ফিয়োং য়াওদে, থাবল চোংবা চন্তে। মপা-মমানন্থু মাগী অসিগুম্বা ফীবমসিদা মুংশা থীদ্না মাবু কনাগুম্বা নুপা অমদা থাজখিনবা থন্নে। মপাগা ঈশৈ তৌমিন্নরম্বা থংনবা থুলদগী নুপা অমগী মচানুপা অমথক্কী বাসন্তীবু পীন্নু হায়। মখোয়গী ইমুংদ্ মহৌশাদগী চাবা থকপা য়াত্তবা মুংঙাইবা ইমুংনি। বাসন্তীগী মপানা মাবু ইমুং অদ্দা থাজনীংই।

নোংমা ফজবীনা মপামদা লাকপদা য়াফম অদ্ তারে। মহাক্না শাউনা বাসন্তীগী মমাদা হায়রকই, "করি য়ানো ইন্দোল, লৈহায় অসিদা মাবু করিগী থাজবীগদৌরিবনো? নখোয়না মহাকপু মাঙহল্লগেরা? মহাকপু ইস্কালদা শোন্নদনা থাজগদবনি।"

"অহুদা ইবেম্মা, ফত্রবা নুপা অমনা মাবু লুমহুনা লৈন্নিবসিনি, মতুংগী ঐখোয় মুংশা য়াম্না থীরবনি।"

ফজবীদি অহানবদা চরণগী মরমদা থোইনা খঙলমদে, ওসিদি বাসন্তীগী মমাদগী মাগী মরমদা মুন্না খঙলে।

ফজবীনা থোইনা থৌশাদনা শক্তি লৈবা মীগুম্না হায়রকই, "করিগী মানা লম পওহেন হেনবা য়াত্রা? ঐ মখোয়গী মথক

খোংবা অকিলায়দা হায়রগে, অহুগা মাবু বায়কহনগে।"

"মাদা নত্তে ঐখোয়গী খ্বাইগী ভৌওস্বা শামুস্থ য়াওরিবনি।"

"শামু হায়বদি কোনসমগীছু নত্রা?"

"উম, মানা পাম্বোম তিংবদগী চরণনা খাইদা অমুক খৌনা ক্ষনি, নত্রবদবু মানা কৈদৌবা ওমগনি?"

ফজবীনা মতিন য়োথরগা, বাখল খজিত্তং খন্থরগা হায়রকই, "উম, ঐ ভাব তারে। ঐ মাগা উনরুগে।"

সুমিৎ অহুমক্তদা ফজবী শামু উনবা চৎখ্রে। মানা হৈশিংবা বাহৈ কয়া শীজিন্নদুনা শামুবু থবক হাপ্নীগনি হায়বনচিংবা হায়দুনা বারী শাদুনা থেমখ্রে।

মাওদা চহী অহুম্নোম লৈরকপবা মতুংদা প্রমোদ হৌজিক ইস্কালদা অমুক ত্রান্সকর তৌরক্লে। মহাক মন্থুমদগী অয়াম্বা মতমদা মপাল থোক্তে, অফিসতা চৎলুরগা ময়ুমদা চুমত্রীং হল্লকই। য়াউশঙ মম্মুংদ মহাক ময়ুমদগী মপাল থোকখিদে, য়ুমদা লাকপা হোলি অমদি লৈরক-কোনশাংদা অবেন্ন তৈনবা, কি মুনবগী কুম্মে অহু য়েংবা নত্তনা অতৈ করিমত্তা য়েংদে, থাবলচোংবা, লিলা-ফলা পুন্নমক মহাক করিস্থ পুক্লীং চঙখিদে। ঈনখৎলকপা মতমগী চোকথবা লৈতবা, ঈখোলাংবা, সুংঙাইবা হৈবা অহু নাম্নীদি কনা য়াম্না মাওখ্রে।

ফজবীনা শামুদ্বী মন্থুমদা চৎলুবা মতুং ইকুই কুইদনা নোংমা

ঙুমিদাং অমা চরণনা ঙু থক্লগা বাজারগী লম্বীদা শামুগী মরমদা ঙাও-ঙাওদুনা চৎলি, "ঐঙোন্দগী মানা পৈশা কয়া লৌথোকপা, চাথোক-থক্তোকপা, অদুগা হৌজিক্লা ঐগী মায়য়োক্তা লেপ্পা ! করবীনা মাবু থবক মচা অমা হাপ্পীগ্রে হায়না তায়, মতুদগী তৌগ্রিবনি। মহাক্না বাসন্তীবু শোয়দ্না লৈগ্রে। মহাক্না ঐঙোন্দা হায়, 'বাসন্তীগী আশা থাদোক্লো'—হুম, কয়াদা তুক্কচগ্রবা ! ঐনা মাবু কৈদৌঙৈদসু থাদোক্লোই।" অদুদগী মহাক্না ওহাক তুমিন্না চৎলগা শাউনা মমায় ঙাওনা খজিক্তং কংনা নোক্লদুনা অমুক হায়রকই, "কয়াদা থাজনীংঙাই ওইখিগ্রবা মীওইবা ! প্রযোদনসু মতম অমদা ঐঙোন্দা নমথাক তৌখি, অদুগা হৌজিক্লা শামুনা ঐঙোন্দা অমুক নমথাক তৌরে। মীওইবনা হেন্না কগৎপা কীবম নত্রগা মশাগী ওইজবা থরগীদমক কনাগীসু য়েংদে। মথোয়া খুদিংমক মশাগীতা থল্লি, ঐসু করিগী ইশাগীতা থল্লোই ? বাসন্তী ঐগী শোয়দনমক ওইগদবনি। ঐনা মথোয়বু শোয়দনা হাবক্নি।"

মতম অদুদা মহাক্না সড়ক ময়াগী হোটেল মমাঙদা শামুদু মমান্নবা অমগা বান্নী শাদুনা লৈবা উরে। মহাক্না ঙাও-ঙাওদুনা মাগী মনাক্তা চঙশিনগ্রে। শামুদি অদুক হান্না থকত্তে; মহাক্না চীংলেম্না মমীৎ কুপ্তুনা চরণদা য়েংদুনা লৈ। মহাক মশা-মউ য়ান্না কৈ, মী বাং-চাউই, চরণদি ময়াঙ কংই। শামুনা মাবু করিসু উশিংলুবা তৌদে।

চরণনা মা তম্না হোৎচিন্নকপদু বা ইঙাঙ ঙাঙলমগ্রে, মঙোন্দা

থুং থাবা হৌরে। শামুহু তুনবা য়াম্না হৈ, মহাক্না অহানবা মশা তাকথোক্লবা হোংনখ্রবদগী চরণগা তশেংনা ক্ননখ্রে। মীকুপ অমগী মখুংদা মালা কাওবগা খিনবগা চরণহু থাক্হনা তুরে। মহাক্না অস্থা তুরবা মখুংদা শামু ক্ননবিবা মফম অহুদগী হন্দোকরে। মালা অম অহুম মখিদং হন্দোখকপদা থওহৌদনা তুংদোখদা নোংমৈগী মথোল অমীবক তাখি, অহুদগী মাগী পাম্বোম অমন্থুং মথোও অহু থওহৌদনা লুবথখিরম্মী। মহাক শড়ুকী ময়ায়দা হাইথরে। মতমহু হুমিদাং পুং মাপল্লোম তারগনি, মী খরা লখলে, থাবল মুশি মুশি কৈ—ঈনা অমেম্মা লৈতনা শিন্দ্রুনা শামুদ্ সড়ুক্তা উম্না তাদ্রুনা লৈরে। ওহাকী মতুংদা মী খরনা পুলিসতা পাউ পীরুদ্রুনা মহাকপু মফম অদ্দগী পুরে।

নোংতাল্লগা মী থম্বনা বা বা ওাওনখ্রক্লে, "পুলিস চরণনা শামুবু নোংমৈনা কাম্লম্লে।" খৌদোক অদ্ য়াম্না অওকপা অমা ওইরে; মী অয়াম্বনা থওই মথোয় অনীসি লুনা তিম্বা মক্লপনি, কয়ম্না থোকপ্রিবনো হায়বদ্ মথোয়দা চময়না থোকই। অদ্রবু অথওবা মী থরমদি হায়, "বাসন্তীগী ময়মদা মথোয় অনী হুনক্তি থরা ত্থাওাইদখিব্রবনি।"

শামু হোসপিতালদা লায়কয়বদগী শিখমক্তি শিরে, অদ্রবু চরণদি হুমিং থরনিগী মতুংদা থবক্তগী সসপেন্দ তৌরে।

বাসন্তীগী মপা-মমানা মাগীদমক ঈম্বাং থোকপহু য়াম্না হুংনা খীরে। মথোয়না থওই চরণ হায়বহু মহু কনবা মীনি, মতুংদহু কব-হুংদা থোকপা য়াই; ময়ম অনিনা য়ারিবমথে থুনা মাবু

হায়নবা মূপা অদূদা পীথোকখিনবগী বাখল খনবা হৌরক্লে। বাসন্তীসু বাকম অসি খঙলে, মাগী পুক্নীংদা তুমিন্না য়োকচবা বাখল খম্না লৈ. মতু মহাক্না কনানসু খঙহন্দে। হন্দক ময়াক মহাক মথঙ্গায় হুংঙাইতত্না অয়াম্বা মতমদা কমুংদা হীগ্রুদা লৈ। মপা-মমানা হংলগা মানা খুম্মী, "ঐ হকচাংসি ইত্তম ঙমদে।" মাগী মপুক মন্থুংদা লৈন্নিবা বাখল অদুদি মথোয়না খঙদবনা মথোয়না মাগীদমক খবায় যাবা হৌরকই।

অমুক অমা ফজবীনা মপামদা লাকপদা বাসন্তীগী মপা-মমামা মাবু লবায়দা থাজগদৌয়ে হায়খসি অমুক্তা তারখদা মহাক্না শাউনা হায়রকই, "মাবু ঐখোয় ইনাক্তা খমগ্রগে।"

বাসন্তীগী মপা-মমাহু খুদকম খঙথিল্লে।

ফজবীনা বাসন্তীবু কা অমদা কৌশিন্দুনা বাকম অহুগী মরমদা হায়রকই, "নহাকপু লবায় অসিদা অহুম লৈনীংলব্রা? মহাক কয়িমতা খঙব্রব্রা?"

বাসন্তীনা হায় পূম্নমক অহু মাগী অনীংখগী মায়োক্তনি. অহুবু ফজবীনা হায়ন্নিবা মথোয়দা লৈখগী বাকম অহুদি মহাক্না খুদক্তা লেপথোকপা ঙমদ্রে। মহাক্না মহুগী মরমদা খঙহনকথিগে হায়দা খুমদ্রে।

ফজবীসু হনল্লে।

অহুম্না মতম খন্না অমুক হৌত্রে। মোংমা ককজম্ন হুমিংকী হুংখিল অমনি। খজান মাগী অত্তিয়াদা মোং লৈখত্তম তৌহুনা হুংদা য়াম্না ওমচাম্নদা শাই। বাসন্তীসু পুখ্রী মপানগী উকম

লাংবা মকম অমদা কমহুনা ঈশৈগী মরোল থরা ঊরাইহুনা লৈ। মতম অহুনা মাগী মমায়বী (থংনবা খুলদা লৈবী) পুর্ণিমাহ পুমঙো ফনেক শেৎলগা লুনা অমা তোংহনা মখোয়গী কোম্বোঙদা থৌজিল্লক্লে।

বাসন্তী মাবু উবদা হৱাউনা কৌরকই, "হায়মা, পুর্ণিমা লাক্লিত্রা? চঙলকউ।"

মমায়বী অহুনা মাগী মনাক্তা গাড়ীহু থৌজিল্লক্লে, অহুগা মহু মখোঙনা ঙাক্লহুনা হায়রকই, "নফি শেৎলো, লাই থুকম্মু সি?"

বাসন্তীহু অহুম ঙক্না মঙোন্দা থাজদনা য়েংথৎলক্লগা হায়রকই, "অওইত্রা, কদোমদগীনো নঙনা তৌরক্লিবসি?"

"অওইবনি, কৈদৌনা কাগী তৌগদৌরিবনো? চৎলুসি লঃক্লো, নহাকপু ঈশৈ শকপা চৎপা নত্তনা মপালগা শুকথোক থোক্লরোইত্রা?"

বাসন্তী নোক-নোক্তুনা হৌগৎলক্লে।

"নফি থুনা শেৎলো," মমায়বীহুনা অমুক হায়রকই।

মখোয় অনী মাগী কাদা চঙমিন্নরক্লে।

বাসন্তী থুনা মখোঙ-মথুং হামদোক্তুনা মফি-মরোল শেৎচিল্লে। মহাক্কী অঙৌবা হকচাং, ফজরবা পাম্বোম, ঙকশম পুম্নমক অহু পুমঙৌ ফনেক অমদি ফি অঙৌবা শেৎ-ইল্লগা য়াম্মা শুগ্মংনীংঙাই ওইগ্রে। মহাক্কী য়ামবা শম অহু তুংলোম্নদা মতেক থরা বেণি লোল্লগা থাদৈ, চম্পোল তরু তরু থিল্লবা পাক্তক তৌবা মমায় অহু য়াম্মা হৈনীংনা ফ্রই। মাগী ফজরবা শক্তম অহু উবদা

পূর্ণিমানা লক্কহুনা হায়রকই, "ঐ ওসি দশা তাগনি।"

"করিনো?"

"নহাকপু করিগুম্বা লৈরাংবা মুলহৌরবদি ... ... ।"

বাসন্তী মঙোন্দা য়েংলগা নোক্লকই, অদুগা হায়রকই, "নহাক য়াওরিবা অসিদি।"

নুপাগুম্মী হায়রগা হরাউজবা পূর্ণিমানা চীংলেন্না মোমোন তৌরকই, অদুগা মঙক নোক্লগা হায়রকই, "উম, অদুবু নশানদি য়াথোকখিরু।"

অহাংবা লমজাও অদুদা মখোয় অনী লুনা তোংহুনা লাক্লে। মখোল থোক্লা শীংপা লম্বাঙগী মুংশিংনা ফিগী মনাশিং অদু মালংদা পাইহল্লি।

"বাসন্তী, ঈশৈ অমা শকউ," মমাম্নবী অদুনা থগুহৌদনা হায়রকই।

"চয়োদা, কদায় ঈশৈ শকদৌরিবনো?"

"অমা হেক্তা য়াই, নখোয়গী য়াসকীদু শকেরা?" অসি হায়দুনা পূর্ণিমানা মুন হাইকেৎ চাকাত্তনা মনাতোন্দা পুথত্তুনা ঈশৈগী অহৌবা শব্দক থরা ওংলকই।

গাড়ীগী মনীংদা ফল্লিবী বাসন্তীদু মাগী ঈশৈদু তারগা শিথবমথৈ নোকখ্রে।

"সে সে, শকউ, অদু নত্রবদু খুলং ঈশৈ শকেরা, মোইরাং-শাই শকেরা?"

"হুম, হুম, নঙ অদুম শকউ ঐ তাগে, ঐহাক নহাক্লা

শকপা ঊৈগে অনুক্তা ভাজ্রি।"

মমায়বীহুনা মুংশিং ইপোম মরক অতুদা খোঙাঙ য়ৈনা হায়গী চাবগত্তবা মুর অত্তুদা অমুক ঊৈগে শকপা হৌরকই। বাদত্তী অতুম নোক্তুনা লৈগ্রে।

অমুম্বা কাগী তৌনহুনা লাকপনা মখোয় অনী ইফাল য়ৌরক্লে. কোঙ্গুংগী লম্বীদা পুমজৌ করেক লেংবী মুপী, শাজপোং পাম্বা অঙাংশিং অমদি মুপাশিংনা শীক থমা চংলি। মতম অতুদদি মুংশামু থরা মেঙথরক্লে।

মখোয় অনীনা লাই খুরুম্‌বগা থোরকপদা বাসন্তীনা খঙহৌদনা উরক্লে প্রমোদতু কোঙ্গুংগী লম্বী মরাদা মাগী অশংবা কার অতুগী মনাক্তা লেপ্তুনা লৈরে, গাড়ী মঙ্গুংদা অঙাং থরমু য়াওগ্নি। বাসন্তী মাবু উবদা খঙহৌদনা স্বায় লাউরকই, থবাকী মিহুল চোংলকই।

মী চিনবনা মখোয় অনী লম্বী মত্তেক থর অক্তু খোঙনা চংলি। মখোয়না প্রমোদকী মপা য়ৌরকপদা মহাক্তা ঙসায়মখৈ উরমথবগুম তৌনা কৌরকই, "বাসন্তী, লাই খুরুম্বা লাক্লিব্রা?"

বাসন্তী কবিগীনো থঙদে মাবু উবদা ইকাইবা পোক্কই; মহাক্তা হাইকেং লূকথহুনা মমায় ভাঙবা খুরকই, "উম।"

মখোয় অনী তপ্না তপ্না হেনগৎলে. প্রমোদতি গাড়ী মনাক্তা অক্তুন লেপ্তুনা লৈহোরে।

"বাসন্তী, কনানো?" পূর্ণিমানা হংলকই।

"মহাক ঐখোয়গী ইচে অকবীনি মথানুলা লোকই।"

"কদোম্বগী মোক্লু্বিবনো ?"

বাসন্তীনা মচে রুক্মিণীগী হারবী বুপা অদুগী মনম্মদা হাপ্পরকই, অদুগা প্রমোদকী মশক তাক্লকই।

মহাক মহুৎকী মাদি পুর্শিন্নবদা করিস্ত ভাকখোক্তে্।

বাসন্তী মপুক্কীংদদি প্রমোদপু উবগা মাগী হৌঞ্রবা বা কয়াবু নীংশিংল্লকই, খওহৌদনা লাওক্লবা পোক্লকই। অদুবু মাগা ইকাইহুনা মাবু অমুক্তা কাওবা ঙম্বা য়েংবা ঙম্লক্তে।

মখুন য়োরগা মহাক প্রমোদপু নীংশিংহুনা লৈ। মাগী শকথম, মওঙ-মতৌদা হোংলম্বগুম তৌবা, লাই খুরুম্বগী লাইবক্তা সিন্দুর পাক্লা নম্বা অদুনা মাগী পুক্কীংবু য়াম্না চিংশিনহল্লি। অদুবু প্রমোদনা মাবু উবগা তুমিন্না লৈহৌবা, মওোন্দা খওনবা মী উবগা হৌনবী ওইনা চুম্না কৌরকখিবগুম তৌবা মতৌ অদুনা মহাকপু য়ুংঙাইহনখিদে; মতম কুইনগী মমাঙদা মখোয় অনী মরী করিস্ত লৈনখিত্রবনি। প্রমোদনা মাবু চম্না খঙম্বন্থু য়াই, অদুবু মাগী পুক্কীংদদি মদু কয়াদা পেনখিত্রবনো! মহাক্না অরেম্বদা আশা কয়া তৌরুবগুম খঙবা অদুনা মাবু য়াম্না ইকাইহল্লকই।

মীওইবনা করিগুম্বদা ওইথোকপা য়াব-য়াদবা বাখল কয়া পুক্কীংদা য়োক্লুনা থম্মী। মদু পুম্মক অদু কনানা খঙবীরুগনি ? মদুগী করি কারবা লৈরিগনি ? অদুবু মদু থাদোকপদি ঙমদে, মীওইবনা ওইথোকপা থবক ভাক্তগী বাখলদমু য়ুংঙাইবা ঙমদে, পেনবা ঙমদে। আশানা মতম পুম্বদা ঙম্খৈ লৈতবা শম্বুং অম্বদা মীওইববু পুক্লুনা চংলি। বাসন্তীমু অদু মওায়, মহাক্কি প্রমোদকী বাখল

থাদোক্লগে খল্লুই, অদুবু মদু মহাক ওমদে, হৌজিক্তি মাগী বাথল তৌরগদা হুংঙাইজে। মহাক্না মরম ওইদুনা মতম অমদা মাবু মীনা কয়া থীনা ঙাওনবীখিবা ! মদু মহাক্না কাউবা ঙককুম ওমদে, করিগুম্বা মওঙ অমদা প্রমোদ অসি মাগীতা ওইরবগুম থল্লকই।

মতম খরা লৈরগা পূর্ণিমাদু মাগী মনাক্তা নোংমা হুংথিল অমা অমুক লাক্লে। মহাক্না বাসন্তীগা কমুংদা কপ্নিররদুনা হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক লুহোংগদৌরে হায়বা পাউ অমা তায়, চুব্রা ?"

"কনানা হায়রিবনো ?"

"ভৌশিররম্বু ঐ লোইনা থঙলে, নুপা অদু ঐখোয়গী লৈকাইদগীনি। মখোয়গী ইমুংদা নহাকপু লুহোংগনি হায়না হায়নবা তারে।"

বাসন্তীনা থজিক্তং কংনা নোক্লদুনা হায়রকই, "হুম, হায়নজসম্বু, মদু অরেম্বা রানি।"

পূর্ণিমানা মঙোন্দা মোমোন নোক্লদুনা হায়রকই, "ঐদি নঙনা য়াররগুম নীংলুরে।" অদুদগী বাসন্তীনা নুপা অদুবু য়ানীংদে হায়বা ইঙ্গিৎ কংলবদা মমায়বী অদুনা ঙাঙবা হৌরক্লে, "বাসন্তী, অশেংবমক নহাক মাবু লুহোংলুগম্বু। চোংলম চাবা মী নত্তে, হুমিং চুমা কোয়দুনা লৈবা, লাইরিক তম্বা তোক্লবা, নেশা চাবা মীনি। অহল-লমনগী লো থরদি লৈ, অদুবু মদুনা কৈদৌগনি ? ঐ নঙগা য়াম্না নক্না লৈমিন্নীংই, অদ্বু নহাক্কী বাপদবা অদুদি ঐ পামদে।" অদুদগী মহাক ঙাক্তং ভুমিন্না অমুক লৈঙ্গে। মতুংদা মহাক্না মোমোন নোক্লগা অভোক্না বা

অমা হৌনোরুহুনা হায়রকই, "বাসন্তী, ঐখোয়না মহাকমুক লাই খুরুম্বা চংপদা উরবা অবাংবা, কাম তোংবা মুপানো ··· ··· ঐখোয়বু অহুম মুন্না য়েংহুনা লৈহৌই।" মহাক্না মখল্তা নোকপা হৌরকই অহুগা শমথয়কই, "নহাক মাবু খঙই হায়বলাই, মাগী মরমদা থরা হায়রু।"

"নহান হায়রবা অহুদি।"

"অহু নত্তবা থরা," মপ্রারবী অহুমা অর্ধ লৈরবা নোকমি নোকমি তৌনা মঙোন্দা য়েংলগা হায়রকই।

"অহু মত্তবদি কম্বিন্থু লৈতে।"

"হেন্না তৌশিন্নরসু, কম্বিগীনো নঙনা মাবু উরম্বা অহুক ইকাইবগুম লুকখন্নিবদি?"

"নহাক নুপাবু উরগা কম্বিন্থু ইকাইদ্রা?"

"ইকাইদে, হুম্না থঙনবা মীবুদি কম্বিন্থু ইকাইদে।"

অহুদগী মথোয় অমীমক থঙহৌদনা নোক্লক্লে। পূর্ণিমানা অমুক হুকশিন্দুনা হায়রকই, "সে হায়রো, মহাক্না মাগা করম্না থঙনরুকপথে? হায়মীংঙ্গবদি ঐ চংলগে।" মহাক্না চংকদবগী তৌশিন্নরকই।

বাসন্তীনা মাগী মখুং কারহুনা হায়রকই, "ঙাইখো চংখিন্থু।" অহুদগী মানা লুকথরগা শকতম হঙিন্না হায়বা হৌরকই, "পূর্ণিমা, অতৈ কম্বিন্থু নত্তে, মহাকসি ঈশে তাবা য়াম্না পান্নী ··· ···।"

"উম, মহাক নঙগী ঈশে তারদা শোয়দনা ঙাওরমগনি," পূর্ণিমান্না মরক থঙাহুনা হায়রকই।

"ঐখোয়গী ঈশৈ শককম কয়াদা মহাক লাকই ... ...,"
বাসন্তীনা মমুংগী রা খরদি থ্রুহনা হায়রকই।

মাগী রাহৈ খরা অহুনা পূর্ণিমা ভাব লোইনা তারে।

"অহুবু কুইগ্রে মতমদো, পূর্ণিমা," বাসন্তীনা খর খজিক্কং শাংনা চিংথংলহনা অমুক হায়রকই, "মহাক নুপী লৈবা মীশকনি, ঐনা য়াম্নিবমথৈ মঙোন্দগী লাপথোক্নবা হোৎনখি।"

অহুদগী ঙহাক অমুক বাসন্তীহু তুমিন্না লৈগ্রে। পূর্ণিমানা খঙনীংনা হংলকই, "অহুদগী করম তৌগ্রে?"

"ঐনা য়ানীংদবা উৎপদগী মহাক ঐগী ইনাক্তা অহুম লাকখিগ্রে।"

বাসন্তীনা থোইনা খোয়জঙদনা মঙোন্দা থোকখিবা থৌদোক—দুর্গাপূজা মমুংদা ঈশৈ তৌকম অনদগী প্রমোদনা মাবু হুমিদাংদা থিনবীরকপগী রারী অদু লীরকই, অদুগা হুগিৎ অদুদা নাতৈ চাদবা মওঙ অমদা মীয়াম্না মাগী মিংচৎথীবা শন্দোকপিথিবগী রাফম অদু তমথোরকই, অহুগা হায়রকই, "ঐগী পুক্নীংদদি নোক্নীংই, মী হায়বসিনা অতোপ্পগী ফত্তবা হায়বদা কয়াদা হুংঙাইজগ্রবনো!" মহাক্না ঙহাক্কং খর ফ্রুয়না হোল্লগা অমুক শমথরকই, "পূর্ণিমা, ঐ খঙই, ঐখোয়গী শিনফম অসিনা ঐখোয়বু মীনা ফজনা ঙাঙনবীগন্দে। অহুগী খরুরবদি য়ুমদা তুমিন্না লৈরসিরা হায়নহুম খল্লবনি, অহুবু মহুহু ঙমদে।"

"মহুহু হেক য়াবা নত্তে, হায়নীংবা কয়ালা হায়নজসহু? অহুবু মহাক্তি কমদোগ্রে?" পূর্ণিমানা প্রমোদকী মমদা খঙনীংনা

অমুক হুংলকই।

"ঐনা হায়প্রবা অত্নি, মহাক ঐগী ইনাক্কা লাকখিত্রে, মতম কুইনগী তুংদা" নহানমুক লাই খুরুম্বা চৎপা্দা উম্নখিবা অছুনি। অত্নবু পূর্ণিমা, ঐনা খঙবা অমদি হৌজিক মাগী নুপীদু লৈখিত্রে হায়না তায়।"

পূর্ণিমানা মঙোন্দা হাইকেং ওক্না মুম্না য়েংলছুনা হায়রকই, "অছুগা হৌজিক নহাক্না করি খল্লিবগে ?"

বাসন্তী বাহং অছুগী পাউথুম পাক খুয়ক্তে, মপূক্লীংদা খল্লকই, "খবক খুদিংমকপু ইশানা নীংবা মতুং ইম্না হেক্তা লেপ্পা য়াত্রা ?"

পূর্ণিমানা ঙহাক বাখল খল্লগা মখন্তা শোল্লকই, "নুপী লৈখিত্রবদি মহাক ওস্তোক্লা লুংঙাইরম্ব্রোই, করিগুম্বা খরদি পূমবাৎ বাৎলম্লগনি।"

বাসন্তীদু তুমিন্না লু্কখছুনা লৈ।

পূর্ণিমানা খঙলে বাসন্তী অদু মশামক চময়বা কীবম অমদা লৈ, মশাগী মরমদা অরেপ্পা অমা খঙবা ঙমজদে। অদুবু মহাক্না মপূক্লীংদা খল্লি, "বাসন্তীগী খোঞ্জেল, শক্তমগী লাংদা থুপ্রবা মী অছুনা মতম কয়া কুইনা তুমিন্না লৈখোকপা ঙমগদগে ?"

পাহুনা মতম লেপ্লি। অহুবু ঙসিদি মহাক লাইথিক পাদে, মরু অদ্ কথহুনা বাখল থন্দুনা লৈ। মহাক্না হায়রকই, "বাসন্তীদা অমুক্তং 'হায়জবা য়াথিগদ্রা? হৌজিক মাগী পুক্নিংগী ঋীথম করম ঙৌরমগনি?" অহুবু মদ্ ওইথোক্লোইদবগুম খল্লকই। মহাক বাসন্তীগী মরমদা কপ্নিমন্তা থঙথিদবা, তাথিদবা ফুইদ্রে। মহাক্না বাখল থন্দুনা লৈথদ্, ফুমিং ফনা য়াম্না থেঙজিনখ্রে। মিংথমথাগী অহিং অদ্ টেক-মোক লাউথিত্রে। কাদা থেংলিবা থরি অদ্ ঙং ঙেক ঙেক লাউমা মখোল থোক্লি। মনাক্তা লৈরিবা মৈফু অদ্ মৈ অমত্তা য়াওরমদ্রে।

মহাক ফমুংদা চঙদ্না হীপখ্রে।

নোংঙাল্লগা মহাক্না নম্বোল্লোমদা হাইথয়কই। ফুমিত্তু মহাক বাসন্তীগা উমদ্রে, মাগী মরমদা কপ্নিমন্তা থঙদনা হল্লকে।

থা অমম্বোম হৌদ্রে। মোংমা ফুমিং ফুবা মীতম অদ্ বাইদা মহাক্না বাসন্তীবু ইন্দ্রালগী লম্বী অমদা মথোঙনা চংলম্বা অমুক থেংনরুম্মে। মহাক অচম্বা ফমেক অঙাঙবা অমা শেংলি, লংলৈনবা লাল অমা ইল্লি, ইচম চম্না উই, কপ্নিমন্তা কেদে।

প্রমোদ বাবু উবদা থঙহৌদনা থম্মোয়দা লাউজরবা কাওয়রকই। মহাক্না মঙোন্দা হায়নীংবা রা কয়া লৈথদ্, হায়নবগী মতাং চাতে হায়না খল্লকই। মহাক্না মাগী মনাক্তা চঙশিন্দুনা কৌরম্মে, "বাসন্তী।"

বাসন্তীদ্ থাজদবা মীংয়েং অমম্না মঙোন্দা য়েংখৎলকই।

"কদোম্বদা চৎলিবনো?" প্রমোদনা হংলকই।

"ঈশৈগী ক্লাস য়াওরকবনি।"

বাসন্তীনা মহাক মচে কজবীখোয়দা লৈরে হায়না প্রমোদতা তম্লকই।

মখোয় অনী তপ্না তপ্না খোঙনা চৎমিন্নরে। বাসন্তীস্থ মাবু মতম কুইনা উম্লকপ্রবগী হৌনবা ইকোই কোইবগুম মায়খোঙ লঙ্কা চৎলি, বা ইঙাও ঙাওলক্তে। প্রমোদস্থ মঙোন্দা হায়নীংবা য়াদি কয়ানি অদুবু থূদক অদুদা মঙোন্দা করি হায়গদগে খঙদে। ওহাক তুমিন্না চৎলবা মতুংদা মানা য়ান্নী শাবা হৌরকই, "বাসন্তী, হুংঙাইরিত্রা কমদৌরি? উম্নখিদবা কুইরে।"

"হুংঙাইজরি," বাসন্তীনা অসিতমক থুন্নকই।

প্রমোদ য়া ঙাঙকম খঙদনা ওহাক অমুক তুমিন্না চৎলি, মনাক্তা চৎলিবী চুং-কিয়াল চারবী বাসন্তীগী কীষম, মশম-মনা, কজবা মায়খোঙগী মঙো, বা ঙাওবগী হুংশিবা খোঙ্হোক পূম্নমক অদুনা মশাবু ইপঙ পঙশিনহল্লি।

মহাক্না ইচম চম্না বাসন্তীদা মতৌ কয়ম্না মানা কজবীখোয়দা লাক্লিবনো হায়বনচিংবা হংলকই। তপ্লেংবদি বাসন্তী অহল-লমম্না লবায়দা থাজখিগদৌরে হায়বদুদা কজবীনা নোংমা মাবু পুন্দুনা লাকপনি। অদুবু মানা ইকাইহুনা প্রমোদতা অপেংবা য়াক্লম অহু তাকখোল্লক্তে। মহাক্না ইচম চম্না কজবীখোয়দা মতম থম্না ঈশৈ তম্বগীদমক্তা লৈরিবনি হায়না থুন্নকই।

প্রমোদনা মঙোল্দা খজিক্তং লকক ভৌনা হায়রকই, "বাসন্তী, মতম কুইরে ঐনা নঙোন্দা রা অমতা হায়জগে নীংহ্না লাকপা, অদুবু ঙসিদি মতা চাকহ্নুনা ইবানি উরে। নহাক ঐনা হায়জগদৌরিবা বাকম অমা য়াবীগদ্রা ?"

প্রমোদনা হায়রিবা অদু বাসন্তীদা ঙক্না খোকই, মতম অমুক কুইবা অসি মহাক মাগী মনাক্তা লাকখিদ্রে, তাঞ্জা চাকহুনা উরবা মতম অদুদা প্রমোদনা অদুম্বা হায়বদু মহাক মপুক্লীংদা মুংঙাইতে। মহাক প্রমোদনা হায়গদৌরিবা বাদু মপুক্লীংনদি খঙবগুম ভৌই, অদুবু মহাক্না হংলকই, "হায়বীয়ু, করি বানো ?"

বাসন্তীগী অচেৎপা মায়থোঙ অদু উবদা প্রমোদ মপুক্লীংগী বা অদ্ পাক হেক কাঙথোকপা ঙমদ্রে ; অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মহাক্না মাগী নুপী ইবেমহল লৈখিদবগী রারী শারকই, অদ্গী খঙহৌদনা হায়রকই, "হৌজিক ঐবু অহল-লমল্লা লুহোংবগী বাকম তকশিল্লক্লে, করিগুম্বা নহাক্না য়াবীরবদি ... ..... ..... ।"

বাসন্তী খঙহৌদনা শবকম হোংখি, থবাক্কী মিছল চোংলকই। মহাক মদ্গী পাউথুম করিমতা পীরক্তে।

মঙোল্দগী অরেপ্পা পাউথুম অমা ফংদ্রবদা প্রমোদন্দু হেল্লা অদুম ইকাইরক্লে, ঙহাক মাগী মনাক্তা চময়না চত্না লৈরে। তাঞ্জা অদ্দা বাসন্তী মমাল্লবী অমা থেংনরে। প্রমোদ বা অমুক মখা তাবা খুদোং চাব্রহুনা তুমিন্না মাগী মনাক্তগী হুনগ্রে।

বাসন্তী মাগী লৈকমদা হল্লক্লগা কা মমুংদা চঙলক্লগা কমুংদা তুমিন্না বাখল খন্দুনা লৈ। মহাক মপুক্লীংদা কপীংলকই, প্রমোদভা

অলেপ্পা বা অমতা থুস্না ঙমখিদ্রিবা কল্লিগীনো হায়রগা খনবা হৌরকই। মীশক অদু মহাক্না মতম কুইরে তুমিন্না নীংজদ্রনা লাকপা, অদুবু মীকুপ অতুদা মহাক প্রমোদপু বারৌবওম্বা বাখল অমনা মাঙওইনখিদুনা মঙোন্দা পঙ্ক্রীংগী বা অমত্তা হায়খিদে। থোই-দোকদু প্রমোদকী অহল-লমল্লা মঙোন্দা লুহোংবগী বাকম তকশিল্লকপদু কনাগুম্বী অতোপ্পা মতীক চাবী অমা ওইরম্লবদি খন্দুমা মহাক নীংহম্লখি।

হুমিং অদু মহাক মপাল থোক্তে। হুমিদাংদা দলাল মথক্কী কাদা তুন্নিল্লা বাখল খন্দুনা লৈ। মাগী কাদুগী মমাঙদা কনা পাকপা সাটকী শুমাঙ অমা লৈ; মতুদা পরেং পরেং খিল্লিবা গল্লাশিংদা গোলাব, কবোক্লেনচিংবা হৌই। ঈংবনা থৌশাবীদ্রবা নিংথমথাগী খাবলনা চীক্লা থোরকই। মহাক থোঙনাঙ মপান্দা কুইনা বাখল খন্দুনা কমদুনা লৈরম্বদগী মপাল থোরকুনা ঙেলিংদা ঙাখদুনা লেপ্তুনা লৈরে। ঙসিদি মহাক বাখলগী পোথাকম য়াম্না খঙদে।

হুমিং থরনি হৌরে। নোংমা মাগী মমাম্লবী পূর্ণিমাদু বাজারদা থেংনৈ; মানা তল্লম্বী মথোয়গী অদুকাইদা লৈবা মাগা হায়নবা নুপা অদু অতোপ্পা নুপী অমা লুহোংরে। মদু তাবদা বাসন্তী পঙ্ক্রীং থরা ঈংথরে। তশেংবদি মাগী হৌখিবা মিচং থীনিংঙাই ওইবা থৌদোক অদু কৈমুংদুনা খঙলকুনা অতোপ্পা নুপী অমা হায়নখিবনি। অদুবু অদুক কুপ্পা বাকম অদুদি পূর্ণিমানা মঙোন্দা তরমরে।

মথংগী থুমিত্তা বাসন্তী মহূমদা চৎখ্রে। ককবীনা মাবু ঈশৈগী ক্লাসতু মপুং কানা য়াওথিনবা থেম্মী, অহুবু মহাক মহু কাওবা য়াথিত্রে।

মমাঙদি মাবু উবদা পঙকত্রা কপখ্রে। মহাক্না মপুক্লীংদা ছুমিন্না থল্লকই মহাক মচাগী অনীংবা কয়াদা য়েংলরোই। বাসন্তী লাকপগী থুংনাং অহু মহাক মচাগী মনাক্তা অহুম শঙহুনা লৈ, মানা চাক চাবদা মনাক্তা কমহুনা ঙানচিংবা লৌহুনা, অরাং-অপা হংহুনা লৈ। মহাক্না মকম অহুদা থোকপা অনৌবা য়ায়ী কয়াম্থ শারকই। মচানুপী অনী ময়ুম পানগ্রবা মতুংদা মচানুপী অতোপ্পী বাসন্তীবু মহাক্না ওখোক্লা মমল য়াম্না থজ্জে।

হৌজিক বাসন্তীহু অমুক ময়ুমদা চীন্না লেল্লে, মমক মরক্তা ঈশৈ শকপা চৎলি, অতৈ মতমদা য়ুমগী থবক শূই, অদুগা হোটেলগী শঙ্গোমহু অদুম থিনবা চৎলি, কম্মিগুম্বদা মমাগী মতুং ইন্দুনা লৌবুক্তা থবক শূবা চৎলি।

নোংমদি মানা হোটেলদা শঙ্গোম থিনবা চৎপদা প্রমোদতু কালদা কমদুনা লৈরম্লে, মাগী অশংবা কারহু হোটেলগী মমাঙদা থাম্মী। বাসন্তী মাবু উবদা ইঙক ঙকখ্রে। মানা হোটেলগী থোরানীদা শঙ্গোম পীবা মতমদুদা প্রমোদ মঙোম্না য়া অমতা ঙাঙলক্কে, অহুবু মহাক্না থোরকপদদি মহাক মাগী মতুং ইম্নরক্লে।

"বাসন্তী," মহাক্না কৌরকই।

"করিনো?" বাসন্তীনা মমায় লুক্না চৎলগা খুমকই।

"কৈদৌঙৈ 'সিদা অমুক লাকই? ঐ নহাকপু নথোয়গী ইচে

ককপীথোরকী অদুরাইদা হুন্নরে।  অচুবাইগী মীশিংবা নহাক অমুক য়ুমদা চৎত্রে হায়না তশী।"

"থা অময়োন কারে 'সিদা অমুক লাকপা।"

প্রমোদনা ঙহাক তুমিন্না চৎলগা মাগী অনীংবা বা অদু হায়রকই, "বাসন্তী, নোংমা ঐনা নঙোন্দা হায়খিবা বা অদু ঙসিস্থু ঐ নঙোন্দা অমুক হন্না হায়জবা লাক্লবনি ... ... ...।"

বাসন্তী খুম্লক্তে।

প্রমোদনা মখোয় অনী চৎমিন্নখিবগী বাকম হন্না হন্না তকশিল্লকই। অহানবদা বাসন্তীদু খুম্মত্রবস্থু অকোনবদদি মহাক মথংগী তুমিত্তা মাগী অয়েপ্পা বা অমা হায়রগে হায়না খুমত্রে।

প্রমোদনা হনত্রবদা মহাক লূকথদুনা বাখল অমদা উংবগুম ময়ুমদা লাকই। তেল্লবা মতম খরা অদুগী মমুংদা মাগী পুন্সীগী অরুবা থোঙথাং অমগী বারেপ লৌবা অদু য়াম্না চময়না থোকই। অদুবু প্রমোদনা কনাগুম্বী অমা লুহোংখিবা য়াই হায়বসিগী মরমদা খল্লুবদা মহাক থাঙজমদবগুম থোকই। মহাক মপুক্কীংদা লেপ্লে থংনবা তুমিত্তদি মহাক মাগী মতুং ইন্দুনা চৎলগনি। মদু খল্লুবদা মহাক মপুক্কীং অস্থম হুংশিবা পোক্লকই, ইমুংগী পোৎ-চৈ খুদিংমকপু হুংশিবা হৌরকই।

তুমিং অচুগী অহিংচু মহাক পুক্কীং মুংশিবগুম, লাঙতক্লবগুম, মীৎ কক্লা অমত্তা উইশিনবা য়াদে, অহিং চুপ্পা বাখল খল্লুমা লৈ।

নোংঙাল্লগা মহাক অয়ুক ঙস্তা ঊরুজথোক্লে, মমা খঙহন্দনা মাগী মকি-মরোল, পোৎ-চৈ খুদিংমক মফম চানা চানা লোইশিল্লে।

মাগী লীক-কোল মুয়াং কায়না লৈতে, অদুবু লৈজবা লীক, লৈখক্না মপাদা পিজিল্লে। মহাক মকি-মরোল তনান তনান শেংলে— অহনবা কনেক হীগোক অমগা নৌনা লৈরুবা তৌরুনবা সাল অমগা শেঙ্-ইল্লি। কেরবা মায়থোঙ অদু য়াম্না ঙৈংই, চীংলেম্মী, অদুবু য়াথঙগী মখিদি তাই।

মাগী মতৌদু উবদা মমানা হংলকই, "ইবেম্মা, মহাকপু কদায়দা চংকদৌরিবনো?"

মমাগী অচম্বা মায়থোঙ অদু উবদা বাসন্তী মপুক্তীং সুংঙাইরক্তে, মহাক্না মমীং তূকথনা খুমকই, "ইমা, ঐ ইচে ফজবীখোয়দা চংলুগে, মাগা ঈশৈগী বা অমা ঙাঙনগদবা লৈ।"

মমানা মাগী য়াদু থাজনা হায়রকই, "থুনা লাকউ ইবেম্মা, লেকুনা লৈথোরকসু।"

বাসন্তী হায়গুম্না অদুম লূকথদ্না খুমকই, "হোয়, ইমা।"

সুমিৎ অদ্গী সুমিদাংবাইরম কাওবা বাসন্তী ময়ুমদা হল্লক্তে। মমামা অহানবদা চম্না খল্লম্মী মহাক ফজবীখোয়দা লেকুনা লৈথোরকপা যাই হায়না, অদুবু লৈকাইগী মীশিংনা বাসন্তীগী মপা-মমাদা পাউ তয়ে, "বাসন্তীদু ওসায় অয়ুক খোয়ানীগী হোটেল মমাঙদগী খক্না চথোক্লগা নূপা অমগা কায়দা তোংমিন্নদুনা চংখ্রে।" অতোপ্পা খরনা তম্লকই. "বাসন্তীদু নূপা অদুনা নমদ্না কায়দা হাপ্পুনা পুখিবা মাল্লি।" অসুম্না ময়ামগী পাউ অসিনা বাসন্তীগী মপা-মমাবু য়াম্না লাঙতক্‌হল্লে। মাগী মপানা হুংদাং অদ্মক্তদা পাড়ী য়ায়দ্না ফজবীখোয়গী ময়ুমদা মচানুপীবু থিবা

চংলে, অদুবু মখোয়নস্থ মহাক লাক্লমজ্রবদা মহাক য়াম্না নীংবা কায়রে। মহাক্না পুলিসতা থৌদোক অতুগী মরমদা পাউ পীরক্রে, মচানুপীবু থিবীনবা হায়রক্রে।

হুমিং মঙানিমুক মখোয় থীবা থঙক্রে। ডকফিভবা হুমিং অহুনদি মখোয়বু পুলিসনা কারে। হুমিং অতুগী সন্ধ্যাদা বাসন্তীবু মখোয়গী ইবুংগী মীশিংনা জিপ অমদা ময়ুমদা পুহনা লাক্রে। মহাক সাল ভৌরুনবস্থ মকোক থুমহনা ইল্লি, মমায়স্থ ইমক মকশিল্লি, সন্ধ্যাবাইরমগী ঙাওলৈনবা হুমিংকী মঙালনা মমায়দা লৈরকই। মহাক বা মচেং অমতা ঙাওদে, নুংগী মুর্তিগুম গাড়ী মহুংদা ফমহনা লৈ।

মখোয়গী ময়ুম য়ৌরমদাইগী কোন্থোঙ ময়াদা লৈরম্বা মী-শিংনা জিপ অতুদা য়েংলগা করিগুম্বা থরা মুরুম মুরুম ঙাওনখি।

প্রমোদ ইকাইবা অমদি পূক্লীং হুংশিবনা পীক থক্লে। মহাক বাসন্তীথোয়গী ইমুংনা অস্তুম্না ভৌরকনি হায়বসি য়াম্না থাজরুদে। মহাক্না হৌজিক থনবা হায়ববু কনমক হায়হুনস্থ বাসন্তীসি হৌজিক কনাগীস্থ নত্রে, করিগুম্বা মতাং চাবা মতম অমদা মহাকপু মাগী নাক্তা চংনবা অমুক হায়গনি অসিনি। অহুবু মানা বাসন্তীবু উরবদি ফংদে। মপানা মাবু ঈশৈ শকপা চংহনখিদে, ময়ুমদগী মপাল থোকহনখিত্রে।

বাসন্তীস্থ হুমিং চুম্না প্রমোদকী বাথল থন্দুনা মতম লেল্লি। মহাকস্থ খাৈজ প্রমোদ অমুক্তং মতম অমদা মাবু উরবা

পোকলনা লাকখি।

হৌজিক মরামা মওোঙ্গা ম্নেংবা নীংথম্নে অমু হোংলে, চেনুরবী মপক-মতো মরুবী ঈশৈতোৌবী, মাঙলবীনি হাম্না খজে। মী কম্নানা মতেৌঙ্গা ইমবা নজ্রগা নুবা তোকত্রে। অদুবু মহাক্না খাঙ্গি মহু মাগী অমাবা অমদি নত্তে, হোৌজিক মাম্না প্রমোদপু পুক্কীং শেংনা, থুংশিনা নীংজবগী লক্কীদা অপনবা লৈজ্রে।

মপানা শাউজরবগ্‌ বাসন্তীগী মমাদি মচাগী মতো য়েংবা থুংডাইতদনা তুমিন্না খনবা য়াওরকই ইক্কালনী অচৌবা থবক তৌবা নুপা অমুদা মচানুপীডু লৈজখিবনা কয়ুম্মী। মপুরোইবদি প্রমোদপু (হৌখিবা থোৌদোক্কা মরী লৈননা) হান্না শাউদুনা লৈবক্কা, নুপী থিরম্রবা মীশক অমুনা মচানুপীবু ফাদুনা পুথিখিবনি হায়বা চীঠোক অমুতগনা মরম ওইদুনা পুলিসতা তাকুনা খাইদোক্কবগী থবক চংথখিবনি। অদুবু মমাদি য়ান্না পেল্লক্তে। মমুমদা মচানুপীগী য়া তারগম্‌ মহাক মশানা য়ানা চংচবনি হায়বসি খঙলে। মহাক্না মচানুপীবু অদুমা শাইদোক্কদুনা থম্মীবসি চুমদে হায়বা বাখল অসি শম্না হুম্না খল্লকই।

বাসন্তী য়াম্না নায়তোম তানা লেজ্রে। মহাক কনাগম্‌ য়াবী শানীংঙাই থোইনা লৈতে, মথন্তা চীক্না বাখল তৌবা নজ্রগা ঈশৈ ঙৈরাইবা অসিনা মাগী মথৌনি। মাগী মক্কপ পূর্ণিমাদু মতম খরগী মমাঙদা মাগা থবক তৌমিন্নবা ইক্কালদা লৈবা নুপা অমদা লুহোংগ্রে।

হৌখিবা নিঙোল চাকৌবা থুমিৎকী থুংখিলদা পূর্ণিমা মপামদগী

হুনবদা মাগী মনাক্তা চঙলক্লমী। মহাক্না বাসন্তীনা· ইশ্বরগী ঘাঙ্গী কন্না শাঙ্গমী, অহুসা প্রমোদকী থবক তৌকম ; অফিস অহুম্ থঙই হায়না মতোন্দা তাক্লমী। হুমিৎ অহুদা বাসন্তীনা মপুক্লীংদা শেংকাস্তনা থনথি মহাক মশামক অমুত্তং চত্তুনা প্রমোদকা উক্লকনিন্না হায়না, অহুবু মহাক অন্নম্না তৌবহু য়াম্না ইকাইজৈ। মীগী পুক্লীং বাথল হায়বসি মতমগী মতুং ইন্না হোংবা য়াই, মানা মাবু থৌওইবীনক্ত্ৰবদি হায়না মহাক্না খল্লকই। মহু খল্লুবদা মহাক কোকচাউবী কায়, মাগী তুংগী মঙলান খুদিংমক মচেৎ মচেৎ তানা কায়প্রবগুম নীংই, মাগী ঘাথলগী সংসার খুদিংমক অমম্বা লৈচিলনা কুপপ্রবগুম তৌই ; অফিসকী চন্নাওনবা মন্নক অহুদা মাগী মমল খুদিংমক মাঙখিগনি হায়না খল্লকই। অন্নম্না বাসন্তী মপুক্লীংদা মওল মওল থন্দুনা মাগী মনাক্তা চৎপগী ঘাথল অহু থাদোক্লে।

৯

প্রমোদ অফিসকী শেঙ্গা-থুমজা মরক্তা লৈবদু খাওবদা বায়। মঙোন্দা লাকপা মী কয়ানন্থু মাবু মোংহল্লি। নোংমদি মঙোন্দা অচৌবা দশা অমা তারে। সরকারগী লোয়শঙ শাবগী হিসাবতা শেল হেক্তিন্না শীজিন্নরম্বগী কেস অমগা মরী লৈননা মহাক মাগী মথাদা লৈবা এসিসটেন্ট ইঞ্জিনিয়ার অমগা সেকসন অফিসার অনীগা থঙহৌদনা থবক্তগী সসপেন্দ তৌরক্রে। ( মহুদদি মাগী মরালদি খোইনা লৈতে, মহাক্না য়েংহৌদনা করিগুম্বা সই অমা তৌরুবত্তনি। )

থবক লৌথোকপগী ওর্ডর লাকপদা মহাক্না খনখিবা বাখল অদু অতুকী মতীক তমক্তম থঙদে। কেসতুগা মরী লৈননা মাবু ফারুবা, মতুগী ইকাইবা নংবদু মহাক খাওবদা বাথি। মহাক্কী বাখলদু হায়রুম থঙদনা লূপ্মী, সংসারদা লৈরিবা, উরিবা পোং থুদিংমক্কী মমল পুন্নমক থঙহৌদনা মাঙপ্রবগুম তৌই। তুমিন্না লৈবা পোং থুদিংমক্না মঙোন্দা অবাবা পীরকই। হৌজিক সমাজদা মশাগী মমল পুন্নমক মাঙপ্রে, মীয়ামদা মাগী মশক

উৎনীংলে ; মহাক মরূপশিংনা মপাল শুকখোক খোক্লে। মহাক মরামগা য়াম্বিমখৈ উরবা মকম অমদা লৈনীংলে।

মখোল য়োরমদাইদা মহাক্না থবক তৌরিঙৈদা লৈখিবা ( উপাল, লক্ষ্মু অমদি কেরা পাম্বীনা কোয়শিনবা ) মজরবা লম মচেৎ অমা লৈ। মহু মহাক্না কালেন্দা পোথানবা, চীক্না লেমীংবা মতমদা লেরবা নক্রগা মতম অমদা কার্মনচিংবা তৌনবা হায়রুনা আশা চাউনা লৈখিবনি। মহুদা উহৈ-বাহৈ অমদি মনা-মশীং মরাং কায়না থাই। মহাক্না মকম অহুদা শণ্ড অমা শাহুনা থম্মী, অহুগা মণি কৌবা লৌমী অমা শণ্ডহুনা লৈহল্লি। হৌজিক মহাক মকম অহুদা লৈকয়গে হায়না মপূক্নীংদা লেপ্লে।

অয়ুক অমা মহাক্না ওয়া হৌগত্তুনা কাম্ব তোংহুনা মকম অহুদা চৎলুরে, অহুগা মাগী অনীংবা থৌরাঙহুগী মরমদা মণিগা য়াম্বী শারে। অহানবদা মানা মাগী হিজোল অহু শেমগৎ-শাগৎপগী মথমদা থল্লে। মানা মহুগী অকোয়বা খূদিংমক চত্তুনা য়েংলকই। লম অহুগী শক্লক থরদি নূপা অহুনা হিজোল কোইবগী নাল্লি, অহুবু মমাঙ থংবা জগাদা অকুৎপা লম থরা লৈ ; মহুদা শীংনাং পাম্বী য়াম্না হৌই, মনীংগী শক্লকস্তু উ, নাপী-শীংবী য়াম্না হৌই। য়ুমগী মমাঙ থরা চৎথৎলগা হৈনৌ পাম্বী অমগী মখোঙদা চরাংনা মকম অয়াম্বা কূপশিনবা থেলবা পুম্রী অমা লৈ, মহুগী ঈশিংহুদি য়াম্না লুই। প্রমোদনা থল্লি মাগী লমহু শঙলিবা মণিনা অঙাংবা মতমদা হিজোল কোইবদা পূক্নীং চঙই, লমহুগী মনা-মশীং থাবা য়াবা শক্লকমখৈদি মানা ফজনা শীজিন্নৈ—মানা শীজিনত্রিবা লমশিং

খনি অত্তাগলা অকুৎপা মকমনি—মখোয়শিং অহু শেমখংপগী নমকায় ওই. অহুগা মহুবা পৈশাহু য়াম্না চঙনীংঙাই লৈ। মহাক্কা হুমিং খনি মকম অদুদা চদ্রনা মী নেক্কুমা শীংনাং হাইদনপা, লৈবাক খোনবা, হুম শেমজিনবা অসিনচিংবা তৌই। ঙা য়োক্কবা পুক্রী অহুম অমমু তৌহল্লে।

নোংমগী খবক শূবা হায়গা প্রমোদ মাগী থুম মচা অঙ্গী মাঙোনলা কয়গা হিজোনগী মওঙ-মতৌ অহু য়েংদ্রনা লৈ। ময়াং কায়না হৌরবা লক্সিং অদ্দা পানবা নকোয় লউশিং অদ্র নিংথমথা ওইবগী মুনবা ওমদনা লৈবি। মরক মরক্কা অথাংবা হৈনৌ পাম্বীশিংদ্র তুম্বক তুম্বক লেপ্লি, য়েংবদা য়াম্না নীংথিজৈ। মহাক মকম অদ্দা অনৌবা পুক্কী অমা লেনবা হৌরগদবনি খল্লুবদা ভাব তাদনা মথক্তা মুংঙাইবা কাওরকই।

মাগী লমদ্র বাসন্তীখোয়গী ময়্রমদগী কিলোমিটর অনীমথায়-মুক লাপ্লি, লম্বীদগী য়াম্না হাইজিল্লে। বাসন্তীহু মুংশিবা হৌরকপদা মহাক্কা মকম খঙদনা আশা চাউনা মহু লৈখিবনি। মখোয়গী খুল অহু লৌবুকলোমদা য়েংবদা ইঙান ঙাম্না উরে। মহাক মহুবু উবদা বাসন্তীবু নীংশিংলকই। করিগুম্বা হুমিত্তা মহাক পুক্রী মপালগী হৈনৌ মখোঙদা কমহুনা কুইনা রাখল খল্লগা বাসন্তীখোয়গী এমুম মায়কৈ তম্না য়েংহুনা লৈ। অসুম্না নিংথমথাগী অমেঙবা মুংশাহুদা অহাঙবা লৌবুক্তা য়েংহুনা কয়াম কুইনা কমখিবগে হায়বা মহাক মশা কাওবা খঙজদে।

নিংথমথা লোইম্রে। থাওঞবা লৌবুক মচী, অকংবা নাপী

মথক্তা কন্নগ জৌবা হুংশানা নৈবা হোৎক্রে। অনোবা লোং লাক্তি্রবী পুন্নী, থোং মচা থম্বদি কংই, লৈমায়হ্ চোং-চোং লাউনা লৈরক্কে চংলি। প্রমোদ মাগী হিজোলদা হুমিং খুজিংগী লাকই, থবক শুই, থবক শূবহ্ বাসগা হৈনৌ পাখী মথোঙদা পোখাদ্না লৈ। মণিহ্ হুমিং চুপ্পা হিজোলদা থবক শূহুনা লৈ। হুংশা মরক্তা থবক শূবা বাসগা মহাক্না প্রমোদকী মনাক্তা চঙশিন্নরগা মাগী ক্লাস্কতা হাপ্পা চাহ্ থকমিন্নৈ; মখোয় অনী ওহাক বারী-বাতাই শাযিন্নৈ। মখোয়না খুজঙগী পুন্সীগী, শু-নোঙগী, ইমুং-মচুংগী বারী কয়া শানৈ। নোংমদি প্রমোদনা মঙোন্দা বাসন্তীগী মমমদা হংই। মণিনা মাগী মমমদা মুন্না থঙলম্মী। মহাক্না হায়রকই, "মহাক পঙনা ঈশৈ শকপা চত্ত্রে।"

"মহাক মমুম পানখ্রব্রা?"

"পান্দে, মহাক অমুক্তি চেন্নুরে," মণিনা প্রমোদকা বাসন্তীগা মখোয় অনীগী মমক্তা থোকখিবা থৌদোক অছু কন্নিমক্তা থঙদনা হায়রকই।

প্রমোদনা বাখল খন্না তূমিন্না লূকথহুনা লৈ।

নুপা অহুনা মথা তানা হায়রকই, "মাগী মপাহু হন্দক্তা লৈখিত্রে। হৌজিক মনাগা মাগতা য়ূমহূদা লৈরে।"

মহু তাবদা প্রমোদ খজিক্তং শককম হজিনখি, হুংঙাইওবা উংলকই, অহুবু বাসন্তীগী মপানা মখোয় অনীবু নমহুনা খাইদোক্লবা শীনখিবা থৌদোক অহুবুনু নীংশিংলকই।

নুপা অহু হিজোল কোইবা অমুক থোকত্রে।

প্রমোদ মথক্তা রাখল থন্দুনা লৈহৌই, মতৌ কয়না বাসন্তী মখোয় অনী অম্বুক লাগবগুম তৌজিবনো হায়বহ্ মহাক থনকম খঙলক্কে। মহাক মসিমদি খঙবগুম তৌরকই মহাক ইম্ফালগী চক্লাওনবা পুন্সী অমদা তাউথরুরে, মতম লৈবা থিবিক্তা মাগী পুক্লীংহ্ লৈতাখিত্রে। মথুগীদমক মহাক হায়কম খঙদনা অবাবা পোক্লকই। মহাক্না হৌজিক খল্লকই, "চৌক্লবা লক্ষাও অসিদা পুন্সী চুম্না লেন্নগনি, ইম্ফালগী চক্লাওনবা মরক্তা পুন্সী অম্বুক লেন্নরোই। মকম অসি ঐগী স্বর্গ মথল অমনি, চঙজকমনি—ইকাইববু কনবীবা, শান্তিগী লমদমনি। ইম্ফালদা অফিসারশিংগী মমাঙদা ঐগী শক কৈদৌঙৈদসু উৎলরোই।"

প্রমোদ মুমিং খুদিংগী অয়ুক অঙনবদা লাক্কুনা মাগী লমহুদা থবক শূরে, নাপী-শীংবী শেংবা, পোৎ-চৈ থাবা, ওা মচীক্সাক পীজবা অসিনচিংবা তৌই, সন্ধ্যাদা ময়ুমদা হল্লি। করিগুম্বা মুমিত্তা মহাক মকমতুদা অহুম লেকই। মহাক্না লেকপা মুমিং অহুদদি মণি লৈমায়দা চক্ক থরা শন্দোক্লগা হেক্তা ফুমথি।

প্রমোদনা মাগী কার্মদা লেকপা মুমিংকী মুমিদাং অমনি। মুমিহু, পূর্ণিমা মুমিংনি। অতিয়াদা লৈচিল-নোংকাই অমতা লৈতে, মকোয় মান্নবা শাক্লবা থাজনা নীক নীক লাউনা থোকই, লৌবুক-লক্সাও, উ-বা, অশংবা লম্পাক্তা লনা মঙাল শন্দোকই। মায়কৈ খুদিংমক চীকই, নিলথোংবগী মখোল অমতা তাদে। থাবলদা পুঞী মপালগী নাপী মথক্তা প্রমোদ হজৎ-হন্দা চত্তনা অঙৈবা মুংশিং চাহুনা লৈ। মতম অতুদা মানা থনবা রাখল

অনি মাগী তুংগী পুন্সীগী বাখল ওাক্তনি। পুমনেং শেংলবা প্রকৃতিগী শক্তম অদুনা মাগী থম্মোয় অদু মপুং ফানা শেংলোক- পীরবগুম তৌই।

মহাত্মা খণ্ডহৌদনা তায়রে লক্ষাগী হুংশিংনা পুরকপা অয়াম্মদগী মাইক্তা শক্কপা ঈশৈগুবগী খোজেল অমা। খোজেল অদু অসুকম্ব হৌনা ময়েক শেংনা তায়, অদুগা অমুকম্ব হুংশিংকী ইপোম মরক্তা মাঙখিবগুম তৌই।

মহাত্মা ইমুংদা চণ্ডলকুনা চক থাদুনা তুমকম শেন্নিবা মণিদা হংলকই, "তাদা, কদায়দা ওইরমগনি ঈশৈগুম্বা অমা শকপগী খোজেল তারিবসি ?"

মণিনা মাগী কমুং অদু শেম্মা শেম্মা হায়রকই, "মখোলদা জগোয় রাস অমা শাম্মগনি হায়বনি, মতুগী মখোল ওইরিনি।"

মখোয় অনী মপান্দা থোরক্লে।

মণিনা লম্পাক্তা লেপ্পগা লৌবুকলোমদা মখুৎনা খিন্দুনা মৈ মুশি মুশি থান্দুনা, লৌবুক্তগী নায়ক্তোম তানা মুশুক মুনা উরিবা খুল অমা তাক্লকই অদুগা হায়রকই, "লৌমী কাওদুনা চংলবদি য়ায়্যা লাপত্রে, অদুগা সড়ক অচৌবয়োমদা চংলগা থম্না লাপ্লি।"

প্রমোদ তুমিম্মা লৈখি, মহাত্মা মতম থম্নগী মমাঙদা মকম অদুদা চংলম্বদু নীংশিংলকই; অদুদগী মপুক্লীংদা খণ্ডহৌদনা বালন্তীবু উনীংবা বাখল অমা কম্না কাওরকই। মাগী ভাবনা শেংকাওনা খণ্ডবা অমা লৈ, মফমদুদা শোয়দনমক বাসন্তীম্বু ঈশৈ শকপা

খাঁওইমগীদি—মরমদি ওম অহুনা মহাক য়াওদনা ঐহুক্তবা থৌরম ওমা মপুং কাবা ওইখোক্তবনি।

প্রমোদনা হাখল খন্দুনা নৌবা অহুঙা মণিনা হংলকই, "বাবু থোক্লবীনীংত্রা ?"

প্রমোদনা অহুম হাখল খন্দুনা লূকথহুনা লেপ্লগা হায়রকই, "খেঙলবা মতম অসিদা কৈদৌরুগনি ?"

মণিদি মহাক্না চৎলুসি হায়রবদি চৎশনবনি মরমদি খুজঙদদি অসিগুম্বা কুম্মে অসি তোয়না তৌদে ; মহাক্না চৎনীংদবা মতম উবা অহুদা মণি ভুমিরা লৈত্রে।

মখোয় অনী ওহাক থাবলদা বারী শাহুনা ফল্লগা ইমুংদা চঙলক্লে। মীকুপ খরগী মতুংদা মণিদি চত্ম মথক্তা ফি অমনা ফিরুক খুমজিল্লগা ভুগী নাখোকপা মখোল তারক্লে। প্রমোদতি পাক ভুমথবা য়াত্রে, কবিগীনো খঙদে ওসিদি মহাক মপুন্নীংহু ইনৌ নৌখোকই, পূর্ণিমাগী থাবল অহুদা মহাক পুন্সীগী হৌপ্রবা থৌদোক কযাবু নীংশিংলকই।

খেঙল খেঙলগা লমাওগী হুংশিংনা পুরক্নুনা ঈশৈগী মখোল ঐহু অন্নুম অন্নুম শেংনা তারক্লে। ভুম্বগা য়াদবনে মহাক য়াওল তোয়না ওন্দুনা ঈশৈহু তাহুনা লৈরবদগী খঙহৌদনা হৌগৎলক্লে, অহুগা খোঙহু তপা হাংদোক্লগা মপাল থোরক্লে। অমংবা মকোয় মাজরবা থাদ্ অতিয়াদা কনা বাংনা কাখৎলমে, মদুগী মঙালনা বাংনা রৈরবা মনা পুংলবা হৈনৌ পাম্বীশিং অহু ভুম্বক ভুম্বক মুমুক মুনা লেঙুনা লৈরম্মী ; বসন্ত মঙলগী হুমিদাংদা শীংপা

অঙৈংবা, মথোল থোকপা হুংশিংবা মথোয়গী মনাশিংনা হুৰগী মথোল থোক্লম্মী। ওসায়গী ঈশৈশিংসু এসরাজ অমত্তুং বাঁশিগী মথোলগা লোয়নবা অমুক হেন্না শেংবা তায়ক্লে। থওহৌদনা মহাক য়াম্না হৈনীংবা পোক্লকই, অওকপা তমফম থওদবা লাওতক্লবা বাখল অমা ফাওরকই। মহাক থুনা ইমুংদা অমুক চত্তুনা মফি-মরোল হোংনোক্লরে, অত্তুপা মফমত্তুদা চংনবা থৌরাও তৌরে। মুশি মুশি থাম্লিবা লালতেন মঙালদা থবক শূবা বারবা নুপা অত্তুদি চক্ক মথক্তা থাবা খুদৈ মথক্তা মানা তৌরিবত্তু করিমতা ওাদনা নাথোক্তুনা তুমত্তুনা লৈ।

প্রমোদ মাগী কায়ত্তু তোংত্তুনা জগোয় রাস শান্নরিবা মফম অত্তু তম্না লাক্লে। চাউরবা, মথল কয়াগী লৈতেং ফজনা তৌরবা মান্দোপ অমদা জগোয় রাসত্তু শান্নরম্মী। থেঙ্গলবস্তু মী য়াম্না তম্লম্মী। প্রমোদ অতৈ করিমতা য়েংদে, অহানবমক্তদা ঈশৈ-শকপীশিং অত্তুগী মরক্তা বাসন্তী য়াওব্রা হায়ত্তুনা হাম্না য়েংলকই। মহাক্না উরে বাসন্তীসু পোংলোই শেত্তুনা, লৈতেং কয়ানা ওানথোক্না মান্দোপ ময়ায়দা পোপীশিংগী মরক্তা য়াওদ্না লৈরে। মহাক মাবু উবদা থওহৌদনা লাওতক্লরকই। বাসন্তী ময়াও খজিক্তং কংশিন্না উই, অত্তুবু মান্দোপতা ঈশৈ শকপদা মাগী মহৌশাগী ওক্লাংপা মওুণ, হুংশিবা থোম্থোক অত্তুদি করিমতা মাওত্রি।

মহাক্না কুংলবা মীরক্তা লেপ্না অত্তুনা বাসন্তীনদি মাবু উরমগাদবা মান্দে। মহাক্তি ভাবোক্তা য়েংদনা পূক্নীং চত্তনা ঈশৈ শক্তুনা লৈ।

প্রমোদ নোংঙাল্লমদাইদা জগোয় পূথলোই লোইবা কাওবা য়েংহুনা লৈ। মহাক্না কায় তোংহুনা অমম অঙান শিন্নরকপা মতমদা মাগী কার্মদা হল্লকপদা মণিহু হৌগৎলম্লে। মহাক্না য়েনখাদা লেপ্লগা প্রমোদনা অহুন্না লাকপা, কাবদগী কুমথরকপা উবদা ঙক্না হংলকই, "বাবুদি কদায়দা লেঙবীরুবগে?"

"জগোয় রাস য়েংবা চৎলুই," প্রমোদনা খুম্লকই।

"ঐদি মীকপ থোকপদা লৈরমদবা অতুদা অহিং হৌগত্তুনা যুমদা চৎপ্রক্না হায়তুনা থম্লুরে।"

প্রমোদ তুম্নীংবনা মশা চোকথরে। মহাক তুমিন্না ইমুংদা চঙখ্রে। মণিদি নঙলদা শেগায়বা ক্ব্রিৎ অমা লৌত্তুনা শল্লাবা অনী পাবোৎ হাপ্তুনা হিঙ্গোলগী শরুক থরা থোইদোকপা থোকখ্রে।

প্রমোদ থোঙউপ লৌথোক্লগা মকিদি হোংদোক্তুনা কমুংদা হীপখ্রে। মহাক্না থম্লকই, "বাসন্তীনা ঐবু হৌজিক কররম্না থল্লমগনি?" অতুদগী মাগী থবক তোকপগী রাথল অদ্ খঙহৌদনা মকোক্তা চঙলকই। মহাক মকোক লূম্লকই, অহুন্না মীকুপ থরা রাথল মথল মথল থল্লগা তুমথখ্রে।

মহাক্না মীকপ থোরকপদ্ পুং তরামুক তাগদৌরম্লে, ঙুংশানা লংনা থোঙদগী কাওজিল্লম্মী, মপালদা উচেক-ওইবা—লেন্দাং অমদি থোইনীংশিংনা মরোল করা লোন্দুনা হিঙ্গোলগী পাম্বীশিংদা তোংদ্না খোংলম্মী। চাকশঙলোমদা নণিনা চাক থোংবগী কোল-লীক, চকু উয়ানগী মখোল তার।

প্রবোনদগী বুঙ্গা হৌগথুনা মচীন মঙ্গা শেংলোক্রে। অদুদগী মহাক মংহৌশাগুম্বা মাগী কার্মগী অকোয়বদা চঙ্খ্রুনা মাগী ভৌগলদা ববক খৌরাঙ্ভগী মর্মমদা থনবা হৌরকই।

অদুগা মতম খরা অসি মহাক্না মাগী কার্মদা পুক্নীং থিংজিন্দুনা লৈ, মকমক্দা ভোয়না তোয়না লাকই। মহাক নোংমা বাসন্তীবু উবা, মাগী ঈশৈ তাবা অদু মহাক্না থবক খুনা খুনা মথক্ মরক্তা নীংশিংলকই। থাবল কবা চুমিদাংদা মহাক হায়গুম্বা কার্মগী লম্বীদা হন্‌হন্দা চত্তুনা লৈ; অথাম্বদা উথা অমুবা চীং, ভোকনবা লৈচিল, লৌবুক, লৌথোংদা চেনবা ঈশিংগী বা-বা লাউবা মথোল পুম্নমক অদুনা মাবু মকঙ খত্তদনা চুংভাইবা পোকহল্লি। মহাক্না মাওদা লৈরিভেদা মথন্তা চাক্না প্রকৃতিগা শাগেংনা লৈথিবদু নীংশিংলকই। অদুবু মহাক্না মকম অসিদা ফংবা চুংভাইবনা মহৌশা কঁথিবা চুংভাইবা অদুদগী শক্তক তদা হেনবগুম নীংই, করমদি মহাক মকম অসিদদি মপুং ফানা নীংতম্মী, মশাদা অপুনবা অমতা লৈতে, অদুগা মাগী চুংশিনবী বাসন্তীদগী থাপ্পা লৈতে, কয়িগুম্বা চুমিত্তা মাবু উবা য়াবগী খুদোংচাবদু লৈ।

হৌজিক মাগী কার্মগী থৌরাঙ খুদিংমক অসি খুঙ্গগী মীশিংনা অঙকপা অমা ওইনা লেংনৈ, ভাঙনৈ। মথোয় খন্না হায়, "শেল পায়বা মীনা তৌরবদি পুম্নমক অঙকপা ওই। ইস্কালগী বাবু অসিনা মাগী কার্মদা লুপা য়াম্না থাদরে, অদুগা শেল মরাং কায়না থোমজিল্লি।" মী খন্না মাবু কন্নকপাগুম ভোনদু ভাওবা য়াওই।

## ১০

ছিয়াকৈ থানি। নিঙোল চাক্কৌবা লোইখ্রে। নম্বোলগী মীশিংমা প্রমোদকী কার্মদগী ঙা লৈবা চংখৈ। বাসন্তীগী লৈকাইদা লৈবা মীশিংশু মাগী কার্ম অদুদগী ঙা লৈবা চংনরুই, অদুবু বাসন্তীদি মকম অদুদা কার্ম তৌদুনা লৈরিবা মীশক অদু প্রমোদনি খক্তা খণ্ডদে। ময়াম্মা হায়খৈ, "অচৌবা ইঞ্জিনিয়র সাহেবনি, অদুক তোঙ্বা মতুংদা কার্ম কজনা তৌখ্রে।" বাসন্তীশু বাকম অদুবু থোইনা থৌশারুদে, অদুবু নোংমদি মখোয়গী লৈকাইদা লৈবা শামুগী মকমদগী মহাক্কা তারে ময়াম্মা হায়নরিবা কার্ম তৌদুনা লৈরিবা মীশক অদু প্রমোদনি। মহাক্কা হায় মহাকশু হন্নকী নিঙোল চাক্কৌবদা মাগী কার্মদগী ঙা লৈরুই। মদু তাবদা বাসন্তী ঙকখ্রে। মহাক্কা হয়া হয়া খনবা হৌরকই, "পূম্নমক অদুদি করম্না থোক্লিবনো?" মহাক মদুগী অকুপ্পা মরোল কনাগী মকমদগীশু তাকম লৈতে, মতুমীদমক খঙ্ঙোয়রুংদা হুংনাংবা হৌরকই।

নোংমদি মহাক্কা হোটেলদা শজোম থিনবা চংপদা মণিছু মকমদ্দা কমহুনা লৈরম্মী। মহাক্কা বাসন্তীদা হায়রকই, "ইবেম্মা,

নখোয়গী শক্তোম অসি অহেনবা লৈগদ্রা। হুংজিগী খরা লৌরবা য়াগদ্রা ?”

“কয়ামুক্লো ?”

“সের মখায়মুক্তি।”

“লৈনি খুরা। ওসিদি অহেনবা য়াওজরক্তে, য়ুমদগী লৌ-শকচো হায়রা ?”

“অহোয় ইবেম্মা, য়ারবদি খরা লৌবীয়ু।”

বাসন্তী মমু মদা চত্তুগে, অঙ্গা শক্তোমস্তু পুক্না থোক্লে।

মণিনা মতোঙ্গী শক্তোম জোরগা প্রমোদকী মনাক্তা হল্লে। প্রমোদ মখা কয়া ওমফাত্তুনা থরক শুদনা ঐহেনৌ মখোঙদা শোপাক্লনা লৈরম্মী।

শক্তোমদগী শাক্লগা থাউ অমগা য়াম্মুনা মণি মাগী মনাক্তা চত্তুরক্লে।

“কংলকপ্রা ভাদা ?” প্রমোদনা হংলকই।

“কংলকই ঈবুংঙো।”

মথংগী মুমিত্তম্ মণি হোটেলদুদা চত্তুনা (বাসন্তীমু অইরগা) শক্তোম লৌরকই। মহাক্না মতোঙ্গা কন্নিগুম্বা মখোয় অনী উমত্রকস্তু হোটেলগী থৌদ্রানীদা শক্তোমদ্ থম্মীরমউ হায়না হাত্তরম্মী। অস্তুম্বা মুমিং খুনিংগী ওইনা মণিনা বাসন্তীদগী শক্তোম লৌবা চত্তুনি। মখোয় অনী অমান্বা মতমদা উরে। উমদবস্তু য়াওই। বাসন্তীনা মণিবু মথকমইথ শত্তলবস্তু মহাক থাহোজিক কদায়দা ঊনরিবগে, লৌজিবা শক্তোম অদ্ মশাগীদা, কীগীদা হায়রবা থোইনা শঙ্গরা

কৌদ, মহাক্না হায়বত্ম তৌরে; অহুবু লোয়মৰি ্য্যেটৌরগী প্রৌশ্বানীগা মনিগা ঙাক্লী মরমদা বাম্বী শাবা অমা মহাক্না তাক্লরে। থৌবানীনা মঙোম্দা লুহোংবগী মপাম চাকৌবগী ঙা কংগক্না হায়না হৃরই। মনিনা গাদি নৈ অহুবু য়োনবগী রাহু মাগী বাবুদা হৃলকপিগে হায়না হায়রকই।

রাহু ভারহদা বাসক্কী মপুক্কীংদা বাখল অমা থম্লকই, মনিনা নৈরিবা অসি প্রমোদকী মনাক্কা হায়না চিংনবা হৌরকই। মহাক শক্লোম অহু ওন্না ওন্না থঙনীংহুনা হংলকই, "কনানো বাবু হায়ববু?" (হৌজিক মণিগা মাগা থোইনা কোইনত্রে।)

মণিনা প্রমোদপু মশক তাক্লকই অহুগা মানা লৌরিবা শক্লোম অহু মাগীদমক্কনি হায়না বাসক্কীদা হায়রকই।

বাসক্কীহু শকথম থরা ওন্না মণিদা ঙক্না য়েংলকই, অহুগা বাখল অমা থনবক্লম তৌখি।

মহাক ঙসিদি মহুমদা লাক্লগা তুমিন্না কমুংদা হীপ্লুনা বাখল খন্দুনা নৈত্রে। মহাক লোংমা শামুগী মকমদগী প্রমোদকী মরমদা তাখিনদগী পুক্কীং নৈতাদবা, মথ্ুম-মরাঙ হৌবা হৌরবনি। অহুবু ঙসি অমুক মনিগী মকমদগী মাগী মরমদা তাবদা মহাক মথল শপা অয়ান্না বাখলগী ঈরৈদা ঈরাক্লবা হৌরে। মহাকীনি থক্লবা মীশক অমনা অসুন্না নায়তোম তানা লেনবা কীরম অহু মহাক্না খাঙবা ঙমদে। মতম অমদা প্রমোদনা মাওদা নায়তোম তানা লেরকপী ল্লুংঙাইতবা কয়া কোক্লদোরকপগী বাকম মহাক হৌজিক শাক্লবা কীংথিংদি। মহাক মপুক্কীংদা প্রমোদপু য়াকৌরক্লমা বাখল

কয়া লৈরবস্থ মাগীদমক্তা তুমিন্না ঋাদবদি ঙমদে। অতুবু মশাবু মমল য়াওদবা মওঙদা মাগা উম্নবদি চৎলরোই হায়না মপুক্কীংদা থল্লে।

মথংগী সুমিত্তা মহাক্না মণিদা পীনবা শঙ্গোম অতু হোটেলগী শঙ্গোমদগী তোঙাম্না পাত্র অমদা হাপ্তুনা চেকশিন্না পুরকই। মতু উবদা মণিনা ভাব তাদনা হুরাউনা হায়রকই, "ইবেম্মা, ওঙ্মোক্না চেকশিন্না হোৎনবীরক্লে।"

"উম, খুরা," বাসন্তীনা নোমোন নোক্নুনা হায়রকই, ঋাদি মথা তারক্তে।

অস্থুম্না সুমিৎ খুদিংগী বাসন্তী চেকশিন্না ফজনা শঙ্গোম অতু তোঙাম্না পুরকই। নোংমকাদোক মণিগা মথোয় অনী ঙহাক হোটেলদা ঋারী শাতুনা লৈবা যাওই। মণিনা মাগী ইমুংগী ঋারী, ফার্মগী অমস্তুং প্রমোদকী ঋারী কয়া শারকই। মাগী ইমুংগী মরমদা মহাক্না হায মাগী অমতা ঙায়বা মচানুপা অতুনা নুপী থিরবা মতুংদা মাবু থীনা তৌবীরে, অতুনা মহাক প্রমোদকী হিঙ্গোল অতুদা লৈবনা য়াম্না হেন্না নুংঙাইরে, শান্তি ফংলে। প্রমোদকী মরমদস্থ মহাক্না হায়, "ঐখোয়গী বাবুস্থ মতম খরা লৈরগদি মাগী ফার্মদা পুন্না লৈরগনি হায়। মহাক্না ইস্কালগী চরাঙনবা পুন্সী অদু পামত্রে হায়।"

"মফম অদুদদি মহাক করম্না লেল্লি?"

"মহাক মশামক থবক শুবা য়াওই, পোথাবা মতমদা ঈশৈ তায়," মণিনা হায়রকই, "মহাক ঈশৈ তাবা য়াম্না পাম্মী, মহাকী

রেডিও পুরকই, অদুগা করিনো অখোংবী অমসু পুরকই।"
( মহাক্না 'অখোংবী' হায়রিবদু টেপ রিকোর্ডরনি। )

বাসন্তীনা ফালদা ফমলগা পূক্লীং চঙনা তাহনা লৈ।

মণিনা মথা তারকই, "হৌজিক্তি এখোয়গী বাবুদু মশা ওমদে হায়দুনা খবক শূবা য়াঙ্গ্রে। মমূঙদগী করি করিনো হৌদাক খরসু পুরক্লগা হেক হেক চায়।"

বাসন্তীদু রা মথাদি তারক্তে, অদুবু মাগী পূক্লীংদি লাঙ-তক্লরকই। "লঙ্কাও অদুবা নাদুনা লৈরবদি মহাকপু কনানা সেবা তৌবীগনি?" মহাক্না খল্লকই, "মফমদুদা অদুম্মা লৈবা চুমদে।"

মহাক ময়ূমদা হল্লক্লগা প্রমোদকী মরমদা হম্না হম্না খল্লকই, মাগা উম্নবীংবনা লাঙতক্লরকই; অদুবু নুপী ওইবী মহাক্না করম্না মওঙদা মাগা উম্নগদগে হায়বদু মহাক মশামক খনফম খঙদে। মুমিৎ চুপ্পদুমা মহাক রাখল খন্দুনা লেল্লি।

থংনবা মুমিত্তা মহাক্না হান্নগুম্না শঙ্গোমদু ফচনা, লুনা নাম্না পুরক্লগা হোটেলদা মণিবু ভাইদুনা লৈ। মণি অসি প্রমোদকীদা লৈবা মীনি হায়বসি খঙ্ত্রিঙৈদা মুমিৎ খুদিংগী মাগা উম্নবদু করিসু মরু ওইনা খল্লমদে, মাগা উম্নত্রবসু শঙ্গোমদু হোটেলগী থৌরানীদা হেক্তা শিন্নরবা য়াওই; অদুবু হৌজিক্তি মণিদু মমল ম্বাম্বা মীগুম খল্লকই, মাগা উম্নদুনা রারী শাবা অসি মাম্বী ম্বাম্বা থৌরাংবা অমা ওইরকই। মুমিৎ খুদিংগীদি মণি পুং তরামুক তাবা মতম অদুবাইদদা হেক হেক লাকপনি, ওসিম্নি মহাক মতুমদী কনা থেঙকা কাওবা লাক্তে; বাসন্তী কম্না কুইনা ভাইরমগা

হোটেলগী থৌরানীদা শঙ্গোমত্থু শিন্নরম্নগা হুনখ্রে।

নোংঙাল্লগা থৌরানীনা মঙোন্দা তম্মী মণিত্থু শঙ্গোম লৌবা লাক্লে, মাগী শঙ্গোমত্থু হোটেলদা শীজিন্নথোকখ্রে। মত্থুগী অথোকপা পৈশা অত্থু থৌরানীনা মঙোন্দা পীরকই।

অত্থুম্না মতুংগী নোংমা নীনিত্থু মণিত্থু লাক্লে। বাসন্তী মপূক্কীং য়াম্না লাঙতক্নবা হৌরক্লে।

নোংমদি অমুক অমা মহাক্না মকি-মরোল নাম্না শেত্নুনা শঙ্গোমগী পাত্র অদু পুদ্নুনা প্রমোদকী ফার্ম তাম্না চৎনবা রাখলদা থোরক্লে। কুইনা থারম্বা নিংথমথাগী লৈচিল মাঙখ্রগা মুংশা হুন্দোরকপদা ঙায়রি, লৌবূক-লম্নাঙ, চীংয়াদা লৈচিল থরদি পারপ্না থারি। লৌ থাওদোকখিবগী লৌবূক অদু ইহাঙ হাঙই, করিগুম্বা মচী থরদদি চক্ক পৈদ্নুনা লৈবা উই, মফম অমদনা লৌবূক ফাওনা গাড়ী লীক্লমদা শনগাড়ীশিংনা চক্ক চিংদ্নুনা চৎলি। লৌথোং, থোংলম খূদিংমক ইকং কংই, ঈশিং থজিক্তং লৈবা জগাদা অঙাং-শিংনা ঈশিংপা নত্রগা ঙা ফাবা য়াওই। বাসন্তী প্রমোদকী ফার্ম লৈবা মপা অদু মণিনা তাকপদগী মুম্না খঙই, পীশক পীক্লি-ঙৈদগী চাউরক্লবা অকোয়বা মফম অসিদা মানা মত্থু থিবদা রাগদবা থোইনা লৈতে। মহাক্না মফম অদু য়োম্নগা সড়ক্কগী উরে উপাল ফজনা থারবা মফম অদু অত্থুকী মতীক চীক্না লৈ, নিংথমথা ওইবগী হৌনবা লা, মনা-মশীং অদু থরদি কংনা মচু ওম্না উই; অত্থুবু মফম অত্থুগী তোপ তোপ্পা পূক্নীং হুনীংঙাই ওইবা মত্তৌ অমা লৈ।

মহাক ঙসায়মখৈ থৌনা ফনা লাক্লবত্থু ফার্ম অত্থুদা হেক

চঙবত্থু চিংনম্লকই। অত্থুবু মহাক্না চঙকমদগী য়েংবদা উম্নকই প্রমোদ অত্থু হৈনৌ পান্থী মখোঙদা, পুত্রী মপালদা কমত্থুনা লাইরিক অমা পাত্থুনা লৈরে। বাসন্তী মাবু উবদা বাখল থোইনা অমুক খল্লুবা তৌদনা মমায় লুক্না মখোঙ তপ্না তপ্না থাংলত্থুনা মাগী মনাক তম্না চঙখ্রে। প্রমোদ অহানবদা মাবু উম্নমদে, অত্থুবু নাপী মথক্তা থাংবা মাগী অতপ্পা শোং-শোং লাউবা খোঙথাংগী মখোল অত্থু তাবদা মহাক মমায় লৈথোরকই।

লম অনীরোমদং থাপ্না মথুক্তা শঙ্গোমগী পাত্র অমা য়াল্লদুনা বাসন্তীনা চীংলেম্না লেপ্তুনা লৈবম্বদু উবদা প্রমোদ মঙগুম্না থোকখ্রে, পুমঙক ঙকখ্রে; থাজদনা মুম্না য়েংলদুনা হংলকই, "বাসন্তী, নহাক মফম অসিদা করম্না .... ... .... ?"

বাসন্তীদি করিমতা পাখক্তে, মোংহাদে; মহাক্না খোঞ্জেল তপ্না খুম্নকই, "ঐ অদোমগী শঙ্গোম থিনবা লাক্লিবনি।"

প্রমোদনা চমম্লনা ভাব তাদনা অদুম য়েংলদুনা অমুক হংলকই, "করিগী কমদৌনা ?"

"খুরা মণিনা শঙ্গোম লৌবা লাক্তবদা ঐ ইশামক্না অদোমগী নাক্তা হেক্তা থিল্লরবনি," বাসন্তী অত্থুম লেপ্তুনা হাম্নগী মায়থোঙগী মতৌ অমদি খোঞ্জেল অত্থুমক্তদা হায়রকই।

প্রমোদ মপুক্কীংদা ভাব তারক্লে, হায়রকই, "নখোয়দগীরা মানা লৌরিবা শঙ্গোমসি ?"

"মাম্নি।"

"মহাক মমুমদা চংথিবা মুমিং ছম্নি শুরে, মত্থুদগী লাক্তে।"

মহাক্না মতম থরা উম্নরুত্রবা মতুংদা বাসন্তীবু উবদা ইকোই কোই। বাসন্তীসু মাবু উবদা মমায় পুবা ঙমদে। মহাক ঙহাক তৌকম থঙদনা লেপ্লগা হায়রকই, "মসি পাত্র অমদা হৈজিন-জরমগে।"

"ঙাইখো বাসন্তী, ঙহাক ফমখো ৱারী শাথিসি।"

বাসন্তী মমায় লুক্না অতুম লেপ্লুনা লৈ।

"ফমখো, ৱারী শাথিসি," প্রমোদনা অমুক্না হায়রকই।

হন্দক্তি বাসন্তীদু শঙ্গোমগী পাত্র অদু নাপী মথক্তা থম্লগা উগী মখোঙ অতুদা তপ্না ফমথরকই।

"বাসন্তী নহাক, ঐ মফম অসিদা লৈ হায়বসি করম্না খঙবগে?" প্রমোদনা হায়রকই।

"খুরা মণিনা হায়, মহাক্না ঐঙোন্দা অদোমগী ৱারী পুন্নমক লোইনা শাই।"

"অদুদি নহাক ঐগী মরমদা পুন্নমক খঙলম্লগনি।"

"খঙলে।'

প্রমোদনা খঙলে বাসন্তীনা মাগী থবক তোকপগী মরমদা খঙলম্নগনি, অদুবু বাসন্তীনা মাবু হৌজিকসু মুংশিনা তৌবা মতৌদু উবদা মহাক মপুক্নীং মুংঙাইরকই। মহাক্না হায়রকই, "বাসন্তী, ঐগী পুন্সী অসি মন্নেক মহাও য়াওত্রবা অমা ওইরে।"

"অফিসকী থবক তোকপা অদুগীদমক ৱাযা মন্ত্রা?" বাসন্তীনা হায়রকই।

"নত্তে, মদুগীদি নত্তে। করিগুম্বদা মফম অসিদা লৈবগী

অচীকপন্থ খাণ্ডবা ঙমদে। অফিস থাদোকপগী বাখল অদুদি ঐ খল্লে, ঈথক-ঈরাং হৌরবা, অপঙবা নাপলগী জগৎ, মীবু মী ওইনা উনদবা অফিসকী জগৎ অদু করিস্ত পামল্লে। ঐ হৌজিক্তি শান্তি ওইনা নীংতম্না হিংনীংলে, চম্না, খুজঙগী মী অমগুম্না ইখুৎমক্না থবক শূদুনা।"

"মদুবু হেক্তা ওইখোকপা য়াগত্রা?" বাসন্তীনা মপুক্রীংদা খল্লকই, অদুবু মহাক রাদি ঙাঙলক্তে।

মীকুপ অনতং তুমিন্না লৈরুরগা প্রমোদনা অমুক হায়রকই, "বাসন্তী, ঐ নঙবু উন্নগে নীংবা কুইরবনি, মদুগী তাঙ্গা অমুক্তা ফংদে, নোংমা নখোয়গী অদুরাইদা জগোয় রাস শান্নবা হুমিত্তা ঐ লাকখি, নহাক্তি ঐবু উরমদবা য়াই।"

বাসন্তীনা করিগুম্বা থরা খুম্নকে তৌরকই, অদ্‌বু তাঙ্গা অদ্‌দা খঙহৌদনা লম অদ্‌গী নহারোল থরা সড়ক্তা চৎপা মখোয়না উরক্লে। বাসন্তী মখোয়বু উবদা থুনা হৌগৎলক্লে। মহাক খোঙথাং থরা থুরপ্পা মক্ষম অদ্‌দগী চৎখ্রে। অদ্‌বু নহারোল থরা অদ্‌না প্রমোদ মখোয় অনী রারী শাদুনা ফম্নিন্নরম্বা অদ্‌দি উখ্রে। মখোয়না থরা চিংনরপ্পা বাসন্তীনা চৎখিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংদ্‌না লৈহৌই।

মখোয় প্রমোদকী ফার্মদগী ঙা লৈবা লাকপনি। মখোয় মঙোন্দদি করিমত্তা হায়রমল্লে, ঙা লৈরগা তুমিন্না হনখি; অদ্‌বু মখোয় অনী লৈরম্লিবা মতৌ অদুদি চিংনবা অমা পোকপ্রে। "চীক্লবা ফার্ম অদুদা করম্না বাসন্তীনা মথন্তা লৈরম্লিবনো?"

মখোয়গী মরুংদা অমনা থোরকপদা হায়রকই। অতোপ্পা অমনা থুমকই, "ত্তোঙ্গী ঈশৈশকপী, মখোয়না ঐথোয়গী লম অসি চেম্বহনগদৌরি!" থমা তমথিবা শককম চেনবা নুপা অমনা শাউনা পীগুম শুক্কুনা হায়রকই, "মহাক মকম অসিদা কার্য তৌবা য়াররোই, গুক্ত্রবা মীশক, পৈশা পায়বা! লমসিগী নুপীশিং-সি মানা য়াগুহনগদৌরি; মখোয়না কনাবুম্থু উশিজ্রে।"

## ১১

মণিহু নহানমুক মযুমদা চৎখিবহুদগী ফার্মদা অহুম হল্লক্নে। প্রমোদনা মাগী মযুমদা চত্তনা উম্লকরে, মাবু লাক্লবা হায়ক্লরে অহুবু মহাক মথংগী মুনিত্তা লাক্কে হায়রগা লাক্নে। মচানা মাবু মযুমদা লৈনবা হায়থরা নত্রগা ফার্মদা প্রমোদনা তোয়না লেঙদনা লৈরবা অহুদা মানা হান্না মফম অহুদা মথন্তা লৈরিঙৈদা ফংলম্বা খুদোংচাবা কয়া মাঙখিবনরা হায়বহুগী মরমদা অরেপ্পা অমা থওবা ওমত্রে।

প্রমোদ কার তোংহুনা অয়ুক্তা শঙ্গোম লৌবা হেক হেক চৎলি। বাসন্তীনা হোটেলদা মাবু ঙাইহুনা লৈ। মরক মরক্তা মখোয়গী হিঙ্গোলদা পানবা উহৈ-রাহৈ কয়াম্থু প্রমোদকীদমক পুরকই। অম্মা তোবা অহু বাসন্তী ওম্বোক্না পেনত্রে, মাগী থম্মোয়দা মুংঙাইবা আশানা পীক থল্লি। মহাক্না প্রমোদকী ফীবমগী মরমদা নীংশিংলুরগা থল্লকই, "মহাক থবক তোক্লে, অহুবু কৈদোগনি? ঐগুম্বী খুঙ্গঙগী চন্নবী নূপীমচা অমগীদমক্তি ইরাইবক ফমনত্রে। করিগুম্বা হীরম অমতদা মাগী রাৎকদবা

করিস্নু লৈতে।" বাসন্তীনা হোটেলদা ঙাইরগা প্রমোদতা শঙ্গোম পীবা, অচাপোৎ পীবা অসিনচিংবসি লম অতুগী মীশিংনা উরগা মতম খরগী মঙ্গুংদা মথোয়গী ইমুংদা পাউ য়োরক্লে।

পাউ অতু তারগা মপুরোইবা লৈখিত্রবী বাসন্তীগী মমানা মপুক্লীংদা খল্লি, "হৌজিক্তি মানা নীংবতু থুংজরসন্নু।" মহাক্তি মহৌশানা মচানুপীবু অসুম্না খাইদোক্লতুনা থম্বীবতু পামখিদবনি ; মপুরোইবতনা শাউবনা মাঙওইনতুনা মচানুপীগী পুক্লীং খঙদনা মতু থোক্লবা শীনখিবনি। মপুরোইবস্নু নাতুনা শিরমদাইগী মতমদদি মচানুপীনা অতুগুম্বা ফীবম অমদা লৈহৌবা অতুদা ওস্থোক্লা নীংঙমদবা পোকখি। মহাক্লা মাগী নুপীদা হায়রম্মী, "মতুং অসিদদি মানা নীংবা অতু থুংজরসন্নু।" বাসন্তীগী মমানা মঙোন্দা থোইদোকপা ঙাঙলক্তে। মহাক্লা তুমিন্নদি খল্লি—করিগুম্বা মচানুপীনা চৎখিবা থোক্লবদি মঙোন্দা খাঙঙমদবা অরাবা অমদি ওইগনি ; অতুবু মানা খঙই প্রমোদকী ফার্ম অতু মফম অতুদগী লাপ্তনা লৈ—মচানুপীবু মফম অতুদা লৈনবা হায়গনি, অতুম তৌরবদি মাবু তোয়না উন্নবা চৎপা ফংগনি। অসুম্না মাগী পুক্লীংদা তুমিন্না অনীংবা রাখল কয়া লৈ। মতু পুম্নমক অতু বাসন্তীস্নু খরমথৈদি খঙই। প্রমোদ লাক্তবা মুমিত্তা মহাক মরক মরক্তা মাগী ফার্মদা শঙ্গোম থিনবা চৎলি।

নোংমা লৈচিল য়াম্না থাবা মুমিৎনি, পুং তরামুক তাবা মতম অতুরাইদা মুংশা থরা থরা হুন্দোরকপদা ঙায়রি। প্রমোদকা বাসন্তীগা পুগ্রী মপালগী হৈনৌ মখোঙদা রাবী শাতুনা ফম্নি।

"বাসন্তী," প্রমোদনা কৌরকই।

"হুম।"

"অথাম্না অমুবা চীংদোন্দা অতোবা লৈচিন্না চোইজাইননা ফুপ্লিবসি উত্রা?"

বাসন্তীগী লাইবক্তা চন্দোল কোয়না নম্নিবা, তৌনা রাশি লৈবা হরাউ-হরাউবা মায়থোঙ অত্থুনা মায়কৈ অদোমদা য়েংলগা মোমোন নোক্তুনা হায়রকই, "উই, করিগীনো?"

"মসি উরগা ঐনা নীংশিংলকই, মাণ্দা লৈরিবৈদা মতম অয়াম্বা লৈচিন্না কুপ্তুনা লৈববা চীংশিংগী মরক্তা ইথন্তা লেনখিবত্থু, মতম অত্থুদা নহাক্না ঐগীদমক্তা যাবীথি, ঐতোন্দা চিঠি থাররকখি, নত্রা?"

বাসন্তীত্থু নাপী মনা অমা থংলগা খঙ্গা ইকাইবগুম তৌনা লূকথত্থুনা লৈ।

"ঐনা অত্থুগুম্বা পুন্সী অত্থু কৈদৌবৈদসু কাউবা ঙমদে," প্রমোদনা মথা তাবকই, "মতম অত্থুদা ঐনা থনখি মী হায়বসি য়াম্না নাযতোম তাবা য়াই হায়না, অত্থুবু ঐনা নহাক্কী চিঠি ফংলবা মতুংদা মণ্ড অমদা মুংডাইবা ঙমখি।"

"হৌজিকসু মফম অত্থুদা লৈরীনীংলিব্রা?"

"লৈনীংলি, করিগুম্বা নহাক য়াণ্ৱবদি পুন্সী চুপ্পা চীংলক অদ্দা লেনখিবা ঙমগনি। অদুবু বাসন্তী, মফম অসিদসু নহাক য়াণ্ৱবদি খুলগী মী অমগুম্না পুন্সী লেনবা ঙমগনি। নহাক্তি করি থনবগে? অত্থুগুম্বা পুন্সী খুৎলেন অত্থু পামব্রা?"

"মত্থু ঐখোয়দদি হৈনরবা মহৌশাগী ওইবা থবক অমনি।

অদুবু অদোম্মা মতম পুম্বা অদুম্মা লেন্দুনা পেম্থোকপিবা ঙম্মীগদ্রা? ইম্ফালগী হুংঙাইবা কুম্মৈ-ফিওং, ঈশৈ-নোংমাই, সিনেমা-ড্রামা পুম্নমক অদুগী ঈথৌলাংবা অমুক লাক্লরোইদ্রা?"

"লাক্লরোই বাসন্তী, ঐ তশেংনা মখোয়বু থাদোক্লগে খল্লবনি। মফম অসিদা চীক্লা পুক্নীং শান্তি ওইনা লেনবা অদুদগী হেনবা হুংঙাইবা অমা লৈররোই। ঐগী লাইরিক মরাং কায়না পুরক্লনি— অদুগা অশংবা মতমদা মখোয়বু পাদুনা মতম লেনগনি।"

প্রমোদনা পামজবা পুন্সী খুৎলেন অদু বাসন্তীগীসু অপাম্বা ওইরে। মহাক্না মতম অমদা ইম্ফালদা লৈনীংবগী ইথৌলাংবা লৈরম্লবসু হৌজিক্তি বাখল অদু থাদোকখ্রে। খুঙ্গঙদা লেল্লবসু অদুগুম্বা পুন্সী অদু মপূং ফানা হুংঙাইবা পুন্সী অমা ওইগনি হায়না মহাক্না থল্লে; অদুবু ঈশৈ শকপা চৎপগী মতাংদদি মহাক্না খল্লি, প্রমোদনা অপাম্বা তাদুনা তৌগনি, কনাগুম্বী হুংঙাই-য়াইফবা ইমুংদা ওঙখিবী মমাম্নবী কয়া মপুরোইবনা অপাম্বা মতুং ইন্না ঈশৈ শকপা চৎপসু য়াওই, চত্তবসু য়াওই।

মখোয় অনী ঙহাক তুমিন্না লৈনখ্রে।

নিংথমথাগী অঈংবা হুংশিংনা তপ্না তপ্না শীংলকই। থাওগ্রবা অহাঙবা লৌবুক, অথাম্না চীংন্নাদা উম্নিবা লম্পাক, অহাঙবা অশংবা অতিয়াদা য়াংনা কোয়না কোয়না পাইরিবা উমাইবী— পুম্নমক অদুনা নিংথমথাগী তোপ তোম্না শক্তম অমা উৎলি। প্রমোদনা অহাঙবা লম্নাও অদুদা য়েংলগা পুক্নীং হুংঙাইনা মাগী ফামগী থৌম্নাও অতৈগী, মখোয় অনীতা মফম অদুদা লেপমিন্নবগী

মরমদা ৱারী কয়া শারকই। বাসন্তীনা ইকাই-মুংশি য়াম্না মাগী ৱারীশিং অমসুং তুমিন্না তাহনা লৈ। অসুম্না মহাক ফনা কুইনা কার্মদা লৈরম্লগা হনখি।

মহাক্না মরক মরক্তা প্রমোদকী কার্মদা চৎপা, মখোয় অনী ৱারী শাবা অসি লৈকাইগী নহারোলশিংনা তোয়না তোয়না উরক্লে। মখোয় খরদি য়াম্না শাউরে। নোংমদি মখোয়না প্রমোদতা অরোনবা চিঠি অমা ইরক্লে। মতুংদা মখোয়না হায়রকই মহাক্কী লমচৎসি মখোয়না য়ানীংদ্রে, মহাক মফম অতুদা কার্ম তৌবা য়াররোই।

প্রমোদ চিঠি অমসুং ফংবদা য়াম্না মুংঙাইদ্রে। মহাক্না নহা-রোলশিং অমসুং কনানো হায়বা খঙদে, অদুবু মহাক্না খঙই বাসন্তী মখোয় অনী মাগী কার্মদা হেক হেক ৱারী শাবা অতুদা অউবা মখোয় খরনা অরোনবা চিঠি অমসুং থাজিল্লকপনি। মহাক্না খল্লে বাসন্তীবু অসুম্না থম্মরোই নোংমদি মহাকপু মাগী ঘুমদা পুতুনা চৎলগনি।

মণিনা ময়ূমদা চৎপ্রবদা মাগী কার্মদা খুদোংচাদবা কয়া থোক্লে। মহাক্না মফম অতুদা ইতৎ তত্তনা মথন্তা অহিং লেক্তুনা লৈবা ঙমদে, মরক মরক্তা লেক্লবসু অয়াম্বা মতমদা ময়ূমদা হল্লি। অসুম্না তৌবদা মাগী কার্মগী পুথ্রীদগী ঙা কাদোকখিবা, লফুদা পানবা লফোয় লউ মাঙখিবা, ছিঙ্গোলগী মনা-মশীং, মহৈ-মরোং কয়া হেকখিবগী খুদম ফংলে। ছৌজিক প্রমোদ য়াম্না নীংবা কায়বা হৌরক্লে, মাগী কার্ম তৌবগী চাউরবা মঙলান অমসুং মচেৎ

মচেৎ তানা কায়বা হৌরক্লে, মতু ওইথোক্লোইদবা অমগুম থল্লক্লে। মহাক্না মীওইবা হায়বসিবু শাউনীংবা হৌরকই। মহাক্না থল্লকই, "মকোক্তা হুরানবগী রাখল, যত্তবা থবক তৌবগী রাখল ঙাক্তা য়োক্তুদা লৈরিবা মীওইবশিং অসি অঙকপা মথলগী জীব ঙাক্তনি। মথোয়বু সুংশিবা হাযবসি মতীক চাদে।" মফম অতুদা লৈবতু নীংতম্বা, সুংঙাইবনি হায়না থল্লম্বতু তাযয়োম্নবা ওইরক্লে। মাগী তুংগী ওইগদবা ফীবমগী মরমদা মহাক কম্না থনবা হৌরক্লে।

মতম থরতু মহাক থবায় সুংঙাইতদুনা মাগী ফার্মদা হেক হেক লেকই। অতুবু নোংমদি মহাক মশা ওয়ক্তদুনা ময়ুমদা অমুক হল্লে। সুগিৎ কুম্নিরোমগী মতুংদা মানা নাবা ফরগা মফমতুদা অমুক চৎলুবা মতমদদি অকি-তুজুংনীংঙাই ওইবা দৃশ্য অমা উরে—মহাক্কী ফার্মগী য়ুম অতু মৈ চাকখিবগী তাঙ্গোই ওন্দুনা লৈরম্লে। মতু উবদা মহাক খোঙদগী তোন ফাওবা নীকখ্রে। মহাক্না কারতু থৌজিন্দুনা মৈ চাকথ্রবা য়ুমতুগী মমাঙদা থারে, অতুগা কুমথদুনা মমুংদা চঙদুনা যেংলকই। কা মমুংদা মমল য়াম্বা পোত্তি অমতা থমদে, ফিরোল থরগা, টেবল চৌকিগা, কাংথোলগা মথোয় অদুতনি লৈবা। মথোয়দু লোইনা চাক্লম্লে, উৎ ওন্দুনা লৈরম্লে।

থোদোক অদুগী মরমদা মহাক্না অকোয়বদা লৈবা মীশিংদা হংবদা মখোয কম্নিমতা থঙদে হায়না খুম্নকই। মথোয়না তম্মী মথোয়না থঙবা হাযববু অহিং নোংয়াইদা মাগী ফার্মগী শঙ অদু য়াউশঙ মৈ চাকপগুম চাকপা উরকখি, ময়াম চঙতুনা কম্নবা

হোৎনবদা ঙমহৌত্রে, তুন্না চাকখিবনা হানখ্রে। মহাক্না থৌদোক অতুগী মন্নীদা পুলিসতা পাউ পীরম্নগা নীংবা কায়না ময়ূমদা হল্লক্লে।

প্রমোদকী ফার্মগী যুম অতু মৈ থান্নম্লে হায়বসি নম্বোলগী মফম খুদিংমক্তা রা-রা লাউনা ঙাঙনরকই। বাসন্তীসু পাউ অতু তাম্লে, মহাক রাখল হুংঙাইতবনা শকফম হোংখ্রে, মাগী তুংগী আশাগী মঙলান খুদিংমক অমম্বা লৈচিল মপৈ অমনা খুমখিবগুম তৌখ্রে। অয়ুক অমদা মানা তুমিন্না চত্নুনা মফম অতু য়েংলুই। চঙকমদগী য়েংবদা হৈনৌ পাম্বীগী মরক্তা প্রমোদকী ময়ুম অতু মখোঙ থরদমক মুংতুনা লৈ, জিভবশিং অতু মৈ চাকখিবগী ইকোল কোল্লে; মতু উবদা মাগী মমীত্তগী পিগী ঈরা শিম্বরকই। মহাক ময়ুমদা হল্লক্লগা ফমুংদা চঙতুনা তুমিত্তুমা কপ্পুনা লৈ।

মমাখোয়সু পাউ অতু তাম্লে, মচানুপীগী মতৌ অতু উবদা মহাকসু হুংঙাইখিত্রে। মমানা য়ুমলোম্নবী নুপীশিংদা ঙাঙবা মহাক্না তায়, "মী হায়বসি ওম্বোক্না ফত্তে, কম্নিগীনো মখোয়না অসুক তমথিন্নিবা?"

মসিগী মতুংদা বাসন্তীনা প্রমোদপু মাগী ফার্মদা লাকপা উখিত্রে। মহাক কপ্পা কপ্পা লেনবা হৌরক্লে। মহাক্না মন্নক মরক্তা ইন্ফালদা চৎপদা ফার্মগী মফম অতু গাড়ীগী থোঙনাউদগী হেক হেক য়েংই, হান্নগী দৃশ্য অতু থোইনা হোংদে—অকাবা উ খরগা, মৈনা চাকখিবগী কোনখৎলবা জিভ অতুগা অতুম উন্নি। মদু উবদা মহাক মমীত্তা পিরাং চেল্লি, মাগী হুংঙাইবা আশাগী

ময়োল খুদিংমক উৎ ওইনা চাকথ্রবগুম নীংলবই।

নোংজু পাম্বা য়োম্নকপদা মক্ষম অদু উ, নাপী শীংবীনা পুনশং শংনা শোওজিনথ্রে, উমং মচা অমা ওনথ্রে। লম অদুগী অচাং-শিংনা মাগী পুথ্রীদগী ঙা ফাবা, ফান্সী উহৈ-ৱাহৈ হেকপা হেক হেক চঙই, মদুদা কনাম্বু অথিংবা লৈতে।

বাসন্তী হৌখিবা খুদিংমক নীংশিংলুরগা কপ্পুনা লেপ্লি। মখোয় অনী ফান্সী অচীকপা লৈকোন্দা নম্রগা পুথ্রী মপালগী হৈনৌ মখোঙদা শাখিবা ৱান্নী কয়া মহাক কাউবা ঙমদে। মক্ষম অদুদা লেনমিন্নগদবা পুন্সীগী মরমদা প্রমোদনা হায়খি, মখোয় থাবল ফবা মুমিদাং কযাদঃ উ-ৱা, লৌবুক-লম্বাঙ, অতিযাগী ফজবা কয়া যেংমিন্নহুনা থেঙনা বান্নী শাহুনা লৈগনি, মুংথিলগী মতমদা শিনমীশিংগুম্না মখোয় অনী ফান্সী থবক শূহুনা লৈগনি, পোথাবা মতমদা ঈশৈ তাহুনা নম্রগা লাইশ্বিক পাদুনা লেনগনি, অচম্বা অফবা মথলগী চিঙ্গাক চাগনি, মহাক্না মসিমম্বু হায়খি মরক মরক্তা মখোয় অনী কান্ন তোংমিন্নদুনা ইম্ফালগী কুম্মৈ-ফিওং যেংবা নম্রগা লাই থুরুম্বা চৎমিন্নগনি। বাসন্তীনা থনখি মতু তশেংনমক মাগী মুংঙাইবা পুন্সী অমা ওইগনি, অদুবু মতু পূম্নমক অদু ঙসিদি চুম্নগী কায়থ্রবা মঙলান অমা ওইরে।

হৌজিক বাসন্তী হৈনীংদনা, কুম্মৈ ফিওং মতমদা মপাল থোক্তনা লেপ্লি। কাং মতমদা ফজবীনা ঈশৈ শকপা চৎমিন্নবা হায়বা লাকই, অদুবু মহাক্না মতম খরদি পোথাখিগে হায়দুনা য়াখিজ্রে।

অস্থম্না মতম ফনা কুইনা হৌগ্রে, প্রমোদতি মাগী মনাক্তা লাকখিদ্রে। বাসন্তী মপূক্লীংদা প্রমোদনা মাবু কাউবীগ্রব্রা হায়না খনবা হৌরকই।

মহাক্কী য়াম্না মুংঙাইতবা অমনা চরণ অতু থবক তোকপ্রবা মতুংদা হৌজিক নম্বোল বাজারদা ডুকান ফমদুনা লৈরে। ডুকান য়াওবা লম মচেৎ অমা মানা থা খরগী মমাঙদা মফমদুদা লৈখিবনি। মহাক লম অতুগী নূপী অমা লৌরগা মতম খরা লৈমিন্নরম্মী, অদুবু হৌজিক্তি নূপী অতু থাইনগ্রে। মহাক্না মহৌশানা বাসন্তীবু পাম্না তৌবা অতু হৌজিক অমুক হৌরক্লে, চেল্লুরবী নূপী ওইরবস্তু মঙোন্দা মীৎয়েং চঙলক্লে। (চরণতু হৌজিক পৈশা পায়বা মী অমা ওইরে, লমতুদা মতীক মগুণ খরা লৈবা মীগুম্না খন্নরে।) মহাক্না তৌওম্বী নূপী অমা অনীদা পৈশা পীদুনা বাসন্তীবু মঙোন্দা লৈনবা থেমহল্লি। মখোয়শিং অদুনা বাসন্তীগী মমাদা হায়বা ফাওবা য়াওরকই, অদুবু মমানা মাগী পূক্লীং খঙনা কৈদৌঙৈদস্ত্র বাফম অদুবু থোইনা ভারুদে।

১২

ফার্মদা থোকখিবা মুংঙাইত্রবা থৌদোক অতুগী মতুংদা প্রমোদ ময়ুমদগী চথোক্তনা লেপ্লে। করিগুম্বা মীকুপ্তা মহাক য়াম্না হৈনীংদবা য়াওরকই. মকোক্তা ফত্রবা, মুংঙাইত্রবা ৱাখল ঙাক্তা চঙলকই, পোত্থাফম খঙলক্তে; অসিগুম্বা মতমদা বাসন্তীবু মাগী মনাক্তা পুরক্লগে হায়না খনবা য়াওই, অতুবু মতুগী অরেম্বা মতম অমদি খঙদে। হৌজিক মাগী পুক্নীংদা করিগুম্বা ৱাফম অমতা লেপ-থোকপা ঙমদে।

অস্থম্বা লৈরিভৈদা খঙহৌদনা মাগী থবক হল্লিনবগী ওর্ডর অমুক থোরক্লে।

বাসন্তীগী মমাম্নবী পূর্ণিমানা মসিগী পাউ অসি বাসন্তীদা পুদুনা লাকই। মহাক্না তম্নকই মহাকস্থ প্রমোদকী অফিসতা ট্রান্সফর তৌরে। ৱাফম অতু তাবদা বাসন্তীনা হরাক্লিনা মমাম্নবী-দগী মখুৎ পায়দুনা হায়রকই, "অঙইত্রা পূর্ণিমা—নহাক্না ঐগীদমক কয়াদা মুংঙাইবা পাউ অমা পুবিরক্লবনো!"

"অওইথনি বাসন্তী, নহাক্কী হৌজিক য়ানীংঙাই লৈত্রে।"

"পূর্ণিমা, নহাক খঙব্রা মহাক হৌজিক কমদৌরি ?"

"মহাক মাগী লনাইগী য়ায়ীদি নোংমতা শাদোক্তে। ঐহাকসি নহাক্কা তিন্নবা মন্নপনি হায়বসি মহাক খঙদ্রি," পূর্ণিমানা হায়রকই। মীকুপ অমগী মন্নুংদা মানা মোমোন নোক্লুনা অমুক হায়রকই, "মঙোন্দা নহাক্কী য়ায়ী শাউরা ?"

"হুম, ঙাইথো শারুখিন্নু।"

"কৈদৌই ?"

"কন্নিস্নু তৌদেদা," বাসন্তীনা লূকথজ্নুা থন্না ইকাইবগুম তৌনা নোক্লগা হায়রকই।

পূর্ণিমা মত্নুগী মন্নমদা কুপ্পা হংলক্তে, বাসন্তীগী কন্নিগুম্বা অনীংবা অমা লৈরম্বস্নু য়াই; মতম ফনা কুইৱে মানা প্রমোদ মথোয় অনীগী মরমদা তাখিদবা। মীকুপ অমতং তুমিন্না লৈরুরগা মহাক্না প্রমোদকী মন্নমদা অমুক হাযরকই, "বাসন্তী, মহাক ফীবম য়াম্না শোক্লে, থবক তোকপা মন্নুংদা মুংঙাইতনা লেল্লুরমাল্লে।"

"উম," বাসন্তীনা খুম্নকই, "থবক তোক্লবস্নু মহাক অহানবদা ফার্ম তৌবগী আশাদা অৱাবা খঙলমদে, অত্নুৱ মঙোন্দা মুংঙাইতবা থৌদোক অমা থোকখ্রে পূর্ণিমা, মত্নুগী মতুংদা মহাক মুংঙাইতনা লেল্লমগনি।"

"করি থৌদোক থোকখ্রবগে ?"

বাসন্তীনা হৌখিবা থৌদোক থন্না—প্রমোদনা মফম অহুদগী ইরাপ লাপ্তনা ফার্ম তৌরম্বগী, মরক মরক্তা মথোয় অনী উন্নবগী,

ফত্তবা মীশিংনা মখোয়বু য়েংশিন্দুনা কাম'গী য়ুমহু মৈ থারম্বগী রান্নীশিং অহু লীবা হৌরকই।

মহু তারবা মতুংদা পুর্ণিমানা খওহৌদনা হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক হৌজিক কাওবা মাগী মনাক্তা চত্রিবা করিগীনো?"

মাগী বাহু তাবদা বাসন্তী মমায় খজিত্তং ঙাওনা বাখল খন্দুনা লৈ। বাহং অদ্‌মক্তি মহাক মশা মথন্তা কাওবা খুন্দম খওজত্রি-বনি। (মহাক মমান্নবী অদ্‌দা হায়দোকপা ইকাইবা পোকই প্রমোদহু মতম কনা কুইনা মাগী মনাক্তা লাকখিত্রে হায়বদ্‌।)

পুর্ণিমাদি মানা খল্লিবা বাখল অহু মুন্না খওদনা অমুক হাযরকই, "অওইবনি বাসন্তী, হৌজিক নহাক মাগী নাক্তা চৎপা ফরে। মাগী নায়তোম তাবা পুন্সী অদ্‌ নহাক য়াওরবদি থরমখৈ পোথাফম খওগনি। নহাকপু হৌজিক মহুগী মরমদা করি খল্লিবগে?"

বাসন্তীনা হান্নগুম থোইনা মকা লামদবা মায়থোঙগী মতৌ অমা উত্‌না হায়রকই, "কবিন্তু খন্দেদা পুর্ণিমা, ঐনা খনবা হায়ববু ঐগী লাইবক্তা তম্বা থোক্লগদবা অহুতমক ঙাইরগে অসিনি।"

পুর্ণিমা বাসন্তীদা খরা চমন্নরা ভাব তাদনা য়েংলগা ঙমিন্না লৈত্রে, মহাক বাফম অহুগী মরমদা থোইনা অমুক মখা তারক্তে।

মখোয় অনী মাঙোলগী ফক্তা ফম্মিন্নজুনা অতৈ অতৈ বাগী কয়াম্ব শারকই। বাসন্তীগী মমাহু ইম্ফাল কাথিবদগী হন্নজিল্লা, য়ুমহুদা কনামতা লৈতে।

"বাসন্তী, নহাক ঈশৈ শকপদি চৎলিত্রা?" পুর্ণিমানা হংলকই।

"চত্লবা কুইরে।"

"কৈদৌরে?"

"করিসু ভৌদে, হন্দক্তি ঈশৈ শক্লীংবগী বাখল অমতা পোক্লে। মতম খন্নদি লেপখিগে খল্লিবনি।"

"প্রমোদনা চৎলুহু হায়ব্রা?"

বাসন্তীত্ মমায় হুমগৎলগা য়াক্তোন ঊনা নোক্লক্লে, হায়রকই, "হায়দেদা করিসু।"

পূর্ণিমাসু নোকথোরক্লে।

মতমত্ লাংবন থাগী মুংখিলনি, পূর্ণিমাসু মপামদা লাকপদগী বাসন্তীখোযদা চঙলকপনি। অশংবা নাপী-শীংবী, উ-রাশিংগী মরক্তা অঙ্গংবা মুংশিংনা তপ্পা তপ্পা শীৎপা হৌরক্লে। মরক মরক্তা মোং থিংলি থিংলি চুখিবগী লৈবাক অত্ থরা থরা চোংলি। নিংথমথা চঙলমদাইগী অওনবা ঋতুগী শক্তম অমনা পুক্লীংবু মফম খঙদনা নৌথোকহল্লি। শূমাঙদা জবাকুশুম, থাগীলৈহাউ, কুন্দা-লৈনচিংবা মকা ফম্না শাৎকায়রি। অতিয়াগী শক্কক খরদা ঙৌকনবা লৈচিন্না শন্দোক্লনা লৈ। পূর্ণিমা বাসন্তীগা রারী শাত্না কপ্পত্ থেঙজিল্লক্লে, মহাক ঙহাক কয়ল্লগা হনব্রে।

মহাক হনব্রবা মতুংদা বাসন্তীনা পুক্লীং মুংশিবগুম, মুংঙাইবগুম প্রমোদকী থবক হজিনবগী মরমদা খনবা হৌরকই। অতুগা অমরোমদা মহাক থরায়সু রায় মরমদি প্রমোদকা মখোয় অনীত্তা ফার্মদা লেমমিল্লবগী মঙলান অতু মহাক্লা থবক হজিনব্রবা মতুংদদি ঙইথোক্তবা য়াই, মহাক মফম অত্দা পঙনা লাক্লরোই।

মুমিৎ অদুগী মুমিদাং য়াম্না থেঙবা ফাওবা মহাক থাবলদা মাঙ্গোলদা ফমদুনা রাখল খন্দুনা লৈ ; পূর্ণিমানা মাবু প্রমোদকী মনাক্তা চৎনবা হায়রম্বা অদুগী মরমদা খনবা হৌরকই। মহাক মদুগী মরমদা খনবদা হেন্না হেন্না চমম্নবা, ভাব তাক্তদবা হেল্লকই। মহাক কুইনা রাখল খল্লুরগা ইমুংদা চঙশ্রে।

মমাদু উররোন তুমখরুরে। মানা চঙলকপগী থোঙ লোনশিনবা মখোল অদু তাবদা মমানা হংলকই, "ইবেম্মা, হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিব্রা ?"

"তুমদ্রি," অসি হায়রম্লগা বাসন্তী রা মখা তারমদনা মাগী ফমুংদা চঙশ্রে।

ওহাক লৈরগা মমাদি তুমখখিবগী স্বর চাউনা হোনবা মখোল তারকই, অদুবু মহাক্তি য়াম্না থেঙবা ফাওবা অদুম তুমখবা য়াদ্রে, প্রমোদকা মাগা ফার্মদা উন্নখিবা, মখোয় অনী হাযনখিবা রা কয়া হন্না হন্না নীংশিংলকই, মাগী তুংগী ওইবা য়াবা ফীবমগী মরমদা রাখল কয়া খনবা হৌরকই। মহাক্না তুমখবদু নোংঙাল্লমদাই ওইরে। ইকুই কুইদনা মমানা মাবু অদুম হৌদোরক্লে।

নোংঙানবগী অয়ুক্তা বাসন্তীগী মমানা চাক থোংনা থোংনা হায়রকই, "ইবেম্মা, নঙগী বাবাগী ফিবোইস্ম খজিক্তা ঙায়শিল্লক্লে, লাইদা ঙমজবা থরদং কৎনবা নচেশিংগা অমুক্তং তারখিবা তারি।"

থুঙওদা ওঙবী বাসন্তীগী মচে অনীদুগীদি থোইনা মুংঙাইবা ইমুং নক্তে, মহৌশা কর্মনচিংবদা মখোয়না থোকপা অঙম অঙম্বা ফৌনচিংবা ভাইদুনা পৈশা থরদি কৎলকই ; অদুবু মপুং ওইবা

শেলদি মাগী মমানা পুথোকই। করিগুম্বদা মানা মহু কজবীদগী পুরুই। মহু বাসন্তীন্থ খঙই।

মহাক্না মমাগী বাহৈ অহুদা খন্নবা ওইনা হায়্নরকই, "ইচে কজবীহু অমুক্তং উম্নরুসিরা? ঐ মাগী মনাক্তা চৎলবস্থ চৎলুগে।"

মহাক্না ইম্ফালদা চৎনীংবগী রাখল অমগা লোয়ননা রাকম অহু হায়্নরকপনি। মহাক্না শেংকাক্তনা ভাবনা খল্গবা অমা লৈ, করিগুম্বা ইম্ফালদা চৎলবদি প্রমোদকা উম্নবগী খুদোংচাবা ফংবস্থ য়াই, মরমদি মহাক্না প্রমোদকী অফিস অহু খঙলে, মাগী মরূপ পূর্ণিমানা মহু মঙোন্দা তাক্লয়ে। মমাদি মাগী অনীংবহু খঙদনা হায়্নরকই, "ঙাইখো ইবেম্মা, মহাকস্থ মসিগী মমাঙদা অমুক্তংদি লাকখিবা য়াই। ঐ মাগা ঙাঙনগে।" বাসন্তীনা তোয়না মথস্তা ইম্ফালদা কাবা অহু পাউথোকপিগদবা মী য়াম্না লৈবনা মমানা মাবু খাদোকপা ঙমদ্রে।

বাসন্তী তুমিন্না লৈত্রে। মহাক্না মমাঙদা লৈবা য়েনশাং খন্না তপ্না শেম্বা হৌরকই।

পূর্ণিমানা মতাং চাবা মতম অমদা প্রমোদতা বাসন্তীগী রারী অমুক্তং শাগে হায়না নীংলকপা কুইরে, অহুবু প্রমোদকী চীংলেম্বা, বা য়াম্না ঙাঙদবা মতৌ, অহুগা অমুকস্থ অচৌবা অফিসার অমগা ওইবগা অহুগুম্বা রাফম অহু হৌদোকপা ঙমদনা লৈরে। অম্নুম্না লৈরিঙৈদা নোংমদি মহাক্না তারক্লে মখোয়গী অফিসতা থবক তৌবী অফাওবী ছায়া হায়বী নূপী অমা প্রমোদকা মরী

লৈনরে। মতু ভাবদা পূর্ণিমা ওকপনা থম থেংগ্রে, মহাক্না মাগী মক্কপ বাসন্তীগা প্রমোদকা মথোয় অনী য়াম্না নক্নবা মরীগী মরমদা পুম্নমক ভাগ্রবনি। প্রমোদনা মতম থরদংগী মমুংদা কনাগুম্বী নুপী অমগীদমক অম্নুক থুনা পুকচেল হোংলমগনি হায়বসি মহাক্না পাক হেক থাজবা ওমদে। অতুবু মহাক্না অমুকন্তু থল্লকই, "হৌজিক্কী মতমদা অচৌবা অফিসার অমনা নুপীবু করিন্থু ওইদনা থনবদা করি ওক্লীংঙাই লৈবগে?" মহাক্না মক্কপকীদমক মুংঙাইতবা হোরকই।

ছায়া হায়বী নুপী অসি চহী কুনমরিমুক শুরবী, মীয়ায় ওইনা চাউবী, চীনবান ঙাঙতক তৌবী, রাশি লৈবী নুপী অমনি। মহাক হন্দক্তা ইকুই কুইদনা থবক্তা জোইন তৌরকপনি। মহাক মী মুন্না য়েংগন্দে, রাখল থনগনবা, চীংলেম্বা শক্তা ওইনা উই, অতুবু মাগী রাঙাও মীৎয়েং থুদিংমক্তি মীবু য়াম্না শুক্নাৎনীংঙাই ওই। করিগুম্বদা অফিসকী থবক তৌবী নুপীশিং অতুনা প্রমোদ মথোয় অনীগী মরমদা রারী শানরকপা য়াওই। মথোয় থরদি প্রমোদকী হৌখিবা থৌদোক্কী মরমদা মুন্না থওই, বাসন্তীগী মরমদন্তু থওই। মথোয়তুনা হায়, "অরেম্বনি সাহেবনা বাসন্তীবু থাদোকপা ওইথোক্কবনি, মশক ফজপ্রবী থুঙ্গঙ্গী ঈশৈতৌবী অফাওবী অমনি; মঙোন্দা ঙাওরোইদবা লৈতে।" অতোপ্পা থরনা থুম্নকই, "মহাকপু ছায়াগা কনানা হেল্লমগদগে? হৌজিক হৌজিক্তি ঐথোয়গী সাহেবনা ছায়াবু মুংশি হায়বসি শোয়গ্রে, মথোয় নহানমুক অফিসকী ছুটি ওম্না থাবা মুমিত্তা সিনেমা য়েংমিন্নৈ।"

অসিগুম্বা মীনা ঙাঙনবা বাশিং অসি তারুবগা পূর্ণিমা য়াম্না খোয়শাউনবা হেল্লকই। নুপা ওইবগী থাজনীংঙাই ওইদবা লীচৎপু মাগী পুক্নীংদা কয়া নিন্দা তৌবা হৌরকই। হৌজিক মহাক খঙ্গানরে প্রমোদতা বাসন্তীগী বা হৌদোকদবা, মতম থরা তুমিন্না লৈতনা মখোয়গী মতৌ য়েংথিগে হায়না মপুক্নীংদা লেপ্লে।

অওইবমক হৌজিক প্রমোদনা ছায়াবু মুংশিবগুম তৌগ্রে। ছায়াগী বাশি লৈবা শকফম, ঙাঙতক তৌবা মোমোন্নবা চীনবান, বা ঙাঙবদা মখোল মুংশিবা, মীখোনবা মতৌ অতনা মাবু শুমগ্রে, বাসন্তীবু মতম কুইনা উখিদ্রবা মতুংদা থরমথৈ কাউগ্রে। থবক হঙ্গিল্লবা মতুংদা মাগী বাথলস্ হান্নগুম্না চরাঙনগ্রে, ফজববু পাম্বা, নুপী খুদিংমকপু ইমান মান্নবগুম থনবা, মুংশিবস্ অমদা হেক্তা মুংশিবা য়াবগুম তৌবা বাথল অমা মঙোন্দা লাকগ্রে।

নোংমা পূর্ণিমা প্রমোদকী কাদা সই অমা তৌহনবা চঙলকই। মাগী কাদা ঙহাক ফমতনা বারী শাবদগী মহাক নম্বোলদগীনি হায়বহু প্রমোদনা খঙগ্রে ( নহানমথৈদি প্রমোদনা মাবু মশকপুদি খঙলবস্ লৈফম্নচিংবদি থোইনা খঙদে )। পূর্ণিমানা মাগী লৈফম তাকপদা হায়গে হায়বা অমা য়াঙনা হায়রকই, "বাসন্তীখোয়গা ঐখোয়গা লাপপ্রে, খুল তাইনরে।"

প্রমোদতু শকফম খজিক্তুং ওনখি, পূর্ণিমাগী মায়থোঙদা ঙক্না য়েংলকই। পূর্ণিমানা মঙোন্দা কয়া বাসন্তীগী মিং পল্লক্লিবনো হায়বহু মঙোন্দা চময়না থোকই, মাগী বাঙাঙ অতনা বাসন্তী মখোয় অনীগী মরীগী মরমদা কন্নিগুম্বা থরা খঙলম্নগদবগুম নীংলকই।

প্রমোদকী চঙক্নবা মীৎয়েংগী অর্থহু খঙনা পূর্ণিমানা মখা তারকই, "মহাক ঐগা লুনা তিন্নবা মরূপনি, মহাক্লা হায় অদোম ঐখোয়গী অতুবাইদা মতম থরা কার্ম তৌহূনা লৈরম্মী হায়না।"

প্রমোদনা মঙোন্দা মমায় খজিক্কুং ঙাঙনা অহুম ঙক্লা য়েংহুনা লৈ, য়াদি ঙাঙলক্কে।

"বাসন্তীনা অদোমগী য়ান্নী খুদিংমক ঐঙোন্দা লোইনা শাই," পূর্ণিমানা অমুক হায়ররকই।

প্রমোদনা শেংনা খঙলে পূর্ণিমানা বাসন্তী মখোয় অনীগী হৌখিবা থৌদোক্কী মরমদা শোয়দনা খঙলম্লগনি। মহাক্লা ইচম চম্বা মওঙ অমদা হংলকই, "পূর্ণিমা, হৌজিক মহাক কমদৌরি? উন্নখিদবা কুইরে।"

"মুংঙাইরি," পূর্ণিমানা মরৌ লৈনা খুম্নকই।

মাগী য়াঙাও, মায়থোঙ অহুনা প্রমোদপু ইকাইহল্লকই।

মহাক্লা রা মখা ঙানা বাসন্তীগী মরমদা য়ান্নী শারকে তৌরকই, অতুবু তাঞ্জা অহুদা কাহুদা মহাক উন্নবা মী থরা চঙলক্নুনা য়ানীহু মখা তারক্কে। পূর্ণিমাসু মাগী কাদগী থোকখ্রে।

মহুগী মতুংদা পূর্ণিমানা প্রমোদকা চীন্না য়ান্নী শাবগী তাঞ্জা ফংখ্রে। থরা লৈরগা থবক তৌবী মাগী মমাল্লবীশিংনা ঙাঙনরকই, "প্রমোদনা ছায়াবু লুহোংগদৌরে।" পূর্ণিমা তশেংনা মুংঙাইখ্রে, য়াফম অসি মাগী মরূপ বাসন্তীদা মতৌ করম্না খঙহনগদগে হায়না খনবা হৌরক্লে। অসুম্না পূন্নীংদা চনৈননা লৈরিঙৈদা মতম থরগা হৌখ্রে, মহাক মপামদা চত্তবসু কুইরে। নোংমদি ইথা থাজদনা

মহাক্না অফিসকী টেবল মথক্তা লৈতেং তৌরবা বার্তোন চে খরা চাইতুনা লৈবা উরে। মানা হংবদা মমান্নবী অমনা খুম্নকই, "প্রমোদকা ছায়াগা লুহোংগদৌরে, মতুগী বার্তোননি।" পূর্ণিমানা শকফম হঙ্গিন্না তুমিন্না মাগী ফমফমদা ফমথরগা ইনভেলপ মমুংদা য়াওরিবা হীগোক্তা সনামচুগী লৈরোং হংপা ফজরবা বার্তোন-চে অতু লৌথোক্তুনা য়েংলকই। অরাবগী লৈচিল মরক্তা লংথবীগদৌ-রবা মাগী মুংশিরবা মক্কপ বাসন্তীগীদমক্তা খনবদা মমীত্তা পিগী ঈরা চেল্লকই। মাগী অরাবা মায়থোঙ অমস্তুং মমীত্তা চেনবা পিগী ঈরা অতুগী অর্থ কনানসু খঙখিদে। মুমিং অতু মহাক অফিসতা রা ইঙাঙ ঙাঙখিদে, মমান্নবী খরনদি মাগী মতৌ অতুদা খরা ঙকখি।

পূর্ণিমানা বাসন্তীদা রাফম অতু থুনা খঙহন্নীংলকই। পাউ অতুনা মাগী মক্কপ বাসন্তীগী থম্মোয় কায়হল্লগনি, অতুবু অমরোমদসু অতুগুম্বা পাউ অতুবু মঙোন্দা খঙহন্দনা থম্বা হায়বসি মহাক ঙম্নরোই, মতুনা মাগী থম্মোয়দা অরাবতুম থোইনা হেনগৎহনগনি। অসুম্না নোংমদি মহাক্না বাসন্তীদা থাখিনবা চিঠি অমা ইরে। মরোলদি মথাগী অসিনি:

"বাসন্তী, ঐ হন্দক মরক হকচাং ইঙম ঙমদতুনা মুমদা লাকপা ঙমদ্রে, অতুনা রাফম অমা নঙোন্দা চিঠিগী খোঙদা খঙহনখিবনি, নহাক ঐবু রারোগনু। করিগুম্বা হকচাং ঙম্নবদি নহাক্কী ননাক্তা লাকুনা রাবী ওইনা শারনগদবনি।

"ৱাকম অতুদি অসিনি—ঐ নঙোন্দা মতৌ করম্না তমসিগে হায়বসি থনকম থঙত্রবনি, অতুবু মসি নঙোন্দা থঙহন্দবদি ঙমদে— হৌজিক প্রমোদতু ঐখোয়গী অফিসতা থবক তৌবী ছায়া কৌবী নুপী অমগা লুহোংগদৌরে। পাউ অসি তাবদা নহাক সুংঙাইররোই। ঐ মঙোন্দা করিগুম্বা থরদি পেন্না হায়নীংবনি, অতুবু মতুগী খুদোংচাবা ফংখিত্রে। নুপা হায়বা জাৎ অসি থাজনীংঙাই ওইদে, মখোয়না মতম মতমগী ওইনা ফজবা থরদবু পাম্মী।

"বাসন্তী, হৌজিক কান্দা লাইব্রিক হৈবী, থবক তৌবী থরগা লৈরি, মখোয়না অফিসারশিংবু পাম্মী—মখোযগী ৱাঙাঙ-শঙাঙ, মীৎযেংনা মখোয়বু শুক্লংনবা হোৎনৈ। মখোয়দা ইকাইবগী শক্লক য়াওদে। ছায়া হায়বী নুপী অসিসু হায়রিবা নুপীশিং অসিগী মন্নুংদা অমনি। মহাক ফজবা নুপাদা ঙাওই। মাগী সুংশিনবা কয়া লৈ। নোংমা হোটেলদা ঐখোয় ইমান্নবী থরগা চা থকমিন্নবদা ঐনা মাগা প্রমোদকগী মরমদা ঙাঙলুবদা মানা ঐবু শাউহুনা চঙখি। মতুংদদি মানা ঐবু কৌখিত্রে। মানা ৱাকম অতু প্রমোদতসু তম্নম্বা য়াই হায়না খল্লি—হৌজিক প্রমোদনা ঐবুসু সুংঙাইতবা মান্না উই। ফরে, ঐ মখোয়গী মরমদা য়াম্না ঙাঙলরোই।

"ঐ পাউ অসি তাবদা নহাক্কীদমক ওম্থোক্না সুংঙাইখিত্রে। ঐ শাওনীংবনা মাগী মশক ফাওবা যেংদে। লমচৎ হায়বত্তু য়াওত্রবা মীগা মায় ওন্সীন্নবা পামদে। বাসন্তী, সুংশিবা হায়বা অসি মরম চাত্রবদি ইশানা ইশাগী লাং থাকচবনি। নহাক্না

মহাকপু মুংশিরুবসি অয়ানবনি। ঐনা হায়নীংবদি বাসন্তী, নহাক মতাং চারবদি মাগা অমুক্তুংদি উন্নৌ, মঙোন্দা খা থরদি পেল্লা হায়য়ু। মসি নহাক্লা য়ানীংলোইত্রা থওদে। খাকম অসি অমুক্তা মুম্না থল্লু।

"নহাক ঐবু খায়োগম্নু, হকচাং মুংঙাইরগা করিগুম্বা খুদোং-চারবদি ঐ নহাক্কা উন্নবা অমুক লাক্কে।

"নহাকী মরূপ,
"পূর্ণিমা।"

বাসন্তীনা চিঠি ফংবা মুমিত্তা ফমুংদা হীপ্পু,না কয়া কুইনা থম্মোয় শোক্লা কপগ্রবগে হাযবত্থু মশা ফাওবা থওজদে। মাগী পুন্সীগী মুংঙাইবগী আশা থুদিংমক লৈমন চন্নবা লৈরাংগুম কীম্বত্রে। প্রমোদকা উন্নদবা কুইগ্রবম্নু মাগী থম্মোয়দা আশাগী মৈরি অমদি ঙান্দুনা লৈরম্মী, নোংমদি মহাক মাগী মনাক্তা লাকপা য়াই হাযনা; অতুবু ঙসিদি অত্থুগুম্বা মঙাল অত্থু তমথিরবা খুং অমনা মুথৎপগুম তৌগ্রে। সংসারগী নিয়ম খুদিংমক কনাগুম্বা অমনা থওহৌদনা হোংদোকপগুম তৌগ্রে।

মহাক সন্ধ্যা ফাওবা ফমুংদগী হৌগত্রে।

মুমিদাং য়ৌরক্লবা মতমদা মহাক্লা পূর্ণিমাগী চিঠিগী মরোলছুগী মরমদা অমুক থনবা হৌরকই। মাগী মরূপ্পু,না মাবু প্রমোদকা উন্নবা হায়রকপা খাত্থু নীংশিংদুনা মহাক্লা থল্লকই, "হৌজিক মাগা উন্নরগা করি কান্নগনি? মানা নীংবা মত্থুং ইম্না লুহোংনবা

ৱারেপ লৌখ্রে। মতুদা ঐনা কৱি হায়রুগনি ? মতু ঐনা থুগায়বা পামদে। ঐ মাগা উন্নবা ওইথোক্তবনি। মীনা থীনা ঙাঙনবা, মিংচৎ পীবা কয়া খাঙলক্লে, অদুবু মতু যৌনা ইকায়বা খঙদবদি ঙম্লোই। ঐহাক বৈদৌঙৈদম্ব মাগা উন্নবা চৎলোই।" ৱাখল অতু থল্লুবগা মহাক স্বর ফুনগৎলকই, ফিনা মমায থুমতুনা লেপ্পা লৈতনা কপ্পা হৌরকই। মহাক্না মথন্তবু হন্না হন্না নিন্দা তৌজরকই, "করিগীদমক্তা থুঙ্গঙদা পোক্লবী চন্নবী নূপীনচা ঐনা মাগী আশা তৌরুন্নিবনো ? পুম্নমকসি ঐগী ইরাল ঙাক্তনি। থুঙ্গঙ মচী অসিদা ঐগী পুন্সী অস্তুম কেমথিবনা ঐগী ইরালতুগী চপ চাবা দগিনি !"

মহাক্না নৌহৌনা নীংশিংলকই প্রমোদকা মখোয় অনী কার্মদা লেনমিন্নথিবা, তুংগী পুন্সীগী মুংঙাইবা মঙ কযা মঙমিন্নখিবা, মাগী আশা কয়া মভোন্দা থমখিবা ! নীংশিংবা পুম্নমক অতুনা ঙসিদি মতুকনবা জীবশুম মাগী থম্মোয়দা চীন্নরে। মতম হায়বসিনা মাবু কযাদা তনথিরবা তিংখং-তুম্বৌ মরক্তা লংশিনবীরবনো ! অহিং অতু মহাক মীৎ কক্লা অমত্তা উইশিনবা য়াখিদে, ওনথোইনা কপ্পূনা লেনখি।

নোংঙাল্লগম্ব মহাক পূর্ণিমানা মভোন্দা হায়রকখিবা ৱাকম অতু হন্না হন্না নীংশিংলকই। অদুবু মহাক্না ঙরাংগী পুক্নীংগী ফিরেপ অতু হোংবা তৌদ্রে, প্রমোদকা উন্নবগী ৱাকম অতু ঙসিম্ব ওইথোক্তবা ওইনা থল্লি, মভোন্দা মতুগী থৌনা লৈতে। অম্বুন্না মুমিৎ থরনি হৌখ্রে। থরায় মুংঙাইতবদগী মহাক তশেংনা মশাম্ব ঙমদ্রে। মমাম্ব মাবু উবদা মুংঙাইদ্রে। বাসন্তীগী প্‌প প্‌প

লাউবা ঙোৱবা খূদাং অছু পীকশিনখ্রে, মমীৎ কূৎশিনখ্রে, মান্থ-থোঙদা ঙাল্লবা মুংঙাইবগী মঙাল অতু লৈথিদ্রে।

## ১৩

প্রমোদকী লুহোংবছু ফাইরেন থাদা পাওথোকখ্রে। মতম থরা হৌখ্রে। অদুবু অশোকপা মফমদা মপান্দদি ফনা উরগা মন্নুংদদি অমাবনা ফুমহুনা লৈবগুম মরক মরক্তা মহাক্না বাসন্তীবু নীংশিংলুরগা থম্মোয়দা চৈনা ফাওবা হৌরকই। মতুদা মহাক মশাহু লৈফম থগদবা য়াওরকই, অচৌবা অরানবা অমা তৌথিবগুম মশাদা অকি-তুজুংবা ফাওরকই। মহু মানা নমহাহুনা কাউনবা হোংদৈ। করিগুম্বা মুমিত্তা মানা বাসন্তীবু মগদা উই, মহাক নীংবা কায়না মযুমগী মাঙ্গোলদা কপ্পুনা লৈবা উই। অসিগুম্বা মুমিত্তা মহাক নোংমা চুপ্পা রাখল থম্দুনা লেনবা য়াওই, অফিসতা থবক শূবদা মাগী রাখল থম্দুনা লৈ।

নোংমাদ মহাক্না ইথগ থগহৌদনা অফিসতা মাগী কাদা পূর্ণিমাবু কৌশিন্দুনা বাসন্তীগী মরমদা রা থরা হংবা হৌরকই। পূর্ণিমাহু য়াম্না চীংলেম্না মাগী মাগদা চৌকিদা ফমহুনা লৈ। প্রমোদতি ইকাইবনা মমায় ঙাওশিল্লি।

"পূর্ণিমা, নহাক করিগুম্বদা বাসন্তীগা উন্নব্রা ?" মহাক্না

মমাঙ লৈরবা মী অমগুম্না ইকাইনা হংলকই।

"করিগী ওইরমনো?" পূর্ণিমানা হায়গী চীংলেম্না মওঙ অহুনা মমায় হনগঙনা খুমকই।

মাগী মচেক নৈবা কাহৈহুনা প্রমোদ হেন্না ইকাইবগুম তৌরকই, বাসন্তীগী মরমদা হংবহু মাগী অধিকার করিস্থ লৈত্রে হায়বহু মহাক খওরকই। মহাক্না লং লং তৌনা খুমকই, "করিস্থ তৌদ্রেদো, চুম্না খওনীংহুনা হংবনি। মহাক কমদৌরিবগে নহাক খঙব্রা?"

পূর্ণিমানা মপুক্কীংদা খল্লকই, "মহু খওলগা কৈদৌগনি?" মহাক্না নোংমা প্রমোদ লুহোংলবা মতুংদা বাসন্তীগা উন্নবা চংলুরে, মহাক নাহুনা লৈহৌই, বাখল্ল য়ুংঙাইতবদগী মশা য়াম্না শোকহৌই; অহুবু মহু প্রমোদতা হায়রুবগী করি কাননগনি? মহাক্না ফোংনা হায়রকই, "ঐহাক মাগা উন্নদবা কুইরে।"

প্রমোদ ইকাইনা তুমিন্না লৈখ্রে।

পূর্ণিমান্থ মমায় খরা ঙাঙলপ্না তুমিন্না করিস্থ হায়রমদনা মাগী কাদগী মপান্দা তপ্না থোকখ্রে। প্রমোদ নুংগী মূত্তিগুম ফমহুনা লৈহৌই।

লুহোংলবা মতুংদা প্রমোদ খওহৌদনা খোয়রাঙ খোয়শাঙনবা, নীংবা কায়বগুম্বা অমা লাক্লিবগী মরম অমা লৈ। ছায়াগা মখোয় অনীস্থ মত চায়রক্তে। মাগী নূপীহু অকে-অমৌ, ঈথক-ইয়াং পান্মী। মহাক্তি মহু পামদে। ছায়ানা পামজবা খরা লৈ মহুদি—হুমিং খুদিংগী মপুরোইবগা কায় তোংহুনা অফিস কাম্নিরবা, মথল কয়াগী পাটি চংমিন্নবা, মী কয়াগা সঙ্গ তৌকা, কুস্ম-কিওং

য়েংবা চৎপা, শক্তী লৈতেং কয়া তৌবা, ফিজোল মখল মখল শেৎপা, ইমুংগী থবক নোম্নবা মী থম্বা—শম্না হায়রবদা অচৌবা অফিসার অমগী নূপীনা লেনগদবা পুন্সী খুৎলেন অতুনি। অম-রোমদা প্রমোদতি মাগী অপাম্বা পূম্নমক অসিদা করিমতা খোয়জঙ-দবগুম তৌই। নৌনা লুহোংবগী মুংঙাইবা আশা, রাখল থুদিংমক মাগী পুক্নীংদা ময়োল চোংদবগুম তৌই। মসিদা ছায়ানা য়াম্না পেন্দে। প্রমোদনা মঙোন্দা চম্না লেনবা পুন্সীগী মরমদা অয়াম্বা ঙাঙই। মতুদা মহাক্না মুংশুরুনা লৈ; মহাক্না মপুরোইবগী মরমদা খল্লি, "মহাকসি মতমগা চান্নদ্রবা মী অমনি।"

প্রমোদতু অয়াম্বা মতমদা রাখল থনবগুম, মুংঙাইতবগুম উই।

নোংমা ছুটি মুমিংকী মুংথিল অমনি। প্রমোদনা ফমুংদা লাইরিক পাতুনা লৈ। ছায়া মাগী মনাক্তা তপ্না চঙলকুনা ফমুং মচীদা ফম্নরে। মাগী মায়থোঙতু মকালামদনা উই, মপুরোই-ববু অপান্নরা য়েংলক্কে, লূকথতুনা লৈ।

"করি হায়নীংই, ছায়া?" প্রমোদনা পারম্বা লাইরিক অতু চে মচেৎ অমা য়েপশিন্দুনা থুমজিল্লগা হংলকই।

"ঐ অদোমদা করিগুম্বা থন্না হংনীংই।"

"করিনো?"

"অদোম্না মুমিৎ চুপ্পা মুংঙাইতনা উবগী মরম করিনো? অহুম্না তৌরবদি ঐসু য়াম্না মুংঙাইতে। অদোম্না ঐবু পেন্দবা করি লৈবগে?"

প্রমোদতু খঙহৌদনা শকক্ষম হঞ্জিনখি, মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা অশেংবা রা খুদিংমক অহু হায়াদা করম্না ফোঙদোক্নি ? "করিনু পেন্দবা লৈতে, ছায়া," মহাক্না হায়রকই, "করিগীনো মহু হংলিবা ?"

"ঐ খঙনীংই, ঐ য়াম্না নুংঙাইতে। অদোম্না ঐবু লুহোংনু-বদগী য়াম্না নীংবা কায়রে, নত্রা ?"

প্রমোদতু খুদ্ফম খঙদনা শুক্লেংদা য়েংহুনা বাখল অমদা উংবগুম তৌনা লৈ।

ছায়াহু ফমুং মচীদা ফম্না কম্না খঙহৌদনা বপ্লক্লে, মমায়হু ফিগী মচীনা খুমহুনা লৈপ্রে।

"কৈদৌরে ছায়া, করিগী কপ্লিবনো ? হায়মু কৈদৌরে ?" প্রমোদনা তকশিন্দুনা হংলকই।

"মতম চুপ্পা অহুম্না তৌরবদি ঐ করম্না খাঙবা ঙমগনি ? ঐগা লৈমিন্নবা নুংঙাইরোইদবা লৈরবদি ঐ চৎচপ্রগে, অরেপ্পা অমা হায়বীরো।"

প্রমোদতু ইকাইবগুম, পুক্নীংদা নুংঙাইতবগুম তৌনা হায়রকই, "অহুম্না ঙাঙগনু, ছায়া। ঐনা নঙবু করম্না কান্দা চৎপ্রো হায়প্রবগে ?" মহাক রা অহুদগী হেন্না মখা তারক্লে।

ছায়া রা মচেৎ অনতা ঙাঙদনা মাগী ফমুং মচীদা ওহাক কপ্পুনা লৈরম্লগা তুমিম্না থোকপ্রে।

প্রমোদ মথন্তা ফমুংদা হাইক্ষেৎ বাখল খন্দুনা হীপ্পুনা লৈহৌই। মহাক মশাগী মরাল থরা লৈবগুম খঙ্গরকই। অম্লমু মানা তৌগদবহু করিনো হায়বদি মহাক খঙদে।

নোংমা নোংমা হৌখ্রে। ছায়া মখোয় অনী করিগুম্বা মওঙ অমতদা মত চাশিন্নবা লৈতে। মানা খল্লি ছায়া হায়বী নূপী অসি বাখল য়াওদবী, যুম পাল্লোইদবী নূপী অমনি। ছায়ানা খল্লি প্রমোদ অসি হুংঙাইবা হৈত্রবা, নূপা ওইবগী মওঙ য়াওত্রবা মীশক অমনি।

মতম খরগী তুংদা ছায়াগী লীচত্তা অহোংবা অমা লাক্লে। মহাক মপুরোইবগা মত চান্নত্রবসু মশা মথন্তগী ওইবা হুংঙাইথোকপা পুল্লী অমা লেনথোকপা হৌরক্লে। মহাক অমুক চিন্তা তৌখিত্রে, মক্কি-মরোল নাম্না শেত্তুনা অফিস কাবা হৌরক্লে, শাড়ি মখল কয়া শেত্তুনা, মায়থোঙদা লৈতেং কযা তৌদুনা গুঙ্গাংনীংঙাই ওইবা মতৌ অমগা লোযননা চংলি। রাশি লৈবা, বাখলদি খরা খনগনবা মানবা মাগী মাযথোঙ অদু মীবু যাম্না চিংশিন্নীংঙাই ওই।

মাগী কেবা অদুদা প্রমোদ কয়া থৌশাদে—মাগী ওইথংবা নাকলদা কান্নগী কমকমদা ছায়ানা অশাবা মূর্ত্তিগুম কমদুনা মখোয় অনী অফিস কামিন্নৈ, করিগুম্বা রা মচেৎ অমতা ঙাঙনদবা যাওই।

ছায়া নোংমকাদোক অফিসকী থবক তৌবী মমান্নবীশিংনা প্রমোদকা বাসন্তীগা লৈনরম্বা মরীগী মরমদা রারী শানবা তাবা য়াওই; মদুদা মহাক অহানবদা খন্না শাউনীংলম্মী, অদুবু মমৈদদি মদু করিসু ওইনা খনখিত্রে। মানা খনবা অমা লৈ, 'কনাগুম্বা মীশক অমনা ঐখোয়বু থৌওইবীত্রবদি মদুগী খ্বাইদগী ফবা লমন মথুমদি মীশক অদুবুসু থৌশাদবা অসিনি।''

অসুম্বা মখোয় অনীগী মরী ফত্তনা লৈরিবৈগী মতম অসিদা প্রমোদকী ট্রান্সফর তৌবগী ওর্ডর অমুক থোক্লে—ইম্ফালগী মসুংদনি। মখোয় অনী হৌজিক অফিস কানিল্লে। মতুগী মতুংদা ছায়াগী লমচত্তা হেন্না থীনা অহোংবা অমা লৈগে।

ছায়ানা প্রমোদতা লুহোংড্রিবৈদা মাগা হান্না মুংশিনরম্বা মীশক অমা লৈ। নুপাতুগী মমিং নবেন কৌই। মহাক মশক-মতৌ ফজবা, হৌজিক কালগী চপচাবা মীশক অমনি, ফত্তবা চিঞ্জাক চাবা হৈনবা, জুরার শান্নবা অমসুং য়ু থকপদা হলেওদবা মীশক অমনি—চাওথংপা নত্রগা মুংঙাইবা হায়বা অসি মতুদা লৈ হায়না খনবা মীতানি। ছায়ানা মঙোন্দা লৈখিদবদি মহাক্তি মতম অতুদা অফিসার ওইদ্রি ( হৌজিক্তি মহাক এস, ডি, সি, ওইরে )। মহাক নুপীদি খিরে, অতুবু হৌজিকসু মানা ছায়াবু পাম্লি। মখোয় অনী মরী লৈনবা হৌরক্লে।

ছায়াসু তশেংনমক শক্তা ঙাওবী নুপীনি—নবেনগী ফজবা মশক, মফি-মরোল নানবা মতৌ অতুনা মহাকপু শুম্বাংলি। নবেনগী নৌনা হৌরকপা মুংশিবগী ইঙ্গিৎ, মাবু উন্নবা খুদিংদা মুংশিবগী রা ফোঙদোরকপা অতুনা মাবু ইঙাউ ঙাওহল্লি। ছায়ানা থঙখিবা অমা লৈ মহাক্না প্রমোদতা লুহোংলমদাই মতমদা নবেনগী মমীত্তগী পি শিত্থি। মতু মহাক্না ওসি ফাওবা কাউবা লৈতে।

মহাক্না মপুরোইবগী মরমদা খন্দবা হৌরক্লে। মুমিৎ খুদিংগী মহাক অফিস কারমদাইদা ড্রেশিং টেবল মমাঙদা ফুইনা কেন্তুনা,

খক্কী লৈতেং তৌহুনা লৈ, অদুগা ফজবা ফিরোল শেজনা অফিস কাখি। মমদা লৈবগা অয়াম্বা মতমদা খুজিন-খুম্বা তমনা, ফিরোল শুন্নুনা, কেনবা মচাক লাওহুনা লৈ, মমগী থবক অয়াম্বা মখোয়গী থবক নোম্মবা থম্বা নুপীমচা অমদা শিন্নখোকই।

প্রমোদতি কম্পিউম্বা ছুটি লুমিত্তা কার তোংহুনা মাগী ফার্ম তৌরম্বা মফম অদু য়েংবা চৎলি। মতম কুইনা থাদোক্তুনা থম্বা মফম অদুবু মানা মুংশিবা, কাউধা ঙমদবা খরা লৈ।

মহাক্কা অহানবা চৎপা মুমিং অদুদি মহাক থম্মোয় শোক্কা মুংঙাইতবা কাওই। মফম অদুগী দৃশ্যদু থীনা হোংলম্মে। মৈ চাকপ্রবা মমগী নচাক অয়াম্বা ইরৈ লৈরমজ্রে, মনা-মশীং হৌবম্বা, লৈকোল ওইরম্বা মফম খুদিংমক নাপীনা কূপল্রে, ঙা য়োক্লম্বা পুখ্রীশিং অদু চরাং, হুপ অমম্মুং নাপীশিংনা কূপল্রে. কওগা লোয়ননা অঙাওবা ঈশিং থরদমক লৈবা উই। চহী অনীমুক্কী মমাঙদা বাসন্তী মখোয় অনী ফমহুনা বারী শাখিবা হৈনৌ মখোঙ অদুম্মু অরাংবা নাপীনা শোঙনা চৌজিন্দুনা লৈরম্মী। মমাঙগৈগী থোদোক খুদিংমক নীংশিংলক্তুনা প্রমোদ পুখ্রী মপালদা কুইনা ফমহুনা লৌবুক-লম্মাঙ, চীং-মান, অশংবা অতিয়ানচিংবদু তুমিম্না য়েংহুনা লৈ। হৌজিক কাওবা মাগী মীৎনা শংশংনা উম্নি বাসন্তীনা অঙৌবা ফি অমা ইল্লহুনা মাগী শক্তোম পুৎকখিবা, অচা-অথক পুরকখিবা, মহাক্কা মাগী মনাক্তা ফমগা মায়থোঙ মকালাম্মা হয়াউনা উচৈ-বাহৈ শেম্মগা মাগী চানবা থোয়াও তৌখিবা—মাগী ঙৌবম্মা খুৎ-শা, পাম্বোম, মোমোন নোকপা মীনোক পুম্মমক কয়াদা কাউঙমখিম্রবা।

মাগী শক্তম অহু মীয়ুংশি চেন্নবী, ঈংলবী, নপুং ফাবা গুণনা লৈতেংলবী নুপী অমগী শক্তমনি।

মখোয় অনীবু কায়নহনখিবা তমখিন্নবা থৌদোক অহু মহাক্লা নীংশিংলকই, অহুগা ছায়াবু লুহোংগে খল্লুবা মাগী অপঙবা ৱাখল অহুবুসু নিন্দা তৌজন্নকই। ফার্মদা থোকখিবা থৌদোক অহু পুন্সীদা অমুক লাক্লরোই খল্লুবদা মহাক মাগী লেমহৌরিবা পুন্সী অহু অমুক হিংনীংবগী ৱাখল পোক্লক্লবগুম তৌরকই, মাগী পুন্সীগী মুংঙাইবা থুদিংমক লোইগ্রবগুম নীংলকই। ছায়াগী মঙক কনবা, মাবু উশিত্তবা মতৌ অহুগা বাসন্তীগী মঙোন্দা কখোকপা মুংশিবগী শক্তম অহুগা কয়াদা থেন্নগ্রবা! অমনা থুংশেমনি, অমনা প্রকৃতিনি।

মতম অহু সন্নং ঋতুনি। অশংবা লৌবুক মথক্তা নিংথমথা চঙলকপগী ঈংলপ তৌবা মুংশিংনা ইপোম নাইনা ছল্লক্লনা মঙোন্দা তপ্পা তপ্পা ঐয়রকই। লৌবুক মথক্তা অশংবা অতিয়াদা উচেক অমনা ৱাংনা কোয়না কোয়না পাইহুনা লৈ। অকোয়বহু পুমচীক চীকই। মরক মরক্তা অচীকপহু থুগায়হুনা সড়ক্তা গাড়ী চেনবগী মখোল তারকই।

প্রমোদ খঙহৌদনা বাসন্তীগী মরমদা খঙনীংবনা ঈখৌ লাংবা হৌরকই। মহাক্লা ভাব তাদনা খল্লকই কনাগুম্বা লম অহুগী খঙনবা মীগা থেংনরবদি মাগী মরমদা অমুক্তং হুংসিন্না হায়না, অতুবু মহাক নীংজিং মাঙজিংনরকই, অসুম্না হংবা অহু মাগী অধিকার লৈত্রে হায়না অমুকসু খল্লকই। অসুম্না ছুটি মুমিৎশিংদা মহাক

মরক ময়ুকা মাগী কার্মগী লমহুনা হেক হেক পোখাবা চৎলি।

নোংমদি মহাক্না ময়ুমদা হল্লকপা মতমদা ছায়াছু ময়ুমদা লৈরমদে। মালা কেয়ছগী মচাক খুদিংমক ফ্রেশিং টেবল মথক্তা লৈরম্মী। প্রয়োজনা চল্লা খল্লি মহাক মাগী মরুপকী মনাক্তা মরুপগা মপামদা চৎজবা য়াই। হুমিত্তু ছায়া মালা হল্লকপা মতুং ফনা কুইরগা ময়ুমদা হল্লকই। মহাক্না মঙোন্দা কদায়দা চৎজুম্বিবনো ছায়খনচিংবা করিমত্তা হংদে। ছায়ানম্ভু মঙোন্দা করিগত্তা হায়দে। মালা মাগী মমম লুংশিবা ফজবা ফিরোলশিং, শাড়িনচিংবা লেপ্পুনা মপাহু বাখল অমদা ইন্তাউ তাউনা মখোয়গী কাদা চণ্ডখি।

চাক-ঈশিং চারবা মতুংদা ছায়া কমুংদা তুমখি, প্রয়োদস্তু মশাগী কমুংদা তুম্বা চণ্ডখি। ওহাকী মতুংদা ছায়াদি তুমথখিবগী শূ-শা লাউবা মখোল তারকই, অতুবু মহাক্তি তুমথবা য়াদে, বাখল খন্দুনা লৈ। মহাক্না খনবা হৌরকই মাগী ক্ষর্মদা অনৌবা শণ্ড অমা শাহুনা মকম অতুদা চীক্না পুন্সী লেপ্পুরসিন্না হায়না; অতুম্বু মহাক্না অমুকন্থু খল্লকই অতুঙন্বা পুন্সী অহু মহৌশাগী অহুগুম্না লুংঙাইবদি ওরয়োই।

মহাক্না অমুকন্থু খল্লকপা য়াওরকই, "হৌখিবা খৌদোক খুদিংমকী মতম লৈবা খিবিত্তা চিন্তা তৌহুনা লৈরা হায়বসি অচুম্বা নত্তে। হৌরবা পুন্সী হায়বসি চাকথোকপ্রবা শীংজমনি, খল্লুবগী কায়বা লৈত্রে, হৌজিক ওইরিবা পুন্সী অসিদা চাশিজবা ওজবা হোংবা চুম্মী।" বাখল অসি খল্লুরগা মহাক্না ছায়াগা তাইশিনহুনা চমীং তাবা পুন্সী অমা লেনমিন্নবা চুম্না হায়না

থনবা হৌরকই। মহাক্না থক্লকই মহাকপু নোংমকাদোক মাগী অচীকপা কার্মদা পুক্নুনা মাগী পুন্সী লেনবগী পান্দম, প্রকৃতিগা লোয়নবগী মুংঙাইবা পুম্নমক অহুগী মরমদা য়ারী শাশিন্না হায়না। অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মহাক্না অমুক থক্লকই, পুম্নমক অহু অরেম্বনি মরমদি সহরগী ঈথক-ঈরাং পাম্বা ছায়ানা মাগী থৌরাঙ্ খুদিংমক্তু অঙাওবগী রাখলনি হায়না থনগনি। মহাক মপুক্লীংদা মঙল মঙল থক্লুনা তোক্লে।

তাঙ্গা অহুদা ছায়ানা শেংফাক্তনা চোক্লরোন লোল্লকই, অহুগা থীক থীক নোক্লকই। প্রমোদনা মুংশা থীক্তুনা মাবু কৌরকই, অদুবু মহাক থুম্নক্তে। (ছায়া মহাক্না চৎলুবা থোদোক্না মরী লৈননা তুম্না তুম্না নোক্লকপনি।)

নোংঙাললগা প্রমোদনা ছায়াগা তাইশিন্নবগী মরমদা ঙরাং অহিং থল্লখিবা রাখল অহু অমুক নীংশিংলকই; অদুবু ছায়াগী মায়থোঙগী মওঙ-মতৌ য়েংলগা মহাক মহু হেক্না ওইথোক্লোইদবা মওঙ অমা ওইনা মথক্তা থনবা হৌরকই। মহাক মঙোন্দা করিনত্তা হাযল্লে।

ছায়াহু মাগী কেপদবা কেরগা অফিস কাথি।

প্রমোদতি অফিস কাবা অহু থেঙলে। মানা হাপ্লু হাপ্লুনা অফিসত্তা চঙলকপদা নুপী থরনা মাগী মরমদা য়ারী মুকুম মুকুম শানরগী, মহাক চঙলকপা ঊবদা মথোয় বারী শাবা অহু থংলেপ লেপথি। অদ্বু বারীগী অরোইবা শরুক থম্নদি মানা শেংনা তাহৌরে, মথোয়না হায়রৈ, "ছায়াদু ঙরাং নোংমাইজিং মুমিত্তা

নুপা অমগা সিনেমা য়েংমিন্নৈ।”

মহৃ ভাবদা মহাক স্বায় লাউন্নকই, মকোক্তা ঈ হাইগৎখিবগুম তৌরকই, থবাক্তা মিহুল ভীং ভীং চোংলকই; অদুবু মহাক্না ভা-শিন্নদবা শাতুনা মাগী কাদা তুমিন্না চণ্ডে। ইকাইবগুম্বা বাখল অমনা খুতুম চনখিদ্রনা মহাক লৈফম থণ্ডদবগুম তৌরকই; মাগী নুপীগা ফনমক ফত্তবা মরী লৈনরবস্তু মহাক বাকম অদ্রদি থাণ্ডবা ভমদে। মহাক মাগী ফমফমদা ওহাক অশাবা মূর্তিগুম্না ফমতুনা লৈ, অদ্রদগী মমায় মক্না তুমিন্না থবক শূবা হৌরকই।

সুমিৎ অদু মহাক কনাদস্তু বা ইণ্ডাঙ ভাঙদে। ময়্রমদা হল্লকপা মতমদা মহাক অণ্ডকপা, হঙ্গোইবা, অমুক্তা থেংনখিদ্রিবা তুঙ্কচবা বাখল অমগা লোয়ননা হল্লকই। মহাক্না লাকপদা ছায়াতু ময়্রমদা হল্লক্লমদ্রি। মহাক তূমিন্না ফমফম কাদা ফমতুনা বাখল খনবা হৌরকই, “ছায়াদা বাকম অসিবু খূদক্তা তক্নুনা হৎগদ্রা নত্রগা মতম খরদং তুমিন্না খাণ্ডলগা মাগী মতৌ য়েংগদ্রা?” অদুবু মতাং অদুদা মহাক করিমতা খণ্ডবা ভমদে।

ছায়াতু ওহাকী মতুংদা লাক্লে। প্রমোদ মঙোন্দা খূদক অদুদা করিমতা হায়দে। ছায়া মোংহাদনা ইমুংদা মফি-মরোল হোংদোকপা চণ্ডে।

প্রমোদনা মাগী ফজবা ফিজোল, মূর্তি অদুদা তঙ্কনা য়েংলগা খলহৌই, “কয়াদা ওকথ্রবনো! মী হায়বসিগী মকোক্তা লৈরিবা বাখল অসি, অকিবগী মশক্লি!”

মহাক্না ছায়াবু উবদা শাউনীংবা বাখলগী ঈথক কয়া হৌরকই,

অতুবু খুদক অতুদদি মপূক্লীং ফাথতুনা লৈরে। মহাক্না খল্লকই, "মতম খরদি মাগী লীচৎ শাজৎ অতু মুন্না য়েংশিনথিগে।"

মুমিৎ অতুগী মুমিদাংদা মহাক ঙন্না ফমুংদা চঙশ্রে, অতুবু ঙসায় অফিসকী নুপীশিংনা শানবা ৱারী অতু মাগী নাকোংনা তাতুনা লৈরে, তুমথবা য়াদ্রে। মহাক অমুম পোথাফম খঙদবা হৌরক্লে, থবাক্তু ফুনগৎলকই, মকোক ঙাওরকই।

মহাক খঙহৌদনা ফমুংদগী হৌগৎলক্লে। ছায়াদি তুমদ্রি, ফিরোল খরা লোইশিন্দুনা লৈ।

প্রমোদনা কাংথোল মচীদা ফম্লতুনা কৌরকই, "ছায়া।"

"করিনো?"

"নঙ ঙন্নাং কদায়দা চৎলুই?".

মাগী অচেৎপা ৱাখলগী মমি তাবা শকফম অতু উবদা ছায়া কিথী-কিরুম তৌনা মঙোন্দা য়েংলগা খুন্নকই, "য়ুমদা চৎলুবনি।"

প্রমোদ অমুম মঙোন্দা অথাবা মীৎয়েং অমনা য়েংলতুনা হায়রকই, "হায়য়ু, অশেংবা অমা হায়য়ু, ঐ নঙগী মরমদা পাউ খরা তারবনি।"

ছায়াগী মশাতু মাবু কিবনা নীকপগুম তৌরকই। মহাক প্রমোদতগী খরা লাপ্লপ্পা লেপ্তুনা লৈ।

প্রমোদনা হান্নগী শক্তম অতুমক্তা হায়রকই, "নহাক ঙন্নাং সিনেমা য়েংই, নত্রা?"

"কনানা হায়জিনবীরক্লিবনো?" ছায়ানা খরা থক্কৎনা মরাল লৈরবা মীনা মরাল অতু খুন্নবা মওঙদা হায়বগুম হায়রকই, "ঐদি

ঙরাং ইমানা লাকউ হায়রুনা পাঙ চেৌরক্রুনা য়ুমদা চৎলুবান।"

প্রমোদনা মঙোন্দা য়েংদনা মমায় মক্রা লুকথরুনা লৈ, অতুদগী মহাক্রা খঙহৌদনা হায়রকই, "ওইদবা, নমথাক! নুপা অমগা সিনেমা য়েংমিন্নবা, ওক্রবী নুপী!" ঋহৈশিং অসি হায়রুনা মহাক ছায়াগী মনাক্তা খঙহৌদনা চঙশিন্দুনা মমায়-মমীত্তা ফুবা হৌরক্লে। মুমিদাং কনা খেঙলে, নোংগা থরা চুবগা মখোয়গী খৎন-চৈনবা অতু ইমুংগী অতৈ মীশিং কনামত্তা তাদ্রে। প্রমোদকী থৃৎফু অতু থরা হেনমনখিদুনা ছায়াগী মমায়-মমীত্তা ঈ থোক্লে, খঙহৌদনা মহাক মাগী ফমুংদা ঋাস্থবগুম তৌনা লৈদ্রে।

প্রমোদ মপালদা থোরক্লে, য়াম্না কুইনা মরাইবক্তা মথৃৎ থমদুনা উখোঙদা ঙাথদুনা লেপ্তুনা লৈদ্রে। হৌজিক ফাওবা নোং চুরি। থাশিগী মতমনি, উপালশিংনা অমম্বা মরক অদুদা অকিবগী শকওঙ লৌতুনা মুশূক মুশূক মুনা লেপ্লি। মীচিক মীরাউখোল তাখিদ্রে। মরক মরক্তা নোং খোংবা, নোংথাঙ কৃপ্পদি লেপ্পা লৈতে। মহাক কয়াম কুইনা অতুম্না লেপ্তুনা লৈদ্রবগে হাযবতু মশামক ফাওবা খঙজদে। অথাপ্পদা পূং তরামাথোই তাবগী পূংজা য়ৈরকই। মতুনা মাবু ভাব খংতা তাহল্লকই।

মহাক্রা ইমুংদা চঙলকপদা ছায়াতু মশাগী ফমুংগী কাঙখল মমুংদা হীপ্তুনা লৈরম্মী। মাগী স্বরতু কপ্পুবগী হীক হীক লাউনা চিংখৎপা মখোল তায়। প্রমোদস্তু তুমিন্না মাগী ফমুংদা কাখত্তুনা হীপখ্রে। করিগীনো খঙদে মাগী পুক্নীংদা খঙহৌদনা অঙকপা ঋাখল অমা লাকিই, ছায়াবু থীনা ফখিবা অতুগী মুংঙাইতবা

ফাওরকই। মহাক্না খল্লকই, "মী অমবু অস্থুম্না ফ্. চৈবসি চুম্ব্রা? ঈশ্বরনা সেম্বা কনাগুম্বগী হকচাংদা ওং-নৈবগী অধিকার ঐগী লৈব্রা?" মহাক মদ্ খল্লুরগা খঙহৌদনা চমম্লবা পোক্লকই।

মথংগী মুমিত্তা ছায়া অফিস কাখিবদগী ময়্মদা হল্লক্লে। প্রমোদনা মুংশা থীজুনা মপামদা চত্তুনা হংলুই, অদুবু মহাক মপামদস্থ লাক্লমদ্রে। ইকুই খুইগনা মানা তারে ছায়া নুপা অমদা চেনখ্রে।

মাগী অফিসতা মতুংগী মরমদা রা-রা লাউনা ঙাঙনরে। প্রমোদ ইকাইবনা মায় থমকম লৈত্রে। খরনা তৌঙম্বী ছায়াবু তুক্কচনা ঙাঙনৈ। অদুগা মাগী ওইবা মী খরনা হায়নৈ প্রমোদনা মাবু খোওইনা তৌবীদে। অদুবু অমবু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ নুপীনা অদুম্না তৌবসি ফজনদি ঙাঙনদ্রে।

প্রমোদ মাবু নীংশিংলুবদা অস্থুম অস্থুম পোথাকম খঙদবা হেল্লকই। ছায়ানা থনবা রাখল, মাগী অকনবা পুকচেল—মাগী ফজবা শকফম অদুগা করিমতা চুশিন্নদবা মতৌ—পুম্নমক অদু অকিবগী মশক্তি! মহাক্না খল্লকই, "শক ফজরগা লীচং য়াওদ্রবদি কৈদৌগনি? লীচং অস্থিস্থ মীগী শক্তী শক্লক অমনি।" মানা নুপা অমদা মুংশিবা উংলমগদবা, মাবু পুমকাউ কাউথোক্লুনা অনৌবা মপুরোইবা অদুদা রাল্লী শাবমগদবা মতৌ অদু নীংশিংলুবদা মহাক খাঙবা ঙমদে, হায়নীংঙাই লৈতনা হঙ্গোইবা হৌরকই।

## ১৪

হৌজিক অফিসতা ছায়াগী ৱাৱীনা পীক থল্লি। থবক তৌমিন্নবী নূপী খূদিংমক্না মাবু কি-তূক্কচনা থল্লি।

নোংমদি করি ওৱনগীনো থঙদে ছায়া অফিস কারক্লগা টেবল মথক্তা নোম্থতুনা কপ্পুনা লৈ। কনানসু মাগী নীংকী পি অতুগী মৱম খঙনীংদে। মী খূদিংমক্না খল্লি, "ওক্তুবী, কযাদা তূক্কচনীং-ঙাই মশক্লো। নখোযসু মীংকী পিগা তাবা হৈব্রা? করিগুম্বা তৌথ্রবা পুন্সীগী থোদোকপু নীংশিংলগা নীংঙব্রক্তবকা হায়বতু খঙব্রা?"

ছায়ানা মপাল থোকখ্রগা মাগা থংননা ফম্বী নূপী অমনা পূর্ণিমাদা হাথরকই, "যেংনীংব্রা মানা তৌরিবতু?"

পূর্ণিমানা তূক্কচনা শুগংলকই।

মতম খরা লৈরগা পূর্ণিমানা তারক্লে নবেম্মা ছায়াবু মযুমদা পুশিনবা ওমদবদগী হৌজিক মখোয় অনী লগফেল ময়াগী মফম অমদা ভাড়াদা লৈবে। ছায়ানা মথৱায মুংঙাইতনা উবগী মৱমতু নোংমা মাগা তিন্নবী মমান্নবী অমনা মঙোন্দা তম্নকই। নূপীতুনা

হায়, "ছায়াগী নীংলম্বা আশা কয়া কায়খ্রে, নৱেন্না মাবু অহু-গুম্বা ফীবমদা থম্বীগনি হায়বসি হান্নদি থাজরমদে, অহুগা অমুকন্থ নৱেন্না হান্নগী নুপী অহলবু কিবগুম তৌনা মাবু কয়া থৌশাদবগুম তৌরে, করিগুম্বদা মাগী মনাক্তা লাকপীদবা য়াওৱক্লে। ময়ুমদন্থ মপা-মমানা মাবু চঙহন্ত্রে।" পূর্ণিমানা ভাবনা খঙলকই, নোংমা ছায়ানা অফিসতা তুমিন্না য়ান্না কপথিবন্থ মহুগী মরমদা ওইবা তাই।

ৱাফম অসিগী মরমদা মহাক্না প্রমোদকা উন্নবা অমদা মঙোন্দা তমখ্রে। মহু প্রমোদনা মঙোন্দা ছায়াগী মরমদা হংলকপদগীনি।

প্রমোদ অসিগুম্বা ৱারীশিং অসি তারগা য়ান্না থাঙতমদে, মাগী পুক্নীংদা লমন থুন্নীংবগী ৱাখল অমা হেক্তা লাকই।

ছায়াগী অউনপোৎ খুদিংমক মাগীদা লেঙদনা লৈরি। মথোয়-শিং অহুনন্থ মাবু ওৎপগুম তৌই।

নোংমা কালেনগী নুংথিল অমনি। প্রমোদ অফিস কুন্নক্লগা মথন্তা চীক্লা লৈরম্বদগী করম্বা ৱাখল থল্লকপনো মফি-মরোল শেৎচিন্দুনা মাগী কার অহু থৌদোরক্লে। মাগী শকফম অহু কুইনা ৱাখল খনবগী ইমক মকই। মহাক লমফেললোমদা হাইথরক্লে (ছায়াখোযনা লৈরিবা মফম অহু লমফেল ময়াদনি হায়ৰা পূর্ণিমানা তাকথিবদগী মানা খঙই)। মহাক্না মফম অহুৱাইগী অঙাংশিংদা হংহুনা মথোয়গী অশেংবা লৈফম য়ুমহু খঙলে, সড়ক ময়াগী জিজ্ঞনা কুপ্পা দলান মথক অমদনি।

মহাক্না কার অহু সড়ক্তা থান্নগা দলানগী থাক অহু মথং

মথং কাখৎলক্লে অহুগা ছায়ানা লৈরিবা কাগী খোঙজীন্দা লেপ্লরে। মতম অহুদা ছায়াহু মথন্তা তুং ওন্থোক্লনা খোঙনাউদা করিগুম্বা অমা য়েংহুনা লৈরম্মী। মহাক্লা মী লাকপগী মখোল অদু তাবদা খোঙলোমদা তুংহন্না য়েংলকপদা প্রমোদকী অরাংবা মৃত্তি অহুনা ইথা থাজদনা খোঙজীন্দা লেপ্লুনা লৈরম্বা অহুদা পাখৎখ্রে। মহাক্লা মঙোন্দা কিখী-কিক্রম তৌনা য়েংলকই। মাগী মশাহু নীকপগুম তৌরকই।

"করিগীনো অদোম মফম অসিদা ... ... ?" মহাক্লা খঙহৌ-দনা লাউরকই।

প্রমোদ তপ্না তপ্না কা মনুংদা চঙলকই, হান্নগী অচেৎপা শকফম অহুগা লোয়ননা ছায়াবু চাগদবগুম য়েংই, বা করিমতা ঙাঙলক্কে।

মঙোন্দা মহৌশা কিনা থোকপা প্রমোদকী শকফম অহু উবদা ছায়া মিন্থল য়াওদ্রে।

"ঐ ঙসি নঙোন্দা বা অমা হায়গে হাবহুনা লাকপনি," প্রমোদনা হায়রকই। মাগী চীংলেম্বা শকফম, লেম্না ঙাঙবা খোনফম অহু ছায়াদদি ঘমগী মতৌগুম উদ্রে।

"নত্তে, নত্তে, চৎপীখ্রো ঐগী ইনাক্তগী!" মহাক্লা কিনা লাউরকই।

হুন্দক্তি প্রমোদ থুনা চঙশিন্দুনা ছায়াগী মচীন মেনখ্রে। মহাক্লা খঙহৌদনা মচীনবান চীক্লনা হায়রকই, "ওক্তবী, ওক্তবী! নহাক্লা ঐবু কয়াদা মীগী মমাঙদা ইকাইবা নংহন্নবা! অহাক্ত খঙগনি!" মতম অহুদা মাগী অশাউবা অহু লুক্তোন কাখ্রে,

মহাক করিনত্তা কাথবা ওমখিত্রে। মহাক্না ছায়াগী মমায়দা খূপাক্না ওন্না ওন্না থাবা হৌরক্লে, অতুদগী হায়ানা লাউগে তৌরকপদা খঙহৌদনা মাগী মখৌরি অহু পায়খ্রে। মীকুপ খরগী মতুংদা প্রমোদকী মমীং অনীহু ঈমূক ঙাঙলকই, ময়া ক্রেক ক্রেক চীক্লনা অর চাউনা হোল্লকই। অশাউবনা মমীং তাঙহল্লবা পুন্সীগী লাইবক থীবা মীকুপ অমা হায়বহু ওইগ্রে। মহাক্না কয়া কুইনা, কয়াম কন্না ছায়াগী মখৌরি অহু পায়খিবনো খঙদে—মীকুপ খরগী মতুংদা মহাক লেকখরক্লে। প্রমোদ খঙহৌদনা মপুক্কীংদা থোক্লগদবা খুদোংথীবা অহু খঙলকপগুম তৌরকই। মাগী শকফম অহু খঙহৌ-দনা থীনা ওনগ্রে, ক্ষাইফেৎ তাইগ্রে, হুমাং মরীক মরীক কারক্লে। মহাক্না থুনমক থরায় য়াওজ্রবা ছায়াগী হকচাং অহু লৈমায়দা থাদহুনা থনম্নগা থোক্লবা মমায় লৈরকই। মতম অহুদা ছায়া-থোয়গা খুমথংনবা লৈবা নূপীমচা অমা থোঙদা লেপ্লুনা লৈরম্লে। মহাক মখোয়না হাইফেং লাউনখিবগী মখোল তাহুনা চঙলকপনি। মহাক্না মখূত্ত্ত মচীনবান্দা থম্নগা অকিবা খোনফমদা লাউরকই, "লৈকাই, লৈকাই, মী হাৎলে!"

প্রমোদ থুনা গেটতা থোকখিহুনা মাগী কারহু থৌগ্রে। অহুবু মাগী কারগী নম্বর অদুদি মী অতৈনা শেংনা উহৌরে।

নোংঙাল্লগা খবর-কাগজশিংদা কোঙহুনা রা-রা লাউরে, ইগজেক্যুটিভ ইঞ্জিনিয়ার প্রমোদ কৌবা নূপা অমনা মাগী অস্তোঙ্গা নূপা অমদা চেনগ্রবী ছায়া কৌবী নূপী অমবু অকোনবগী নূপা অহুগা লৈমিন্নরম্বা ভাড়াগী রুম অমদা হাৎলম্নে। রাফম অদি

পুর্ণিমাস্থ তায়ে। মহাক গুকপনা খম থেংগ্রে, মশক-মতৌ ফজরবা পুকচেল তপ্পবা প্রমোদনা কৈদৌঙৈদস্থ অহুম্না তৌরমগদবা মান্দে। "অহুবু কনানা খগুগনি মীওইবা হায়বসি? শাউনীংবদগী মহু থোক্লম্বস্থ য়াই," মহাক্না খল্লি।

ইকুই কুইদনা প্রমোদ পুলিসনা কাগ্রে, মাবু অমুক খবক্তগী সসপেন্দ তৌগ্রে।

মতম কুইরে বাসন্তীনা প্রমোদকী মবা-মপাউ তাখিদবা। প্রমোদনা লুহোংলবা মতুংদা মহাক চিন্তা কয়া তৌখি, হৌজিকস্থ মহাক তুমিন তুমিন মরক মরক্তা কপ্পী। পুন্সীগী লম্বীদা লমফাং চৎনগ্রবদা হৌগ্রবা মতমগী কুইরবা থোদোকশিংবু মগুগুম্না নীংলকপা, তুংগী পুন্সীগী আশা খুদিংমক খমগ্রবা ঈচেলগুম তৌরকপা, পুক্নীংগী অথুপ্পা কাচিন্দা লোম্না লোম্না মকা ফোংদনা ওইথোক্তবা বাখল কয়া য়োক্তুনা থম্বা, ঋতু ওল্লকপা, নোংজু-মুংশানা নৌহোনা পুরকপা হৌগ্রবা পুন্সীগী বাব্রী—মতুদা মীংকী পি শিম্বরকপা—পুম্নমক অহুদি কয়িস্থ কান্নদ্রবস্থ, কয়িস্থ অর্থ লৈত্রবস্থ—মসিনি মীওইবগী পুন্সীগী হৌনশা। বাসন্তীগীস্থ অহু মগায়। মহাক তুমিন তুমিন্না কপ্পুনা লেল্লি।

মাগী মমানা মাবু ময়ুম-মকৈ পান্দনা মাগুলে হায়বগী বাখলদা কয়িগুম্বা কান্দা চিন্তা তৌই। মমাগী বাখল অহু বাসন্তীস্থ খগুই। মহাক ঈশৈ শকপা চত্তবস্থ কুইরে, রেডিওগী পীরকপা প্রোগ্রাম কয়াস্থ শক্তে। অদুবু নোংমদি মানা শিক্তীমরুদ্রবা মন্দিলা অহু

কেঙহুনা লৈবা মমানা উরুরে। মমানা মঙোন্দা হংলকই, "ইবেম্মা, নহাক ঈশৈ শকপা অমুক চৎকদৌরব্রা ?"

"অমুক চৎলগে ইমা," বাসন্তীনা তপ্না খুম্নকই।

মহু তাবদা মমাগী পুক্নীংদা তুমিন্না সুংঙাইজে, অসুম্না ভৌরবদি মচাগী পোথাকম লৈরগনি। অহুগা অশেংবসু অশেংবমক্তি বাসন্তীগী পোথাকম অসি কলাদতনি, মসিগী লেঙব্রবা, মপাল নাইব্রবা সুংঙাইবা অহু অমৃতগী মশক্তি, মহুনা মাবু পুন্সীগী মৈশামক্তগী কনবি।

মহাক্না মাঙ্গোলগী ফক্তা ফমহুনা বই পুথোক্তুনা মতম কুইনা শক্লুব্রবা ঈশৈ ঔরাইবা হৌরক্লে।

ঈশৈ শকফম কয়াদা মাগী মিংচং নৌনা অমুক শন্দোকপা হৌরক্লে। মচে ফজবীদি মপুরোইবনা ঈশৈ শকপা কয়া চৎহনখিব্রে, মহাক মশা থীনা ফব্রে। হৌজিক্তি মানা অয়াম্বা ঈশৈ হল্লি। ঈশৈ শকফমশিংদা মাগী রাস্নী কয়া শানৈ, মাবু থাগৎনৈ; অহুবু অসিগুম্বী নুপীশিং অসিগী লীচৎপু ফজনা ঙাঙনবীদবহু মঙোন্দসু তৌই। মহু থুদিংমক্তু মহাক্না থাঙবা তয়ে।

নোংমদি অথেঙবা অহিং অমদা ঈশৈ শকপা চৎলুরগা তুমথবদা মহাক্না অকিবা মঙ অমা মঙই। মহাক্না প্রমোদতু মকোই মরাং ইচোম চোম্না মমবা কা অমগী কাচিন্দা লৈমায়দা চিস্তা তৌহুনা লৈরম্মী। মহু উবদা মহাক খঙহৌদনা মীকপ থোরকই, ফমুংদগী ফুক হৌগৎলকই। মহাক থোকখিবা থৌদোক পুম্নমক নীংশিংহুনা ফমুংদা ফমহুনা কপ্পনা লৈ।

নোংঙাল্লগা পূর্ণিমাদু মখোয়দা লাকই। মহাক্না প্রমোদকী থোকখিবা থৌদোক, মাগী মহুম পানগ্রবী নুপী ছায়াবু হাংখিবগী বাকম অদুগী মরমদা বাসন্তীদা তম্নকই। মহাক্না হায়, "অক্সিসতা মখোয়গী বান্নীনা পীক থল্লে, প্রমোদনা অদুমক তৌরমগনি হায়বদি থাজদে, অদুবু কনানা খঙগনি ? মাগী ওক্রবী নুপী অদুবু শাউবদগী মদু থোক্লম্বসু য়াই। মহাকপু হৌজিক ফাদুনা জেলদা থমগ্রে।"

মাগী বান্নী অদু তাবদা বাসন্তী তু চুংথ্রে, খোঙদগী তোন ফাওবা নীকথ্রে। প্রমোদনা ছায়াবু হাংলগা জেলদা লৈথ্রে হায়বসি মঙদা ফাওবা ওইথোক্কনি হায়বা থাজদে। মহাক্না খঙহৌদনা ওরাং অহিং মঙখিবা মঙ অদু নীংশিংলকই। মহাক্কী মমায়-মমীৎ পুম্নমক মকশিনথ্রে।

"কয়াম কুইরে থোকখিবা থৌদোকসি?" বাসন্তীনা হংলকই।

"কুইথ্রি থা মথায়মুক্কী মমাঙদনি।"

পূর্ণিমা চৎথ্রবা মতুংদা বাসন্তী প্রমোদকী মরমদা থন্দুনা লৈরে। সুমিদাংদা মহাক্না থাবলদা মাঙ্গোলগী উখোক্তেন্দা ভারগা কমতুনা কপ্পুনা লৈ। "মীকুপ অমগী মতুংদা নরক অমসুং স্বর্গ ওইবা য়াবা মীওইবগী পুন্সী! কয়াদা অঙকপগী মশক্নো!" মহাক্না খল্লকই। মহাক্না প্রমোদকী হৌখিবা লীচৎপু সিন্দা তৌরকই। মহাক্না মাগীদমক থবায় বারবসু প্রমোদপু তুংগী ওইনদি আশা তৌগ্রে, মখোয় অনী অমুক নকশিন্নবগী বাখলদি থাদা থমগ্রে।

পুন্সী খোঙচৎ অসিদা ঐখোয়গী অনীংবা, অপাম্বা, পাজলগী মায়য়োক্তা করিগুম্বা অঙকপা শক্তি অমনা ঐখোয়বু পুন্থনা চৎলি ; মোংমদি খঙহৌদনা নীংশিংলকপা য়াওই, "ও ! অসি য়োৎব্রে পুন্সীগী তাঙ্কক, করিমঙা খঙহৌদে, হৌখিবা খুদিংমক মঙগুমব্রে, থোকখিবা থৌদোক খুদিংমক অমম্বদা তিমব্রে, অপাম্বা কয়া মথন্তা মাঙব্রে; মথঙ মথেলগী অরংবা পৌৎনা থম্মা পৈরবা মেলাগুম উরবা সংসার অসি অহাঙবগুম উয়ে, হিংবগী মহাউ অমত্তা য়াওদ্রে।" অন্থুম তৌনা বাসন্তীসু খঙজরবই পুন্সীদা মাগী হৈনীংবা কয়া মথন্তা মাঙদ্রে হায়বত্থু।

খুঙ্গঙদা ওঙবী মাগী মচে অনী অঁহু মরক মরক্তা ময়ূমদা লাকই। মখোয় অনী পূনবা মতমদা মাগী থারী শানৈ। মমানা মচানূপী বাসন্তীগী অনীংবা খুদিংমক অঙ্থু মখোয়দা তম্মী। মচে অহল অত্থুনা হায়, "কাম্নমখোই বাসন্তী অসি কনাগুম্বা নূপা অমদা পীথোকখিনবা তৌরসি।" মচে য়াইমা অত্থুনা হায়, "অরেম্বা য়ানি, ঐখোয়না শীনবীবা ফত্তে, মানা নীংবত্থু তৌজসন্থু।" অত্থুম্না মখোয় মশেল ঙাঙনৈ। বাসন্তীদি মখোয়দা মশাগী ওইবা মঙ কমিন্থু পীদে।

হৌজিক মহাক্না হুংঙাইঙবা অমদি চম্নণনা নম্বোল বাজারদা দুকান ফম্বত্থনা লৈবা, নূপী থাইনপ্রবা মতুংদা মাবু মীৎয়েং চঙলকপা অঙ্থুনি। হৌজিক মহাক পৈশা পাম্নবা মী অমা ওইত্থুনা য়াম্না লেম্নে, মাগী মী কয়া লৈ। মাগী ওইবা নূপী থম্নমা বাসন্তীবু মতৌন্দা লৈনবা থৈমজিবা অত্থুদগী মহাক্না য়াম্নিবমথৈ লৈথোক্রবা

হোৎনৈ। রাকম অসি মমাস্থ খঙই। মানা মাবু কম্না শেন্নৈ।

অম্নুম্না মতম খন্না হৌগ্রে।

বাসন্তী অয়াম্বা মতমদা ঈশৈ ঔরাইত্থনা মতম লেল্লি। নিংথমথা য়ৌরক্লগা লৌবুক্তা চয়োম পুত্থনা ফৌ য়ৈবা, ফৌ হোনবা অসিনচিংবা য়াওবা চৎলি। পোইম্ম থাদা খাওগ্রবা লৌবুক মচীদা পৈবা ফৌ, অঙীংবা মুংশিং, অমেঙবা মুংশা, অশংবা অক্লবা অতিয়াদা রাংনা কোয়না পাইরিবা উচেক, থাম্না উরিবা অশংবা চীংখোঙ-পুম্নমক অত্থনা মাগী থম্মোয়বু মুংওনহল্লি; অসিগুম্বা নিংথমথাগী মতমদা প্রমোদ মখোয় অনী চৌক্লা কার্মদা রান্নী শাত্থনা ফম্মিন্নখিবা অত্থ নীংশিংলকই। থবক শূবা রান্নগা মহাক অপৈবা চন্নগী মরুমদা পোথাই, নৌরবা মায়খোঙ অত্থ ঙাওশিনবা উরগা মমানা মাবু পোত্থানবা হেক হেক হায়। মমানদি মাবু করিগুম্বদা অরাবত্থ য়েংবা ঙমদত্থনা লৌবুক্তা চত্তনবা হায় অত্থবু বাসন্তীনদি মত্থ য়াদে, মরমদি অম্নুম্না চহীগী নিংথমথাদা লৌবুক্তা থবক শূবা চৎপা অসি মাগী মুংঙাইজবা অমনি।

থবক রানা শূক্লরগা মহাক মমাগা সন্ধ্যাদা লৌবুক্তগী কারকই। অসিগুম্বা মুমিত্তদি মহাক ঈশৈ ঔরাইবা ঙমদে, রাবনা স্বর থবেৎ থবেৎ হোল্লি, ঈশৈ শকপদা সুর চাদে, ফমুংদা তুমিন্না পোত্থাবা চঙখি, করিগুম্বদা তুমখোকখিত্থনা মমানা মাবু চাক চানবা হৌদোরকই। অত্থগা করিগুম্বা মুমিত্তনা মহাক মাঙোলদা ফম্নগা অঙাং ময়ামগা রান্নী শাত্থনা লৈ। মথুরাগী মচাশিং, মুমলোম্নবগী অঙাংশিংনা মাগী মনাক্তা ইকোয় কোয়না ফম্নত্থনা রান্নী কয়া

শাংকই—ঃখোয়গী কুলগী বারী, ওখা অমৌবগী বারী, খুজঙদা পোকপা অনৌবা থৌদোক কয়াগী বারী অমিনচিংবা। মখোয়না লেপ্পা লৈতনা ঙাঙবা অচু ডানা ডানা মহাক অমম্বা অতুদা কম্বিশুম্বা কক্লাংদা ঙাথতুনা উইতুনা লৈরম্বা য়াওই। হায়রিবা অঙাংশিং অসিনা মাগী মনাক্তা লৈবা অচুকী মতীক পাম্মী, মাগা বারী শারগা মখোয় নুংঙাইজৈ। বাসন্তীনা ইম্ফালদা ঈশৈ শকপা চৎলমদাই খূদিংগী মখোয়না মঙোম্দা মথল মথা কয়াগী পোৎ, শায়পোৎ তপ্পী, পৈশাদি পুথোরক্কে; মখোয়না খঙজবা অমা লৈ বাসন্তীনা ঈশৈ শকপা চৎপা খূদিংগী নোট অহনবা য়াম্না হেক হেক পুরকই। অসুম্মা চম্বা অঙাংশিংগা লোয়নতুনা মহাক্না মতম লেপ্লি।

নিংথমথাগী লৌ-শীংগী থবক শূবা লোইরগা মহাক ঈশৈ শকপা অমুক চৎপা হৌই, মরক্তা য়ুমগী থবক শূই। হৌজিকসু মহাক থৌরানীগী হোটেলদা শঙোম থিনবহু চৎলি, মরক মরক্তা হোটেলদা মী অতৈ লৈরমদ্রগা মহাক থৌরানীগী মনাক্তা ফমতুনা মাগা বারী শাতুনা লৈবা য়াওই।

থৌরানীনা কম্বিশুম্বদা প্রমোদকী বা পল্লতুনা বাসন্তীদা হায়রকই, "ইম্ফালগী বাবু অতুদি কুইরে উঁখিদবা, নত্রা বাসন্তী?"

বাসন্তীনা ফালদা কম্লগা ইকাইরপ তৌনা লূকথরগা মমীৎ তুকথনা খুম্লকই, "উম।"

"মাগী কার্ম অতুদি হৌজিক নারক ওইরে।"

"ঐঙ্গু মাগা উরদবা কুইগ্রে, মাগী মরমদা করিস্তা খঙগ্রে," বাসন্তীনা করিগুম্বা খরা থ্রগা খুম্মী।

"ওহোকপনি, ফত্তবা মী খন্নবা অতুম্মা তৌবীরগ্রবদি মহাক্ক অতুম লৈরমগদবনি!" খোইরানীনা হৌখিবা কার্মগী ৱাম মৈ থাখিবগী খৌদোক অতু নীংশিংদুনা মুংঙাইতনা হায়রকই। অদুগী গুহাক লৈরগা মহাক্না য়াম্না লোম্না অমুক হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক হৌজিক কাওবা খঙত্রিব্রা মৈ থাখিবদু কনানো হাববা?"

"খঙদেবু, খোইরানী ঐদি।"

"দুকানফম্বা চরণনা, মহাক্না মাগী নহারোল খরা পৈশা পীরগা থাদোক্নুনা থাহনখিবনি। মহাক্না নোংমা য়ু ঙাওরগা হোটেলদা লাক্নুনা ঐঙোন্দা নাপল তৌনা মদুগী মরমদা লোইনা হায়দোক্লম্মী," খোইরানীনা হায়রকই।

বাসন্তীদু ঙক্না মঙোন্দা য়েংলকই।

"নহাক খঙই, ঐসি নঙগী মীনি হায়বা," খোইরানীনা অমুক হায়রকই. "মহাক্না মহাক্কী মরমদা ঙাঙবা খুদিংমকপু ঐনা হেক হেক য়ৈথংপি।"

"অমুক ফত্তবা!" বাসন্তীনা শাউনা মমায় ঙাঙনা হায়রকই, "মাসু মদুগী দোষ লাকখিগনি!"

"অসিগুম্বা মীরক তিন্দবা শেলজমক পায়বা মীশিংসিগী মকোক্তা অকবা বাখল অমতা লৈত্তবনি, মখোয়না অকবা ফত্তবা খন্দনা মশাগী মুংঙাইবা কাহেন্না থি, মীগীদমক করিসু খনবা ঙমদে। মখোয়না হৈবা হায়বসু তৌশিন্নবা, মীঙোন্দগী লৌবা,

মীগী মাঙনবা তৌবা অনিতনি," থোৱানীনা হৌথিবা থোদোক অমদা চরণনা মঙোন্দগী শেন্দোই চাউনা লৌথিবা ( হিঙ্গোল কাওবা লৌরমগদবা ) থোদোক অমবু নীংশিংলক্লুনা হায়রকই। অতুদগী মানা ঙহাক তুমিন্না লৈরগা অমুক শমথরকই, "বাসন্তী, নহাকসু য়াৱবদি ইম্ফালদা থুনা'চৎপ্রো নত্রবদি খুদোংথীবা থোকপা য়াই। কনানা খঙগনি? কন্তবা মীগা নক্পা লৈমিন্নবা হায়বসি ভগ্বা ঙমদে।" ( থোৱানীনা বাসন্তীগীদমক কননবা খন্দুবা প্রমোদকী মমাক্তা চৎখিনবা ইঙ্গিৎ তৌহুনা হায়রকপনি। )

বাসন্তী তুমিন্না মরু লুক্না ফমহুনা লৈ। থোৱানীদি প্রমোদকী ময়মদা করিমতা খঙদনা ঙাঙলকপা অহুদা মহাক থুম্ফম খঙলক্কে। প্রমোদতা থোকখিবা থোদোক অতুগী ময়মদা মহাক কনাদসু খঙহন্নীংদে, হায়দোকপদা অতুক্কী মতৌক ইকাইবা পোকই।

তাঙ্গা অতুপ্না হোটেলদা 'মী খন্না চা থকপা চঙলক্লুনা বাসন্তী শঙ্গোমগী পাত্র অতু পাঁয়তুনা থোরক্লে। মহাক্না নয়্‌নদা লাক্পা লাক্পা খল্লকই, "মী হায়বা অসিনা অসুক তমখিন্নিবা অসিগী ময়ম করিনো?" মহাক্না ছৌথিবা য়ুম্‌ মৈ থাবগী থোদোক অদু নীংশিংলুরগা চরণবু হন্না হন্না নিন্দা ত্তৌরকই।

বাসন্তীগী মমাগী মঙ মুংঙাইতবা কুইরে। মহাক্না মচানুপীবু হন্দক শান্নগদৌরিবা জগোয় রাস অমদা ঈশৈ শকপা চংহনগদ্রা চংহল্লোইদ্রা হায়না য়াম্না খঙ্গানরে। অদুবু মতম কুইনগী মমাঙদগী বার্ত্তোন তৌদুনা লৈরবা, অদুগা নকন্থ নকশিল্লক্লবা মতম অসিদা মতু হায়দোকপগী খুদোংচাবা অমা লৈত্রে।

জগোয় রাসকী মুমিং অদু য়ৌরক্লে। শান্নকম অদু থংনবা খুলদনি, বাসন্তীখোয়দগী কিলোমিটর অনীরোম লাপ্পী। চাউরবা মান্দোপ অমদা মচু কয়াগী চে, লক, লৈ শূ, অরংবা কিনারগী লৈতেং কয়া তৌদুনা অহিংদা রাস শান্নবা হৌরক্লে। য়েংলুবা খুদিংমক্তা নোংথাঙ কুপ্পগুম মীং থক্লবা যিজোল, কিনারগী লৈতেং খুদিংমক অদুনা মান্দোপ অদুবু পূমঙাল ঙালহনখ্রে, লাইরৈপাকী মতৌগুম নীংথিজখ্রে। মুংশিবা ঈশৈগী শৈহেক, জগোয়গী শাথেক খুদিংমক্তা মীপুম খুদিংমকপু শুক্ষাংখ্রে।

চরণগা মাগী মী থরগন্থ জগোয়দু য়েংবা লাকই।

জগোয় লোইবা অদু নোংয়াই মতুং পুং অহুমলোম তারক্লগনি।

বাসন্তীগা, মমাগা, মাগী মমাম্নবী ঈশৈতৌবী অমগা লোয়ননা ময়্মলোমদা লাকমিয়ৈ। মখোয়গী লৈকাইদা লৈবা শামুন্থ জগোয় যেংবা লাকপদগী মখোয়গা চৎমিন্নপ্রসি হায়তুনা লোয়নরকই। শামুতু মখুত্তা চৈ অচৌবা অমা পায়তুনা লাকই। মহাক্না চিংনবা অমা লৈ—চরণগা মাগী খোঙলোয় খরগতু জগোয় শান্নফম অতুদা য়াম্না লাঙলম্মী।

ওহান্নী মমাঙদা নোং থিৎলি থিৎলি চুথি, মখোয়না হল্লকপা মতম অতুদি নোংদি হাংপ্রবস্থ অতিয়াদি লৈচিল পানা কুম্মী; অতুবু পূর্ণিমা মুমিং ওইবনিনা অতুক হান্নদি মমদে। মখোয়না খুল অনী তাইনবগী লম্মাঙ মতেক অমা কাওতুনা লাকই। ইখঙ খঙহৌদনা খোংনাং অমগী মরুমদগী মী অতুগখক থোরক্লে। (মখোয়তুগী মন্নুংদা অমনা চরণনি, অনী অমনা মাগী খোঙলোয়নি।) বাসন্তী মখোয়বু উবদা পাখৎপনা নীকখ্রে। শামুদি অতুক হান্না পাখত্তে। মহান্না মখোল ওন্দনা হংলকই, "কনানো নখোয়?"

"ঐখোয়নি। বাসন্তীবু থনম্নগা চৎপ্রো," মখোয়গী মরক্তগী অমনা খুম্নকই।

শামু মখোয়বু মশক মুম্না খঙলক্লে। লম্বীতুগী মমাঙ খরা চৎখৎলগা ঙিপ অমা থাতুনা থম্মী। মখোয়গী থৌরাঙ অতুস্থ মহান্না ভাবনা খঙলে। মহান্না ইফ-ফজবা বাহৈনা চরণখোয়দা অতুম তৌদনবা হায়বা হৌরকই, অতুবু অরেম্বা ওইরে। মখোয় মখুত্তা অরংবা থাঙ অমমম পায়তুনা মা তম্না চঙশিল্লক্লে। মহাক বা অমুক ঙাঙখিদ্রে, মতুংদা নূপীশিং অতু লৈহল্লগা লীচৈতু চেৎনা

পায়রদুনা মীকুপ-নাইদ শিংনা মখোয়বু য়েংছনা লৈরে।

মীকুপ অমগী মতুংদা মহাক্না করম্না লীচৈ অমু হাইব্রিবনো খঙহৌদে মখোয়শিং অমুগা কন্না থেংনবা হৌরক্লে।

"চেনখ্রো, বাসন্তী," হায়দুনা লাউরকই।

বাসন্তীনা লৌবুক কাণ্ডরগা চেনগে তৌবদা চরণনা মাবু অদুক ফাগদবগী তায়বক্লে। হায়দুনা মা তম্না হোৎচিন্দুনা লীচৈনা মকোক্তা কনবদগী চরণদু খঙহৌদনা বাহ্রে। মহাক অতোপ্পা মখোয় অনীগা অমুক কুপ্পা হৌরক্লে।

বাসন্তীদি মথন্তা ভাব তাদনা লৌবুক কাণ্ডদুনা পণ্ডচেম্পা চেনবা হৌরক্লে। মমাখোয়দি শামুগী নাক্তা লৈহৌরে।

ঙসাক ফুনরবা মতুংদা চরণগী খোঙলোয় অমী অমু মথুত্তগী থাঙ তাপ্রে। মখোয় মকম অমু থাদোক্তুনা চেনখ্রে। ফুনবা লোইরগা মমাগা শামুগমা খেংবদা বাসন্তীদু লৌবুকলোমদা মশক উথিল্রে। মখোয়না মানা চেনখিবা লৌবুক মায়কৈ অদোমদা কাণ্ডদুনা লাক্লে, মাবু থিবা হৌরক্লে। পুং অমম মথায়রোম তারমগনি। ঙৌরুনবা চোইজাইনবা লৈচিলগী মরক্তা মকোয় মাঙরবা থানা অমুক অমুক মরক মরক্তা ঙানখোরকই। ঐথাক্সদদি থুলহৎবু কোরশিল্লিবা উ-বা অমু নত্তনা করিগুম্বা উবা ফংদে।

বাসন্তীগী মমানা ঈশৈতৌবী অমতুগা থাবী শাবম্মু মখোল নীকই। মহাক মখোলদি খোক্তনা কপ্পা হৌরক্লে।

"করিগুম্বা মুংশা থীবিকম্মু ইনে, মহাক যুমদা হাপ্না য়োরম্মু য়াই," হায়দুনা মাগী মুংশা থীবা মতৌ অমুদা থেমজিন্দুনা হায়রকই।

বাসন্তীদি মখোয়না অদোমদা থংনরিঙৈদা জ্ঞান তাদনা পঙচন্দা চেল্লে, নোং তাখিবগী নাল্লবা লৌবুক্কী লৌমীদা ময়ক ময়ক্তা অমুক তুশিল্লি, অমুক হৌগংলগা চেল্লি। অশুম্বা চেল্লকপনা মহাক লৌবুক লাম্থোক্লগা লৈবা লম্পাক মচী অমা য়োৌরকপদদি চোকথবনা জ্ঞান তাখিদ্রে, খঙহৌদনা বাম্থল্লে।

মমাখোয়না মাবু বানা থিরবা মতুংদা মমৈথঙদা মানা তুল্লুনা লৈরিবা মফমদু য়োৌরক্লুনা মাবু থেংনল্লে। মমানা মাবু পাখংনা কোল্লগা লাউরকই, "বাসন্তী, করি মতৌনো তৌরিবা অসি?"

বাসন্তীদু মমীৎ উইশিন্দুনা লৈ, মমাগী বা অদুদা করিমতা খুমক্তে।

মখোয় অছুম চঙদুনা মাবু লাক্লরে, অনকপা থোং অমদগী ঈশিং লৌরগা মকোক্তা হাপ্লে। ঙহাক্কী মতুংদা বাসন্তী তপ্পা তপ্পা জ্ঞান লাক্লে।

মমানা মাগী মশাদু পায়রগা তপ্পা কৌরকই, "বাসন্তী, ইবেম্মা!"

"হুম," বাসন্তীনা অসিতমক খুম্লকই।

"কৈদৌরে, ইবেম্মা নঙবু কৈদৌয়বগে?"

"ইমা, ঐ কোকসি য়াম্না ঙাওখ্রে।"

মখোযনা মাবু ঙহাক অমুক লাক্লরবা মতুংদা মাগী মমীৎ অদু তপ্পা পাঙথোরক্লে।

"ইবেম্মা, নঙবু ঐঙোন্দা কোল্লগা তপ্পা চৎপা ঙমথিরোইদ্রা?" মমানা হায়রকই।

মমানা কোনথৎপীরগা বাসন্তীত্থ য়াম্না রানা স্বর মপী হোল্লহ্না হৌগৎলকই। মখোয ময়ূম তাম্না লাক্লে।

নোংঙাল্লগা ভরাংগী খোদোক অত্থগী মরীদা শামুনা পুলিসতা পাউ পীখ্রে। অত্থবু চন্নণদি ময়ুনদা লৈত্রে, লোৎখ্রে।

নোংমা নীনি হৌখ্রে। বাসন্তীদি নহানগী খোদোক অত্থগী মতুংদা নাত্থনা ফমুংদা হীপ্তুনা লৈখ্রে। মমানা মাগীদমক য়াম্না সুংশা থীখ্রে। মহাক্না খল্লকই মহাক্না মচানূপী বাসন্তীবু কৈদৌঙৈদসু মফম কদায়দা ঈশৈ শকপা চৎহল্লরোই।

সুমিৎ মঙানিগী তুংদা মখোয়না তারে চন্নণত্থ মখোয়গী মরীমতা অমগী ময়ুমদা লোৎলম্বদগী ফারে। মত্থ তাবদা বাসন্তীগী মমাগী পুক্নীং থন্না ঈংথরে; অত্থবু ইকুই কুইদনা মখোয়না অমুক তারক্লে চরণবু অমুক থাদোরক্লে হায়না। হৌনবী কেসনচিংবা অমতা লৌথৎপগী মঙঙ উদে। য়ুমলোম্নবা মীশিংনা হায়, "মরলবু লৈরবদি করিগী ফারুগদগে? অত্থগীসু মথক্তা মহাক্তি হান্না থানাসু ওইরম্বা মীনি, মখোয়গা মাগা মুন্না খঙনবা ঙাক্তনি।"

বাসন্তীগী মমাদি য়াম্না সুংঙাইতবা অমসুং অকিবা পোকখ্রে, মপুরোইবগা লৈখিদবগা য়াম্না তুশোন-মানশোনখ্রে। মহাক্না সুংথিল অমা লাত্থনা হীপ্লিবী বাসন্তীগী ফমুং মচীদা ফম্নগা হায়রকই, "কান্নরোই ইবেম্মা, ইমা ইচা মফম অসি থাদোক্তনা চৎপ্রসি!"

"কদায়দা চৎকদৌরিবনো?"

"খুদোং চাগদবা মফম অমদা হেক্তা।"

"য়ুম-হিজোল অসিদি কমদৌবা?"

"নপলখোয়দা য়েংশিনবীনবা শিন্নরমগনি।"

বাসন্তী তুমিন্না লৈ। মহাক মখোয়গী য়ু্ম-হিজোল অসিবু খাদোক্তুনা মকম কৈদঙ্গু চৎনীংদে; অদুবু মমানা হায়রিবা অদুগী অচুম্বগু লৈ মরমদি চরণনা মকম অদুদা লৈরিবমখৈদি মখোয় চন্নীং ত্তানা হিংবা ঙম্লোইদৌরি।

মমানা ওহাক বাথল থল্লগা অমুক হায়রকই, "মতম থন্না নচে ফজবীখোয়দা চৎলগা লৈকসিন্না?"

বাসন্তীনা মমাগী রাফম অদুবু য়ানীংদবা কোঙদোরকই; অদুম্না মীগী ময়ুমদা য়েৎলুবদু মহাক্না পামদে।

মখোয় অনীগী রান্নীদু মেন তাদনা তোকখ্রে। অদুবু বাসন্তীগী মমাগী পুক্নীংদদি মখোয় ময়ু্ম অদু. থাদোক্তুনা মফম অমদা চৎনবা হোৎনরগনি হায়না কন্না লেপখ্রে।

মুমিৎ থরনিগী মতুংদা বাসন্তী তপ্না তপ্না নাবা ফগৎলক্লে।

হুংথিল অমা মাগী মমানা ইম্ফালদা চৎলুবদগী হল্লকগা মঙোন্দা হায়রকই, "ইবেম্মা, ঐখোয় হয়েংমক মফম অসি থাদোক্তুনা চৎলগদবনি।"

"মফমদি কদায়দনো ইমা?" বাসন্তীনা থন্না ঙক্না হংলকই।

"মতম থরা অড়াদা লৈগদবনি, নচে ফজবীখোয়গী মনাক্তা। ঐ মাগা উন্নদুনা ঙাওনরক্লে। হয়েং অসিমক মুমিৎ য়াম্না কৈ।"

"করম্বা মতমদা অমুক লাক্কনি?"

"মতু হায়বা ঙমদে," মমানা হায়রকই। মাগী মায়খোঙদু অন্নাবগী মমি ত্তারকই।

বাসন্তী তুমিল্লা লৈব্রে, মমাগী ম্বা অতূদা কন্নিমতা য়েংপা তৌদ্রে।

মথংগী মুমিত্তা বাসন্তীগা মমাগা য়াহৌ ওমা হৌগত্তুনা ঈরুজখোক্লে, পোং-চৈনচিংবা য়োম্লে, অতুগা মপলখোয়দা শিন্নকম থোকপা পোং-চৈ, মাল-চাং, য়ুম-হিঙ্গোলনচিংবা শিন্নমল্লগা ইস্ফালদা চংগ্রে।

মখোয় অনী ইস্ফালদা দলানগী মথক অমদা ভাড়া তৌতুনা লৈরে। কা অনীথক্লি, অমনা পীকই, অমনা থন্না চাউই। অচৌবা কা অতুদা মখোয় অনীগী ফমুং থাই, অপীকপা কা অতূদা টেবল অমগা চৌকি অনীগা থাতুনা লৈ, মতুদা বাসন্তীনা পামজবা মতুং ইন্না অচম্বা লৈতেং থন্না তৌই। মতম খবদি মখোয় য়াম্না লৈতাদবগুম তৌরম্মী, অতুবু থন্না লৈরগদি ফরক্লে, লৈগিন্নবা মীন-চিংবা খঙনরক্লে। ইস্ফালগী মফম কযামকমদা বাসন্তীনা ঈশৈ শকপা চংলি; মতুদগী ফংলকপা শেলনা ভাড়া হুনবা, চাবা থকপা কোন্নৈ।

বাসন্তী হৌজিক শান্তি ওইনা হিংবা ওমলে। মমক মরক্তা মহাক্না মাগী খুঙ্গঙগী পুন্সী, মুংশিন্নবা ময়ুম-হিঙ্গোল, শলনচিংবত্থ নীংশিংলকই, মতুদা মুংঙাইতবা ফাওরকই; অতুবু ইস্ফালগী ওইবা অরাঙবা, মীৎ-না শিংবা পুন্সী অসিগী মুংঙাইবা ইরৈমক লৈতবস্থ নত্তে। খুঙ্গঙদা লৈমিন্নরম্বা মী কয়া মখোয়দা কোয়থোরকই। হোটেলগী থৌরানী অতুসু লাকই। মহাক্না বাসন্তীবু উবদা কপ্লী, অতুগা খুঙ্গঙদা থোকপা অনৌবা থৌদোক কয়াগী মমমদা তপ্পী।

মহাক্কী চরণবু মখল কয়াগী শাপ তৌই অতুগা হায়, "কত্রবা মী! নহাক মুংঙাইবা য়ারোই!" মহাক বাসন্তীগী মমাগা মখল মথাগী রারী কয়া শারগা হনখি।

# ১৬

মতম কুইনা হৌগ্রে। বাসন্তীখোয় হৌজিক ভাড়াদা অমুক লৈগ্রে, ইম্ফালদা অনৌবা য়ুমগা হিঙ্গোলগা পূনবা মফম অমা লৈহ্নুনা লৈরে। মখোয়গী হান্নগী য়ুম-হিঙ্গোল অদু য়োম্থোকখ্রে। বাসন্তী খুঙগী পুক্নী অদুবু অতুম কাউবদি ঙমদে। মরক মরক্তা মহাক বাজারদা, লম্বী-লমথাঙদা মখোয়গা মহৌশা লৈমিন্নরম্বা খুঙগী মীশিং থেংনৈ, মখোয়না মঙোন্দা মফমদুগী অনৌবা পাউ কয়া হেক হেক তম্লকই। নম্বোলদা পোৎকম কম্বী নুপী অমনা মঙোন্দা নোংমা তম্লকই খৌরানী অদু নারে, হোটেল কম্বা ঙমগ্রে। মহাক্না মসিমক্তু তম্লকই চৎলগী থাউ য়োনফম অদু মৈ হৌরক্লুনা তুম্না চাকগ্রে, মশাক্তু মৈনা শোকগ্রে; মহাক হৌজিক হায়নীংঙাই লৈতনা নংলে, গতি লৈতহ্নুনা মাগী হান্নগী নুপীগী মপামদা চৎগ্রে। নুপী অদুনা বাসন্তীবু নোংমফাদোক নম্বোলদা কোয়থোরক্লবা হায়রকই।

বাসন্তীনা মপুক্নীংদা খল্লি, "করিগুম্বা খুদোং চারবদি খৌরানীগী মনাক্তা অমুক্তংদি চৎলুগে।" নোংমা মহাক্না মমাদা বাক্কমদু

কোকদোক্লে। মমানা য়ায়তুনা মহাক নম্বোলদা চংনবা থোয়াও তৌরে। মহাক্না থোয়ানীগা উমথিদবসি চহী নীপালমুক কায়ের।

মেন্না থাগী অয়ুক অমনি। বাসন্তীনা মতম কুইনা উরুক্রবা মাগী ময়ুম লমদমতু য়েংনীংবনা ঈথৌলাংবগা লোয়ননা অওনবা গাড়ী তোংতুনা হাইথরক্লে। নম্বোল য়োন্নগা মহাক্না কৈত্থেল ময়াদা লৈবা থোয়ানীথোয়গী ময়ুমদা চওলক্লে। মাগী হোটেলতু থোও লোম্দুনা লৈরম্মী।

থোয়ানীতু মথোয়গী ইনা কুপ্পা মৈতৈ য়ুমজাউগী মাঙ্গোলগী কক্তা ফমতুনা লৈরম্মী। মহাক্না বাসন্তীবু উবদা ঙক্না হয়াউনা কৌশিল্লকই, অতুগা মাগী মনাক্তা ফম্নবা হায়রকই।

"কনা কনা লাকই?" মহাক্না হংলকই।

"ইথন্তা লাকই।"

থোয়ানীনা মমীত্তা পিগী ঊয়া চেপ্পা হায়রকই, "কুইরেদা উদবা বাসন্তী, নহাকপু ইম্ফালদা কমদৌরি? ঐদি পাঙল শোল্লে, হোটেলদা পঙনা থোকপা ঙমদ্রে।"

বাসন্তীনা খুংঙাইরি হায়না খুম্মী, অতুগা থোয়ানীগী মশা শোনবা, নাবগী য়ারী শাবা হৌরকই।

অতুদংগী থোয়ানীনা মঙোন্দা য়ারী অমা তম্মীংতুনা হায়বা হৌরকই, "বাসন্তী, নোংমদি অওকপা থৌদোক অমা থোকক্রে।"

"করি থৌদোক্লো?"

"মহৌশাগী ইম্ফালগী বাবুদো নোংমা থা অমরোমগী মমাঙদা ঐগী হোটেলদা চা থক্কুনা কয়ম্মী। ঐদি অহানবদা মাবু মশক

খঙলুত্রে, মকোই মরাং চোয়ে, ময়াঙ কংলে, কুচু মুশুক মুশিল্লে, শকক্ষম অমা পুমওন ওনগ্রে। মহাক্লা নহাকপু হংই। ঐনা নঙবু ইস্কালদা লৈগ্রে হায়না তম্মী। নঙনা থেংনখিবা খুদোং-থীবা থোঁদোক অহুগী মরমদা মঙোন্দা তম্মী, মহুদা মহাক য়াম্না হুংঙাইতনা মায়খোঙ লাংশিল্লা উই। মতম অহু ফাওবা ঐদি মাবু মশক খঙদবনি, ব্রায়ীদি অস্তুম শারবস্তু; অহুবু কোয়দি ঐনা ভাবনা থয়া থয়া লামশিনবা ওম্লে, মহাক অাস থায়নগী ইস্কালগী বাবু অহু ওইরমগনি হায়না; অহুদগী ঐনা মঙোন্দা ইচম চম্না হংই মহাক মতম অমদা ঐখোয়গী অসিরাইদা ফার্ম তৌহুনা লৈরস্বা বাবুহু নত্রা হায়না। মহুদা মহাক্লা খজিক্কুং মোমোন নোক্লগা খুম্মী, 'থোরানী ঐবু খঙবীত্রমাল্লে ?' ঐদি ওক্ল্‌য়ে বাসন্তী, মাগী ফীবমহু য়াম্না হোংলয়ে। ঐনা মহাক অস্তুক কুইবা অসি নোংমা ফাওবা চথোরক্কে, কদায়দা লৈরুবগে হায়না হংবদা মহাক খুস্কম খঙদবগুম তৌনা রাখল অমা খন্দুনা লৈ। বাসন্তী, নহাক মাগা নোংমতা ইস্কালদা উয়ত্রা ?"

"উয়দে," বাসন্তীনা খুম্মী। মহাক প্রমোদকী রা পল্লকপা অহুদা মপুরুীংদা থুক লাউরকই। মহাক মতন অমদা পূর্ণিমানা মঙোন্দা প্রমোদ অসি মীহাৎপনি হায়না তমখিবা অহুগী মতুংদা মাগী মরমদা করিমতা ভাখিত্রে। মহাক্লা খল্লকই, "মহাক বন্দীদগী থাদোক্লস্বা ভারে, অহুগা লাকপা ওইরমগনি।" অহুবু মহাক মচীন্দি থোক্কে। খঙহৌদনা লাঙতরুবা, থম্মোয়দা মথ্‌ম-মরাঙ হৌবা, অকিবগা য়ামবা মেন ভাদবা রাখল অমনা মাবু খুক্লম চনবা

হোৌরকই।

থোৌরানীদি মাগী পূক্নীংদা লৈরিবা চময়বা রাখল অসু করিমতা খঙদনা অতোপ্পা রারী কয়াস্তু শাবা হোৌরকই ; অদুবু বাসন্তীদি মরনাই রাখল অমা খন্দুনা লৈরে, মানা ঙাঙবা অয়াম্বা তারবস্তু পূক্নীংদি চঙশিনবা ঙমদ্রে।

মহাক্না থোৌরানীখোয়দগী থোরক্লগা মখোয়গী মখুরা অমদি মপলখোয়দা চঙলম্মী। মখোয়গী ( মী অতৈনা কনশিনগ্রবা ) যুমজাউ অদু তুমিন্না লেপ্তুনা লৈরম্মী। মাগী অঙাং ওইরিঙৈগী শান্নফম, লৈকোল, উ-রা, শঙ্গোল পূন্নমক্তু উরগা মমীত্তা পিরাং চেল্লকই। মন্দোলখোয়গা ঙহাক রারী-রাতাই শারগা বাসন্তী মুমিং য়ুংবা অতুরাইদা অমুক বস তোংতুনা ইন্ফাললোমদা হাইগৎ-লক্লে। মুমিং অদু মহাক লাইনা পুরবা মীওম্না রাখল অদু ইতাউ তাউই, পল্লেপফম খঙদবা রাখল অমনা মাবু ওৎপগুম তৌবা হোৌরকই। মতম কুইনা ঈরোম্নুংদা লুপ্তুনা লৈরুবগুম তৌরুরবা প্রমোদকী রাফম অতুনা মাগী থম্মোয়বু য়াম্না লৈতাহন্দবা হোৌরকই ; বস মনুংদা মহাক কনামতনা ঙাঙবা রা তাদে, রাখল অমদা উংতুনা লৈ। হৌজিক মহাক্না জেলদগী থাদোরক্লবা প্রমোদতা আশা করিস্তু তৌনীংঙাই লৈতে, অদুবু মাগী মরমদা খল্লবদি ঙমদে, প্রমোদনা মাবু হংলম্মী হায়বা থোৌরানীগী রা অদুতা নীংশিংতুনা লৈ।

জেলদগী থাদোরক্লবা মতুংদা প্রমোদ ফীবম থীনা শোক্লে,

মশাদা মুংঙাইতবা অনাবা খরন্থ লৈরে, পুন্সীদা মাগী হৈনীংবা বাখল খুদিংমক মাঙত্রে।

হৌজিক মঙোন্দা হেক হেক লাকপা বাখল অমনা মাগী লেমহৌখ্রিবা তুংগী পুন্সী অসি মতৌ করম্না লেনগদগে হায়বা অসিনি। মানা মতম কুইনা হুন্দোক্নুনা থম্নবা কার্ম অত্থ নীংশিংলকই। মত্থ অমুক নৌনা শেমগৎপগী বাখল অমা মাগী পুক্নীংদা ফাওরকই। হৌখিবা খুদোংথীবা থৌদোক কয়াত্থ মহাক নীংশিংলি, অত্থবু মহাক্না মত্থগী মরমদদি খল্লে মরমদি মহাক্না মতম খরগী মমাঙদা জেলদগী থাদোরক্লগা নখোলদা বাসন্তী উন্নবগী আশাদা চৎলুবদা থৌরানী উন্নরক্নুনা মহাক মফম অত্থদা লৈত্রে হায়বা খঙত্রে। মঙোন্দা য়েংশিনবা মীশিং অত্থনা মাবু করিস্থ তৌরক্নরোই হায়না মহাক্না খল্লে। অত্থবু মফমত্থ অমুক নৌনা শেমগৎ-শাগৎপা, শঙ শাবা, মত্থদা থবক শূবা— পুম্নমক অত্থগী খল্লুবদদি মহাক অকিবা পোকই। মত্থ অরাবা থবক অমা ওইগনি। মহাক মহৌশাগুম্না মশা ফত্রে। অত্থম ওইত্থনস্থ বাখল মুম্না খল্লুরবা মত্থংদা মহাক মপুক্নীংদদি লেপ্লে, য়ামত্রবদা মাগী পোথাকম ওইনা মফমত্থদি শেমগৎলগে, মাগী পুন্সীগী অরোইবা শক্লক অত্থ মফম অত্থদা লেনখ্রগে হায়না। মতম কয়াগী মমাঙদা মানা খনখিবা অত্থস্থ মত্থমক্লি।

অস্থম্না নোংমা মহাক্না চত্থনা মফমত্থগী ফীবমত্থ য়েংশিল্লুরে। মদ্দা উ, নাপী-শীংবীনা শোঙজিন্না হৌরম্মী। মতম খরদংগী মল্লুংদা মহাক্না মী লেক্নুনা মফম অত্থ শেংদোকহল্লে, অত্থদগী

হীরদগী থরা হেক্তা পীকপা জিত্তনা কুপ্পা য়ু্ম মচা অমা শাৱে। মফমদ্ শেমগৎ-শাগৎপদা থা অনীমোম হেন্না চওখি। করিগুম্বদা মহাক নিংথমথাগী শোনমেত্তনবা লুংশাদা হৈনৌ পাম্বীগী মথোক্তা কমদ্না পুক্রীরোমদা য়েংশ্না কুইনা যাখল থন্দুনা লৈ। মাগী মহৌশাগী থৌনা, শক্তি থৃদিংমক অদ্ হৌজিক লোইনা মাগুব্রে। মহাক্না পোখা পোথাদ্না থবক শূরগা মহৌশাগুম্না সক্ক্যা য়োরপা ময়ূমদা হল্লি; করিগুম্বদা বাসন্তীগী মরমদা যাখল থন্দুনা কম্বদা মমথিবা যাওই। নোংমকাদোক মহাক্না বাসন্তীগী মরমদা খঙনীংথনা ঈথৌলাংদ্না নখোল তাম্না হাইথদ্না মাগী চংথিবগী মরী-মথোক, অশেংবা লৈকম্মচিংবা হৃংসিন্না হায়না চংলি; অদুবু মদু অয়েম্বনি, মানা খঙনবা কনামতা থেংনদে, থৌম্নানীগী হোটেল অদ্দু থোক লোন্দুনা লৈবম্মী। মহাক নীংবা কায়না হল্লগই। অসুম্না মতম কয়া হৌদ্রে।

বাসন্তীনা শ্রী হাংলুমবা প্রমোদপু অমুক নকশিন্নরুবগী যাখলদি কৈদৌঙৈদস্থু অদুম তৌখিদ্রে।

ইস্কালদা লেনবা পুন্সী—মরক মরক্তা সিনেমা য়েংবা, কুঙ্গে-খিওং, জিলা-ত্রামা য়েংবা, নিলথোংবা গমক্তা লৈবা—ফুংঙাইরা মথল অমনি; অদুবু মতম অমগী থুজওগী চম্নবা পুন্সী অহুমা চাংদম্নবদি বাসন্তীনা কৈদৌঙৈদস্থু ওয়োই। মাগী থবায়গী শক্তক অমদি মাগী ফুংশিজরবা থুজওগী লমদমদা লৈহৌরে—প্রকৃতিগী ওইবা চীং-মান, অশংবা লম্পাক, লৌমুক, পাং-ফুরেল থুমমক

ওসিহ্ মাগী নীংশিংবগী ফিজওলগী মাঙখিবা লৈত্তে। মহাক্না মখোয়গী ময়ূ়ম, লৈকোল, চু পাম্বীনা শংনা হৌরবা হিদোল — মখোয় খুদিংমক অহুবু মপুক্সীংদা হুংশিনা নীংশিংই। নোংমকাদোক মাগী মক্সপশিংনা হৌজিকহু মাগী মনাক্তা লাকই ; মখোয়না মানা ইম্ফালদা চনীং তানা লৈবগী হুংঙাইবা ফোঙদোকই, অহুবু পুক্সীংদদি খঙবা ঙমদে মহাকপু তশেংনা মকমহুদা লৈবহু হুংঙাইক্সত্রা হায়বহু।

নোংমদি বাসন্তীনা প্রমোদকী অশংবা কার অহু বাজারগী হুকান মনাঙ অমদা থাহুনা লৈবা উরুই। মহাক্না নিংদোল চোংনা মহুবু য়েংখি, অহুবু মানা ঙকপদি কনাগুম্বা অতোপ্পা মতৈ মনাউ মানবা নুপা অমগা নুপী অমগা মহুদা তোংহুনা চৎখি। মহুদা মহাক্না ঙক্না অহুম য়েংহুনা লৈহৌই।

প্রমোদ মাগী কার্মহু মওঙ খরা তানা শেমগৎ-শাগৎপা ওম্রে। লমহুগী নহারোলশিংনা মাবু থোইনা য়েংশিনবা তৌত্রে। মখোয় খরদি মাগী কার্মদা কোয়থোরকই। নোংমদি শামুহু মাগী কার্মদা কোয়থোরক্তুনা মাগা রারী-বাতাই কয়া শাক্সম্নী। নোংমনা নহারোল খরনা মঙোল্দা লমহুগী স্কুল অমা লিংনবা পৈশা খরা হাম্নীযু হায়হুনা লাকই ; মহাক্না অঙম্বা পৈশা খরা হাপখি। মখোয়হুগী মমুংদা পূর্ণিমাগী মৌপ্না অমা য়াওই। মাগী মমিং বিমল কৌই। মহাক্না প্রমোদকী কার্ম অহুদা য়াম্না পুক্সীং চঙনা য়াওনীংনা উই। প্রমোদনা মাগী মতৌ অহুদা হুংশিরহুনা মাগী মমমদা কুপ্না হংই। মহাক্না মাবু পূর্ণিমাগী মৌপ্নানি হায়বা

খঙলবদা মাবু মাগী কার্যদা থবক শূবা য়াওনবা হায়। মহুদা বিমলদু হরাউনা য়ারকই।

মচে পূর্ণিমানা মখুমদা লাকপা মুমিং অমদা মানা বাকম অহু হায়বদা মচেহু ইঙক ঙকত্রে; মহাক্না মঙোন্দা হায়রকই, "অওইত্রা বিমল, মহাক হৌজিক কার্য অমুক তৌরত্রা?"

"তৌরে।"

পূর্ণিমানা প্রমোদকী মরমদা তাখিদবদু কুইরে, মহৌশাগী থোদোক অহুগী মতুংদা মাগী মরমদা করিমত্তা খঙখিত্রে। মহাক্না প্রমোদপু মশক মুম্না তারুহুনা মৌপ্ৰাবু মাগা লৈমিন্নবদা চেকশিন্নবা হায়রম্মী।

মতুং থরা লৈরগা মহাক্না নোংমা বাসন্তীবু বাজারদা থেংনৈ। মহুদা মানা প্রমোদনা অমুক কার্য তৌবগী মরমদদু খঙহনখি, অহুবু মাগী মরমদদি অতৈ বারী শাখিত্রে।

মাগী পাউ অহুনা বাসন্তীবুদি পূক্নীং য়ায়া লাওতরুহনখি। অমরোমদা প্রমোদনা কার্য তৌহুনা লৈতানা লৈরে তাবদা মুংঙাই; অহুগা অমরোমদা মতম কয়াগী মমাঙদা মঙখিবা মঙ—চীরুবা কার্য অহুদা মখোয় অনীতা পুন্সী লেনমিন্নবগী বাফম অহুদি কৈদৌঙৈদসু ওইথোক্নরোই খল্লুবদা মাগী মমীত্তা পি তাখিবা খঙহোদে। "ঐনা মাবু অহুক্কী মতীক কিজরে। মহাক মহৌশাগী প্রমোদ অহু নত্রে," মহাক্না খল্লকই।

অয়ুক অঙনবা অমনি। বাসন্তী মথুন্নাগী মচানুপী অমা লুহোংগদৌরে হায়হুনা মহুগী থবক নোম্বা চংকদবগী থোরকই।

নিংথমথানি। লৈচিলশু থরা থরা থায। গাড়ী থাকখংদা মী কনা য়াম্না লৈরক্লে। মহাক্না খঙহৌদনা উরক্লে, থরা থাম্লগা পৌং-ফম অমদা প্রমোদতু অমুবা ওভরকোট অমা লীগ্ঙ্গা পোং অমা লৈগদবগী নোঙ্হতুনা লৈরি। বাসন্তী মহাকপু উবদা খঙহৌদনা থবাক্কী মিহুল চোংলকই। মীকুপ থরগী মথুংদা প্রমোদ মমায় হনগৎলক্লগা বস থাকমলোমদা চঙলক্লে। মহাক্না মাবু উবদা ঙকপগুম তৌনা মাগী মনাক্তা তগ্না চগুশিন্নকই। প্রমোদকী শকফম অহু ওশেংনমক য়াম্না ওল্লম্লে, মাগী মমীত্তু কুৎশিন্নি, মকোক্ষ চোম্মী, চায়রুং চপশিল্লি, মীংযেং অতুদি হাম্নগুম্না চীংলেম্মী। বাসন্তী থোরানীনা মঙোন্দা প্রমোদকী মরমদা হায়খিবত্থু নীং-শিংলকই।

"বাসন্তী," প্রমোদনা থাজদনা মঙোন্দা মুম্না য়েংলগা কৌরকই, অতুগা হায়রকই, "কদায়দা চংলিবনো?"

"নম্বোলদা।"

বাসন্তীতু লুকখখি, মাবু উবদা হঙ্গোইবগুম তৌনা লৌখি। মহাক বা মখা তারক্তে। প্রমোদশু মাগী মতৌ অতুদা হাইকেং ইকাইনা মাগী মনাক্তা ঙহাক তৌফম খঙদনা লেপ্পুনা লৈ। মহাক বাসন্তীদা কন্নি হাযগদগে হায়বা খঙদে; মীকুপ থরগী মতুংদা মহাক্না হংলকই, "নখোয় ইম্ফালদা লৈরে হায়না তায়, চুম্বা?"

"উম," বাসন্তীনা খুম্নকই।

তাঙ্গা অতুদা গাড়ী থানবা হোন' থোংলক্লে। মখোয় বারী শাবা তোকখ্রে।

বাসন্তী গাড়ী কাখত্নুনা ময়ায় ওইবা কমকম অমদা কমথ্রে। প্রমোদসু গাড়ী কাখৎথ্রে। মহাক বাসন্তীনা কমখিবা কমকম অতুগী মনাক্তা মাগা নক্কা কমসিন্না হায়না হাইকেৎ থৌরাঙ তৌরুই, অতুবু বাসন্তীগী মায়থোঙগী মতৌ, মঙোন্দা বা ইঙাও ঙাওদবা মতৌ অতুদা মহাক মথন্তা অসুম অসুম ইকাইরক্তুনা মাগী মনাক্তা চঙলুথ্রে, মতুং ওইরপ তৌবা কমকম অমদা কমথ্রে। বাসন্তীনা মাগী হৌখিবা থৌদোক্কী মরমদা পুন্নমক খঙই হায়বসি নোংমা বিমলনা মচেগা বারী শারকপা মতুংদা মঙোন্দা ত্তমকপদগী মান্না খঙথ্রে।

গাড়ী থৌবা হৌরক্লে।

মাগী মমাঙদা পরেং থরা চৎখৎলগা বাসন্তীতু অতোপ্পা নুপী অমগা ফম্মিন্নরি। মহাক সাল অঙাঙবা অমা ইল্লি। মাগী ফজবা মুশুক মুবা মশম, লুখম, চুবা, লেংজুম পুন্নমক অতু প্রমোদনা রাখল অমদা ইত্তাউ তাউনা য়েংলকই। ঙসিদি বাসন্তীনা মাবু কয়া থাপ্পা খল্লবনো! মহাক পুক্নীং মুংশিবা অসুম হৌরকই। মহাক গাড়ী মমুংদা মও অমা মওবগুম তৌনা চৎলি, মরক মরক্তদা বাসন্তীগী ফজরবা লুখম অতু উই। গাড়ী মমুংদা মী অক্তেনা বারী শাবা মানা থোইনা তাদে। মতম্না শেমদোক্লবা নাথৈরবা পুন্সীগী লম্বেল অমদা মাবু হুন্দোকপীম্নবগুম তৌরে, মাঙদা উরিবা মমাঙতৈদা অতুক নকশিন্নরম্বা বাসন্তী অতু ঙসিদি অতোপ্পা মী অমগুম উরে। হৌগ্রবা মতমগী বারী অতু কনাগুম্বা অমনা অমম্বা ঈরোল্লুং অমদা লুপহনথ্রবগুম তৌরে। মমাঙতৈগী থৌদোক

হুদিংমক্তু মখোয়গী মঙ্গন মাগী পুক্নীংগী কিন্নঙদা শেংফাত্তনা উরকই।

মাগী ফার্ম মপ্পা য়োরগা প্রমোদ গাড়ী খামত্নুনা কুমখহোরে। অমুবা ওভ্ররকোট লীত্তুনা, এয়ারবেগ অমা য়ান্দুনা লৌবুক মচীগী লম্বীদা চঙখ্রিবা প্রমোদপু বাসন্তীনা গাড়ীগী থোঙনাউদগী য়েংত্নুনা লৈহৌই।

ফার্ম য়োরগা প্রমোদ বাসন্তীগী মরমদা খনবা হৌরকই, হৌজিক মহাক বাসন্তীগা উন্নখিগদ্রা, মঙোন্দা কন্নিগুম্বা খরা হায়খিগদ্রা হায়না। অদুবু ঙসিগী বাসন্তীগী অচেৎপা মাযথোঙগী মতৌ অদুদগী মহাক মঙোন্দা কন্নিগুম্বা বা খরা হাযবা অসি হঙ্গোইনা থোক্লে। মীওইবগী পুক্নীং-রাখল, লীচৎ পুন্নশক অহোংবা নাইবা ঙাক্তনি। অদুগী মথক্তা মহাক অচৌবা মরাল তৌকরবা মীওই অমনি। বাসন্তীনা মাবু তুক্কচনা খল্লম্নগনি। মুন্না খল্লুরগা বাসন্তীদা মানা কন্নিগুম্বা রা খরা হায়বা অসি মাগী অধিকার কন্নিমত্তা নত্রবগুম থল্লে। অদুবু মমৈথঙদা মহাক মাগী পুক্নীংগী ঈহৌবু লাকশিনবা ঙমদ্রে, বাসন্তীবু উন্ননীংবনা থাঙঙমদ্রে।

হুমিং অদুগী মুংখিলদা মহাক্না কন্নিগুম্বা বাসন্তীগা উন্নরবদি খন্দুনা নম্বোল কৈথেল্ অান্না হাইথরকই। থৌরানীগী হোটেল অদু হান্নগুম্না থোঙ থিংত্নুনা লৈরম্মী। মহাক্না অতোপ্পা হোটেল অমদা চঙত্নুনা চা থক্তুনা ঙহাক ফমত্নুনা লৈরে। মহাক তশেংবদি খঙবা ঙমদে বাসন্তী অদু ইম্ফালদা হুনগ্রব্রা নত্রগা মফম অদুদা লৈরিব্রা হায়বক্তু, অদুবু কন্নিগুম্বা ঈথৌলাংবা রাখল অমনা ম্যাক্সু

মকম অদুদা পুদুনা চৎলি। অদুম থোকখি হায়দুনা মহাক্না বাসন্তীবু থেংনরুরে, মহাক বাজারগী পোৎকম ফম্বী মমাগী মমাল্লবী অমগী মনাক্তা লেপ্লুনা লৈবা উরে।

প্রমোদ হোটেলদগী থোরক্লে। বাসন্তীনশু মাবু উবগুম তৌনা মানা লেপ্লিবা মায়কৈ অদোমদা য়েংলকই। অদুবু মহাক মাগী মনাক্তদি থোরক্তে। প্রমোদ মপুক্কীংদা মঙল মঙল থল্লকই, মানা তৌরিবা খুদিংমক্তু অরেম্বনি হায়না নীংলকই। অদুবু মহাক বাসন্তীগা জ্ঞান তানা অমুক্তং ৱারী শানীংই, মহাক্না মাবু মীতোপ-কুম্না তৌরক্লবস্থ পুন্সীদা মতম কুইনা য়োক্তুনা থম্মরুবা মাগী থুম্মোয়মুংদা লৈবা নীংঙমদবগী বা খরদি হায়নীংলি।

প্রমোদ ফনা কুইনা সড়কী ময়াদা লেপ্লুনা লৈরে। ঙহাক্কী মতুংদা বাসন্তীচু মাগী মায়কৈ তপ্না থোরক্লে।

"কনা ঙাইবীরিবনো?" বাসন্তীনা মাগী মনাক্তা চংলক্লগা মমায় থজিক্তং ঙাঙলপা হংলকই।

"নহাকপু ঙাইরিবনি," প্রমোদনা মাগী ৱাহং অদুদা খরা ইক্লাইনা খুম্লকই, "ঐহাক নঙগা ৱারী খজিক্তং শানীংই।"

"অস্নাইদা চথোকসি," বাসন্তীনা বাজারদা মাগা খঙনবা মী অতৈগী মমাঙদা অদুম্না ৱারী শাবচু ইকাইবগুম তৌনা হায়রকই।

প্রমোদকা মথোয় অনী তপ্না তপ্না বাজারগী মপাদগী চুপ্লোরক্লে।

"বাসন্তী," প্রমোদনা কৌরকই।

"করিনো?"

"নহাক হৌখিবা থৌদোক খুদিংমক অদু নীংশিংলিব্রা ?"

বাসন্তী তুমিন্না লুকথদুনা চৎলি, পাউখুম পীরক্তে।

"ঐ হৌজিক অমুক কার্য তৌদুনা লৈরে," প্রমোদনা মখা তারকই। মহাক্না খল্লুই বাসন্তীনা মাগী ৱাকম অদুদা পুক্নীং চঙবীগনি হায়না, অদুবু মানা ৱা ইঙাও ঙাওদনা তুমিন্না চৎপা অদুদা প্রমোদ ইন্নুং হুংঙাইত্রে।

বাসন্তীনা মপুক্নীংদা খল্লকই, "থৌদোক খুদিংমক্তু কাউদে, অদুবু হৌজিক মতু হৌদোরকপগী করি কান্নরবগে ?" ৱাকম অতু মানা প্রমোদতা ফোংনা হায়নীংই, অদুবু মদু হায়নবগী থৌনাদু মঙোন্দা খুদক্তুদা লৈত্রে। মীকুপ অদুদা মথল কয়াগী চনৈনবা, পুক্নীং হুংশিবা, ওইনবা ৱাখলনা মাগী পুক্নীংদা পীক থল্লা লাকই। মহাক্না প্রমোদপু শাউনীংই, হায়নীংঙাই লৈতনা ৱারোই, অদুগা হুঙ্গোইবন্দু পোক্লকই।

মীকুপ খরগী মতুংদা মানা থন্নোয়দা লৈবা ৱা অদু খঙহৌদনা হায়দোকখ্রে, "মদু নীংশিংলুরগা করি কান্নগদগে ?"

মাগী ৱাদু তাবদা প্রমোদ খঙহৌদনা মমায় খরা ঙাওশিনখি, মাগী হৌগ্রবা মরাল খুদিংমকপু নীংশিংলকই, করিগুম্বা অচৌবা পল অমা মখোয অনীগী মরক্তা লৈবগুম নীংলকই, মাগী লৈতোন্দা ৱা খুদিংমক পন্দুনা লৈখিবগুম তৌখি।

"বাসন্তী, ঐ খঙই," প্রমোদনা হুংঙাইতনা হায়রকই, "ঐ অচৌবা মরাল অমা তৌরুরবা মীওইনি, ঐনা হৌজিক কনাগুম্বা অমদা হায়জনবগী মতমদু হৌখ্রে ; অদুবু ঐ নঙবুদি কাউবা

ওমদে, নওবু মতম চুপ্পা নীংশিংই ; অমুক্তংদি নওগী ননাক্তা চৎকে, নহাক্তা উম্নগা ঐগী পুক্নীংদা লৈরিবা নীংওমদবগী রাখল খুদিংমকসি ফোওদোক্লমগে হায়না নীংবা কুইরবনি।"

বাসন্তীছু খওহৌদনা মমীত্তা পিন্নাং চেম্লকই ; মতিন য়োৎ-শিনবদা রা খুদিংমক অতুক্কী মতীক মাগী খোঁনাউদা ফুনবগুম তৌই মছুদি মহাক রা অমত্তা ওাওথোকপা ওমদে।

প্রমোদনা মখা তারকই, "বাসন্তী, মতম অমদা ঐখোয় অনী চীক্লবা কার্মগী লমদম অতুদা পুন্সী লেনমিন্নসি হায়না রাশক্লখি, নত্র। ? অদুবু লাইবক থীবদগী মদু কায়খি অতুগা ঐনস্তু ... ... ।"
মহাক রা ওাঙকম খওদবগুম ভৌনা ওহাক অমুক তুমিন্না লৈখি।

মখোয় অনী ওহাক তুমিন্না চৎনৈ।

থাওগ্রবা লৌবূক্কী অতেনবা চক্লখোক্ মথক্তা মুংখিলগী সনামচু মানবা অমেওবা মুংশানা তন্দে-মান্দেনা য়ৈরি ; লক্ষাওগী মুংশিংনা নাকোংদা মখোল থোক্লা শীংলি। মহৌশাগী নিংথমথাগী শক্তম অতুমক্লি।

প্রমোদনা মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা রা অদু ময়েক শেংনা হায়-দোককম খওদনা অমুক মখা তারকই, "বাসন্তী, ঐ হৌজিক রাখলসি য়াম্না পোথাকম খওদে। ঐ নীংশিংলি মতম অমদা নহাক্লা পুক্নীংগী শান্তি পীরম্মী, পুন্সীবু মুংওাইবা মীৎয়েং অমনা য়েংবা তন্বীরম্মী ; অদুবু হৌজিক্তি পূম্নমক অদু মাওখ্রে ... ... ... ।"

রাখলগী পরীং কায়বা, লোইশিন্দবা মানবা প্রমোদকী রাওাও-শিং অতুগী অর্থ বাসন্তীনা ফজনা খওই। মাগী মায়থোওতু য়াম্না

ঈং-ওল্লী, মহৌশাগী য়াম্না মীখোনবগী মতৌ উৎপা অহুদি নত্তে, মাপালগী মনি খজিকুং তাই। মায়খোঙ অহুনা হায়রগুম তৌই, "হৌখিবা খোঙোক খুদিংমক কাউখোকপীরো, পুন্নমক অহু অরেম্বনি।"

মাগী অহুগুম্বা অচেৎপা মায়খোঙগী মতৌ অহু উবদা প্রমোদ মথন্তা মরম চাদনা বা কয়া ঙাঙপ্রবগুম খল্লরকই।

বাসন্তীনা হায়গী খোনকম অহুমক্তা তগ্না ইহা হাদনা হায়রকই, "ঐহু ব্রাশ্রৌবীগম্বু, ঐহাক হৌজিক নায়তোম তানা লেপ্পরগে, কনাগম্বু মন্নী থম্বা পামজদ্রে!"

মাগী বাহৈ অহুনা প্রমোদতা হেন্না মুংঙাইতবগী চৈনা অমা পীরকই।

"বাসন্তী, নহাক ঐবু ঙাকউ," মহাক্না হায়রকই।

"কন্নিগীদমক্তা ঐঙোন্দা অহুম্না তাকপীরিবনো? ঐহাক অহুগুম্বা বাহৈ অহুগীদমক মতীক চাবী অমা নত্তে।"

প্রমোদ মরু লুক্না চৎপদগী মগায় হনগৎলক্ত্রে। মহাক অমুম অম্মুম ইকাইবা হেল্লকই। বাসন্তীদা বা মথা তানা হায়রুবগী অর্থ লৈতবগুম তৌরে।

তাঙ্গা অহুদা বস অমা ইস্ফাললোমদা হাইগৎলকই। বাসন্তী গাড়ী অহু খাম্নবা লম্বী ময়াদা লেপ্লুনা লৈরে, প্রমোদস্তু তৌকন খঙদনা ঙহাক মাগী মনাক্তা লেপ্লুনা লৈ।

গাড়ী খাম্নবা মতুংদা বাসন্তী মহুদা কাখৎপ্রে।

মহাক চৎপ্রবা মতুংদা প্রমোদ ঙহাক লম্বীগী মতাইদা লেপ্লুনা

থৌখিবা গাড়ী অহু য়েংহুনা লৈহৌই, অহুদগী মাগী কার্ম তাম্না মরু লৃক্লা চৎখ্রে।

কয়াদা হোংগ্রবা মীওইবগী পুন্সীনো! কয়াদা ঙকখ্রবনো! ঙসিদি মতম কয়াগী মমাঙদা মাবুতবু নীংজরম্বা মীশক অহুনা মাবু হঙ্গোইনা ত্তৌরে। মহাক হিংনীংবগী রাথল খুদিংমক মাঙখ্রে। মহাক্লা তুমিন্না পুথ্রী মপালগী হৈনৌ পাম্বী অহুগী মথোঙদা রাথল থন্দুনা ফমখ্রে। মুংথিলগী মুমিংকী ঙাঙলৈনবা মঙালদা উপালশিংগী মমিহু অশংবা নাপী মথক্তা শাংনা শাংনা তারি। অম্মুম তৌনা রাথল থন্দুনা ফম্বা অহু মহাক কয়া কুইনা ফমখ্রবগে খঙহৌদে। খঙহৌদনা মুংশাগী মঙাল লৈরমখ্রে, মালং অহু মৈখুগুম্বা, লৈচিলগুম্বনা পারপ তৌনা শন্দোক্নুনা লৈ রম্মী, সন্ধ্যাগী অঙৌবা মুংশিং শীৎলক্লে।

ঙসায়মথৈ হিঙ্গোল মচীদা থবক শুহুনা লৈরম্বা বিমল না সন্ধ্যাগী থবক শুবা লোইহুনা ফ্রুরিং খুদাং থেক্কৎলগা য়োৎপাক অমা পায়হুনা চঙলকই। প্রমোদনা থেঙনা সন্ধ্যা ফাওবা লৈবা অহু উবদা মহাক্লা হংলকই, "কৈদৌরে তামো, ঙসিদি য়ুমদা হনবা থেঙখ্রিব্রা ?"

"ঐ ঙসিদি য়ুমদা হল্লরোই, বিমল, মফম অসিদা অহুম লেক্লগনি।"

বিমল ইমুংলোমদা চঙখ্রে অহুগা য়োৎপাক অহু থম্বরগা পুথ্রীদা মথোঙ মখুৎ হামখ্রে। ঙহাক্কী মতুংদা মহাক ফি অমা ইন্দুনা থোরক্ল-গা প্রমোদনা ফম্লিবা মফমহুগী মনাক্তা উরু-রারু থাহুনা মৈ হৌগৎল-রে, অহুগা মথোয় অনী মৈ তীকমিন্নহুনা রারী-রাতাই শাবা হৌরকই।

১৭

বাসন্তী নহানমুক প্রমোদকা উন্নখিবা মতুংদা রাখলত্থু ইম্মুং মুংঙাইতনা লেপ্লে। মহাক্না হায়খিবা বা অত্থু প্রমোদনা মুংঙাইরম্লবোই হায়না খল্লি। অত্থুম ওইহৃনস্থু মহাক্না মথোয় অনীগী মরী অত্থুদি কৈদৌ-ঙৈদস্থু থম্বা য়াররোই হায়না থন্দুনা মাগী পুক্নীংবু কল্লা লাকশিন্নবা হোংনৈ।

নোংমদি মাগী মরূপ পূর্ণিমাদ, অফিসকী ছুটি ওন্না থাবা মুমিং অমদা মথোয়দা কোয়থোরকই। মহাক্না বাসন্তীদা প্রমোদকী পাউ অমা তম্লকই। মহাক্না হায়, "প্রমোদতু মাগী ফার্মদা নাদ,না লৈরে।" (মদ, মহাক্না নোংমা নীনিগী মমাঙদা মপামদা চৎলুবদা বিমলনা মঙোন্দা তম্লকপনি।)

পাউ অত্থু তাবদা বাসন্তী শকফম থরা হঞ্জিনখি।

পূর্ণিমানা হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক মাগা অমুক্তং উন্নোদনা। মহাক হৌজিক অবাবা ফীবমদা তারে, য়াম্না নংলে, মাগী কারগা ছুকানগস্থু লোইনা য়োম্থোকপ্রে হান্নবা তায়।"

বাসন্তী নোংমা প্রমোদকী কারত্থু বাজারদা অতোপ্পা মীনা

তোংখিবন্থু নীংশিংলকই।

"করিগীনো পূর্ণিমা ?" মহাক্না লুকথহুনা হায়রকই, "হৌজিক মাগা ঐগা মরী কয়িম্থ লৈনম্রে। ঐনা মাগা করিগীদমক উন্নগদৌরিবনো ?"

পূর্ণিমাম্থ লুকথহুনা রাখল খল্লগা হায়রকই, "মহাক নোংমা কাওবা নঙগা উন্নখিরবা ? কারূরবা মতুংদা নঙগী ননাক্না অমুক্না লাকখিরবা ?"

বাসন্তীম্থ প্রমোদকা মাগা উন্নখিবা, মানা হায়রম্বা বা অদুগী মরমদা মাগী মরূপ পূর্ণিমাদা অহানবদা তম্নগুমসিনা হায়না খল্লুই, অদুবু থংনবা মীকুপ্তা মানা ইশেং শেংনা হায়দোরক্লে, "উমৈ পূর্ণিমা, নোংমা ঐনা নম্বোলদা চংপদা মাগা থেংনৈ, ঐদি অহানবদা মাবু মশক ফাওবা খঙলুদ্রে ... ... ...।"

"মহাক্না নঙোন্দা করি হায়রম্মী ?" পূর্ণিমানা মরক থংলহুনা হংলকই।

"করি হায়রুগনি ?" বাসন্তীনা খর অমুক্তং শাংনা চিংথংলহুনা হায়রকই, "হৌখিবা বা খূদিংমকপু নীংশিংলম্মী, অদুগা ... ...।"

"অদুগা কৈদৌরবা ?"

বাসন্তী ওহাক্তং রাখল খনবগুম তৌনা লৈ, অদুগা হায়রকই, "ঐবু হৌজিক অমুক মাগী নাক্তা ... ... ...।"

"মহুদা নঙনা করি হায়খি ?"

"মহু করম্না ওইথোক্কনি পূর্ণিমা ? হৌজিক ঐ মাগা জৈমিন্নবা

ওইরোই। মহাক অচৌবা পাপ তৌরবা মীওই অমনি। ঐ মাবু কিজে।"

বাসন্তীগী পুক্নীংগী ফীবম অসু পূর্ণিমানা থণ্ডই ; মহাক মশা-মকতু প্রমোদপু কিজে, অসুবু মহাক্না হায়রকই, "মসুবুদি চুম্মী, বাসন্তী, অসুবু নায়বা মতম অসিদদি অমুক্তং উম্রবা কৈ। বিমলনা হায় মহাক হৌজিক ফমুংদগী হৌগদ্রে। ঐনা চৎলুবা মুমিৎ অসুদা মহাক্না প্রমোদকীদমক হীদাক অমদি শঙ্গোয়চিংবা পুথি।"

পূর্ণিমাগী বাসু তাবদা বাসন্তী মায়থোঙ হেম্না লাংশিনপ্রে, মতম কয়াগী মমাঙদা থোকখিবা থৌদোকশিংবু নীংশিংলকই। মসুনা মঙোন্দা চৈনা অমা পীরকই।

পূর্ণিমানা মথা তারকই, "বাসন্তী, মহাক করি ওইনা নাবনো থওদে, হৌজিক হীদাক চাও য়াদ্রে হায়না তায়। মাগী ফীবমসু শাথিনা শোক্লমালে। মহাক্না অসুম্না হায় হায়না তায় মহাক্না করিগুম্বা লৈখিরোইদবা থোক্লবদি মাগী ফার্মগী লম অসু মফমসুগী স্কুল অমা শানবা কথোক্লমগনি হায়না।"

বাসন্তীসু থওহৌদনা মমীত্তা পিরাং চেল্লকই, হায়রকই, "করি-গীনো পূর্ণিমা, নহাক্না অসিগুম্বা পাউ অসি ঐঙোন্দা পুবিরক্লিবা?"

পূর্ণিমাসু মাগী মতৌদ্ উবদা থবায় বাপ্রে, মমায় মক্না হায়রকই, "বাসন্তী, ঐ তশেংবদি অহানবদা পাউ অসি নঙোন্দা তম্নীংদবনি ; অসুবু মসি ঐগী থম্মোয়দা তুমিন্না লোত্তুনা থম্বা ওমদে, নঙোন্দা তম্নীংবনা থাঙবা ওমদে।"

বাসন্তীনা ফিগী মচীনা মপীসু তৈথোক্লতুনা হায়রকই, "পূর্ণিমা,

ঐ অশুম্না 'শুম হিংবা পামজ্রে!" অহুদগী মহাক ক্লিনা মমায় খুমহুনা কুইনা লুকথহুনা লৈথ্রে।

মখোয় অনী ফনা কুইনা তুমিন্না লৈনথ্রে।

তাঞ্জা অহুদা বাসন্তীগী মমা কৈথেলদগী কুম্লক্লে। মহাক্না পূর্ণিমাবু উবদা তপ্পান্না কৌহুনা মনাক্তা চঙলক্লে। পূর্ণিমা মখোয়গা ওহাক বারী অতৈ অতৈ শান্নগা হুনথ্রে।

মহাক হনগ্রবা মতুংদা বাসন্তী রাথলগী ইরৈমক্তা তাহৌরে। মহাক কমুংদা চঙহুনা হীপথ্রে। অচীকপা লম্বাও অহুদা প্রমোদনা মথন্তা মতৌ কয়ম্না নাহুনা লৈরমগদগে হায়না মহাক্না হুম্না হুম্না খল্লকই। মহাক মোল্দা মমায় উপশিল্দুনা লৈথ্রে। নহানমুক মাগা উরবা অহুদা প্রমোদনা মঙোল্দা নীংঙমদবা রাথল অমা ফোঙদোরক্লুনা মাবু ঙাকপীনবা হায়জখিবা অহু মহাক কাউবা শুকঙম ঙমদে। মহাক্না খল্লকই, "মাবু কিবা কিদবা, লৈ'মিন্নবা লৈমিন্নদবগী রাথল পুম্নমক থাদোক্লগা মাগী মনাক্তা অমুক্তংদি চৎলুসিন্না?" মাগী মুংদগী পাউখুম পীরকই, "মহু ওইথোক্তবনি— ময়াই কল্লবা মাগী শক্তম, রাঙাঙ পুম্নমক অহুদগী লাপথোকপা ঙম্বা ওইথোক্তবনি!" মহাক চময়্নবা হৌরকই। অহুদগী মীয়াম্না মাগী মরমদা ঙাঙনগদবা অহুগী মরমদা মহাক্না অমুক খনবা হৌরকই। মহুগীদি মহাক খোইনা কিজ্রে, মরমদি চেল্লবা মতুংদদি মখোয় অনী পীক্লবা লাইশঙ অমদা মপোক হৌরবা ব্রাহ্মণ অমনা তুমিন্না লুহোংবীগ্রে; মহু মহাক পূর্ণিমা নত্তনা অতৈ কনাদহু খঙহনখিদে, রাকম অহু হৌজিক্তি মহাক্না মীপুম খুদিংমক্তা খঙহনবা ঙম্নগনি।

অত্তুবু হুমিত্তুদদি বাসন্তী মপুক্লীংদা য়াম্না চমৈ, করিগুম্বা অমত্তা লেপথোকপদি ওমত্রে।

নোংমা নীনি হৌত্রে। বাসন্তী পুক্লীংগী লাওত্তকপা অত্তু হেনগৎলকই, প্রমোদকী কীবমগী মরমদা থল্লুবদা পোথাকম থওদবা হৌরকই। থম্মোয়মুংদা ওমশিনবা য়াথল অত্তুনা মশামকপু মৈহুংদা হুম্থজবগা চপ মায়ত্রে। মমৈখওদা মানা লেপ্লে মহাক মাগী মনাক্তা অমুক্তংদি চৎলুরগে হায়না।

অমুক অমনি। মহাক্না ওন্তা ঈরুজথোক্তুনা মফি-মরোল ওনান ওনান শেত্তুনা প্রমোদকী মনাক্তা চৎনবা থৌরাঙ তৌরে। মহাক মহৌশাওম ফি অত্তৌবা অমা ইল্লি, লাইবক্তা চন্দোল তরু তক্কনা কোয়োক কোয়না নম্মী। মাবু উবদা মগানা খন্না ওক্না হংলকই, "কদায়দা চৎকদৌরিবনো, বাসন্তী?"

"থৌরানীখোয়দা চৎলুগে তৌবনি, মানা ঈশৈগী পাউ অমা চেল্লকই," মহাক্না থৃগ্নুনা খুমকই।

মমাহু তুমিন্না লৈত্রে।

নিংথমথা লোইরকপা মতমনি, অঙৌংবা মাংথিত্নুনা মুংলাকী মৈশাহু খরা কনথৎলক্লে। কাইরেন থাগী নোং হাইকেৎ থীক-প্রবন্থ মনা-মশীংদি য়েনীং ফজনা হুত্রি, উগী মশাদা অঙাংবা অনৌবা য়েনীং খরমথৈদি থিন্দোরকপা উরে। লৌবুক-লম্বাওশিংহু ইহাও হাওই। লৌখোং, পাৎ, তুরেল থৃদিংমক ইকং কংই। ফীবম শোক্লুরবা প্রকৃতি লাইরেম্বীহু মুংওাইবা শক্তম উন্নি, অত্তুবু মীওইবগী পুক্লীংবুদি মন্থোল চোংহল্লে।

বাসন্তী পুম্নমক অহু য়েংনা য়েংনা লাকপনা প্রমোদকী ফার্ম মপা য়োথিবা থঙহৌদে। মহাক্না উরক্লে প্রমোদকী নৌনা অমুক শেমগৎপা হিঙ্গোল—মতুদা থাবিবা মনা-মশীং, ঙা য়োক্লিবা পুথ্রৌশিং, নৌনা শাবা শঙ। মহাক্না গাড়ীদগী কুমথরগা ঙহাক থঞ্জাননা লেপ্তুনা লৈরে, মফম অতুদা পাক হেক চঙগদবত্থু কনা-গুম্বা মীনা উপ্রবদি থন্দুনা নীংজিং মাঙজিংনরকই। মহাক মহৌশাগী থুদোংথীবা থোদোক অহু ফজনা নীংশিংলি। অহানবদা মানা বিমলবু য়েংলকই, অদুবু মহাকন্থু মফম অদুদা লৈবা উরে। মহাক ঙহাক থঞ্জাননা লৈক্লরগা মমৈথঙদদি থোনা অমা কুদোক্লুনা ফার্মগী লম্বী অদুদা চঙলক্লে। মহাক্না শঙগী হাংদোক্লুনা লৈরিবা থোঙগী মপাদা চঙদুনা লেপ্লুরে, অদুগা চেপথদুনা য়েংলকই। প্রমোদ তক্ল তক্লনা থাবা ফমুং অমগী মথক্তা হীপ্তুনা লৈরম্মী, মাবু উবদা ঙক্না হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক্তি মফম অসিদা কররম্না! কনাগা লাক্লিবনো?"

"ইথক্তা লাকই।"

প্রমোদনা বুমগী কাচিন্দা লৈবা ফক অমদা মথুৎনা থিন্দুনা তাক্লগা হায়রকই, "ফক্লু থারগা ফম্মু।"

বাসন্তীনা মদু লৌদুনা প্রমোদকী ফমাঙদা থারে, অদুগা ফমম্রে।

"করি থবক্লীনো?" প্রমোদনা হংলকই।

"অদোম নারে হায়বা পাউ তাহুনা লাকপনি।"

"কনানা হায়?"

"পূর্ণিবালা অদ্মী, মাগী মৌপ্না বিমলনা হায় হায়রদুনা।"

"উম, মহাক ঐবু লেবা তৌদ্না লৈখনি, অদুবু ঙসি নোংমা মীখি অসিদি যমুমদা অচিমবা থবক থরা লৈরমাল্লে, মফম অসিদা লাক্লে।"

"অদ্বু যুমদা চত্তনা কয়িগীদমক লক্লাঙ অসিদা ইথস্তা লৌখিবনো?"

"বাসন্তী, নহাক নোংমদি ঐনা হায়বা করিমত্তা তাদনা চৎখি, অদুবু ঙসিদি ঐগী ইনাক্তা লাক্লিবা কয়িগীনো?" প্রমোদনা বাসন্তীগী বাহংগী পাউখুমদু পীদনা থঙহৌদনা হায়রকই।

বাসন্তীদু খুমদনা মমায় থরা ঙাঙনা লুকথদুনা লৈরে। মাগী থম্মোয়দা হায়নীংবা রা কয়া লৈ, অদুবু মখোয়দু মানা খুদক্তা হায়দোকপা ঙমদে, মহাক মপুক্লীংদা থল্লকই, "বাহং অদ্ কয়িগী হংলিয়নো?"

প্রমোদনা মাগী মতৌ অদু য়েংলগা শকফম হঙ্গিল্লা অমুক হায়রকই. "বাসন্তী, নহাক্লা ঐবু ঙাকপিবা ঙমখিদে, নত্রা?"

"অচুম্বমক্নি," বাসন্তীনা মপুক্লীংদা থল্লকই, "অদুবু হৌজিক্তি মতুমক্লা ঐবু হায়ফম থঙদনা এৎলরে।"

"কৈরেৌরে ফুমিল্লা লৈরবদি?" প্রমোদনা হংলকই।

"যুমদা চৎনবা তৌরো," বাসন্তীনা মমায় খজিক্তং হুনগৎ-লক্লগা মাগী বাহংদুগী পাউখুম পীদনা হায়রকই, "অচীকপা মফম অসিদা লৈবা ঙক্লে।" অদুদগী মহাক্লা ঙহাক ফুমিল্লা লৈরুরগা পূর্ণিমানা মঙোন্দা তমখিবা বাদু নীংশিংলদুনা হায়রকই, "হীদাকপু

চাত্রে হায়না তায়, চুম্বা ?"

প্রমোদ বাসন্তীগী বাহং অহুগী পাউখুম পীরক্তে, মমায় মক্না করিগুম্বা রাখল অমা খল্লগা তুমিন্না লৈখি। মাগী অর্থ চেনবা শকক্তম অহুনা অত্নমা হায়বগুম তৌই, "হীদাক চাক্লবগী কায়বা লৈক্তে।" অহুবু মীকূপ অমগী মহুংদা মানা শেমশাহুনা খুমকই, "ঐ খরা ফয়ক্লে বাসন্তী, অহুনা হীদাক চাত্রবনি।"

মখোয় অনী শুহাক তুমিন্না অমুক লৈনম্রে।

অহুদগী প্রমোদনা বাগী অদ্ অনাবগী নত্তনা অতোপ্পা পরীং অমদা চখনবা অমুক হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক ঈশৈ শকপা চংলিব্রা ?"

"উম, মরক মরক্তা চংলি।"

"কুইরে নহাক্না শকপা ঈশৈ তাখিদবা।"

বাসন্তীতু খজিক্তং ইকাইবগুম লূকখহুনা লৈ।

"ইস্কালদা লৈরগা ঈশৈ শকপা চংপদি খুদোংচাবা হেল্লমগনি, নত্রা ?" প্রমোদনা অমুক হায়রকই।

"উম।"

"ওস্তোকপনি!" প্রমোদনা খঙহৌদনা মায়খোঙদা অরাবা মতৌ উত্তনা হায়রকই, "নহাক্না মতম কুইনগী তুংদা নোংমা অত্নমা ঐগী ইনাক্তা লাকনি হায়বসি ঐ কৈদোঙৈদস্থ খাজক্লদে। হৌজিক্তি ঐগী পূক্নীংসি কয়াদা হুংঙাইপ্রবনো ! মতুং অসিদদি শিরবস্থ ঐগী পেন্দবা করিস্থ লৈররোই !"

"হাম্বইহদে, করিগী অহুমা তাকপীন্নিবনো ?"

হন্নক্তি প্রমোদ মপুন্নীং মুংশিনা হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক্না ঐবু মুংশিবীবা অসিগুম্না কনাগুম্বা অমতনা ঐবু মুংশিবীথিবা লৈতে।"

বাসন্তী মমায় খুমহুনা কপ্পুনা লৈরে।

প্রমোদনা মাগী পুন্নীংগী কীবমতু য়েংলগা অমুক হায়রকই, "বাসন্তী, নহাক ঐগী ইনাক্তগী চৎপ্রগনু, য়েংউ হৌজিক ঐগী ইনাক্তা সেবা তৌবীনীংঙাই কনাস্ত লৈতে।"

বাসন্তীহু অরেম্বা পাউখুম অমতা পীরক্তে, লুকথহুনা অহুম কপ্পুনা লৈ। মহাকী মপুন্নীংদা থল্লকই, "মহুবু ঙইথোক্লিব্রা? অদোম হৌজিক অচৌবা পাপ তৌরবা মীওই অমনি! ঐনা অদোমবু থম্মোয় শেংনা মুংশিজরবসু ঐ কৈদৌঙৈদসু বাফম অহুবু য়াবদি ঙম্লরোই।"

মানা তুমিন্না লৈখিবা, পাউখুম পীরক্তবা অহুদা প্রমোদসু ইকাইবগুম তৌনা মমায় ঙাঙনা তুমিন্না লৈরে।

মখোয় অনী ঙহাক অদুম্না তুমিন্না লৈনরে। অদুদগী বাসন্তীনা মাবু হীদাক চানবা হায়বা হৌরকই। অহানবদা প্রমোদ মানা হায়বহুদা কন্নিমতা খুন্নক্তে। মহাক লোংথাক লোংনা হীপ্পুনা লৈ, অহুবু মমৈথঙদা বাসন্তীনা হন্না হন্না হায়জরবদা মহাক য়ারে।

বাসন্তীনা মাগী সাইদ টেবলদা লৈরিবা কায়ত্রিবা হীদাক লীক্লী, চামচ, গ্লাস অমদি ঈশিং লৌথরগা মাগীদমক হীদাক শেম্বা হৌরকই। মহু লোইরগা মহাক্না গ্লাস অদু পায়দুনা প্রমোদপু থক্নবা হায়রকই।

প্রমোদকী মমীত্তা পিগী মরীক থরা উরকই। মহাক্না বানা

চৈগ্নুনা মথুং শৌফুনা মকোক্তু থরা থাক্তংলগা মথুং ওইনা বাসন্তীনা পায়রিবা গ্রাস অদু পায়দুনা হীদাক্তু থক্লে।

"বাসন্তী," মহাক্না হায়রকই, "ঐ মসিদগী হেন্না পেনবা অমা লৈত্রে। ঐনা মতম অমদা মওখিবা পুন্সীগী মওলান অদু মক ওসিদি মওকাওনরে হায়না খনথঙ্গু য়ারে। অদুবু বাসন্তী ··· ··· কঁয়ে, হায়ররোই, ঐ করিমতা হায়ররোই ··· ··· ···!" অদুদগী মহাক্না মীংচিদা ভারকপা পিয়াং অদু খান্নদুনা অমুক হায়রকই, "মহাক থেক্তপ্রগনি হল্লো। কনাগুম্বা মীনা থওপ্রবদি কত্ত-মুংদা থোকপস্ত য়াই!"

বাসন্তী না করিমতা ওাওদনা কুইনা মাগী কমাঙদা কপ্পুনা লৈখ্রে।

অদুদগী মহাক হৌগৎলক্লে, অদুগা মমীত্তা পিনা থুক্কাংনা প্রমোদপু য়েংলগা মথোঙ তপ্না তপ্না থাংদোরক্লে। প্রমোদ মঙোন্দা য়েংলক্তে, তুমিন্না লোংথাক লোংনা হীগুনা লৈ।

থোঙ ময়াদা অমুক্তং অরোইবা ওইনা প্রমোদপু পিরোইনদা য়েংলম্লগা বাসন্তী মকম অদুদগী থোবখ্রে।

নোংঙাল্লগা প্রমোদ চীক্লবা কা অতুদা মথন্তা হীগুনা লৈ। বাসন্তীদু করিগুম্বা অমুক্না লাক্কত্রা খন্দুনা মহাক্না অচেনবা গাড়ীগী মথোল খুদিংমক ভাদুনা লৈ, অদুবু মাগী রাখল অদু অয়েম্বা তারে, বাসন্তীদি মাগী মনাক্তা লাকখিত্রে। বিমলাদি অথেওবদা লাকুনা মাগী সেবা তৌরে।

মুমিৎ অতুদা মযুমগী মীশিং লাকুনা মাবু লায়য়েংনবগী-দমক্তা মকম অতুদগী মযুমদা পুদ্রুনা চৎখ্রে।

মুমিৎ থরানিগী মতুংদা নোংমা বিমল বাসন্তীগী মনাক্তা লাকই। মহাক্না বাসন্তীদা প্রমোদতু লায়যেংনবগীদমক্তা মণিপুরগী রাংমদা চৎখ্রে হায়না তাকই। মহাক্না প্রমোদকী এদ্রেসস্থ মঙোন্দা পীরকই। মুমিৎ অতুদা বাসন্তীনা মহাকপু জ্ঞান তানা কমহল্লগা প্রমোদকী মরমদা বারী শাবা হৌরকই।

"বিমল, অমুক্তা হায়রু, নহাক্তি খঙলম্বস্থ য়াই, মহাক্না মাগী ময়ুম পানগ্রবী নুপী অতু মতৌ করম্না হাৎখ্রিবনো?" বাসন্তীনা হায়রকই।

"ইচে, মহাক ফ্রবদগী শোয়দুনা শিখিবনি। মুমিৎ অতুদা তামোনা মাগী থনম্লবা অউনপোৎশিং অতু লৌরনবা হায়বা চৎপনি। মতুদা মাবু উবদা শাউনীংমনখিবদগী মতুগী মরমদা করিমতা হায়বা নংখ্রিভৈদা লাইবক থীবা থৌদোক অতু থোকখ্রবনি। বারী পুম্নমক তামোনদি এঙোন্দা লোইনা লৌখি," বিমলনা হায়রকই।

বাসন্তী মায়থোঙ মক্না তাদুনা লৈ, মাগী পুক্নীংদা লৈরিবা রা খুদিংমক অমতা হায়দোরক্তে। মহাক তুমিন্না লুকথতুনা রাখল খন্দুনা লৈ।

বিমলনা অমুক হায়রকই, "অওইবনি ইচে, মাগী নুপী অতুনা মাবু লৈখা তানা মাঙহনখ্রবনি। মসি কনানস্থ মুন্না খঙলোই, তামোনদি এঙোন্দা মাগী পুক্নীগী মুংঙাইতবা থৌদোকশিংসি হেক হেক লী।"

"অহুবু বিমল, মহাক পাপতি তৌরবা মীওই অমনি!" বাসন্তীনা বাখল অহুম খল্লা মমায়হু মক্বা হায়ব্রকই।

বিমলহু বা মখা তাব্রকখিব্রে; তুমিন্না লৈব্রে।

সুমিৎ খরনি লৈরগা বাসন্তীনা ইথা থাজদনা প্রমোদতগী চিঠি অমা ৎংই। মতুদা মহাক্না থোকখিবা থৌদোক কয়াগী মরমদা শুগায়না ইরকই। মতম অমদা মানা লমচৎ মোংলবী, বাখল য়াওব্রবী নূপী অমা লুহোংলুবদগী অবাবা কয়া নংখিবা, মীগী মমাঙদা ইকাইখিবা, বাকম পূম্নমক অহু কোঙদোরকই; অহুগা মখোয় অনীগী হৌখিবা পুন্সীগী সুংশিবা, নীংঙমদবা থৌদোক কয়াসু নীংশিংহুনা ইরকই। মহাক্কী অনাবগী ফীবমগী মরমদদি মহাক থোইনা ফগত্রি, ডাক্তরশিংনা কল্লা লায়য়েংলি হায়না ইরকই। শেল-থুমগী অব্রাবগী ফীবম খরসু মহাক্না চিঠিহুদা পল্লকই।

প্রমোদনা শেল-থুমগী অব্রাবগী ফীবম পল্লকপা অহুদা বাসন্তীহু সুংঙাইত্রে। মহাক্না অব্রৈবা লীক-কোল খরা তুমিন্না কায়থোক্লগা মাগী লায়য়েংনবগীদমক্তা শেল খল্লা থাখি।

সুমিৎ কুন্নিরোমগী মতুংদা মানা প্রমোদতগী চিঠি অমা অমুক ৎংলে—মহুদা মহাক্না মাগীদমক থারকপা শেলগী তেংবাংগীদমক তৌবীমল খঙবা অমসুং অপেনবা ফোঙদোরকই, অহুবু মাগী অনাবগী ফীবমগী মরমদদি করিমতা খঙহল্লক্তে।

চিঠি অহু পারগা বাসন্তী পুক্নীং সুংশিনা মমিত্তা পিগী ঈল্লা চেল্লকই।

মহুগী মতুংদা মানা প্রমোদতগী চিঠি অমুক ৎংখিব্রে।

মরক মরক্তা বাসন্তী বস তোংহ্না মাগী হায়গী মর্‌ম লমদম অহুদা ঈশৈ শকপা চংলি, লম্বীদগী প্রযোজকী কার্য অহু অপূকপা নায়ক ওইনা, কেন্না পাম্বী অমদি উপালশিংনা কোয়না হৌহ্না লৈবা উই। মহু উবদা মহাক তুমিন্না মমীং ছুকথনা যেংহ্না লৈ, লোইবা নাইত্রবা রাম্বলগী সমুদ্র অমদা মশামক হেক হেক লুপথিবক্তম তৌরকই।


MANIPUR UNIVERSITY CANCHIPUR
12892/M
IMPHAL

